শূদ্রকগী

# মৃচ্ছকটিকম

হন্দোকচবা—

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্যব্যাকরণস্মৃতিতীর্থ।



[ মমল লুপা ৬·০০

# মৃচ্ছকটিকম

( প্রস্তাবনা )

পর্য্যঙ্ক কৌবা যোগাসনদা লিন্না 'নীরক থৃকউ লোন্না ফম্বা
প্রাণ-নচিংবা মুংগী মুংশিং লোইনা থিং ইন্দ্রিয়বু লাকশিল্লবা
মশাগী আত্মাদা জ্ঞানগী মিৎনা লেঙদবা ব্রহ্ম উরবা
শিবগী মিৎকুপ্তবা ব্রহ্মধ্যাননা নখোয় থাই ঙাকপিসনু ॥১॥

অমসু—

গৌরীগী পাম্বোম উরীনা নোংথাঙুম লৈতেংবা।
শিবগী 'মুবা নোঙ্মুম্বা কণ্ঠন্না ঙাকপিসনু নখোয়বু ॥২॥

( নান্দীপাঠগী মতুঙদা )

সুত্রধার—সভ্যাশিংনা ঙাইঙমদনা লৈরে। হেন্দোক থোইদোক্লা নান্দীপাঠ তৌরুত্তনা কান্নবা লৈতে। ঐনা সভ্যাশিংদা থুবাং অনী লোম্লনা থুরুমজত্নুনা হঙ্গৎচবি—ঐখোয় হৌজিক মৃচ্ছকটিকম্ কৌবা প্রকরণ অসি উৎননবা হোৎনজবগে; মসিগী কবিদি—

মাগী খোঙচৎনা শামু লমশাগী খোঙচৎ মানবা
মমায় থাজমাঙবা শাওং শাদা ফজবা
কনবা মপা লৈতবা নোংইনগী মিত্তাবু পাঙবা

ক্ষত্রিয়গী মহুৎদা "শূদ্রক" হায়না কৌরবা
অথোয়বা কবি অমথক মমাংঙৈদো লৈরম্মী ॥৩॥

অমসু—

ঋগ বেদ, সামবেদ গণিত 'মদি কলা বৈশ্য হস্তিগী বিদ্যা
খঙলে, শিবকৃপানা মমিৎ অনি ফংজরে অমম্বদি কৌরুবা
মচা নিংথৌ উরগা মচাকমপোৎ চথোনবা অশ্বমেধ কৎলগা
চহী কুমজা চামগা মুমিৎ তরানি মতুঙদা মহাক 'হু নোঙ্গাখি
শাফম লানফমদদি থেংনা থরায় য়াওজবা অথোইবা
বেদহৈবশিংগী মরক্তা তপস্যানা মরল ওইবা,
য়েক্রুবশিংগী শামুগা পাম্বোম লাম্বেংনমিংবা ॥৫॥

মাগী প্রকরণ অসিদা—

উজ্জয়িনী নগরদা চারুদত্ত কৌবা ব্রাহ্মণ
পাখঙ লল্লোনবা লায়রবা অমা লৈরম্মী মমাঙৈও।
মাগী মগুণ-না মঙোন্দা বসন্তগুম নীংথিবী
বসন্তসেনা কৌজবী ওক্তবীনা হাপখি মপক্কীং ॥৬॥
চারুবসন্ত'নীগী নীংথিবা রতিলীলাবু
রাথোকপগী কন্তবৰু নীতিগী প্রচারবু
কন্তবা মীগী স্বভাবপু শোয়ফদবা নোংদম্বু .
ইবিরম্মী লোইনবা শূদ্রক কৌবা নিংথৌনা ॥৭॥

( কোয়চৎ-চত্তুনা য়েংলগা ) করিনো ঐখোয়গী সঙ্গীতশালা অসিবু ইহাও হাঙনা উইদা ! নটশিংনা কদায়দা চৎখ্রে ? ( খল্লগা ) ওঃ ! খঙলে ।

মচা লৈজদবা মীশকী মমুম অছুদি হাণ্ডবনি
মরূপ 'কবা লৈতবগী মমুমদনি কুইনা হাণ্ডবদি
হাণ্ডবনি মায়কৈ পূন্নমক অপণ্ডবশিংগী মফমদা
পূন্নমক লোয়না হাণ্ডবনি লায়রবশিংগী মফমদা ॥৮॥

মতম শাংনা শৈশকলুবদা চাক লামথিবনা ইমিৎ অনীমক ওল্লাং থাগী হুমিংকী অকনবা মৈশানা কংলবা থমজেৎ মরূগুম ক্রোক ক্রোক লাউরে, মিৎ নহা অনীসু উরূ উরূ লৈরে। অত্থনা অয়ুকী চানবা থরদং লৈরিবরা হায়না গৃহিণীদা হংগে। সভ্যবৃন্দ পূন্নমক! থৌওংগী মতুং ইন্না; নিয়মগী মথা পোন্না ঐহাক প্রাকৃতভাষা ডাণ্ডজবা তারে। অরাবনি! অরাবনি! মতম শাংনা শৈশকলুবনা ইশা পূন্নমক অকংবা থম্বাল মথোক্ন্নে। অত্থনা য়ুম য়োরগা গৃহিণীনা অচা-অথক থরদং থল্লি থমদে হায়বত্থ খণ্ডজরুরগে। (কোয়চৎ চত্তুনা য়েংলগা) অসিনি ঐখোয়গী য়ুম অত্থ চণ্ডলগে। (চণ্ডলগা য়েংই) করিনো ডক্লে, ঐখোয়গী ইমুংদা ডসি উৎসব-মেলা অমা ভোগদো-রিবরা করিনো? চেণ্ডহিনা লম্বী থুমগ্রে, য়োংকী খাংগী হামুক্লা মুশিল-মুরবা লৈবাক্লা অমুব তিলক তৌরবী যুবতীগুম থোইদোক্লা নীংথিজরি। হুংশিবা মনম ফংবদা অরাম্বগী মৈচাক হেক্কৎ-লক্কুনা ঐবু থোইনা রাহল্লি। বনাগুম্বনা কুরূম্বা শেলবু ফংন-খোৎ-নবা য়াওবরা করিনো? নত্তে, ঐতনা লাম্মনথিবনা তাইবংপান অসি চাক ওইনডাক্তা উরে। ঐখোয়গী য়ুমদা চাবা য়াবা অয়ুকী চজিক খজিক্কুং কাওবা লৈত্তে। অসোমদনা লাম্মনথিবনা থরায় অসি চংথিগদবগুম তৌরে। ডসিগী থৌরাং অসি অনোবা ডাক্কনি। হুপী

অমনা য়াইঙং ভক্তি, নুপী অমনা লৈপরেং লেংলি। (রাখল তৌরগা) করিনো তৌরিবসিবো ? ফরে, গৃহিণীদা হংলগা অশেংবা থঙগে। ( নেপথ্যরোমদা য়েংলগা ) আর্য্যে ! অসোমদা।

নটী —( চঙলক্লগা ) আর্য্য ! লাকচরে।

সূত্রধার— আর্য্যে ! চঙবিরক্লে।

নটী — তাকপিসি, করম্বা নয়াথং ?

সূত্র — আর্য্যে ! ( মতম কুইনা শৈশকলুবদা······অসিনচিংবা হায়রগা ) ঐখোয়গী ইমুং অসিবু অচা-অথক খরদংতসু লৈ-লাক্কেকো ?

নটী — আর্য্য ! ঈরৈ হেক লৈ।

সূত্র — করি করি লৈ ?

নটী — তাবিয়ু,—চিনি অঙাংবা, চাক, ঘী. যঙ্গোম অফম্বা. তমায়ক্তম, যঙ্গোমক্ষীরনচিংবা অহাও-অথুম পুম্নমক লৈ। অসি থোক্লবা লাইশিংনা আশীর্ব্বাদ তৌবিসন্নু।

সূত্র — লৈদ-লৈকো ?

নটী — (তুমিন্না ফাগি তৌথিগে) (ফোংনা) কৈথেম্দা লৈয়ে।

সূত্র — (শাউনা) মীরকতিম্দবী ! নহাকসু ঐহাকুম্বা নীংবকায়বা ওইয়ু হায়। নংনা ঐবু রাংনা হুক্সংলগা কাঙক্রম থোম্বগুম থোম্লবনিকো ? কৈ কৈ অরাংপতনা নংগী শরুক ওইরোকো।

নটী — আর্য্য ! ঙাকপিয়ু, ঙাকপিয়ু, ফাগী তৌজবনি।

সূত্র — অনৌবা উৎসবকী থৌরাং অসি করিগীনো ? কনাগুম্বী

অমনা য়াইভং তক্লি, কনাগুম্বী অমনা লৈপরেং লেংলি। অমসুং মচু মথল-মথাগী লৈনা ইশন-শন্না ভাবনা মফম অসি কয়া নীংথিজরি।

নটী — উপবাস অমত্তং তৌজবনি আর্য্য !

সূত্র — মমিং করি কৌবা উপবাসনো ?

নটী — অভিরূপপতি কৌই।

সূত্র — মসিগী ফলদি মপোক্ অসিদা ফঙ্গদরা নত্রগা মপোক অমদা ফংগদরা ?

নটী — মপোক অমদা।

সূত্র — (শাউনা) য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু ইবুংঙোশিং পুম্নমক ! ইচাক-ইরলনা ঐনা তিংলগা মানা তুংগী মপোক্কী মপুরোইবা থিরিবসে।

নটী — তপথবিয়ু ইবুংঙো ! তুংগী মপোক্তসু নহাক্না ঐগী ইপু-রোইবা ওইবিগদবনি।

সূত্র — উপবাস অসি তৌননবা কনানা নঙোন্দা তাকপিরকই ?

নটী — ইবুংঙোগী চান্নরবা মরূপ চূর্ণবৃদ্ধনা।

সূত্র — (শাউনা) মীনাই সুবীগী মচা চূর্ণবৃদ্ধ ! পালক নিংথৌনা শাউহনা মো ম্নৌবীগী মনম সুংশিরবা শল্লাং ককপগুম্না নঙবু ককপচু ইমিং থীংনা য়েঙ্গেকো।

নটী — তপথবিয়ু ইবুংঙো ! উপবাস অসিদগী তুংগী মপোক্তা নহাক্কী অফবমথৈ লাকদোরিবনি (অসি হায়দুনা মখোঙদা তুই )।

সূত্র — হৌগৎলো ইবেম্মা! উপবাস অসিদা করম্বা মীশক চঙগদগে?

নটী — ঐখোয়গী ইতিকচাবা ব্রাহ্মণ অমত্তং চঙবা তারি।

সূত্র — অত্থুদি নহাক চৎলো, ঐহাকস্থু ঐখোয়গী ইতিকচাবা ব্রাহ্মণ অমত্তং বার্ত্তোন কৎলুখিগে।

নটী — য়াম্না ফগনি (অসি হায়রগা চৎখি)

সূত্র — (চৎনা চৎনা) চাওখৎলবা উজ্জয়িনী কোম্নুং অসিদা ঐখোয়গী ইতিকচাবা ব্রাহ্মণ কনাবু ঐনা থিরুগদবনো থনবদা ঙক্না থোকই। (য়েংলগা) এঃ! চারুদত্তগী মরুপ মৈত্রেয় অসোমদা লাক্লি! ফরে হংগে। আর্য্য মৈত্রেয়! ঙসিদি ঐখোয়গী য়ুমদা মকোক ফমম্নুনা লুক হাবিরো।

(নেপথ্যরোমদগী) মহাশয়! ঐদি হৌজিক থরা চিন্নে, অতোপ্পা ব্রাহ্মণ থিবিরো।

সূত্র — আর্য্য! লোইরবনি, কনা য়াওজদবনি, দক্ষিণাস্থু থরদংদি ময়াওগনি)

(অমুকস্থু নেপথ্যদা) মহাশয়! ঐদি ঙমজরোই হায়না হান্না হায়জখ্রিবম্নুনি, অত্থুমক্তদা ঐঙোন্দা অস্থুক কন্না খোঙথাং থুদিং ঙাংবিরিববু করিগীনো?

সূত্র — মসিদি য়াবিদ্রে, অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অমা থিবা তারে (অসি হায়রগা থোকখি)

(প্রস্তাবনা লোইরবা)

# অহানবা অঙ্ক

(ইন্নফি খুত্তা পায়তুনা মৈত্রেয় চঙলক্লগা) ঐদি হৌজিক থরা চিল্লে, ব্রাহ্মণ অতৈ থিবিয়ু (হায়রগা) মৈত্রেয় ঐনবু অতোপ্পগী মখুমদা চাগদরা ? অরাবনি মীওইবগী ফীভম। নঙনা মীওইববু লশিং মফোলমুক য়াংহল্লি। (ঈকাই-খুম্বনিংঙাই ওইবা চারুদত্তনা মপাল ফরিঙৈদা অহিং-মুংথিল চুপ্পা চেকশিন্না শেম-শারবা মনম মুংশিরবা অথুম-অহাউমক্তা চারগা মপুংগী চতুঃশালগী * থোঙজিন্দা ফমদুনা য়েনশাং তেঙ্গোং ময়ান্না ঈকোয়-কোয়তুনা লাইয়েকপনা মচু-তেঙ্গোং ময়ামদা খুদোম্না শোক্ল শোক্লগা ইম্থোক ইম্থোক্লুনা থম্বগুম খুদোম্না শোক্ল-শোক্লগা ইম্থোক-ইম্থোক্লুনা থমখিবা অমসুং সহরগী লম্লোঙ মরি ফাংবদা কূনবা ষণলাবগুম্না শায়তুনা লৈরম্বা ঐনা, চারুদত্তনা মরাই চায়থরকপদগী, য়ুমদা য়োকপা থুনুগুম শাইদাংফম থিবদা মফম অসি তাম্না লাক্লি। চারুদত্তগী চান্নরবা মরুপ চূর্ণবৃদ্ধনা, জাতিপুষ্পগী মনম্না চূরবা ইন্নফি অসিসু থাবিরক্লি অমসুং তাকপিরক্লি—"আর্য্য চারুদত্তনা লাইগী পূজা লোইরদ্রুনা পূক্লীং ব্রাই শংলবা মতমদা মাগী মফমদা য়োহনগদবনি" অদুনা আর্য্য চারুদত্তগা উন্নরগে (থরা চৎলগা য়েংই) এঃ! চারুদত্ত লাইগী পূজা লোইরদ্রুনা।

---

*চতুঃশাল—অকোয়বদা য়ুম লৈবা মঙং মরি নাইবা ওমাং।

য়ুমগী লাইশিংদা পোৎ কৎনা কৎনা অশোমদা লাক্লি।

(হায়খিবা ফীভম ওইনা চারুদত্ত অমসুং রদনিকা চঙলকই)

চারু—(থক্তা য়েংলগা অৱাবগা লোয়ননা স্বর শাংনা হোন্দোক্লগা)

য়ুম্মাঙদা ঐগী হুনবা চেঙ হৱায়
কাংঙা ৱাইহুনা খুদক্তা চাখি।
মফমদো হৌজিক থল্লে নাপীনা
তারি তীঞ্জাবা মৱুনা 'হুদা ॥৯॥

(অসি হায়ৱগা তপ্লি তপ্লি চৎলগা ফম্মি)

বিদূষক—আর্য্য চারুদত্ত লৈরে। অদুদি মনাক্তা চঙলগে। (মনাক্তা চঙলগা) মঙ্গল ওইবিয়ু, চাওখৎপিয়ু।

চারু — এঃ! অৱা-হুংঙাই মতম পুম্বগী মৱূপ মৈত্রেয় য়ৌরক্লে। মৱূপ! লেঙশিনবিরকশি, ফম্বীশি।

বিদূ — ফগনি ফগনি (ফমলগা) মৱূপ! অদোমগী মৱূপ চূর্ণবৃদ্ধনা জাতিপুষ্পগী মনম-চূরবা ইন্নফি অমা ঐঙোন্দা থাবিরকই অমসুং তাকপিরকই, "আর্য্য চারুদত্তনা লাইগী পূজা লোইরবুনা পুক্নীং ৱাই-শংলবা মতমদা নহাক্না মসি মাগী মথুক্তা য়ৌহনগদবনি।" (মসি হায়ৱগা পী)

চারু — (লৌরগা ৱাখল থন্দুনা লৈখি)

বিদূ — করি ৱাখল তৌবিরিবগে মৱূপ?

চারু — মৱূপ!

অৱা মায়য়োক্লরগা হুঙঙাই মায়য়োক্লক্লৱদি
শূক্লমম্বা মফমদা থাউমৈ উবগুম্বনি।

হুংঙাই য়াইফরমলগা লায়র নংথরক্লবা
নিপা 'হুনা এহিংবদি অশিবগা পাংথক্লি ॥১০॥

বিদূ — মরূপ ! শিবগা লায়রবগা অনিগী মহুৎদা করম্বনা ফৈ থনবিবগে ?

চারু— লায়রবগা শিবগা অনিগী মরক্তা শিববু
ফবনি থক্লি ঐহাক্না খন্দে লাইরববুদি।
য়ামদে য়াবা শিবদা লোইদে লাইরবদদি ॥১১॥

বিদূ — মরূপ ! য়াবিরুগনু মরমদি মরূপকী লন থুম পুম্নমক হুংশিবা মরূপ মপাঙশিংগী অমদি নিজ-হায়জরবশিংগী মথুক্তা য়ৌথ্রবনি। লাইশিংনা অয়াম্বা শরুক থকগ্রবা নোংমপানবগী থাজনা মরায় চায়থ্রবগুম্বা মরূপপ্পা মরায় চায়থরকপসিনু য়াম্নবু লেপ্পি।

চারুদত্ত—মরূপ ! ইরল-ইথুম হম্বরকপগীদমক্তি ঐহাক করিনু য়াদে,
য়েংউ— মচুমগীদি ময়িনা কুঙনা ক'না পক্লিবা
শামুগীদি চায়রুংবু মতম হেল্লগা অপাইবা।
খোইমুশিংনা ভৌবগুম লন চেন্ত্রে খন্দুনা
অতিথিশিংনা হন্দোক্লে অরাবনিকো মসিদি ॥১২॥

বিদূষক—অযুক পায়রগা হুংথিল লোইবা শেলনি, মঙেল নহা-শিংনা বরটা * কিহুনা মহাক লৈতবা মফমদা চঙবগুম শেলমু মঙৌ-ময়া থ্রক থ্রক কংবমথৈ চাদ-থক্তবা ঙম্বা

---

* বরটা = চীকনবা খোই অমা

মখোয়গী মযুম অত্থদদা মচঙভি। লৈকম মশক খঙদবা মাবু করি কায়গদগে ?

ইরল-ইথুম মাঙখিবগী থোইনা লৈতে চিন্তাদি
ফংব্রা মাঙবা ঙাকনি লাইবকী মতুং ইন্দুনা।
অসিমত্তুংদি তুংঙাইতে নংথরকপা মীশকা
তুংশিবগী লীপুনবু লায়না কোমহল্লকপসে ॥১৩॥

অমসু

ঈকাইব্রা ফংই নংলগা ঈকাইবনা শুণ রাংলকই
শুণ রাংলগা থৌওইরক্তে থওইবিত্রগা চোপ্লকই।
অব্রাবা কংই চোপ্লগা রারগা লৌশিং য়াওরক্তে,
মাঙলকই লৌশিং য়াওদ্রগা থুদোংথীবৈ মরু নংবনি ॥১৪॥

বিদূ — মীংকুপ্তা মাঙবা লম্নি থনবিদ্বনা রাবিরোইদবনি মল্লপ!

চারু — লায়রবা হায়বসি মীওইবগী—

পুক্লীং রাথল তুংনাংহল্লি মীবু উৎশিৎহল্লক্তে।
কল্লক য়েংথি ওইহল্লি মল্লপ মপাঙমকপুসু ॥
অশোয় অঙাম থিহল্লি ইপা ইচা কয়াগা।
অত্তোপ্লা মীশকশিংগসু কল্লক য়েংথিনহল্লি ॥
বনদা চৎকে থনহল্লি তুপী' রাত্তা খীহল্লি।
অব্রা' মৈনা পুক্লীংগী চাক্তে মৈশা লাংহল্লি ॥১৫॥

অত্থদি মল্লপ য়ুমগী লাইয়ামশিংগী পূজা লোইজরে ঐনা। চৎলো ঐগী ইত্থুৎ শিনদ্বনা লম্নোং মরি ফাংবদা অপোকপীশিংগী পূজা কৎলুরো।

বিদূ — ঐদি চৎচরোই, অমদা তাকপীয়ু। মিংশেলদা য়েৎ-ওয় ওয়না হকচাংগী মমি ভাবগুম ব্রাহ্মণ মচা ঐঙোন্দদি পুন্নমক পুমওন ওয়বনি। মরম অমসু লৈরি—সন্ধ্যা য়াচঙবা মতম অসিদা নিংথৌগী সনা লমজাওদা ওক্তবীশিং মথোয়গী তুংইনবা, মথোয়গী মীনাই অমসুং নিংথৌগী মনাই অচানবশিং চৎলি, অতুনা হঙোই পাম্বা লিনগী মমাঙদা লৈবা হঙোইগুম মমাঙদা চৎলুবদা হাৎপ্রগদবনি। নঙনা অসিদা কমৎনা করি তৌথিগেগে ?

চারু — করে, কম্মু অতুদি। ঐ তুমিদাংবাইগী লাইনিঙ-লাইশোন লোইথোকখিগে।

নেপথ্যদা—লেপখো, বসন্তসেনা! লেপখো।

(মতুংদা বিট, শকার, চেটশিংনা তুংইন্নরিবী বসন্তসেনা চঙলকই)

বিট — বসন্তসেনা! লেপখো, লেপখো।

কাইদ খোঙথাং থাংতুনা জগোই খোঙচৎ হৈরবা
নখোঙ'নীবু প্রপ প্রপ্না কিবদগী থাংঙতুনা।
থুক্লা থক্লা য়েংলতুনা ব্যাধনা তানবী মিপাইবী
শক্তি অমোমগুম নহাক্লা করিগীদমক চেল্লিবা ? ॥১৭॥

শকার—বসন্তসেনা! লেপখো লেপখো।

চৎলিবা চেল্লিবা তুরোই ঙারোয়
করিগী লোৎলিবা লেপখো শিরোই।
চাক্লে কামনা পীক্লবা ইথম্মোই
অচাকপা মৈদা ভাবা শদুমগুম ॥১৮॥

চেট — ফজবী ! লেপখো লেপখো ।

মিপাইনা চেল্লি নহাক্কা মশা ফুল্লবী নীংথিবী

ওল্লাংথাগী রাহোংগুম, অসোমদনা ঐহাকী,

ইবুঙঙোদি তান্নরি বনদা লৈজবা য়েন্নাউগুম ॥১৯॥

বিট — বসন্তসেনা ! ঙাইখো, ঙাইখো ।

নুংয়াল খুৎলাইনা য়াল্লবা মনঃশিলা গুহাগুম *

পোমশাৎনরবা অঙাঙবা থম্বালবু লৈমায় লংথরম

মালঙবনদি হুম্বদা ফিনা হাইরবা অঙাঙবা

ফিজোল শেন্তুনা নীক্তুনা চৎলি লফুম মচাগুম ॥২০॥

শকার—ঙাইখো বসন্তসেনা ! ঙাইখো ।

ঐগী কামবু হেলহল্লিবী অহীংদা তুমহল্লরিবী

কিন্তুনা খোঙফম চোইরিবী নহাক'সে ইথা পোল্লেদো

কুন্তী কৌরবী অন্তনা রাবণগী মথা পোনখিগুম ॥১ ॥

বিট — বসন্তসেনা !

ঐঙোন্দগী হেন্না য়াঙনা করিগী চেল্লি নীংথিবী !

গরুড়বু কিন্নরবী লিন অমোন্না চেল্লবগুম,

ঐনা চেনশে চেল্লবদি হুংশিংপু ফাবা ঙমগনি,

নঙবু ফাবা হায়রসিদি ঐগী পুক্নীংনা য়ানিংদে ॥২২॥

শকার—পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! মাসে

কামগী শাজৈ ওইরিবী, 'মীগী মরল মাঙহনবী

জাচাবী, নাত্তোন নম্বী, জগোই শাবী ওক্রুবী

* মনঃশিলা —ধাতু মখল অমা

নায়কশিংগী শাগে মাঙহনবী, কনানা হায়বা ইন্দবী,
কামগী লুবাক ওইরিবী, নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংবী,
যুবকশিংগী থম্মোয় হুরিবী, মমিং তরা'সি ঐনা খোল্লে
হৌজিক ফাওবা ঐবু, মাগী মপুক্লীংনা য়ানিঙদে ॥২৩॥

বিট — খজাই-নাকচেত্তা কুণ্ডলনা হাই-হয়া তারিবী
কলাইহৈবে থুজিন্না মরীখৎপা বীণাগুম।
নোংখোংবদা কিরবী ৱাইনু চেক্লা অমোমগুম
তফিং তফিং কিহুনা চেল্লিবদি করিগী? ॥২৪॥

শকার—লৈতেংশিংগী মখোলনা ঝন ঝন লাউনা খোক্লি।
রামবু কিবী দ্রৌপদীগুম লোয়া করি চেল্লি?
বিশ্বাবসুগা পোকমিন্নবী সুভদ্রাবু।
হনুমান্না হুবগুম হুগনি নঙবু ঐনা ॥২৫॥

চেট — পেলহল্লু নিংথৌনা চা-নববু
শা-ঙাবু চারক্কনি'হুদি।
হুইশিংসু শা-ঙানা পেনখরে
চাদরে অশিবা মশাবু ॥২৬॥

বিট — ইবেম্মা বসন্তসেনা।
থৱানমিচাক মানবা থুদয়া পুক্লীং হুবা মেখলাবু
নীংহুদবুদি থাংহুনা মনঃশিলা মকুপপু।
মুয়া নৈরগা তৈরবা মায়থোংবুদি পুবহুনা
লাইরেম্বীগুম্বী কোনুংগী কিহুনা ঙক্লা চেল্লিবোই ॥২৭॥

শকার বনদা হূইনা তাল্লবী লমহূই অমোমগুমহুনা
ভুংইন্নরা ঐখোয়না তাম্নরবী নহাক্লা
থম্মোই পুল্লপ হূহুনা করিগী চেল্লি কন্না ? ॥২৮॥

বসন্ত- পল্লবক ! পল্লবক ! পরভৃতিকা ! পরভৃতিকা !

শকার -পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! মী ! মী !

বিট - - কিগনু কিগনু !

বসন্ত – মাধবিকা ! মাধবিকা !

বিট - (নোক্নুনা) মচা মনাই থিরিবনিনে অপঙবা !

শকার— পণ্ডিত ! থিরিবসে হুপীবুরা ?

বিট হোয় তশেংবমক্কি।

শকার— ঐ অকনবা নিপানি, হুপী চামা হাৎপা ঙম্বনি।

বসন্ত — (অহাঙবদা য়েংলগা) অরাবনি ! অরাবনি ! ইনাই ইশল পুম্বা লাপ্পা লৈহোরে। হৌজিক্তি ইশাবু ইশানা কণ্ডবা তারে।

বিট — থিয়ু থিয়ু।

শকার— বসন্তসেনা ! পরভৃতিকাবু পল্লবকবু পুন্না চৈত্রমাসবুস্থ কোহুনা তেংথাজো। ঐগী ইখুত্তগী নহাকপু কনানা কনবগে য়েংসি ?

ভীমসেন অর্জুননা কনগত্রা রাবণ পরশুরামনা ঙাকত্রা ?
নশম পায়তুনা ঐহাক্লা দুঃশাসন মতো তৌগনি ॥ ২৯॥
ইখুৎ চল্লে নকোকস্থ পায়রে অথৌবা থাঙশাংসু

লুরেল অসি কক্ত্না হায়যু হাৎপা পাম্বরা ?
কান্নররোয় চেন্দুনা খঙঙ্ঙ্ বসন্তসেনা ও !
শিগদবা মীশক্লা হৌনবরা হিংববু ॥৩০॥

বসন্ত — আর্য্য ! ঐ মুপীমচানি।

বিট — অত্থুনবু ফারিবনি।

শকার—অত্থুনবু হাৎপিদ্রিবনি।

বসন্ত —(মথন্দা) মখোয় অসিনা মুংশিনা ঙাঙলফাওবা কিনিঙাইনি।
ফরে অসুম্না তৌরগে।
(ফোংনা) আর্য্য ! মীশক অসিদগী লৈতেং অমত্তং লৌবিগে খনবিবরা ?

বিট — হায়হেদে বসন্তসেনা ! লৈকোনগী উরীদগী লৈরাং হুখিববু চূনবা থবক্লা ? অত্থুনা লীক-কোলনা কান্নবা লৈতে।

বসন্ত —কান্নবদি করিনো হৌজিক ?

শকার—ঐহাক মাদা লাইগুম্বনি, বাসুদেবনি। অত্থুনা ঐহাকপু নঙনা পামগদবনি।

বসন্ত —(শাউনা) চখোক্কউ হায়। অত্থুম্না ঙাঙজ-লাকচনু, মীচুখাঙ অসিগা।

শকার—(থুবাক থুত্থুনা নোক্লগা) পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! য়েংবিয়ুনেসে— ওক্তবীগী মচা অসিনা মপুক্লীংনদি ঐবু মুংশিরে, মরমদি ঐঙোন্দা মানা হায়রি—"লেঙশিনবিরকউ রাবিররিগনি, চোকথবিররিগনি"। ঐদি থুঙ্গং অমতদসু কোম্মুং অমতর্দসু চৎলুদে। হে ওক্তবী ! ঐনা পণ্ডিত অসিগী মকোক খোঙনা

শোক্লগা রাশক্লি—নঙবু তান্ন তান্ন চেনবদা রাবনি অমসুং চোকথবনি।

বিট --(মথন্দা) কয়াদা ঙকথ্রবনো! মীনা 'শ্যান্তম্'* হায়ববু অপঙ-বসিনা 'শ্রান্ত' * হায়না লৌরে।

(.ফাংনা) বসন্তসেনা!

ওক্তকোনগী চূনদবা রাহৈ নহাক্না হায়রে য়েংউ-
ওক্তকোন্দা লৈবদি লোয়নবনি পাখঙ্গা
খভঙ্, ওক্তবী নঙসে লম্বী উরীগুম্বীনি।
য়োম্নবনি নশা'সি লৈনবনি মমলনা
অচান-চান্দ খায়দনা মান্ন-লমচৎ চৎকনি ॥৩১॥

অমসু

পুথ্রী অমত্তুদা ঈরুজ্জৈ ব্রাহ্মণ পণ্ডিতসু তোল্লবমূর্খসু
রাহোংনা তোংলল্লবা লৈ-তম্নবী উরীদা কারুসু মতোংঙি।
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়বৈশ্যনা ঈরাম্নব-হিনা অতৈসু মন্নাল্লি
ওক্তবী নঙনা পুথ্রী-উরী-হিগুম নীংঙ্ পুল্লমকপু মান্ননা ॥৩২॥

বসন্ত —মীওইবগী গুণতনা খোয়দানবগী মরম্নি, নম-হাবনা নত্তে।

শকার—পণ্ডিত! পণ্ডিত! মীনাইন্নুবী ওইনা পোক্লবী অসিনা কাম-দেব মন্দির লৈকোন্দা উথিবদগী হৌভুনা লায়রবা চারুদত্তদা মপুক্নীং তাখিবনা ঐথোয়বু করিমতা থদ্রে। চারুদত্তগী

* অহানবগী 'শাস্তম্'না ভুক্কচবা, খীবগী অর্থ ফোংদোকই, অকোনবগী 'শ্রান্ত'না রাবা চোকথবগী অর্থ ফোংদোকই। সংস্কৃতকী যমক, ইংরাজীগী 'পন' মী ওইংনি।

ময়ুম ওইরোমদা লৈরে। নঙগী ঐগী থুক্তগী মসি নাম্বোকখি-
দনবসি তৌ পণ্ডিতনা।

বিট —(মথস্তা) অপঙ অসিনা হায়রোইদবা রা ভাক্তা হায়। বসন্ত-
সেনানা চারুদত্তদা মপুক্লাং তারবদি য়াম্না ফরবনি।
তাইবংপানবনা "অফবগা অফবগা'' হায়নরিবা রা অসি
অচুম্বনি। অতুনা বসন্তসেনা চারুদত্তগী ময়ুমদা চঙপ্রসনু,
অপঙবসিনা মাগী করি কান্নগদগে?

(ফোংনা) ওক্তবী (লুহোংদবী) গী মচা। লল্লোনবতুগী
ময়ুমসু ওইরোমদা?

শকার— হোয়, ওইরোমদা মাগী ময়ুম।

বসন্ত —(মথস্তা) ফরে! ফত্তবা অসিনা অরানবা তৌরবসু, রাহৈ
অসিনা ইতেঙ পাংলে, চান্নবগা উন্নহনগদৌরে।

শকার— পণ্ডিত! পণ্ডিত! শগোলহৱায় মপৈ মনুংদা কালী
মকুপ্পা তৌবগুম, শূকশুরবা অমম্বদা উনা উনা বসন্তসেনা
লোৎখরে।

বিট —লাপ্পা উবা ওম্নবা    ইমিৎ অসি ঐহাক্কী
অমম্বদা চঙলুবদা    থংউ হেক্কা উখিদ্রে।
পাঙনা পাঙনা অমম্বনা    পাঙদবগা মান্নদ্রে ॥৩৩॥

অমসু

অমম্বনা ইশাপুম্বা    মনুংথিৎনা তৈবগুম
অতিয়া কজ্জলবু    চুথহল্লকপা মতানি
ফত্তবা মীগী সেবাগুম    কান্নবা ফংদ্রে ইমিৎনা ॥৩৪॥

শকার পণ্ডিত! পণ্ডিত! বসন্তসেনা থিরিবনি।

বিট — ওক্কবী (লুহোংদবী) গী মচা! করম্বা খুদম ফংবগে নঙনা বসন্তসেনা থিরিববো?

শকার—পণ্ডিত! পণ্ডিত! খুদম হায়বদি করম্বা?

বিট —খুজি-নাচি মখোল অনদি হুংশিরবা লৈপরেংগী মনমবু হায়বা।

শকার—লৈ-পরেংগী মনমদি তারে, অমম্বনা থল্লবা নাত্তোন্নদি খুজি-নাচি মখোলবু তরং-তরংনা তাদে।

বিট —(তুমিন্না) বসন্তসেনা!

নোংলক্কা লোৎপা নোংথাংগুম যাচঙবগী অমম্বনা
উবদি উত্রে নহাকসে অত্তুবু লৈরাং পরেংগী
হুংশিরবা মনমসিনা মখোল থোকপা নূপুরনা
নহাক লৈরে হায়বসিদি তাকদোরে কিগনবী ॥৩৫॥

তারেদনা বসন্তসেনা!

বসন্ত —(মথন্তা) তাস্নু তারে, খঙস্নু খঙলে। (অভিনয় তৌত্তুনা নূপুর অমসুং লৈপরেং লংথোক্লগা থরা চৎলগা খুৎনা মারত্তুনা) মসি নাকন থোঙনি হায়বা ফক্লাং মারুবদা থঙলে। থিংলি হায়বস্নু খুৎনা থেংনত্তুনা থঙলে।

চারু —মরূপ! ঐ জপ তৌবা লোইরে। অত্তুনা চৎলো মাতৃশিংদা পূজাগী পোৎলম কৎলুরো।

বিদূ —ঐ চৎলোই মরূপ!

চারু —ওম্থোকপনি! অৱাবনি!

লায়রবা মীগী মরাবু কনানস্থ ইনবিদে,
চান্নবা মরূপমরুস্থ মমায় হেক্তা ওয়োকই,
থুদোং থিবা হেল্লকই পাঙ্গল ময়েং তারকই,
লমচৎ-থাজগী মগুালস্থ মথঙ মথঙ মরুকই,
মীনা তৌবা পাপকী থবক থম্নে মানা তৌবগুম ॥৩৬॥

অমস্থ

তিন্নবিদে লায়রবা কনানা কৌদে হরাওনা,
হরাও কুম্মে থোকপদা ইনাকথুনবগী ময়ুমদা
চৎচরুবা লায়রবা য়েংবি হম্বা মিৎয়েংনা,
ফিজেৎ চাকচা হম্বা লায়রবনা ঈকাইনা
চৎলি লাপুক লাপুক্না শেল লৈবদগী হন্দোক্না,
লায়র-অনং হায়বসে ইতোপ তোপ্লবা অচৌবা
থল্লি তরুকশুরকপা * মহাপাতক অমনি ॥৩৭॥

অমস্থ

লায়ববা ! নঙনা ঐঙোন্দা লৈরি মরূপ্নি থন্দুনা,
লাইবক চাউবা ঐহাক্না লাইরৈবাকপু তানথ্রগা
নঙনা কৈদা লৈরুনি রায় অসিগী থনবদা। ॥৩৮।

বিদূষক (ঈকাই ঈকাইনা) মরূপ ! ঐবু চৎলু হায়রবদি রদনি-
কাগা লোয়নগে।

চারুদত্ত— রদনিকা ! মৈত্রেয়গী মতুং ইন্নু।

---

ব্রহ্মহত্যা সুরাপানং স্তেয়ং গুর্বঙ্গনাগমঃ
মহান্তি পাতকান্যাহুঃ সংসর্গশ্চাপি তৈঃসহ ॥

চেটি —আর্য্যনা তাকপীবা মতুং ইন্না।

বিদূষক—ইবেম্মা রদনিকা ! পূজাগী পোৎলমগা থাউমৈগা পায়যু।
ঐহাক থোঙ হাংদোক্কে। (হাংদোকই)

বসন্তসেনা—ঐগী থৌজানগীদমক্তা থোঙ হাঙলে। অতুনা ঐহাক চঙখ্রগে।
(উরগা) ওঙ্হোকপনিদা ! থাউমৈস্সু থাম্লিনে !
(ফিজিনা থাউমৈ মুথৎলম্নগা চঙখি

চারুদত্ত—করিনো অসিদে ?

বিদূষক—থোঙ হাংলুবদা অকনবা নুশিৎনা থাউমৈ মুৎখ্রে ইবেম্মা রদনিকা ! থোঙসোমদা থোকখ্রো। ঐস্সু চতুঃশালদগী থাউমৈ থাঙ্গৎলুরগা লাক্কে।

শকার —পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! বসন্তসেনা খিরিবনি।

বিট — থিয়ু থয়ু।

শকার —(খিরগা) পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! ফারে ফারে।

বিট —মুর্খ ! ঐনিনে।

শকার—অসোমদা পণ্ডিতনা অমুক্তা লেপ্তুনা লৈবিয়ু।
(অমুক থিত্নুা চেটবু পায়রগা) পণ্ডিত ! পণ্ডিত। ফারে ফারে।

চেট —ইবুঙঙো ! ফারিবসিদি চেটনে।

শকার —অসোমদসু পণ্ডিত, অসোমদনা চেট। পণ্ডিত ! চেট ! চেট ! পণ্ডিত ! নখোয় অনীমক পুমা মকম অম্নদা লৈয়ু ।(অমুক

থিন্থনা রদনিকাবু মশমদা পায়রগা ) পণ্ডিত ! হৌজিক বসন্তসেনা ফারে।

অমম্বদা লোৎলিবী  লৈরাং মনম্না তাক্লিবী
নংবু ফারে নশমদা  চাণক্যনা দ্রৌপদা

ফাবগুম ॥৩৯॥

বিট — চহী মতাঙগী নাপলনা  জাৎকী মচাগী তুংইনবী
নঙসে, লৈরাংনা
লৈতেংবা  লুনা তৌফম থোক্লবা
নশমদদি পায়থুনা  ফাথ্রবোইদো ইবেম্মা ! ॥৪০॥

শকার - মুপীমচা নহাকসে নশম পায়থুনা ফাথ্রেদো.
পায়রে ফাবে হৌজিক্তি চৈগে চৈযু কৌগে কৌ,
শিব শম্ভু শঙ্করদা তেংথাগেরা তেংথাজো ॥৪১॥

রদনিকা — ( অকিবগা লোয়ননা ) ইবুংঙোশিংনা তৌরিবসিবু করিনো ?

বিট — কাণেলীগী * মচা ! খোম্থোক অসি অমনিনে।

শকার — পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! মঙ্গোম অফম্বা তোৎপা চাক পাম্বী হৌদোং অমোমগী মখোলনা ঙনবগুম মীনাইমুবীগী মচা-মুপী অসিগীসু মখোল ওল্লিবনি।

বিট — করম তৌনা মখোল ওল্লিবনো ? অঙকপনি ! অমরোমদা মসিদা করি ঙক্লিংঙাই লৈবগে ?
নাট্যশালাদা চঙলকপনা কলাবু নৈনরকপনা।
মীবু নঙ্কৎপদা হৈবনা মখোল ওনবনি মসিনা ॥৪২॥

বিদূ — (চঙলক্লগা) অঙকপনিকো ! অহীংগী অহানবা য়ুথকী লিরি

* কাণেলী - নুহোংদনা লৌবা নুপী।

লিরিবা মুংশিৎনা * যূপকাষ্ঠগী মন ক য়োরবা হামেংগী থম্মোইগুম্না থাউমৈনা ফরৎ ফরৎ হাইরি।

(চঙশিন্নরুনা রদনিকাবু য়েংলগা) রদনিকা!

শকার—পণ্ডিত! পণ্ডিত! মীনি, মীনি।

বিদূ — আর্য্যচারুদত্তনা নংথরক্লে হায়ত্নুনা হৌজিক মীতোপ্পা মযুম চঙবা হাযবসি হৌনদবনি, মত.ক চাদবনি।

রদনি—ই'ঙো মৈবেয়! য়েংবীয়ু ঐনা চোপ্লিবসে।

বিদূ — নঙনা চোপ্পরা? নত্রগা ঐখোয়না চোপ্পরা?

রদনি—অদোমগী মক্লি—।

বিদূ —নমদ্রুনরা?

রদনি—মানি হোয়।

বিদূ —শোয়দ্রবরা?

রদনি—শোয়দ্রবনি।

বিদূ — (শাউদুনা চৈ হাইগৎলগা) মদুদি কৈদগী? মযুমদদি হুইদসু মথৌ হেল্লিবনি, ঐসু ব্রাহ্মণ মচানি। ঐখোয়গী ইরাই-বক্কুম থোয়রবা চৈ অসিনা শূমজারবা রাকোক্নুবা মকোক অদু বেসন-তাবমখৈ য়ৈথায়গে।

বিট — মহাব্রাহ্মণ! ঙাকপীসি। ঙাকপীর্সি।

বিদূ - (বিটতা য়েংলগা) লানবদি মসি নত্তে।

(শকারদা য়েংলগা) লানবদি মসিননি। মশেল ইবুংঙো সংস্থানক! লৌরায় মচা! মসিদি মতীক চাদবনি—

* যূপকাষ্ঠ—বলিগী শা পুন্নবা উচুক।

হৌজিক্কী মতমদা আর্য্যচারুদত্ত লায়ররে, অদু ওইরবস্ু উজ্জয়িনী অসি মাগী মতীক মগুণনা লৈতেংলিবনি। অদু-গস্ু মাগী ময়ুমদা চঙতুনা মনাই মশনবু মায়থীহনবা ?

লায়রৈ হায়তুনা চোপহনগদবা নত্তে যমগী মফমদদি
লৈতে লায়রবা।
ইনাক খুল্লপস্ু লমচৎ লৈত্রবদি খুদোংথীবা হেক্তা
ওইবনি ॥৪৩॥

বিট — (ঈকাই-ঈকাইনা) মহাব্রাহ্মণ ! ঙাকপীয়ু ঙাকপীয়ু অতোপ্পা মীনি খল্লুতুনা মতীক চাদবা থবক অসি তৌগ্রবনি। নাপলদগী নত্তে। য়েংবিয়ু—

অপাম রাখল চেল্লবী কনাগুম্বীবু থীরিবনি ঐখোয়না।

বিদূ — মসিবুরা ?

বিট — নত্তে, নত্তে কদায়দগী—

কনাগুম্বী ওক্তবীবু উখিদরে মহাক অদো।
মতুনি হায়না লৌরু- লমচৎ নাইদবগুম
বদগী থোকখরে ॥৪৪॥

মসি মরম খুদিংমক্তা হায়জ-চৎচবগী খাইদগী হেনবা থবক্তি হায়না লৌবিয়ু—(থাঙ থাদোক্লগা মথুৎ লোন্নতনা বিদূ ষককী মখোঙ অনিদা তুই)।

বিদূ — সাধু! হৌগৎলো হৌগৎলো ! ঐনা খঙদতুনা নঙবু নিন্দা তৌরুরে, হৌজিক্তি খঙলতুন অমুক হায়জরি।

বিট — মহাশয় ! মরম অসিদা হায়জফম থোকপদি অদোমদনি । অতুম্নমক ওইহুনস্‌ য়ানবা ব্রাহৈ মতুংইন্না :হৌগৎচগে ।

বিদূ— তাকপীয় ।

বিট — থৌদোক অসি আর্য্যচারুদত্তগী মফমদা হায়দোকপি-ত্রবদি ... ... ।

বিদূ— হায়দোক্লোই ।

বিট — ব্রাহ্মণ নঙ্গী থৌজানসে ইকোক থোংনা লৌজরে । গুণগী থুংলায়না ঐখোয়সে থুংলায় পায়নমক ঙমলে নগনা ॥৪৫॥

শকার—(কল্লক-কঞ্জাওনা) পণ্ডিত ! করিগীদমক্তনো ফজ্রবা ব্রাহ্মণ অসিগী মখোঙ অনিদা নোল্লুক্না নথুৎ অনী লোম্নংনা তুরিবসিবো ?

বিট — ঐ কিয়ে ।

শকার—কনাবু কিরিবগে ?

বিট — চারুদত্তগী গুণবু ।

শকার - মাগী গুণবু করিনো ? ময়ুমদা চঙলুবদা অচা অথক অমত্তম্ ফঙদবহুরা ?

বিট — নত্তে, নত্তে, অহু হায়গনু ।

ঐখোয়গুম্বনা নিবদা নংথখিবনি মহাক্তি,
মগুণ ঙাকপদা মহাক্না চোপহল্লমখিদেকনাবু ।
ওল্লাং থাগী ঈচোনবা পাংনা মীওইবগী,
থৌরাংববু কোকহল্লগা কংখিবগা অক্সানি ॥৪৬॥

শকার—(শাউনা) মীনায় হুবীগী মচা অহুবু কনানো ?

কল্পবা খৌরবা শ্বেতকেতুরা রাধানা পোকপা, পাণ্ডবলা

ইন্দ্রগী মচা রাবণলা কুন্তীগী গর্ভদা রামনা

পোকপা অশ্বত্থামারা ধর্ম্মগী মচা জটায়ুরা ? ॥৪৭॥

বিট — অপঙবা ! আর্য্য চারুদত্তদি—

মগুণমহৈনা লুকপা-কল্পবৃক্ষ, 'তোনবগী মরূপ সজ্জনখিবিকী

শিক্ষিতগী ফিদক্ষম অফ-লমচৎ চাংয়েংফম লীচৎ চাংজো

সমুদ্র

খৌদোকবা চোপহল্লবা নিপাগুণগী তুংনফম স্বভাবতিংবা

অচৌবা

থাগৎনীংঙাই মাদনি, হিংলি খোইদোকপগুণনা, 'তৈনা

স্বর হোনবনি ॥৪৮॥

অতুনা ঐখোয় মফম অসিদগী চৎলসি।

শকার — বসন্তসেনাবুদি পুদনা ?

বিট — বসন্তসেনা উখিল্লে।

শকার — করম্না ?

বিট — মীত্তাঙবগী মমীৎকুন অনাবগী পাঙ্গলগুম,

অপাঙবগী বুদ্ধিগুম অতনবগী সিদ্ধিগুম।

লৌশিংরাৎপা কামনচিংবদা পূক্লীং চঙবগী

খোইদোক হেন্দোকপা বিদ্যাগুম য়েক্লবদা লৈবা,

রতিগুম মহাক চেনখ্রে শৌক্লম্লগা নহাকপু ॥৪৯॥

শকার — বসন্তসেনাবু পুদনদি ঐ চৎলোই।

বিট — নঙদি মসিস্তু তাদ্রি ?

শামু ফাবদি উচুক্তা শগোলবু ফাবনা লগামদা
হূপীবু ফাবনা থম্মোইদা চৎলসি মহাক লৈত্রবদি ॥৫০॥

শকার—নঙ চৎকে হায়রগা চৎলো, ঐদি চৎলোই।

বিট — ফরে, ঐদি চৎলগে ( চৎখি )।

শকার—পণ্ডিত উখিত্রে, (বিদূযকলোমদা) কোকলুরেন্না ঝাকখোঙ মানবা! ফত্তবা ব্রাহ্মণ! ফম্মু ফম্মু।

বিদূ — ঐখোয়বুদি ফমহল্লবনিদা।

শকার—কনানো?

বিদূ —নোংদম্না?

শকার—হৌগৎলো, হৌগৎলো।

বিদূ — হৌগৎকে।

শকার—কৈদৌঙৈ?

বিদূ — অমুক ঐগী লাইবক ফরকপা মতমদা।

শকার—হাই! কপ্পু, কপ্পু।

বিদ —ঐখোয়মুদি কপহল্লেনা।

শকার—কনানা?

বিদূ — অনংবনা।

শকার—হাই! নোকউ, নোকউ।

বিদ — নোক্কে।

শকার—কৈদৌঙৈ।

বিদ — অমুক হন্না আর্য্যচারুদত্তগী মচাক মরল মপুং ফারকপা মতমদা।

শকার—হায় রুগুবা ব্রাহ্মণ ! ঐনা হায়রকই হায়না চারুদত্ত অহুদা তমজরু, "অনৌবা নাটক উৎনবগীদমক থোরক্লবী সুত্রধা- রীগুম্বী সনাগী লৈতেংনা সৈতেংবী বসন্তসেনা কৌবা ওক্তবী নুপীমচা অহু কামদেবগী লৈকোন্দা উন্নখিবত্তুদগী হৌনা মঙোন্দা থোয়দাগ্রে, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না নম- হানা থেম্বদা মহাক অহু নঙ্গী য়ুমদা চঙগ্রে। মহু নশামক্লা পুরক্তুনা ইথুওা পীররবদি ব্রায়েল শঙদা ব্লাথোক লাম্থোক তৌদনা পীরবনি হায়হুনা ঐগা নঙ্গা মতম কুইনা মুংশিন- গনি। অহুগা মপীরগ্রবদি শিব ফাওবা য়েংথিনবা থোক্তনি। অমসু মুন্না য়েংজৌ—

ষষ্ঠীনা মকোক তৈরবা তোর্ব্বোৎ, অকণ্ডবা শাক, ঘীনা ঙৌবা মাংস

নিংথমগী অহিংদা থোংখিবা চাক, মতম হেল্লবসু পূমদে মখোয় 'সি ॥৫১॥

ঐগী ফননবা, মহুসু পরপ-পরপ হায়রুগদবনি। ঐনা ঐগী দলানগী নৌনশাবা মতোন্দা লৈবা থুহুকোন্দা ফমহুনা তাবা য়ানবা হায়গদবনি। অসুম্না হায়রুগ্রবদি থোঙনুংদা চঙখিবা মতোং য়াওগ্রবা (অহাম্বা) কুপিথু কৌবা উহৈগী কুয়োমগুম্বা নকোক অহু পোরোক পো- রোক শায়গায়গদবনি।

বিদ — হায়রুগনি।

শকার—(লোম্না) চেট ! পণ্ডিত থাজ্বে শেংনা চৎগ্রবরা ?

চেট — হোয় চৎখ্রে।

শকার—অত্থদি ঐখোয় চথোক্লাসি।

চেট — অত্থ ওইরবদি ইবুংঙোনা থাঙশাং অসি লৌবিরো।

শকার—নখুত্তা অদুম্মক লৈসন্থু।

চেট — ইবুংঙোনা লৈবিরিবনা মসি লৌবিবনা ফরগনি।

শকার—(ওন্নতৈননা লৌরগা)

মথুমদগী শওোক্লবা মুলা মকুগী মচুমানবা
থাঙথুমদদি লৈরিবা থাঙবু লেংনা পুরগা
(লেংথোংনত্থনা)।
হুইলাবা অমোম্না খোংনা খোংনা তান্নবা
লমহুইগুম্না ইয়ুমদা চেঞ্জরগে 'সিদগী ॥৫২॥

( শকার অমসুং চেট কোয়রম্নগা চৎখি )

বিদূ — রদনিকা! নহাক্না হন্দক চোপ্পগী রাফম অসি ঈকাই থুম্ননিংঙাই ওইবা চারুদত্তগী মফমদা খঙহল্লোইদবনি। মরমদি মহাক লায়ররকপা নংথরকপনা রাত্থনা লৈরিঙৈগী মথক্তা রারম অসিমগা থঙলবদি রাবগী মথক্তা অরাবা ওইরগনি নীংঙি।

রদনি —আর্য্য মৈত্রেয়! ঐহাক রদনিকানি; মহৌশানা ঙাঙনবা নৎচদে।

বিদূ — মত্থদি অচুম্বনি।

চারু — (বসন্তসেনাদা) রদনিকা! রোহসেন হকচাঁক লাংনিংত্থনা

মফম অম্রিদা লাকপনি, হৌজিক্কি অহৌংগী মতম য়োম্রব-
নিনা ঈংলক্লে। মাবু মঙুংদা পুশিনবিয়ো, মশাদা ইন্নফি
অসিমা কুপিরম্মু। (অসি হাযদুনা ইন্নফি পী)

বসন্তসেনা—(মথন্দা) ঐবু মনাই ঙুপীনি হায়না খল্লি। (ইন্নফি
লৌরগা অমসুং মনম নম্লগা খোম্নাংনা মথন্দা) ইন্নফি
অসিদা নম্নিবা জাতিপুষ্পগী মনম অসিদি। ঈনখৎলকপা
চহীগী কেখোক মৌথোক্লীংবগী রাখলদি মচেল্লিদনা।
(ইন্নফিনা রোহসেনবু কুপশিলি

চারু — রদনিকা! রোহসেনবু পুদুনা মঙুংদা চখো।

বসন্ত— (মথন্দা) ঐদি নঙ্গী ইমুংদা চঙবা য়াবী নত্তে।

চারু — রদনিকা! পাউখুমসু পীদবা! অরাবনি—

লাইবক মরাই চায়রকপনা মীনা নংথরক্লবদি।
মরূপশ্না যেক্লবা ওৎরকই ঙুংশিরম্বসু ঙুংশিরক্তে॥৫৩॥

বিদূ — (রদনিকাগী মনাক্তা চঙলগা) মরূপ! মসিদি রদনিকানে।

চারু — মসিবুদি রদনিকানি, অমসিদি কনানো?
ইশাদা ইনবা ইফিনা খঙদবদগী দোষ পীগ্রবী।

বসন্ত—(মথন্দা) দোষ লৈরবী নত্তে, লৈতেংলবীনি।

চারু — শরৎকী নোংনা কুপ্লবী চন্দ্রলেখাগুম উরিবীসে॥৫৪॥
অমরোমদা হায়রগা মীগী ঙুপীগী মশক য়েংবা হৌদুনবনি।

বিদূষক—মরূপ! মীগী ঙুপীগী মশক য়েংবগী চিংনবা তৌবিরু-
গনু। বসন্তসেনা অসি কামদেব' মন্দির লৈকোন্দা উন্ন-
খিবত্‌দুগী হৌদুনা মরূপকী মফমদা খোয়দাগ্রবনি।

চারুদত্ত—ও! মসি বসন্তসেনা ওইরে! (মথন্দা)

নংলবা মতমদা অপাম-থুংশিগী খোৱাংবা

পোকহনখিবহু মানা।

অয়ম্বা নিপাগী অশাউবগুম ইশাদা অহুম্মক

মুৎচখি

বিদূ—মরূপ! নিংথৌগী মশেলনিপাসিনা হায়রি।

চারুদত্ত—করি হায়রি?

বিদূ—"অনৌবা নাটক উৎনবগীদমক থোরক্লবী সুত্রধারীগুম্বী সনাগী লৈতেংনা লৈতেংবী বসন্তসেনা কৌবী ওক্লবী হুপীমচা অহু 'কামদেব' মন্দির লৈকোন্দা উন্নখিবহুদগী হৌনা নঙোন্দা খোয়দাগ্রে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না নম-হানা থেম্বদা মহাক অহু নঙ্গী য়ুমদা চপ্লে।"

বসন্ত—(মথন্দা) "নম হানা থেম্বদ" হায়বা ৱাহৈশিং অসিনা ঐহাক লৈতেংলবীনি।

বিদূ—"মহু নশামক্লা পুরক্লনা ইথুঙা পীররবদি ৱায়েনশঙদা ৱাথোক লাম্নোক তৌদনা পীরব্রবনি হায়হুনা ঐগা নঙ্গা মতম কুইনা থুংশিনগনি। অহুগা মপীরত্রবদি শিবক্লাওবা য়েংথিনবা থোক্লনি।"।

চারু—(উশিত্তুনা) মহাক্তি ওম্বোক্লা পঙপ্রবা মীনি। (মথন্দ) মচা অসিদা লাইগুম্না ঈকায় খুম্নকম থোকপীনি। অহুনবু মতম অহুদা

ইম্নুংদা চথে্ৎ্রা হাযনা থৌদাক্নরবী
মানা ঐগী অৱাবা মতৌবু উরগা
চঙ্খিবমদে, ৱায়াম ঙাওবী ওইরবস্নু
ঐঙোন্দদি মকা ফোংনা ঙাওখিদে ॥৫৬॥

(ফোংনা) ইবেম্মা বসন্তসেনা! খঙঙ্দতনা মীনাই মীশলদা শীঙ্জিন্নগদবা ৱাহৈ অতু শীঙ্জিন্নরুত্না ঐহাক্না লঙজখ্রে। অতুনা হৌজিক ইকোক নোম্না হায়জরি।

বসন্ত — ইতীক চাদবা মফমদা লাকচবদগী ঐহাক লঙজরবী অমনি। মবম অসিনা ইকোক নোম্না থুরুমজত্না ইরাল কোকপীদ্ব হায়জবি।

বিদূ — ও! নখোয অনীদি তুঙঙাইনা থুরুম্নত্না তাইনবা লোকম অনীগী মতৌগুম্না মহৈ-মহৈ নকোক নকোক থেংনন্নিবোইবে। ঐহাকস্নু শামু মচাগী মথুকউগুম্না ইকোক অসি নোনত্না নখোয় অনীদা হায়জরি। (হৌগৎলি)

চারু — ফরে ওইজসনু। প্রেমগী থৌদাংদি লৈখিসনু হৌজিক্তি।

বসন্ত — (মথন্দা) ৱাঙাঙ অসিদি ওস্থোক্না শিংবগী অমস্নুং শুক্কংনিঙাইগী মশক্নি। অতুগা থোইদোকপা বার্জোন ফংদনা মীগী মযুমদা পনবস্নু ফজদে। ফরে অস্নুম্না হায়রগে। (ফোংনা) আর্য্য! করিগুম্বা ঐনা নঙ্গী থৌজাল ফংজবা য়ারবদি লৈতেং অসি য়ুম অসিদা থৈজরমগে নীংজরি। মরমদি ফত্তবা মীশিংনা লৈতেংশিং অসিগীদম্নক ইতুং ইম্নরি।

চারু — য়ুম অসিদি পোৎ-চৈ শিন্নবদা মতীক চাদবা য়ুম্নি।

বসন্ত —আর্য্য! তাকপীরিবহ্নদি চুম্নোইদবোইনা। মরমদি তাইবং-পান অসিদা পোৎ-চৈ থৈবা হায়বসিমক্তবু মীগী মথুক্তা থৈনৈ য়ুমদদি নত্তে!

চারু — মৈত্রেয়! লৈতেং অসি থমজিল্লু।

বসন্ত —থৌজ্জালবীরে। (অসি হায়রগা লৈতেং পী)।

বিদূ — (লৌরগা) ইবেম্মা! মঙ্গল ওইসন্নু।

চারু — অপণ্ডবা! থৈরম্বনিনে অসিদে।

বিদূ — (লোম্না) অদু ওইরবদি, ঐভোম্দগী হুথ্রবদি?

চারু — মতম খরগীদনি।

বিদূ — মসিবু ঐখোয়দা থৈরম্বপোৎলনে?

চারু — মানি, ঐনা অমুক হনবা খিগদবা পোৎনি।

বসন্ত —আর্য্য! আর্য্য মৈত্রেয়না ইতুং ইনবিরগা ইয়ুম চঞ্চনীংঙি।

চারু — মৈত্রেয়! মসিগী মতুং ইনবিখো।

বিদূ — কাংঙনা চৎপগুম চৎলিবী অসিগী মতুং ইনবদা নহাক্তি রাজহংসগুম নীংথিজগনি। ব্রাহ্মণ ঐদি, লম্লোং মরি ফাংবদা পুজাগী পোৎলম্ব হুইনা চাবগুম্না মীয়ামহূনা চাত্নুনা শিদোরি।

চারু — ফরে, অদুদি ইশামক্না হেক্তমক মতুং ইল্লগে। অদু ওই-রবদি নিংথৌগী লমজাওদা খুদোংথীবা নংদনবা থাউমৈ খরদং থানগৎলু।

বিদূ — বর্দ্ধমানক! থাউমৈ খর থানগৎলু।

চেট — (তুমিন্না বিদূষকতা) থাউদি লৈতনা থাউমৈ করম্না ?

বিদূ — (লোম্না চারুদত্তদা) মরূপ ! ঐখোয়গী থাউমৈশিং অসি, লায়রবা মীওইদা হুংশিবা উত্তবী, বেশ্যা (ওক্তবী) হুপী-গুম্লে, থাউ য়াওদ্রে।

চারু — মৈত্রেয় ! ফরে, থাউমৈনা কান্নদে। য়েংঙু —

হুপীগী খজাইগুম ঙোরবা, থরানমিচাক্লা খোংগলবা
থানা থোক্লি ইরংলং সড়ককী থাউমৈ ওইহনা।
অমম্ব মপৈ মরক্তা ঙোরোক ঙোবা মঙালনা
ঈকংলক্লবা লৈখোমদা তারি ষঙ্গোম্না তাবগুম ॥৫৭॥

(মৈত্রেয়না মতুং ইন্দুনা বসন্তসেনা থিল্লি। ঙৈহাক কোয়না চৎলবা মতুংদা বসন্তসেনাগী য়ুমগী থোঙ্গাল য়োরকই। চারুদত্তনা মঙোন্দা হুংশিনা হায়রকই)

ইবেম্মা বসন্তসেনা ! ইবেম্মগী য়ুমনি'সে লেঙশিনবিরো।

(বসন্তসেনা, হুংশি মিৎয়েংগা লোয়ননা চঙখি)

চারু — মরূপ ! বসন্তসেনা চঙ্খ্রে, অদুনা ঐখোয়স্সু চৎলসি লাকও। মরমদি

মী চল্লে সড়ক'সে কোম্নুং ঙাকপতনা চৎপনি।
হুরান্ চীন্থি ঙাকপতাই, অকায়বনা
অহীংনি ॥৫৮॥

(কোয়চৎ চৎলগা) সনাগী লৈতেং অসি অহীংদা নহাক্লা ঙাকদবনি, হুংখিল্লনা বর্দ্ধমানকনা।

বিদূ — নয়াথং মতুং ইঙ্গগনি। (অসি হায়রগা অনীমক চঙখি)

("লৈতেং-শিন্নবা" হায়না মিংথোনবা অহানবা অঙ্ক লোইরে)

# অনীশুবা অঙ্ক

## ( বসন্তসেনাগী য়ুম )

( * চেটী অমা চঙলক্লগা )

চেটী — করিগুম্বা পাউ অমগা লোয়ননা ঐবু ইবেম্মা বসন্তসেনাগী মফমদা মাবু পোকপীনা থারক্লি। (কোয়না চত্তুনা য়েংলগা) ইবেম্মা বসন্তসেনা করিগুম্ব রাখল অমা থন্দুনা লৈরে, মনাক্তা চঙলগে।

(ফম্ফমদা ফম্লিবী সুংশি রাখলদা লুপ্নবী বসন্তসেনা অমসুং মদনিকা উবা)

বসন্তসেনা - অচানবী! অহুদগীদি করম তোরে?

মদনিকা—ইবেম্মা! করিগুম্বা অমগুম্ তাঙনখিবা লৈত্তনা "অহুদগীদি করম তোরে" হায়বসিবু করিনো?

বসন্ত —ঐবু করি হায়গ্রবগে?

মদ — "অহুদগীদি করম তোরে"

বসন্ত —( পীশুম ঈনথৎতুনা ) ওঃ! মহুরা?

চেটী — ( চঙলক্লগা ) ইবেম্মা! "ঈরুজরগা ইষ্টদেবতাগী পুজা লোইথোকউ" হায়না ইমানা তাকপীরক্লি!

বসন্ত —অচানবী! ইমাদা হায়য়ু—"ঙসিদি ঈরুজররোই, অহুনা ব্রাহ্মণনা পাঙথোক্লসনু পুজাদি।"

চেটী — য়াম্না ফগনি হায়জরুগে। (চংখি)

* চেটী - বীনাই নুপী।

মদ — ইবেম্মা ! ভুংশিজমন্দুনা হংজবনি, কত্ত য়াথন্দা হংজবা নত্তে, ওইরিবা ফীভম অসিবু করিনো ?

বসন্ত —মদনিকা ! ঐবু করম্বা মওংদা উবগে ?

মদ — ইবেম্মগী পুক্নীংগী হৈনিংদবা মতৌ অসিদগী ঐনা খঙজবদি পুক্নীংনা তাবা কনাগুম্বা মীশক অমবু ইবেম্মনা থনবিরিমাল্লে।

বসন্ত — নঙনা খল্লিবতু চপ চানা চুম্লে। মীগী পুক্নীং খঙবদা হৈশিংবী মদনিকা নত্রদো নঙদে ?

মদ — ভুংঙাইজবা, য়াম্না পেঙবা য়ানি। ইনথংলাক্লবা পাখঙ খুদিংমক্না হয়াও-মথোয় কাবগী মশক ওইরবা কামদেবগী ময়াথংবু ইবেম্মনা ইন্নুবতনি। অদুবু তাকপীয়ু কনাবু চানবিগ্রবগে ? নিংথৌগী নত্রগা নিংথৌনা চানবা কনাগী সেবা তৌবিগদগে ?

বসন্ত —ঐদি কামগী ক্রীড়া পাম্বনি, সেবা পাম্বা নত্তে।

মদ — মহে মশিং চখোম্না হৈবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ পাখঙবু পাম্বিবরা ?

বসন্ত —ব্রাহ্মণদি ঐনা পূজা .তৌজনিংঙাইনি.

মদ — সহর খুদিং কোয়না চৎপদগী মচাক-মরল মপুং ফারবা লল্লোনবা পাখঙবু পাম্বিবরা ?

বসন্ত — মহাকপু চেংনা ভুংশিজরবা মীশুকপু হন্দোক্‌না মীয়ৈ-পাক্তা চৎপনিনা লল্লোনবা মীনা থোইদোক্না কায়নবগী অরাববু কংহল্লি।

মদ — ইবেম্মা ! নিংথৌ নত্তে, নিংথৌগী মনাই অচানবা নত্তে, ব্রাহ্মণ নত্তে, অদু ওইরবদি ইবেম্মনা পাম্লিবদি কনানো ?

বসন্ত —হেরা, নঙসু ঐগা লোয়নদা কামদেব মন্দিরগী লৈকোলদা চৎলুরবদাইনে।

মদ — চৎলুরে ইবেম্মা !

বসন্ত —অদুদি ইখঙ খঙদবগুম হংলিবদি করিগী ?

মদ — খঙজরে, ইবেম্মদা চঙজফম পীবিথিবা মহাক অদু নত্রদো ?

বসন্ত — মাগী মমিং করি হায়য়ে ?

মদ — মহাক ইনাকথুনবা লম্লোনবশিংগী কোম্লুপ্তা লৈবনি।

বসন্ত — ইহে ! নঙোন্দা হংবদি মমিংনে।

মদ — ইবেম্মা ! খ্বাই ময়াম্না ফজনা শোন্নবা "চারুদত্ত" কৌই।

বসন্ত —(হরাওনা) হোঃ ! হোঃ ! মদনিকা নঙ মুন্না খঙলম্মিদা !

মদ — (মথন্তা) মসিদুম হায়গে।

(কোংনা) ইবেম্মা ! মহাক অদু লায়রবনি হায়না তায়।

বসন্ত —অদুননি মাবু পামজরিবা। লায়রবা নিপাবু পামজবা ওক্তবা নুপীদি সুমাজদা থীনা ঙাঙনদবনি।

মদ — ইবেম্মা ! মপাল শাত্তবা হৈনৌ পাম্বীদবু খোয়মু অমোম্না তোংবরা ?

বসন্ত — অদুনবু, মখোয়বু "মধুকরী" হায়রিবনি।

মদ — ইবেম্মা ! মাবু আশা তৌবিরবদি হৌজিমক উননবা শীনবিত্রিবা করিগীনো ?

বসন্ত - তহা-তহানা মাবু লাকহল্লবদি, মহাক্তি ঐগী ইতেং পীবদা ওমসরোইদবা মীশক ওইরবনিনা তোয়না উনবা কংস-রোই, মহ্‌ থোক্তনবা হায়হুনা—

মদ — অহুনরা লৈতেং অহু মথুত্তা থৈবিরম্লিবদে ?

বসন্ত —নও য়ুমা খঙলে।

(নেপথ্যদা) হো। সনা মোহর তরাগীদমক কাহুনা থম্লম্বা জুয়ার শাম্লবা নিপা অমা চেনথ্রে, চেনথ্রে। থরা ফাবিয়ু। ঙাইখো, লেপখো ; নঙবু লাপ্পা উরে।

সংবাহক—(য়ুখল হায়দোক্তুনা লৈরিঙৈদা চেনশিল্লরুগা)

জুয়ার শাম্লবা হায়বসি অরাবনি !
পুনবদগী নাম্বোকপদা ঙায়রিবী
গাধা অমোম্মা কাওবগুম,
কাওথ্রবনিকো ঐবু চোবোর গাধা অমোমহুনা !
কর্ণগী শক্তি তানা ঘটোৎকচ থাখিবগুম
শক্তি-পো অহুনা ঐবু থাথ্রবনিকো !
জুয়ার-মপুনা পাঙন মশাং ইরি
উবদা, তাপতা চেম্লকপনিদো ঐনা।
সনা লমজাওসিদা য়োরক্লে হৌজিক্তি,
কনাদা চংলগা হিংগদগে ঐহাক ? ॥২॥

অহুনদি জুয়ার মপু অমসুং জুয়ারী অনীনা মায়কৈ অমরোমদা ঐবু থিরিঙৈগী মতুং অসিদা ঐনা ওম্লৈতনবা

মায়কৈদা ভুংহন্নবা অহাঙবা লাইশং অসিদা চঙলগা লাইহুম শাহ্না লৈরুরগে।

(অভিনয় কয়া তৌহ্না লাইগী মূর্ত্তিগুম লৈখি। মতুংদা মাথুর অমসুং অতোপ্পা জুৱারী চঙলকপা)

মাথুর—ইবুংঙো! ইবুংঙো! মোহর তরাগীদমক ফাহ্না থম্লম্বা জুৱারী চেনখ্রে। ফারো ফারো / হায় ভাইখো। নঙবু লাপ্পা উরে।

জুৱারী—পাতালদসু কুমজরু ইন্দ্রদসু চঙজরু।

ঙমগনি জুৱার মপুনা কনবিবা,

ঙম্লোই ইন্দ্রনা রুদ্রনা ॥৩॥

মাঃ —হায় অচুম্বা তৌবা জুৱার মপুবু মীনম্বা!

নশা নীক্লি কিবনা খোঙফম চোইরি

খোঙথাং থুদিং

ব'শবু, মিংচৎপু মকহনবা কদায়দনো

চেল্লিবা? ॥৪॥

জুঃ —(খোঙ্গুল য়েংলগা) অসি ফাওবদি খোঙ্গুল লৈরি, অসিদগীদি উখিত্রে।

মাঃ —(য়েংলগা ৱাখল তৌনা) হায়! খোঙ্গুল অসি ওন্নতৈননা তাইনা! অহাঙবা লাইশং অসিদা জুৱারী মীরৈহৎ অহু ভু'হন্নবা চ'তুনা চঙখ্রেনা।

জুঃ —অহুদি খিরসিদো।

মাঃ —ফরে। (অনীমক লাইশংদা চঙবগী অভিনয় তৌখি। উরগা মহৈ মহৈ ইঙ্গিত তৌরগা)

জুঃ —উগী মুর্ত্তি নত্রনে অসিবো ?

মাঃ —এঃ! নত্তে নত্তে, মুংগী মূর্ত্তিনি। (অসি হায়রবা হন্না হন্না নোম্লগা ইঙ্গিত তৌরবা খণ্ডহল্লগা) চৌবোররুম শান্নসি (অসি হায়রগা চৌবোর মওং তোংঙান তোংঙান্না শান্নে)

সংবাঃ —(চৌবোর শান্ননীংবা রাখলদগী থোকপা বিকার থিংনবা থবক মখল মখল তৌরগা, মথন্দা),

ও ! * কত্তা খোল্লাওনা চিংশিল্লি লায়রবমীগী
থম্মোইবু।
লানবুং খোঞ্জেন্না তৌবগুম ফমদাবা নিংথৌগী
পুক্লিংবু ॥৫॥
সনজীং চীংদোন্দ কারুবগা মান্নবনি জুরার
শান্নবা।
খঙই, শান্নররোই মথনবনি অহুবু কোকিল
খোঞ্জেলগুম মুংশিবা
কওা কত্তা হায়বা মখোলসিনা চিংশিল্লি ঐগী
পুক্লিংবু ॥৬॥

জুঃ —ঐনা হুনফম থোকই, ঐনা হুনফম থোকই।

মাঃ —নত্তে, ঐগীনি।

সংবাঃ —(অতোপ্পা মায়কৈদগী ফৎ চঙলক্লগা) হেঃ! ঐনা হুনগদবনি।

---

* কত্তা—হৌজিক চৌবোর শান্নবা মতমদা "পঞ্চুরী, সৌগ্রী" হায়রুনা লাউনবা অসিগুম্বা মতম অহুদা চৌবর শান্নবশিংনা লাউনবা থাহৈ অমনি।

জুঃ—নিপা অহ্ন ফংলেদো।

মাঃ—(ফারগা) হায় পোম্বালাকপা! কারেদো নুহাক, মোহর-
ভরাছু পীরো।

সংবাঃ—ভুশিন্নীগে।

মাঃ —হৌজিমক পীয়ু।

সংবাঃ—পীজগে, ঙৈহাক্ত ভপথবীথো।

মাঃ —পীজগে য়াদে; হৌজিকমক।

সংবাঃ—কোক ঙাওরে (অসি হায়রগা লৈপাক্তা ভুখি) মথোয়
অনীন' য়াম্না ফুরে)।

মাঃ —জুয়ারীশিংগী মথুত্তা তারবনি নহাকসে।

সংবাঃ—(হৌগৎলগা অরাবগা লোয়ননা) মথোয়শিং অসিনা ঐবু
কাপ্রবনি। অরাবনি, ঐথোয় জুয়ারীশিংগী কায়নবা য়া-
দবা নিয়মনি! অহ্নবু ঐনা কৈদগী পীগদবনো?

মা —অরেপ্পা মতুম অমা হায়ঘু।

সংবাঃ—অসুম তৌগে (জুয়ারীগী মশা শোক্লগা) তখায় অমদি
কোক্লো।

জুঃ —ফরে ফরে।

সংবাঃ—(কিনা কিনা চঙলক্লগা) তখায় অমদি শোয়দনা পীজগে,
তখায় অমদি কোকপীরো।

মাঃ —ফরে ফরে, করিসু কায়দে।

সংবাঃ—(কোংনা) আর্য্য! তখায় অমদি কোকপীরেকো?

মাঃ —কোকপীরে।

সংবা: —(জুরারীদা) নঙনসু তত্থায় অমদি কোক্লেকো ?

জুরারী —কোক্লবনি।

সংবা: —অত্তদি ঐ চৎলগে।

মাথুর —সনা মোহর তরা পীরমদনা কদায়দা চৎপা ?

সংবা: —লৈপাক মচাশা! অমুক্তং খনবীয়ু। হৌজিক্কা নিপা অমগী তত্থায় পীজগে হায়প্লে, নিপা অমগী তত্থায় কোক-পীরে। অতুমক্তদা ইপাঙ্গল শোনবনি হায়তুনা মোহর তরা তাল্লিবা!

মাথুর —(ফারগা) শগূন। মীতেক মীরৌ খঙলবা মাথুর হায়বত্ত ঐনি। মরম অসিদা ঐঙোম্বা মীনম্বা থবক তৌবা য়ারোই। হায়! পোম্বা লাকপা! সনাশিং অত্তু হৌজিং-কমক পীয়ু।

সংবা: —কদায়দগী পীগদগে ?

মাথুর —নপাবু য়োম্বোক্লগা হেক পীয়ু।

সংবা: —ঐগী ইপাদি কদায়দা ?

মাথুর —নমাবু য়োম্বোক্লগা পীয়ু।

সংবা: —ঐগী ইমাদি কদায়দা ?

মাথুর —নশাবু য়োম্বোক্লগা পীয়ু।

সংবা: —থৌজানবীয়ু, ঐবু নিংথৌগী সড়ক্তা পুথোকপীয়ু।

মাথুর —চৎলু।

সংবা: —ফরে। (চৎপা হৌরকই) লৈপাকমচা পূন্নমক! সনা মোহর তরানা ঐবু জুরার মপুগী খুত্তগী লৈবীয়ু। (অতিয়াদা

য়েংলগা) তাকপীখিবনু করিনো? "নঙ করি তোবা ঙম্বগে" অসিরা? ঐহাক নয়ুমদা মীনাই ওইজগে। অরাবনি! পাউথুম পীরমদনা চৎগ্রে। ফরে, অতোপ্পা অমদা অমুক হায়দ্রুনা য়েংগে। (রাহৈ অত্তু অমুকসু হায়-রকই, ওম্বোকপনিদা, মসিমস্থ ঐবু থৌওইবিদনা চৎগ্রে। আর্য্য চারুদত্তগী মচাক মরলনা ময়েং তাখিবদগী ঐসু অসুক লাইবক থীথরকপনি।

মাঃ —পীরোনে!

সংবাঃ—কদায়দগীনোনে ঐনা পীগদবসিবো? (অসি হায়রগা মখোঙদা ভুখি) (মাথুরনা চিংবা হোরে) লৈপাক মচাশা! ঐবু কনবীয়ু, ঐবু কনবীয়ু।

(মতুংদা দর্দুরক চঙলকই)

দর্দুরক—জুরার হায়বসিদি মীগী মফমদদি লেপ্পমক সিংহাসন য়াওদবা নিংথৌগী লৈবাক্নি।

জুরারনা

মায়থীরবসু মরম অমনা রাওইনা তৌদে করিসু,
লৌশিললকই পীথোকখি মতম খুদিংদা লনবু,
মপাল নাইদবা শেল-থুম ফংলিবা মহাকপু থোইদোক্না
মরল মথুম লৈবা মীশিংনা সেবা তৌজবনিকো ॥৭॥

অমসু,

লন ফংহনবসু জুরারতনি; সুপী. মরূপসু ফংহল্লি জুরারনা;

জুবারগী মপান্দগী কয়াম'ম খুদোল তৌগ্রে, কয়া'মা
চাগ্রে ॥৮॥

অমসু,

ত্রেতা ১ পো থোক্লকপদগী ইরল তুম্নবনি ঐহাক্তি,
কংগ্রবনি ইশা পাবর ২ লান্না তারকপদগী
নর্দিতনা ৩ উহল্লে ঐঙোন্দা চেন্নবা লন্বীসু
কট ৪ গী মপান্দগী হৌজিক্তি লৈখা তানা মাঙলে ॥৯॥

(মাঙদা য়েংলগা) ঐখোয়গী মমাংঙৈগী জুরার মপু মাথুর মায়কৈ অসোমদা লাক্নি। ফরে. মাবু থৈবা ঙম্নরোই, অদুনা ইন্নফিনা ইশাসি কুপশিল্লগে ঃ( অভিনয় কয়া তৌদুনা, লৈথি মতুংদা ইন্নফি য়েংলগা)

ফি অসি লং য়াওগ্রে, কয়াসু হুৎলবনি।
হকচাং কুপ্পা য়াররোই ফি অসিনা ঐগী,
অদুনা হৌজিক্তি ফি অসি থুপচিন্দুনা
থম্বনা ফবদা তারে খল্লক্লে ঐনা ॥১০॥

নত্রগা, করিসু লৈতবা অসিনসু ঐঙোন্দা করিবু তৌজরগদগে?

খোঙ নাম্মবু আকাশদা নাম্মবুনা লৈখাদা
লৈথোকপা ঙ'ম্ম থমদুনা থোক্লিবফাওবা হুমিংনা ॥১১॥

মাথুর—পীরো, পীরো।
সংবাঃ—কদায়দগী পীগনি?
মাঃ —(ফারগা চিংলকই)

(১)—(৩.৭.১১.১৫। (২)—(২.৬.১০.১৪)। (৩)—(১,৫.৯.১৩)।
(৪)—(৪.৮.১২.১৬)।

দর্দ্দুঃ —হেঃ ! মাণ্ডদা তৌরিবসিনা করিনো ? (নোংথক্তা) অদোম্না করি তাকপীথিবা ? "জুরার মপুনা জুরারী অসি পুল্লি, তৌইগুম্বস্নুং কনা অমত্তা মাবু থাদোকপীদে" অসিরা তাকপীরিববো ? দর্দ্দুরকনা মাবু থাদোকপীনি। (নাক্ত চণ্ডশিল্লগা) থিত্তা চঙ্গে, থিত্তা চঙ্গে। মীনম্বা মাথুর লৈরম্মিবা ? তোল্লবা সংবাহক অসিস্নু।

হুমিৎ তাবা ফাওবা তুমিন্না মকোক লুক্না য়ান্দুনা
লেণ্ডদনা লৈবা ওমদবা, মচেক নাইবা ত্তেম্পাক্না
লংবদা মনম ভংত্রিবা, অথৌবা হুইনা নিত্তিগী
থোংলবা মকৈদা লাক্তি্রবা থোংনা রাং চাউরবা
মানা চৌবর শান্নবনা কান্নবা করি লৈরিবা ? ॥১২॥

ফরে, মাথুরবু ঈংথহনগে। (মনাক্তা চণ্ডলগা)

মাথুর ! থুরুমজরি।

মাথুর —(থুরুম্বা ওকই)।

দর্দ্দুঃ —তৌরিবসিবু করিনো ?

মাঃ —সনা মোহর তরাথক নিপা অসিনা পুরী।

দর্দ্দুঃ —মত্তদি মীৎকুপ্তা লোইবা পোৎনি।

মাঃ — (দর্দ্দুরকগী শেগাদা তাশিন্দুনা য়েপ্লিবা ফি অহু চিংহুনা পুথোক্লক্লগা) ইবুংঙোশিং পুন্নমক ! য়েংবিয়ু—নিপা অসিনা মশাদি শেগায়বা ফিনা কুপ্লি অত্তুগা মোহর তরাবুদি মীৎকুপ্তা লোইবনি হায়রি।

দর্দু: — হে অপঙবা ! সনা মোহর তরা অদুদি "কট" থোক্লবা লংলগা হেক্তা ঐনা পীথোকপা ঙম্মী। মরল লৈবা মীনা মরলবু মথাদা হাপ্পুনা উৎপরনে ?
নঙদি তোল্লবা জাতিনি পরলোকুগী মাঙলবনি।
সনা মোহর তরাগী ইন্দ্রিয় মঙাশুবা মীবু হাৎলিবনি ॥১৩॥

মা: — মহাশয় ! সনা মোহর তরা'সে নঙোন্দদি করি লৈতবা ওইবা য়াই ; ঐগীদি মসি সম্পত্তিনি।

দর্দু:— অদু ওইরবদি য়া অসি তাও ; অতোপ্পা সনা মোহর তরা অমগা মঙোন্দা অমুক পীথো। অমুকসু জুয়ার শান্নসনু।

মা: — মদুনা করি তৌগদবা ?

দর্দু — মানা ঙম্লবদি পীগনি।

মা: — মানা ঙমত্রবদি ?

দর্দু:— ঙমত্রবদি পীরোয়।

মা: — নঙগা য়ারেম ঙাঙনবসি চুমদ্রে। শাগূন নঙনা অদু হায়রবদি নঙ পীরোদনা। ঐসু মাথুর কৌবা শাগূন্নি ; নঙগুম্বনা ঐঙোন্দা ঠগ তৌবা ঙমজরবদি চৌবর অমুক শান্নর-রোই। অতোপ্পা কনাবু কিবসু লৈতে। শাগূন ! লমচৎ নাইদবা।

দর্দু: — লমচৎ নাইদবা হায়বু কনানোনে হায় ?

মা: — নঙনিদনা।

দর্দু: — অদুদি নথোয়' নপানি ( সংবাহকতা চেন্নবা ইঙ্গিত তৌথি )

মাঃ — হে ওক্তবী মচা! নও অসুম্না জুরার শানথিবরা?

দর্দু ঃ — ঐ অসুম্না শান্নখি।

মাঃ — সংবাহক! সনা মোহর তরা অতু পীরো।

সংবাঃ — ঙসি পীজগনি, পুন্নমক পীজগনি।

মাঃ — (ফাহুনা চিংবা হৌখি)

দর্দু ঃ — অপঙবা! ইতুংদা ফাবা পুনবা য়াগনি, ইমাঙদদি য়ারোই। (মাথুরনা সংবাহকপু চিংলগা মনাতোন্দা থুহন্না শুই। সংবাহক ঈ-তাহুনা লৈপাক্তা তুবগী অভিনয় তৌখি। দর্দুরকনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা অনীগী মরক্তা তুহুনা খনথি। মাথুরনা দর্দুরকতা ফুখি, দর্দুরকনসু মাথুরদা ফুখি)।

মাঃ — হায়! ওক্তবীগী মচা! মসিগী মহে নহাকসু ফংলকথিগনি।

দর্দু ঃ— অপঙবা! লম্বীদা লৈরিঙৈমক্তদা নঙনা ঐবু ফুথিবনি, হয়েং করিগুম্বা কোর্টংদা অমুকসু ফুহল্লক্লবদি মতুগী মহেসু য়েংক্নৌ।

মাঃ — ফৈ য়েঙ্গনি।

দর্দু — করম্না য়েংগদৌরিবা?

মাঃ — (মমিৎ অনী লাওথোক্লগা) অসুম্না য়েংগনি। (মাথুরগী মমিৎ অনী অতু উফুল চাইশিল্লগা সংবাহকতা চেন্নবা ইঙ্গিত তৌই। মাথুর মমিৎ অনী পায়হুনা লৈপাক্তা তুখি। সংবাহক চেনখি)।

দর্দু ঃ — (মথন্দা) ঐহাক জুরার মপু মাথুর হায়বসিগা য়েংথিনরে; অহুনা মফম অসিদা লৈবা হৌনদ্রে। চান্নরবা মন্নাপ

শর্বিলকনা ঐঙোন্দা হায়খি— "সিদ্ধপুরুষকী মরানা আর্য্যক কৌবা গোপ মচা অমনা নিংথৌ ওইগনি; অতুনা ঐখোয়গুম্বা মীশিংনা মাগী মতুং ইন্নরি।" অহনা ঐস্ মাগী মনাক্তা চৎলগে। (অসি হায়রগা চৎখি)

সংবাঃ— ( কিনা কিনা, চৎনা চৎনা য়েংলগা ) কনাগুম্বগী য়ুমগী থোংনাউ হাংতুনা লৈরি। অতুনা য়ুম অসিদা চঙলগে।

(চঙবগী অভিনয় তৌরগা, বসন্তসেনাবু ··· ···)

আর্য্যে! ঐ নঙোন্দা চঙজরবনি।

বসন্তঃ– চঙজরক্লবা নঙগী করিস্ কিনিঙাই লৈতে। চেটী! থোঙ অতু থিংজিল্লু।

চেটী – (থোঙ থিংজিনখি)

বসন্তঃ নঙনা কনাবু কিবনো?

সংবাঃ— ইবেম্মা! শেনবুবু।

বসন্তঃ— হৌজিক থোঙচু পোরোল থাজিল্লু।

সংবাঃ— (মথন্দা) মাস্ ঐগুম্না ইনাকথুনববু কিরিনা! অতুনা মীনা হায়নরিবসি চুম্মীদনা—

মশাগী মপাঙ্গলনা খঙলগা চানবা অরাম্ববু পুরিবা।
মানা তুদে কদৌৈঙদস্ রাদে ফত্তবা লম্বীদস্ ॥১৪॥

রাহৈ অসি ঐগীদমক্তা হায়বচুম থোক্লে।

মাঃ —(মমিৎ তৈথোক তৈথোক্লা জুরারীদা) হায়! পীরো, পীরো।

দ্যূতকরঃ—ইবুংঙো! ঐখোয়না দর্দুরককা খৎনরিঙৈগী মন্থুংদা মহাক্তি চেনখ্রবনি।

মাঃ — ঐনা খুত্থম্না শুবদা জুৱারী অহুগী মনাতোন অহু কায়থ্ৰবনি। লাক্লো ঈ তাবা মতুং ইস্সি।

(ঈ তাবা মতুং ইল্লগা)

দ্যুতঃ— ইবুংঙো! মহাক্তি বসন্তসেনাগী ময়ুমদা চঙখ্রে।

মাঃ — অহু ওইরবদি সনাশিং অহুদি ফংলেদনা।

দ্যুতঃ— নিংথৌকোন্দা চৎলগা তাকলুসিরা?

মাঃ — (অহু ওইরবদি) কল্রবা মীরৈহৎ অহু মফম অমদা চেনখিগনি। বসন্তসেনাদা হায়জহুনা লোৗহৌসি।

( বসন্তসেনানা মদনিকাদা ইঙ্গিত পীখি )

মদনিকা—অদোম্বু কদায়দগী লেঙবীরকপনো? অদোম্ব কনানো? কনাগী মচানো? করি থবক তৌহুনা হিংবিবনো? কনাবুনো কিবিরিবনা?

সংবাঃ—তাবিসি ইবেম্মা! ঐগী পোক্লফম্না পাটলীপুত্রনি, ঐ যুম্বুরেন অমগী মচানিপানি; মীগী হকচাং নোইহুনা হিংজবনি।

বসন্তঃ— অদোমদি থোৎ-নৌরবা কলাবিদ্যা অমা হৈবিদনা?

সংবাঃ— ইবেম্মা! কলা অমনি হায়হুনা তমজখিবনি, হৌক্রিক্তি হিংনবগী উপায় অমা মসিনহুম ওইররে।

মদঃ — অদোম্না ওস্থোক্লা দায় হল্লবা পাউথুম পীবিরে: মতুংদা করম তৌরে?

সংবাঃ—অহুদগীদি ইবেম্মা! ঐনা য়ুমদা লৈরিঙৈদা লংফৈ কোয়না চৎপশিংগী মচিন্দগী তারহুনা অঙকপা লৈপাক য়েংনীংহুনা অবন্তী/ লৈপাক্তা লাকপনি। অসিদা ঐনা লাক্লগা

উজ্জয়িনী নগরদা চঙলগা অচৌবা নিপা অমগী সেবা
[illegible] জ, রাঙাঙ লেম্রি,
শোন্দবা ( পন্দবা ) নিপানি, মাগী ফত্তনবা তৌখিবা
য়োনা কাউথোকপনি। থোইনা হায়তুনা কৈদৌগদগে—
ফমনখিবমক্তনা মশাবু মশ্রানা মীগীনি খন্দোকপা অমসুং
চঙজরকপশিংবু চানবীহৈবনি।

মদঃ — আর্য্যা বসন্তসেনানা পামজবা মীগী গুণবু হুতুনা উজ্জয়িনীবু লৈতেংলিবা কনানো ?

বসন্তঃ— চুম্মি চুম্মি, ঐসু পুক্নিংদা অসুম খল্লম্মিবনি।

মদঃ — ইবুংঙো অতুদগীদি ?

সংবাঃ— ইবেম্মা ! পুকচেল চাউরবা অতু হৌজিক থৌজ্রানগী দানদগী—

বসন্তঃ— মরল লৈখিত্রবা ?

সংবাঃ— ঈহায়সু হায়দনা ইবেম্মনা হেক্তা খঙবিরে।

বসন্তঃ— মরম অসিদা খঙনিঙাই অমা করিনো ? গুণগা লনগা মফম অমদা পুন্না লৈবা হৌনদে। থকপা য়াবা পুথৌদা ঈশিং য়াম্না লৈবা হৌনৈ।

মদঃ — ইবুংঙো ! মাগী মমিংদি করি কৌই ?

সংবাঃ—ইবেম্মা ! লৈখাদা লৈবা থা'তুগী মমিংবু কনা খঙদবা য়াওবগে ? মহাক লল্লোনবশিংগী লৈকাইদা লৈ, মাগী থাগৎনিঙাই ওইবা মমিংদি আর্য্য চারুদত্ত।

বসন্তঃ—( হরাওবগা লোয়ননা আসনদগী কুমথরগা ) য়ুম অসি মহাশয় নশাগীনি। তাবরা ? আসন অমা পীয়ু, হুমাই পায়য়ু. য়াম্না ন্নারবনিসে।

( মদনিকা মহুমক তৌখি )

সংবাঃ—(মথন্দা) আর্য্যচারুদত্তগী মমিংদং পনবদা অসুক লুনা তৌরিবদি করিননো ? আর্য্যচারুদত্ত! ফজে, ফজে। থিবীদা অচঙবা নিপা হায়বহুদি নথন্দানি, অতে মীশকশিংদি স্বর হোল্লি হায়বদনি। (অসি হায়রগা বসন্তসেনাগী মখোঙদা তুরগা) ফরে, ইবেম্মা! আসনদা লেঙশিনবিয়ু।

বসন্তঃ— (আসনদা ফম্লগা) ইবুংঙো! মহাক অহু করিদগী ইনাক খুনবা ওইরিবনো ?

সংবাঃ— অফবা মীগী মরলদি ঈকায়থুম্নবনতনি'তোপ্পবু।
অতোপ্পগী সম্মান খঙদবা কনাগী মরল য়াঙদবা লৈ,
মীবু সম্মান তৌগনি খঙবা মহাক্না সম্মানগী মওংস্থু
থংহি ॥১৫॥

বসন্তঃ— মতুংদা করম তৌরে ?

সংবাঃ— মতুংদা মহাত্মা অহুনা ঐবু অন্নামন পীহুনা মনাই ওইহনবীরে। মতুংদা মহাক্কী ফজবা লমচৎ অহুমক্তা মঙায়রবদদি ঐহাকসু জুরার শান্নবা মী অমা ওইরে। অহুদগী ইন্নাইবক্না ফত্তবনা সনা মোহর তরাখক জুরারদা থাদোকপ্রে।

মাঃ — ঐবু মুৎহল্লম্নবনি, ইপোৎ হুগ্রবনি।

সংবাঃ— জুয়ার মপু অসিনা অমসুং দ্যুতকরনা ঐবু থিরি। মসি পুন্নমক তারগা ইবেম্মনা অসুম তৌবিগে হায়বত্থমঙাই।

বসন্তঃ— মদনিকা! মকোল শাক্ষম ওইরিবা উপাননা তেকথ্রবদি উচেকশিংনা পাইথোকথিবা হোনবনি। অতুনা নহাক চৎলো, 'সংবাহকনা পীরকপনি' হায়ত্থনা জুয়ারমপু অমসুং দ্যুতকরদা থুৎকী থুঙ্গী অসি পীরু।

(অসি হায়ত্থনা থুত্তগী থুঙ্গী হুক্তোক্তুনা মদনিকাদা পী)

মদঃ — (লৌরগা) য়াম্না ফগনি।

( অসি হায়রম্লগা চৎখি )

মাঃ - ঐবু মৃৎহৎল্লম্লবনি ; ইপোৎ হুথ্রবনি।

মদঃ - (মথন্দা) মথোয় অনী অসি মথক্লোমদা য়েংলি, স্বর মপী হোল্লি অমসুং থোঙদা য়েংত্থনা ৱারী শারি ; অত্থনদি অনী অসি জুয়ারমপু অমসুং জুয়ারী ওইগদমাল্লে খল্লি। (মনাক্তা চঙশিল্লগা) মহাশয়। থুরুমজরি।

মাঃ — নঙগী হুংঙাইবা ওইসনু।

মদঃ — মহাশয়! নথোয় অনীগী মহুংদা জুয়ারমপু কনানো?

মাঃ — থ্বাংজেঙবী নহাক্কী নচিনবান্দো রত্তিগী<br>
মতমদা নায়কনা চীকথ্রবনি ময়ানা।<br>
মিৎচিনদি য়েংত্থনা পুক্নীং হুবা ৱাহৈবু<br>
হায়রিবা নহাকসে কনাগীনো হায়যুবা ॥১৬॥

ঐদি লন লৈবা নত্তে, অতোপা মক্ষম পাংথ্রো।

মদঃ — অদোম্না অসুম হায়না ভাকপীরিবনিনা জুয়ারীদি নত্রে

অদোমগী করিগুম্বা খরদং পুখি-লাকখিবা কনাগুম্বা লৈ-লাকপ্রা ?

মাঃ — সনা মোহর তন্না পুখিবা মী লৈ। মাগী করি তৌরবগে ?

মদঃ — মাগীদমক আর্য্যা বসন্তসেনানা খূজ্ৰী অসি পীনবীরক্লি। নত্তে, নত্তে মহাক্না (পুখিবা মী) পীরক্লিবনি।

মাঃ — (হরাওনা লৌরগা) জাৎকী মচা অত্থদা 'নঙগী পোম্বা অত্থ শিংলে, খর হায়য়ু। অত্থনা মহাক অমুক লাক্তুনা জুব্লার শান্নবা য়ারগনি।

( অসি হায়রগা চৎখি )

মদঃ — (বসন্তসেনাগী মনাক্তা চঙলগা) ইবেম্মা ! জুব্লার মপু অমস্মুং জুব্লারী অনী অত্থ মথব্লায় পেল্লত্থনা চৎখ্রে।

বসন্তঃ— (সংবাহককী মফমদা) অত্থদি অদোমস্মু লেঙ্ঘিব্লো, পরি-বার পূন্নমক পূক্লীং লৈতাবা ওইরসন্থু।

সংবাঃ— ইবেম্মা ! অস্মুক চানবিথ্রবনিনা ঐবু হকচাং নোইনবা ননাই ওইনা থম্বিয়ু।

বসন্তঃ— মহাশয় ! কলাবিদ্যা অসি নহাক্না মাগীদমক তমখিবা, মাগী সেবাবু হান্না নঙনা তৌখিবা, মহাক অত্থবু হৌজিকস্মু সেবা তৌবিরু।

সংবাঃ— (মথন্দা) মসিনা ঐবু হৈশিংনা লৎনবিরে। করম তৌনা ঐনা মসিগী লম্মন শিঙ্গনি !

(ফোংনা) ইবেম্মা ! জুব্লারীশিংনা পীবা মায়থীব-সিদগী ঐ বৌদ্ধসন্ন্যাসী ওইজরগনি। সংবাহক কৌবা

জুয়ারী অতু বৌদ্ধ সন্ন্যাসী ওইখ্রে হায়বা ময়েকশিংসিদদি ইবেম্মনা নীংশিংবিগনি।

বসন্ত:—মহাশয়! অরুবা থবক্তা তহা তহা লেপথোকপা য়াদে।

সংবা:— ইবেম্মা! ঐদি লেপচগ্রবনি।

( অসি হায়রগা কোয়না চৎলগা )

জুয়ারনা ঐহাকপু চোপহনখি পুন্নমকী মমাঙদা।
ইকোক থাঙ্গত্তুনা হৌজিক্তি সনা লমজাওদা
চৎলগনি ॥১৭॥

( নেপথ্যদা নিল্লকপা )

সংবা:— (তারগা) হায়, করিনো? (নোংথক্তা) করি হায়বা? "বসন্তসেনাগী খুণ্টমোড়ক কোবা ফগ্রবা শামুনা পুন্নমকপু ওৎ-নৈরে" হায়রিবা? যরে, চত্তুনা বসন্তসেনাগী অঙাওবা শামু য়েংলুখিগে। অতুদা মসিনা ঐঙোন্দা করি কান্নগনি? ঐনা তোগে লেপখিবত্থ তোগে। (অসি হায়রগা চৎখি) (অতুগী তুংদা য়ুখল হাইদোক্তুনা লৈরিঙৈদা তগুপ-তরেং নীংথিরবা ফীজোল শেৎলবা কর্ণপূরক চঙলকপা)

কর্ণপূরক—আর্য্যা বসন্তসেনা কদায়দা, কদায়দা?

মদনিকা—হায়! ফত্তবা নঙনা অশুক তথক-তথক্লিববু করিগীনো? নমাঙদা লৈরিবা আর্য্যাবুসু উদ্রিবা?

কর্ণ:— (উরগা) ইবেম্মা খুরুমজরি।

বসন্ত:— কর্ণপুরক! মায়থোং মকা লাম্মা উববু করি তৌরবগে?

কর্ণঃ — (ঈঙক-ঙক্লা) ঙসি ঐগী ইথৌনা ইবেম্মনা উবিহৌদবদি মিৎ পানবগী কান্নদবনি।

বসন্তঃ — কর্ণপুরক! মাহুদি করি করিনো?

কর্ণঃ — তাবিয়ু ইবেম্মা—ইবেম্মগী থুণ্টমোড়ক কৌবা ফত্তবা শামু অহুনা পুন্নবা য়ুম্বী থুদেক্লগা মউৎপু হাৎলগা অঙকপা উপদ্রব তৌহুনা নিংথৌগী সড়কতা য়ৌরকপা মতম অহুদা মীয়াম্না লাউনরকখি—

অঙাংশিংবু থৈদোকউ উদা য়ুমদা কাখৎলু।
অঙাওবা শামু অদোমদা হাইজিল্লকপা উদরা? ॥১৮॥

অমসু

নুপুর পুংবা তাহৌরে, তৎহৌরে মণিথাম্ব মেখলা।
রত্ন পিশক থাম্লবা, ফজরবা খুজি নাম্বহৌরে ॥১৯॥

অহুদগী অঙাওবা শামু অহুনা মনাতোন, মখোঙ, ময়ানা অশাৎপা থম্বালবু তৌবগুম উজ্জয়িনী নগরবু নৈহত্তুনা লাকপদা পরিব্রাজক (লম্বোইবা) অমবু ফাখ্রে। পরিব্রাজককী মথুত্তগী দণ্ড অমসুং কমণ্ডলু তাখি। শামুনা মহাকপু ঈশিং মরীক মরীক্লা চোৎহল্লগা ময়া অনীগী মরক্তা হুঙ্গৎখিবহু উরগা অমুকসু মীয়াম্না লাউনরকখি—"মাঙলে, মাঙলে! লম্বোইবা অসি শিরে।"

বসন্তঃ—(থুকৎপগা লোয়ননা) এঃ! অরাবনি, অরাবনি!

কর্ণঃ — থুকৎপিগনু ইবেম্মা! তাবীসি। মতুং অহুদা শামু অহুনা য়োৎহেলো কোহেলোশিং অহু থদৎলগা য়েৎলোম ওয়রোমদা

লংথোক্লগা য়ারক্তা থল্লম্বা পরিব্রাজকপু পুহ্না চৎখিবহ্ উবদা কর্ণপূরক ঐনা—নত্তে নত্তে নঙগী নচেঙনা য়োকপীবা ননাইনা--ওয়রোমদা চৎলগা জুব্লারী সংবাহককী (হৌজিক্লা লম্বোইবা ) মফমদা হোনা 'কিগন্' 'কিগন্' হায়না লাউরগা দোকান অমদগী য়োৎশূক অমা পরপ পরপ লৌরগা অঙাওবা শামু অহ্বু কৌরম্মী।

বসন্তঃ—অহ্দগীদি ?

কর্ণঃ — বিন্ধ্য চীংদোনগুম্লবা শামুবু শাউনা ফুরগা।
য়ারক্তা লৈবা মহাকপু ঐনা থাদোকপীরমই ॥২০॥

বসন্তঃ—নঙনা তৌবা য়াম্না ফখ্রে। অহ্দগী করম তৌরে ?

কর্ণঃ — আর্য্যে! অহ্দগীদি "কর্ণপূরক! ফজ্জে, ফজ্জে" অসিদং হায়হ্না অরাম্বনা থল্লবা অচেপ্পা হিগুম্না উজ্জয়িনী অসিমক মায়কৈ অমরোমদা পুমচেপ চেপখি ইবেম্মা! অহ্দগী নিপা অমথক্লা মথূৎনা মারুবদা মশাদা অলঙ্কার অমফাওবা য়াওদ্রে খঙলবদা মথক্তা য়েঙখৎলগা স্বর ফুইনা হোল্লগা ইন্নফি অসি ইথক্তা লংশিল্লকখি।

বসন্তঃ—কর্ণপূরক! ইন্নফি অসি জাতিপুষ্পগী মনম নম্বরা য়েংউ।

কর্ণঃ — ইবেম্মা! শামু অহ্গী মচুম মনমদা নমথ্রহ্না মহ্গী মনমদি নীংথিনবু খঙজদ্রে।

বসন্তঃ—মিং থাবরা য়েংউ।

কর্ণঃ — মিং য়াওরি (থারি), ইবেম্মনা পাবিয়ু।

( অসি হায়রগা ইন্নফি অহ্ পীশিল্লি )

বসন্তঃ—"আর্য্য চারুদত্তগী"

(মসি পারগা য়াম্না পাম্না লৌরগা মশাদা কুপশিনখি)

মদঃ — কর্ণপূরক ! ইন্নফি অসি ইবেম্মদদি ওন্থোক্লা ফজখ্রেদা।

কর্ণঃ — চুম্মি, ইবেম্মদদি ফজখ্রে।

বসন্তঃ—কর্ণপূরক ! মসি নগুগী মনানি।

(অসি হায়রগা মশাদা পী)

কর্ণঃ — (মকোক্ত হাপ্পগা খুরুম্মি) ইন্নফি অসি হৌজিক ইবেম্মদনা হেন্না ফজবনি।

বসন্তঃ—কর্ণপূরক ! হৌজিক আর্য্য চারুদত্ত কদায়দা লৈহৌরি ?

কর্ণঃ — সঙ্গায় প্যাংনা লম্বী অশোমদা লেঙলকহৌরে।

বসন্তঃ—মদনিকা লোয়নবী ! লাউ, মথক্তী থোগুগী নাক্তী য়ুমগ্রক্তা কারগা আর্য্য চারুদত্তবু য়েংশি।

(পুম্নমক চৎখি)

('জুরারী সংবাহক' হায়না মিংথোনবা অনীশুবা অঙ্ক লোইরে)।

# অহুমশুবা অঙ্ক

## (মতুংদা চেট অমুক চণ্ডলকই)

চেট — পুকচেল ফজবা মনাইবু চানবা মপুদি লায়রবশু কৈ।
ফত্তবা, লনগী নাপলচেনবা মপুদি কিনিঙ্খাই ওইরকই
লুবনি থনবদা ॥১॥

অদুগা

লৌ পাম্বা ষণ লাবা লুই থাম্বা, মীগী মুপী পাম্বা
নিপাবুম্নু।
জুরার পাম্বা নিপা থাম্বা লুই মীগী ফত্তবা মহৌশাম্নু ॥২॥

মতম কুইগ্রে, আর্য্য চারুদত্তনা ঈশৈ তাবা লেঙখিবা অহীংতগ্খাই য়ৌথরে, অসি ফাওবা লেঙলক্লে। অদুনদি মপান-থোঙগী শঙদা তুম্মুখিগে।

( মদুমক তৌখি )

( চারুদত্ত অমসুং বিদূষক চঙলকই )

চারুদত্ত—অঙকপা ফংনা ফজনা রেভিলনা ঈশৈ শকখি। ঐনা অমম্নু খল্লি—বীণা হায়বসি সমুদ্রদগী থোকহবা রত্ন অমনি। মরমদি—

বীণা, উৎকণ্ঠা লৈবা মীশিংগী পুক্লীং তাবী মতানি,
মুংশিনবশিংগী উনবা থীল্লবদা মতম লেন্নবগী পাম্বৈনি।
থাইন মৈশা লাংবশিংগী পুকতপহনবী চান্নথোইবীনি,
অপাম্বশিংগী পাম্বা হেলহনবা হরাওবগী মরম্নি ॥৩॥

বিদূষক—মল্লপ! যুমদা চৎসি লাকও।

চারুঃ — অঙকপনি! হৈরবা রেভিল্লনা কয়াদা ফজনা শকখ্রবা!

বিদূঃ — অদুবু ঐদি মরম অনীগী নোকপু নোক্লিংই। (অহানবা) মুপীনা সংস্কৃত থীবা। (অনীশুবা) নিপানা মখোল পীক্লা শকপা। মনাতোম্দা নাবেং নৌনা থাংলগা ষণবীনা তৌ-গুম মুপীনা সংস্কৃত থীবা মতমদা য়াম্না "স্" "স" তৌই।

অমসুং অকংবা লৈ পবেং শিবা মন্ত্রজপ তৌবা অহল ওইরবা পুরোহিতকুম্না খোম্থাং পীক্লা ঈশৈ শকপা নিপা, ঐনা য়াম্না হৈনজদে।

চারু: —মরূপ! শৈশক হৈবা রেভিলনা ওসি ফজম্না শকখি। নঙনা হুঙাইবা ঙমদ্রিবদি করিগীনো?

ঈশৈ অত্থনা মহাক্কী অনুরাগ পোকহল্লি,
হুঙাইবনি তাবদা স্বর মতিক চাবনি থক-থা অনীদা।
ময়েক তশেংতশেংই, থোৎলি পুক্লিংচিংশিল্লি,
কৈদৌননি ফনা ঐনা থাগৎলুত্থনা, খল্লি ঐনা
কনাগুম্বী মুপীনা শক্লোক্নুনা তুমিন্না রেভিল ওইনা
শকখিবনি ॥৪॥

অমসু

শকপগী মতম লোইপ্রবসু ময়েক্কী হাইগৎ-হাইথদা
হৌবা মেঙবা লায়নসু থিংবা রাগগী মতমদা
অনীরক হন্না লাউথিবা স্বরগী তাংথক
অমেঙবা য়াহে অমসুং ঈশৈগা লোয়্না নপ্পবা
বীণা তন্ত্রী মখোলবু তানা তানা চৎপগুম তৌরি
ঐনা ॥৫॥

বিদূ:—মরূপ! কৈথেল মনুংগী লম্বীগী মচি অমদা হুইশিংনসু হুঙাইনা তুম্মি। অত্থনা ঐথোয় মুমদা চৎসি। মরূপ! য়েংউ, য়েংউ—ভগবান্ চন্দ্রদেবসু অমম্ব শন্দোয়বগী মফম পীরগা অ'তিয়া মকোয়গী কোহুংদগী কুমথরক্লি।

চারু:— নঙনা হায়বা চুম্মি।

ঈরূপ্প শামু লমশাগী অথৌবা লুপ্তবা য়াতোনগুম্বা।
রাংলবা থানা তারি 'মম্বগী শানফম পীত্বনা ॥৬॥

বিদূ:— মরূপ! মসি ঐখোয়গী যুমনি। বর্দ্ধমান! বর্দ্ধমান থোঙ হাংদোকউ।

চেট — আর্য্য মৈত্রেয়গী খোল তায়; আর্য্য চারুদত্ত শোয়দনা লেঙলক্লবনি; অত্তুনা মহাকীদমক থোঙ হাংগে। (হাংলগা আর্য্য! থুরুমজরি, মৈত্রেয়! থুরুমজরি। থারিবা আসন অনী অসিদা ইবুংঙো অনীমক্না লেঙশিনবীয়ু।

(চারুদত্ত অমসুং বিদূষক অনীমক অভিনয় তৌত্বনা চঙলক্লগা ফমথি)।

বিদূ:— বর্দ্ধমান! থোঙ হাম্নবা রদনিকাবু কৌ।

চারু:—(থৌজালগা লোয়নননা) অত্তুম্বা মীবু হোৌদোকপা কান্নদে।

চেট — আর্য্য! মৈত্রেয়! ননাইনা ঈশিং থাজগে। থোঙ শেং-দোকপিরসি।

বিদূ:— (শাউনা) মরূপ! মীনাইহুবীগী মচা শক অসিনা ঈশিং পায়বা, ঐ ব্রাহ্মণনি, ঐবু ঈশিংহৈহনা নঙগী থোঙ হামহনগদবা!

চারু:— মরূপ! মৈত্রেয়! ঈশিং নঙনা পায়রো, বর্দ্ধমাননা থোঙ শেংসনু।

চেট — আর্য্য! মৈত্রেয়! ঈশিং পীবিরো।

(বিদূষকনা মতুমক তৌই। চেটনা চারুদত্তগী মখোঙ হাম্নগা চখোকখি)।

চারুঃ— ব্রাহ্মণগী খোঙ শেংনবা ঈশিং পীয়ু।

বিদূঃ—ঐগী খোঙ শেংনবা ঈশিং পীহুনা করি কান্নগনি? ঐদি চৈ চারবা গাধাগুম্না লৈপাক্না ওনগদৌরিবনি।

চেট — আর্য্য! নহাক ব্রাহ্মণনি।

বিদূঃ—ঐদি লিনশিংগী মহুংদা লিল্লবোপকুম্বা ব্রাহ্মণনি।

চেটঃ— আর্য্য! মৈত্রেয়! অদুমক ওইরবস্ু শেংদোকচগনি। (মতু তৌরগা) আর্য্য! মৈত্রেয়! সনাগী অলঙ্কার অদু অসিনি। ঐগীনা হুংখিন্দা অদোমগীনা অহীংদা (শেন্নবগী নিয়ম ঙাকদৌবদি) অতুনা লৌশিনবিসি।

বিদঃ (লৌরগা) মসি ঙসি ফাওবা লৈরি। ফত্রবা, তুম্বা হাপ্পা য়াহন্দবা অলঙ্কার অসিবু হুদবসি উজ্জয়িনী অসিদা হুরানববু লৈত্রবরা? মরূপ! মসি মহুংগী চতুঃশালাদা থমজিল্লুরগে।

চারুঃ— চতুঃশালা মহুংদা পুশিন্দুনা কান্নদে,
অলঙ্কার অসি ওক্ত হুপীনা শীজিন্নরম্বনি!
মহাক অদুগী মথুত্তা শিন্নখিদরিবা ফাওবদি
ব্রাহ্মণ নহাক্না নশাদা কোন্ননা থমজিল্লু ॥৭॥

(তুম্বগী অভিনয় তৌনা তৌনা "ঈশৈ অদু মহাকী অনুরাগ পোকহল্লি" অসিনচিংবদু অদুক হন্না খী)

বিদূঃ— মরূপপু চেপ্পিরবা?

চারু:— উম।

লাইবক্তগী নিত্রানা মিংপাংনা ঐঙোন্দা
তৌরি চঙশিল্লকপগুম, মশকউদবী খোঙলেঙবী
অহলগী মশক লৌরবী মহাক্না হৈহক্তুনা মীশিংগী
থৌনা মপাঙ্গল খিবিকপু অসুম অসুম চাউরক্নি ॥৮॥

বিদূ:--অহুদি ঐখোয়সু তুম্লসি। (অভিনয় তৌহুনা তুম্মী)
(মতুংদা শর্বিলক চঙলকই)

শর্বি:— ফজনা তমজহৌবনা ইপাঙ্গলসু কনবনা
শগূনখোঙ লোইরে তৌবসু লৈখাদগী ঈনখৎপদা
নাক অনী তক্কদৌরি, মশা পীকপা লিনগুম্না
শগূনখোঙদগী লাম্থোক্লগা চঙশিনখ্রগে মহুংদা ॥৯॥
(অতিয়ারোমদা য়েংলগা হুন্তাইবগা শোয়ননা)

ও: থা তাথ্রেদনা!
চথোক চৎশিন্দা ঐহাক্কী চিংনবনি নিংথৌ মনাইনা
শগূন তৌবদা মীয়ুমদা লেপখিবনি "থ্বাইদগী হৈবনি।"
হায়না মখোয়না ঐহাকসে, নোংগুম্বা অমম্বা অশূকপনা
পুম্নমক কুপথ্রবা অহীংনা থুমলি ঐবু মমাগুম ॥১০॥
লৈকোনশিংগী মনাক্তা শগূন তৌরগা চেকপল
মহুংদা, চঙলক্লে।

অহুনা হৌজিক্তি চতুঃশালাবু অমুক তৌরগে, হায়!
হুরানবা হায়বা থবকসি মীনা তুম্নথ্রবদা

থোক্কনবনি অমদি পুক্নীং লুমজবা মীশিংবু
নমহৎপা ঈকাইহনবনি নত্তে লিংজেনগী থবক্তি
হায়নৈ মীনা অত্তোনবনি, হায়জসনু ঐত্তোন্দদি
মীথা পোল্লনা ছিংবদি তাথিনা হায়নরবস্নু
মসিনা ফবনি মখল্লি নোঙ্গবা য়াওদে থুৎলোম্লনা
দ্রোনাচার্য্যগী মচানিপা অশ্বত্থামা কৌবনা
যুধিষ্ঠিরগী তুম্লিবা মচাশিংবু হাৎপদা
লোম্না চঙবা লম্বীসি পুণোক্লম্মী মমাংদৈ ।১১।।
অত্তুনদি কদায়দা তৌশিগে (হৎশিগে)?
চোৎ-চোৎ লাউবনা চ্যেকহীকপা মফম্না কদায়দা
লৈরিবা?
মখোল হৌরোইদবা হৎপদা লাওবা য়াগদবনা করম্বা
মীনা উরোইদবনা কদায়দা, হীদাক ময়াক তুম্নকপনা
লৈতুম মচাগুম পীক্লবা ফ্রো ফ্রো তুম্বনা কদায়দা
মুপী উরোইদবনা কদায়দা ঈথৌস্নু পাঙজগদবা ॥১২॥

( দেরাল মারগা ) মফম অসি, হীদাক ময়াক লৈত্রে, মুগিৎ থোকপা মতমদা মুমিৎ থুদিং ঈশিং তারকপনা হীক হীক লাউরে; উচিগী লৈচাকস্নু পৈত্তুনা লৈরে। ফরে! ঈথৌ লায়না পাঙবা তারে। * কার্ত্তিকেয়গী মচাশিং ( হুরানবশিং ) গী মথৌপাঙনবগী মসি অহানবা থুদম্লি। করম্বা মওঙদা থবক অসি হৌরসিগে।

* হুরানবা হায়বা থবক অসি "কার্ত্তিকেয়" হায়বা লাইনা তাক্লখনি হায়না য়াহ্নুনা হুরানবশিংনা মচপী মতুংইন্না হোৎনৈ। অহনা মখোয়বু কার্ত্তিকেয়গী মচা হায়নৈ।

† ভগবান কনকশক্তিনা তাইবংপানবদা শগূন তৌবগী উপায় মরি-খক তাকপীবম্মী। মহুদি, অইকপা চোকপা শত্তোকপা, চোকহিংবুনা তেকহনবা, কংফ্রাগুবা মফম্মু ঈশিং হৈজিন্দুনা চোংহনবা, উনানম্বা মফম্মু ককথংপা। অতুনা অইকপা চোক্লা চন্নবা দেৱালগী চোক অসি শত্তোকপা তারে। মহুদা অমুকস্সু—

অশাৎপা থম্বাল শারবা হুমিৎ মকোয় মাল্লবা
থাগী মচেৎকুল্লবা চিথেক মরি নাইরবা
চিথেক অহুম নাইরবা চক্রমওং মাল্লবা—
শগূন মহুৎকী মমুংদা করম্বা মহুৎ হুৎশিগে,
নাগরিক ময়াম্না—হেক উবদা ওল্লবা ॥১৩।

অতুনদি অইকপা চোক্লা চনবা মফম অসিদনা চক্রমওং মাল্ল হুৎলগা ফজবা তাই। মহুতুম তৌরগে—।

হীদাক ময়াক চমখিহুনা মশানা মরনাই তুল্লবা
দেৱাল অসিবু অহীংদা হুৎলবদি অকিবা ফংলবা
লৌশিংবু পুথোক্লবদি চোকপল লানশিন্নবা,
লৈকায় মীয়াম্না অয়ুক্তা ঐগী দোষবু
থবক্তা হৈ-শিংঙি হায়নবু হায়নরগনি শোয়দনা ॥১৪॥

পামজব-মহৈ পীনবীবা কুমার কার্ত্তিকেয়বু খুরুমজে ব্রাহ্মণ্য-দেবগী মশক ওইবা লাইনীংবা কনক শক্তিবু খুরুমজে, ভাস্কর নন্দীবু খুরুমজে, যোগাচার্য্যবু খুরুমজে, মাগী অহানবা শিষ্য ঐনা ওইবা,

† কনকশক্তি—হুরানবগী লাইরিক লেংলবা আচার্য্য অমা।

ঐঙোন্দা মানা পেনবিহুনা হুরানবগী উপায় ওইবা † রোচনা পীন-বীথিবা —গুরু যোগাচার্য্যবু খুরুমজে।

মসি তৈরবদা ঐহাকপু ঙাক্লিবশিংনা উররোই।
থুংলাইনা পাল্লবসু ইশাদা শোক্লোই করি অমত্তা ॥১৫॥

(মশাদা রোচনা তৈথি) ওস্থোকপনি! অরাবনি! ঐদি ওন্নবা লং কাউরগ্নে। (রাখল তৌরগা) ফরে, নগুণ অসিমক্তা ওন্নবা লং ওইবা য়ারে। নগুণ হায়বসিদি ব্রাহ্মণদদি কান্নথবা পোৎনিকো। ঐখোয়গুম্বা ব্রাহ্মণগী মফমদদি অমুকসু হেন্না।

করিদগী—

মসিনা ওল্লি দেৱালদা শগূনথোঙ থিবিকপু!
মীওইবনা মসিনা ফকই থুজিনচিংববু
মচীন অনী চেৎনা চীক্লগবা থোঙনাবু
হাংঙি মসিনা মীনা পুল্লি তীন্ন-লিন্না চীকফম্বু ॥১৬॥

ওল্লগা থবক হৌরগে (ওল্লগা চ্যেক শত্তোক্লগা য়েংলগা) শগূনথোঙ অসি চ্যেক মচেৎ অমত্তংদা ঙায়রে লৌথোকদবা। হায়! লিন্না চীক্লেদনা ঐদে, অরাবনি। (নগুণনা থুং পুল্লগা হু কাবগী অভিনয় তৌই) (হৌদাক তৌরগা) ঐ ফরে। (অমুক শগূন হুৎলগা অমসুং য়েংলগা) এঃ। থাউমৈ থাল্লি।

সনা মচুগুম্বা শগূনথোঙগী মচিন্দা
লৈমায়দদি তারকপা অমম্বনা চিদায়দা কোয়রবা

---

† রোচন - তৈননবা পোৎ মখল অমা।

থাউমৈগী মৈরিনা, * কষ হায়বা নুংছুদা
চিংখিবা সনাময়িনা ফজবগুম ফজরি ॥১৭॥

( অমুক হন্না শগূনথোঙ মচীন শেংদোক্লগা ) শগূনথোঙ ছুৎ-পসু লোইরে। ফরে, চঙলগে। নম্রগা ঐ হান্না চঙখিরোই, অশাবা মী অসি থাজিনখিগে। ( মহু তোরগা ) কনাসু লৈত্রে। কাত্তি-কেয়বু থুরুমজরি। (চঙথ্রগা, উরগা) ও! নিপা অনীথক তুমলি তুমজসনু, ইশা কন্নবা থোঙ হাংদোকহৌখিগে। থুৎনা শোকপদদা মখোল থোক্লিবসিবু য়ুম্মন ওইবনরা করিনো করিনো? ঈশিং থিবতারে। ঈশিং কদায়দনো? (কোয়না থিরগা ঈশিং লৌরগা চিংন চিংননা) লৈপাক তাবা ঈশিংনা মখোল হৌদনবা হৈবা তাই। ( হৈরগা লৈথোক্তনা য়েংলগা থোঙ হাংদোকই ) ফরে, হৌজিক্তি নিপা অনী অসি তুমশিন্নবরা? থাঙ্গৈশেংনা তুম্লবরা? কুপ্না য়েংবা তারে। (কিহল্লগা মুন্না চাং য়েংলগা) নিপা অনী অসি থাঙ্গৈশেংনা তুম্বা তারে। মহুদি—

অনীনা হোল্লবা স্বর'সে চিংননিঙাই ওইদে পুক্লীংদা
মকা লাম্বনি হোম্দোকপদা হোঞ্জিনবদসু মান্নবনি
পুমউই-উইশিনথরে মম্বিৎসু ফীবম হোংদে ঙুংদসু লেঙদে
হকচাংসু তাইনফমশিংসু তারে হীক্রা ফমুংদগীসু
মপাল থোকথ্রে মসিন'মদি তুমশিন্নবা ওইরমলবা
অহু ওইরবদি মমাঙদা থাউ'ব থাল্লিবসি য়ারম্মোই ॥১৮॥

* কষ —সনাগী অফবা ফওব। মওংবু নুং অহুদা য়েংলগা খঙনবা নুং অহুবু কষ কৌই।

(কোয়না য়েংলগা) হায় ! মসিনা পুং, মসিনা দর্দুর, মসিনা পনব, মসিনা বীণা, মসিনা বংশী অমসুং মখোয়শিং অসিনা লাইরিক। অদুন দ মসিবু নাট্যচার্য্যগী যুমলনে। গৃহস্থ অমগী যুমনি হায়না খল্লুদুনা চঙলক্লবরা ? গৃহস্থ অসিবু থাক্লেশেংনমক লায়রবরা ? নত্রগা নিংথৌবু হুরানবনা কিদুনা শেল পুম্নমক লৈহুংদা ফুমখিবনরা ? অদু ওইরবস্থ ঐ শর্বিলকনি। ঐঙোন্দবু লৈহুংদা শেল ফুম্বনা করি কান্নগনি। ফরে, হঙ্গাম মরু লংগে, (লংলগা) লংলবা হঙ্গাম মরুনা করিগুম্বা মফম অমত্তুদসু পোপথোক্কে, নিপা অসি থাক্লেশেংনা লায়রবনি। ফরে চংলগে হৌজিক্কি

বিদূঃ— (মমঙদা ঙাঙলকই) মরূপ ! শগুনথোং উবগুম তৌরি ; হুরানবস্থ উবগুম তৌরি ; অদুনা সনাগী অলঙ্কার অসি নহাক লৌশিল্লো।

শর্বিঃ— নিপা অসিনা "ঐ অসিদা চঙলক্লে" হায়বা খঙদুনা "ঐ লায়রবনি" হায়দুনা ঐঙোন্দা নোক্করিবা অদুদি মসিবু হাত্তোক্লসিরা ? নিপা অসি পুক্নীং শোনবা ওইবদগী মমঙদা ব্রা ঙাঙবা ওইবস্থ য়াই। (য়েংলগা) অমনা খুদেনা পুল্লিবসি সনাগী অলঙ্কার শোয়ররোই। থাউমৈ মঙালনা ঈঙাল ঙালনা উরে। ফরে লৌরগে। নত্রগা ক্ষীভম ফত্রবা নিপা অসি থোইদোক হেন্দোক্লা শাগে জাং অক্রবগী মগনি। অদুনা মসিদা ওৎপদি চুমদে। অদুনা হৌজিক্কি চংলগে।

বিদূঃ—নঙনা মসিবু লৌত্রবদি ষণ অমসুং ব্রাহ্মণগী নীংবা কায়হল-
লগা পুবা পাপ অহু পুগদবনি মরূপ!

শর্বি — ষণ অমসুং ব্রাহ্মণগী নীংবা হায়বসি য়াম্না মতীক মগুণ চাউই, থুগাইকদবনি অহুনা লৌরগে। থাউমৈ ভাল্লি। ঐনা থাউমৈ মুৎনবা হায়হুনা মৈ মুৎপা তীল ফাহুনা থম্বা লৈ। মহু থাক্তিল্লগে। মহাক থাক্তিন্নবগী চপচাবা মক্কমনি, মতমনি। ঐনা তীল অসি থাদোক্লবসিনি। থাউমৈ অসি মথক্তা অঙকপা ফংনা কোয়রক কোয়না পাইরুনবগী-দমক তীল অসি চৎথ্রসন্নু ভদ্রপীঠ কোবা তীল অহুনা মশা অনীনা হুমহুনা থাউমৈ অহু মুত্থৎখ্রে। অরাবনি ঈমম-মমহনখ্রে। ঐহাকসু ঐখোয়গী ব্রাহ্মণ কুলবু মমহনখি-দ্রিবরা? বেদ মরি হৈবা অমসুং কনাগুম্বগী দান লৌদবা ইপাগীমচানিপা শর্বিলক হায়বা ব্রাহ্মণনি মদনিকাগীদমক হৌনদবা থবক তৌরি। হৌজিক ব্রাহ্মণগী প্রার্থনা থুংনবা তৌরগে। (লৌনীংই)

বিদূঃ- মরূপ নঙগী থুৎ মতোন অসি ঈংঙিনা

শর্বিঃ—অরাবনি! ঃচ্যকশিলহৌদে। ফরে শেগ্রাক্তা থুৎ ওমগে।
(অভিনয় তৌহুনা য়েংথংবা থুৎ শাহল্লগা লৌখি)।

বিদূঃ—লৌরেদনকো?

শর্বিঃ—ব্রাহ্মণনা নীংবা থুংহল্লোইদবা নত্তে। অহুনা লৌরে।

বিদূঃ—য়োনগদবা পোৎ য়োনথ্রবা ললোনবা নিপাগুম্না হৌজিক
ঐ হুভাইনা তুম্বা য়ারগনি।

শর্বিঃ—মহাব্রাহ্মণ ! চহী চাম্ম তুমগে হায়রবসু তুম্মো। অৱাবনি। বেশ্যা মদনিকাগীদমক ঐনা ব্রাহ্মণ বংশবু অমসুং ইশা-মকপুসু অমম্বদা লংশিঞ্জরবনি।

লায়রবা হায়বসি তোল্লিদা নিপাথোকপা য়াদেদা।
মানা মরম ওইহুনা তৌরি ফজ্রবা থবকসি ॥১৯॥

মদনিকাগী মীনাইফম কোক্লবগীদমক বসন্তসেনাগী ময়ুমদা চৎলগে। ( থোঙ হাংলগা অমসুং য়েংলগা ) হায় ! থোঙ হাংবগী মথোল-গুম্বা অমা তারি। * রক্ষীশিংদদি ওইরমদসনু। ওইগে হায়রগা ওইরমসনু, য়ুম্বী শাহুনহুম লৈথোক্কে। শর্বিলক ঐঙোন্দবু রক্ষী-শিংনা করি তৌজরগদগে ? ঐদি—

শউম নায়দনা চৎপদা হৌদোঙনি, চেনবদা শজীনি
পাকলাকপদা ফোয়বদা থুনুথ্রঙনি, তুম্মিবা তুমদবা
মীগী পাঙ্গল খঙবদা হুইনি, লৈথুন চঙবদা লিম্নি
মচু শকওং ফিজেৎ শেম্বদা মিত্রং হায়বা মহৈনি
লোম্তোপ কয়া ঙাঙবদা সরস্বতী কৌবী দেবীনি
অহীংদা থাউমৈনি, ফুজিলকপদা অতোপ্পশিংনা
লমহুইনি, কংফান্দনা শগোলনি, ঈশিংদনা
হীনি ॥২০॥

অমসু

লিনগুম্মী চৎপদা লেঙদবদা চীংগুম্মী

* রক্ষী—নগরগী লম্বীনচিংবদা অহীং কোয়না চত্নুনা হুরান-চিহী ঙাকপা মীশক।

য়াঙনা চৎপদা গরুড়, য়েংবদা তাইবংপানববু
* শশ হায়বা জীবগুম্মী, অপাম্বপোৎ লৌবদা
† বৃক হায়বা কৈগুম্বনি, কনবদা নোংশাগুম্বনি ॥২১॥

রদনিকা—(চঙলক্লগা) অরাবনি. অরাবনি ! মপাল থোঙগী শঙদা বর্দ্ধমান তূম্লম্বনি, মহাকস্থু উদ্রে। ফরে, [redacted] মৈত্রেয়বু বৌরগে।

( অসি হায়তুনা খোঙ থাংবা হৌরকই)

শর্বিলক (রদনিকাবু হাৎকে নীংলম্মী ; মতুংদা রাখল তৌরগা) মুপীবু করম্না— ! ফরে চৎলগে। (চৎখি)

রদঃ — ( খরা চৎলগা মিপাইবগা লোয়ননা ) মাঙলে, মাঙলে, ঐখোয়গী য়ুমদা শগূন তৌরম্লগা হূরানবা মপান থোকপ্রে। (বিদূষকী মনাক্তা চঙতুনা আর্য্য মৈত্রেয় ! লেঙখৎলে, লেঙখৎলো ঐখোয়গী য়ুমদা হূরানবনা শগূন তৌরম্লগা মপান থোকখ্রে।

বিদূষক—(হৌগৎলগা) মীনাই মুবীগী মচা ! করি হায়বনো. শগূন তৌরম্লগা হূরানবা মপান থোকখ্রে ?

রদঃ— থাজনিঙাই ওইদবা ! ফাগিনা কান্নদে। শগূনথোঙ অসি উদবরা ?

বিদূঃ— মীনাই মুবীগী মচা ! করিনো হায়রিববো ! অনীশুবা থোঙ্গুম্না লাওনা হূৎলম্লে অসিরা ? মরূপ চারুদত্ত !

* শশ—থেব হায়বা জীব।
† বৃক - কৈ জাৎ অমা।

হৌরো, হৌরো। ঐখোয়গী য়ুমদা শগূন ভৌহ্না চঙ-
লম্লগা হূরানবা থোকখ্রে।

চারু:— ফরে, মরূপ! ফাগি তৌগনু অরেম্বদা।

বিদূ:— ফাগি নত্তে, মরূপ! নঙ অমুক্তা য়েংঙু।

চারু:— কদায়দা?

বিদূ:- মরূপ! সে, সে!

চারু:- (য়েংলগা) ওঃ! শগূনথোঙ অসিদি য়াম্নবু ফজরিনে।
মথক্তগী চ্যেক শৎথ্রবা মচীন্দা থুবা ময়ায়দা লাওবা
শগূনথোঙ অসি হূৎলম্লে, মতীক চাদবা মীনা চঙববু
কিজবা, চাউরবা য়ুমগী হোগাইরম্লবা খম্মোইগুম
উরে ॥২২॥

থবক অসিদা ফাওবা কয়াদা হৈ শিংথ্রবা!

বিদূ:— মরূপ! শগূনথোঙ অসি মী মথল অনীগী মনুংদা অমনা
হূৎলম্বা ওইবা তাই। মীরৈবাক্তগী লাকপা মীনা নত্রগা
অমনা শগূন তৌবা তমথৎলকপা ইরৈপাকী মীনা।
নত্রবদি উজ্জয়িনী অসিদা ঐখোয়গী ইমুংগী লৈতবসিবু
খঙদবা কনা য়াওবগে?

চারু:— নৌনা লাকপা মীরৈবাকী মচানা অমদি নৌনা
শগূন তৌবা তমথৎলকপা মীনা তৌরম্বা ওইবা তাই।
মানা ঐখোয়গী ইমুং'সি নংলবনি খল্লিদরে
য়ুমগী মনুংদা মীশিংসু নীংঙায়দনা তুম্মি খল্লিদে।

য়ুমজাও অসিবু ঐখোয়গী উবদা আশা তৌরম্মী
ৱারগা তুংদা থমথেংনা নীংবা কায়হনা চৎখরে ॥২৩॥

মনীং থুংদ্রবা মহাক্না মরূপ মপাংশিংগী মফমদা করিবু হায়রুগদগে "অচৌবা লল্লোনবা অমগী মচাগী য়ুমদা চঙলুববু ঐনা করিস্তু ফংলক্তে" অসিরা ?

বিদূঃ— মরূপ ! নীংবা কায়রবা হুরানবা অতুগীদমক নঙনা ৱারিবরু করিগীনো ? মানা খল্লমগনি—য়ুম অসি য়াম্না চাউই, মসিদগী সনাগী রতনগী পাত্র হোন্দোক্লকনি। (নীংশিংলগা অৱাবগা লোয়নননা মথন্দা) সনাগী অলঙ্কার অতু কদায়-দনো ?

( অমুক হন্না নীংশিংলগা ফোংনা ) মরূপ ! নঙনা ঐঙোন্দা "মূর্খ মৈত্রেয়, বুদ্ধু মৈত্রেয় হায়না তত্তনা হায়বনি।" সনাগী অলঙ্কার অতু নথুত্তা শিন্নখিবতু য়াম্না ফখ্রে। নত্রবদি য়োং মীনাই মচা অতুনা হুখিরমগনি।

চারুঃ— ফাগি তৌরগনু।

বিদূঃ— ঐ অপঙবনি, অতু ওইরবসু ফাগিগী মফম মতম থঙদবরা ?

চারুঃ— করম্বা মতমদা পীখিবনো ?

বিদূঃ— ঐনা নঙোন্দা 'নঙগী থুৎ-গতোন অসি ঈংথ্রেদা" হায়খিবা মতম অতুদা।

চারুঃ— হায়রিবসিতুম ওইবা য়াবরা ?

(মায়কৈ খুদিং য়েংলগা হরাওবগা লোয়নননা) মরূপ ! ঐগী লাইবক ফবনি, নঙোন্দা হুঙাইবা পাউ অমত্তা তমজগে।

বিদূঃ- হুধিত্রিবরা ?

চারুঃ- হুপ্রে।

বিদূঃ- অহুগা করিগী হুণ্ডাইবা ?

চারুঃ- মাগী থরদং কান্নজপ্রেদনা।

বিদূঃ- মহুদি মীগী থৈরম্বা পোৎনি।

চারুঃ- থৈরম্বা ! অরাবনি (রাম্বখি)

বিদূঃ— তপথবিয়ু মরূপ ! থৈরম্বা পোৎ হুপ্রগা নগুনা করিগী রাম্ব্রি ?

চারুঃ— (লৌশিং ত্তারগা) মরূপ !

তশেংনা থোকথিবা থৌদোক থাজগনি কনানা ?
ঐবু য়াংনা থল্লগনি লৈরিবা মীশক থুদিংনা।
তাইবংপানবা অসিদা মতীক-ময়াই লৈতবা
লাইরববু মীশিংনা চিংনবদি মহৌশানি ॥২৪॥

ওম্মোক্লা অরাবনি !

ইচাক-ইরলবু লাইবক্লা লৌপ্রে লৌজপ্রসহু।
করিগী হৌজিক তমথিবা—মানা মাঙহল্লি
লমচৎপু ॥২৫॥

বিদূঃ—ঐদি নত্তবা অমা হেক্তা হায়গদবনি,. কনানা শীবনো ?
কনানা লৌথিবনো ? সাক্ষীনা কনানো ?

চারুঃ— হৌজিকপু ঐবু, ওইদবা ঙাখিগন্না ?
থৈরম্ব লনবু, শিংনবা লনবু নিহুনা ত্তানগনি।
লমচৎ মাঙননবগী চুমদবদি ঙাংলরোই।২৬॥

রদঃ— অহুনদি আর্য্যা ধূতাগী মকমদা চৎলগা তম্মু খিগে (চৎখি)
(মতুংদা চেটীগা লোয়ননা চারুদত্তগী মুপী চঙলকই)

মুপী— ( তহা-তহানা ) আর্য্য পুত্রবু আর্য্য মৈত্রেয়গা লোয়ননা অশোক-অপন য়াওদনা ( তেক্ত কায়দনা ) লৈ হায়ববু চুম্বরনে ?

চেটী — চুম্মী, ইবেম্মা ! অহুবু, ওক্তবী অহুগী থৈরম্বা সনাগী লৈতেং অহুদি হুখ্রে ।

মুপী — (রান্থখি)

চেটী — ইবেম্মা ! তপথবিয়ু

মুপী — (লৌশিং তারগা) করিনো নঙনা হাযরিববু ? আর্য্যপুত্র তেক্ত-কায়দনা লৈ হায়বরা ? লমচত্তা শোক্রুদবগী শক্রুক-পুদি হকচাংদা শোক্রম্বনবু থৈ ।

হৌজিক উজ্জয়িনীগী মী পুম্নমক্না ঙাঙনররগনি—"লায়রবদগী আর্য্যপুত্রমক্না হৌনদবা থবক অসি তৌগ্র-বনি ।" (থক্তা য়েংখৎলগা স্বর ফুইনা হোম্দোক্লগা) হা ভগবন ! হা বিধি ! নঙনা, থম্বাল মনাদা পকপা ঈশিংগুম তঙদাত্রবা লায়রবগী লাইবক্তা লোয়ননা শান্নরি । ঐগী লৈজরিবা হায়বমক্তবু ইপামদগী ফংজরকপা রত্নগী মালা অমথক অসিনা লোইরে । মসিবু পুকচেল চাউবা আর্য্য পুত্রনা লৌবিরোই । তারিবরা ? আর্য্য মৈত্রেয়বু অমুক্ত কৌরকউ ।

চেটী — য়াম্না ফগনি ইবেম্মা ! (বিদূষককী মনাক্তা চম্থিহুনা) আর্য্য মৈত্রেয়া ইবেম্মা ধূতানা কৌরি ।

বিদূঃ— মহাক্তি কদায়দা ?

চেটী— লৈ অসিদা, লাকপীয়ু।

বিদূঃ - (চঙলক্লগা) মঙ্গল ওইবিয়ু ইবেম্মা !

রদনিকা - আর্য্য ! খুরুমজরি। মাঙলোমদা ওনশিনবিয়কউ।

বিদূঃ— দেবী। ইবেম্মগী মাঙদা ওনশিনজরে।

রদনিকা— আর্য্য ! মসি লৌশিনবিয়ু।

বিদূঃ— মসিদি করিনো ?

রদনিকা – ঐ * রত্নষষ্ঠিব্রতগীদমক উপবাস তৌখি ( চরা হেনখি )। মহুদা লৈজবা সুম্পত্তিগী মতুংইন্না ব্রাহ্মণদা করিগুম্বা অমদি কৎপা তাবনি। মহু ঐনা কৎচন্ত্রি মরম অসিনা মহুগীদমক রত্নমালা অসি লৌশিনবিয়ু।

বিদূঃ— (লৌশিল্লগা মঙ্গল ওইসনু, চৎলগে, মল্লাপতা খঙহন্নুখিগে।

রদনিকা— আর্য্য মৈত্রেয় ! ঐবু চোপহনবিগনু ! (অসি হায়রল্লগা চৎখি)

বিদূঃ— (অঙকপগা লোরননা) মসিদি ঙক্লা পূকচেল চাউবীনি।

চারুঃ— করিনো ! মৈত্রেয়, য়াম্মা কুইথ্রেদা ! পুল্লীং চোইবদগী তৌহৈদবা খবকতুম তৌরু-লাক্লুহুনা মৈত্রেয় ! মৈত্রেয় !

বিদূঃ— (মনাক্তা চঙশিল্লগা। ঐ লৈ। মসি লৌশিল্লু (রত্নমালা অহু উৎলি)

চারুঃ— করিনো অসিদে ?

---

* মতম অহুদা লৈপাক অহুদা চৎনবা তিথিদা তৌনব। ব্রত মখা অমনি।

বিদূ:— মরূপ ! নওমা মগুণ লৈবী মুপী থিরুবদগী মহৈনি ।

চারু:— অরাবনি ! ব্রাহ্মণীনা ঐঙোন্দা চানবিরে । থাঙ্গে শেংনা অনংবা হায়বত্ত ওইরবোইরেদকো ঐদি ।

মশাগী ফত্ত-নোংদম্না মচাক মরল মাঙলবা
মুপীগী মচাক চারুবা নিপাদি মুপী ওইবনি
থাঙ্গে শেংনা মুপীনা নিপা হায়বত্ত্ব ওইবনি ॥২৭॥

অমরোমদা হায়রগা ঐদি লায়রদে—

ঐগী লৈজবা ইরল-ইথুমগী মওঙ য়েংবী মুপীনি,
অরা-মুঙাইবগী মতমদা মরূপ ওইরি নহারা ।
লায়রবশিংদা থোক্তবা অচুম্বত্ত্ব মাঙ্খিদরি ॥২৮॥

মৈত্রেয় ! রত্নমাসা অসি পুত্ত্বনা বসন্তসেনাগী মনাক্তা চৎলো । ঐনা হায়রকই হায়না মঙোন্দা হায়রম্ম —"ঐনা সনাগী অলঙ্কার অত্ত্ব ইশামকীনি হায়না খল্লুত্ত্বনা চৌবর শান্নবদা থাদোকখরে ; মত্ত্বগীদমক রত্নমালা অসি লৌশিনবিয়ু ।"

বিদূ:— মাবু য়োনখিবগী মমলনা চানখিবসু নত্তবা শিত্ত্বনা থোত্তুনা শীজিন্নখিবসু নত্তবা, মমলসু য়ামদবা হুরানবনসু হুথ্রবা— সনাগী অলঙ্কার অত্ত্বগীদমক সমুদ্র মরিদগী থোকপা রত্নশিংগী মহুৎদগী থোইদোক হেন্দোক্লবা রত্নমালাবু কনানসু পীনদে ?

চারু:— নত্তে, নত্তে, মরূপ ! অত্ত্বম্না হায়গত্ত্ব ।

মানা ঐখোয়দা থৈরম্মী থাজবা অহুগী মপালনা।
থাজবা মমল য়াম্বগী মমল ওইনা পীরবনি ॥২৯॥

অহুনা মরূপ ! ঐনা নশা শোক্তুনা রাশক রারেপ্পিবসিনি রত্নমালা অসি মঙোন্দা পীরমদনা নহাক মফম অসিদা লাক্লোইদবনি। বৰ্দ্ধমান !

শগূনথোঙ অসি মেনশিল্লু চ্যোকশিং অসিনা থীন্দনা।
ঐগী ইরালনি হায়ন'নি ঐনা মসি থন্নীংদে ॥৩০॥

মরূপ ! মৈত্রেয় ! নহাক্লসু লায়রদবা নংদবা অমগুম্না পূকচেল চাউনা হায়রমগদবনি মঙোন্দা।

বিদূঃ— মরূপ ! লায়রবা মীনবু লায়রদবগুম্না হায়ববু ঙমগত্রনে ?

চারুঃ— ঐদি লায়রদেনে মরূপ ! "লৈজবা ইরল-ইথুমগী মওং য়েংবী হুপীনি—(অসিনচিংবা মথক্কী রাহৈ অহু অমুক হন্না হায়) অহুনা চৎপীরো মরূপ ! ঐহাক ঈরুজরগা প্রাতঃ সন্ধ্যা ভোগে।"

[সন্ধিচ্ছেদ (শগূন তোবা) কোবা অহুমগুবা অঙ্ক লোইরে]।

# মরিশুবা অঙ্ক

## [ চেটী চঙলকপা ]

চেটী— বসন্তসেনাগী অপোকপীনা বসন্তসেনাগী মনাক্তা চৎলু হায়না তাকপীরে ঐঙোন্দা। ইবেম্মা বসন্তসেনাদি অয়েকপা মূর্ত্তিদা মুন্না য়েংলগা মদনিকাগা লোয়ননা করিগুম্বা মরম অমা নৈনতুনা লৈবীরি। অতুনা ইবেম্মগী নাক্তা য়োরগে। (অসি হায়তুনা চৎখি)

(হায়খ্রিবা মওং অতু ওইনা বসন্তসেনা অমসুং মদনিকা লৈরমই)

বসন্তঃ—মদনিকা! অয়েকপা মূর্ত্তি অসিবু আর্য্য চারুদত্তগী মূর্ত্তিগা মান্নরিবরা?

মদঃ— চপহেক মান্নে।

বসন্তঃ—নঙদি করম্না খংভি?

মদঃ— করিনোনে, ইবেম্মগী প্রেমনা থল্লবা মিৎ অদো মসিদা নপখ্রে।

বসন্তঃ—মদনিকা! ওক্তবীগী ময়ুমদা লৈবদগী রাঙাং শঙাং হৈরক্তুনা হায়রিবা রারা?

মদনঃ— ইবেম্মা! ওক্তবীগী ময়ুমদা লৈবা মী থুদীংমক রাঙাং-হৈবরা?

বসন্তঃ—মদনিকা! নিপা মথল মথলগা তিন্ন-তোৎনরুবদগী ওক্তবী মুপী পুন্নমক ওইদবা ঙাঙবা হৈবীনি।

মদঃ— ইবেম্মগী মিৎস্নু, থম্মোইস্নু মসিদা নপশ্রে, মন্থুগী মরম হংবিবরা ?

বসন্তঃ—ইবেম্মশা ! মরূপ-মপাং নখোয়না নোক্লগনি, ঙাইহাক পনবা তারি।

মদঃ— ইবেম্মা ! মন্থু নত্তে। সুপী হায়বসিদি মরূপ-মপাংগী ফোরোই ইনবীনি।

চেটী— (মনাক্তা চঙশিন্নক্লগা) অপোকপীনা তাকপীরক্লি—'নাকন থোঙ ময়াদা মথক কুপ্পা যণগাড়ী অমা শেম শান্থুনা লৈরে চৎথ্রো'।

বসন্তঃ—আর্য্য চারুদত্তনা ঐবু পুবীগদৌরিবরনে অচানবী !

চেটী— ইবেম্মা ! মানা যণগাড়ীগা লোয়নননা সনা মোহর লৈশিং তবা পীন্থুনা লৈরুবা অলঙ্কার অমা থারক্লি।

বসন্তঃ—মহাক অন্থু কনানো ?

চেটী— নিংথৌগী মশেল নিপা সংস্থানকনি।

বসন্তঃ—(শাউনা) লাপ্পা চৎথ্রো, অমুক ঙাঙগন্থু।

চেটী— শাউবীন্থু, শাউবীন্থু ইবেম্মা ! পাউ অসিগীদমক অপোক পীনা ঐ'সি থাবিরকপনি।

বসন্তঃ—ঐনা শাউরিবদি পাউ অন্থুতবুনি।

চেটী— অন্থু ওইরবদি অপোকপীদা করি তমজরুগদগে ?

বসন্তঃ—"ঐবু হিংহন্নীংলবদি অমুক হন্না অসিগুম্বা রা অসি ইমানা তাকপীরোইদবনি" হায়না তম্মু।

চেটী— ইবেম্মনা পাম্বীবন্থু মঙায়। (অসি হায়রম্লগা চৎখি)

শর্বিলক (চঙলক্লগা)

অহীংগী মথক্তা ফত্তবা পাউথোংফম পীক্লরে,
তূম্বা হীপ্পবু নঙ্কৎলরে নিংথৌ কোন্নুং ঙাকপবু
উদনবা হোৎনক্লরে, ঐ, অসি অহীং লোইরগা
হুমিৎনা থোকপদা পীক্লবা মঙাল পুবা থাগুম্রে ।।১।।

অমস্তু

কিবনা থুক্লবা ঐবু খোঙথাং কন্না লাক্কুনা
য়েংলকপদা কনানা, লৈরিঙৈ'হুদা লেপ্পুনা
চঙলকপদা ইনাক্তা মরাল লৈবা থম্মোইনা
ইচিংদ মচিংনবনি, মীওইবা পুন্নমকসে
মশাগী মরাল লৈরগা চিংনদবা য়াওদবনি ।।২।।

মদনিকাগী মরমগীদমক * সাহসগী থবক কয়া তৌরুরে ঐনা ।

† পরিজনগা য়ারী শারিবা মীবু য়াওইনা তৌরমদে,
হুপীনা যুমগী মপুনি খঙলগা মাবু থাদোকখি,
কোন্নুং ঙাকপা নিংথৌগী মনাইনা মনাক্তা লাক্লগা ।

* নারদ মুনিনা তাকপিরম্মী—মনুষ্য মারণং স্তেয়ং পরদারাভিমর্ষণম্ ।
পারুষ্য মনৃতঞ্চৈব সাহসং পঞ্চধাস্মৃতম্ ॥

মী হাৎপা, হুরানবা, মীগী নুপী কাবা (চিংবা), মীওন্দা থবাম শোকপা অথীবা বা হায়বা (চৈবা), ওইদবা ঙাঙবা মথোয় মঙা অসি সাহস কৌই ।

† পরিজন—ইমুং মনুংগী ওইবা মীশকখিং ।

যুম্বী শাহুনা লৈরম্মি, থবকশিংতনা'সিগুম্বা
হৌথিবা অহীং কয়াবু মুংথিলগা মান্নহল্লম্মি ॥৩॥

(অসি হায়হুনা খোঙ থাঙখি)

বসন্তঃ—মদনিকা ! অয়েকপা লাই অসি ঐগী ফমুং মথক্তা থম্লগা হুমাই অহু পুহ্নুনা পরপ পরপ লাউ।

মদঃ— ফগনি ইবেম্মা ! (অসি হায়রগা অয়েকপা লাই অহু পুহ্নুনা চৎখি)

শর্বিঃ—মসি বসন্তসেনাগী ময়ুমনি, অহুদি চঙলগে। (চঙলগা) ঐনা মদনিকাবু কদায়দা উবা ফংগনি।

(হুমাই থুত্তা পায়হুনা মদনিকা চঙলকই)

(উরগা) ওঃ ! মসি মদনিকানি—

মশক মতৌনা মগুণনা কামদেবমকপুস্থু
লায়না শুঙ্কৎপা ঙম্লিবী শক্লাইবী রতিগুম্লিবী
মদনিকা অসিনা কামগী মৈনা চাক্লবা
থম্মোই অসিবু ঐহাক্কী ঈংহল্লি চন্দননা তৌ'গুম ॥৪॥

মদনিকা !

মদঃ— (য়েংলগা) ওঃ ! শর্বিলকনি, শর্বিলকনি লাও ; লাও, নঙদি কদায়দা চৎলুই ?

শর্বিঃ—হায়গে, হায়গে। (অনীমক মহৈ মহৈ মুংশিনা য়েংনখি)

বসন্তঃ—মদনিকাসিদি য়াম্না থীনখ্রেদা। মহাকপু কদায়বনোনে ?

(থোঙনাউদা য়েংলগা) মদনিকা, কনানোনে নিপা অমগা

য়ারী শাহ্না লৈরি। নিপা অসিনা প্রেমগা লোয়নবা মমিংনা কুপ্পকাওবা কুপ্তুনা চাথোকদোবগুম য়েংলি। অহ্না ঐনা থল্লি—"মসিনা মদনিকাবু মীনাইকম কোকপিগে থল্লিমাল্লে" অহুনদি ঙাইাক চুঙাইনজখিসনু। কনাগীনু প্রেম কায়হনবা হৌনদে। ঐ কৌখিরোই।

মদনিঃ—শর্বিলক! হায়রোদনা।

শর্বিঃ—(চিংন চিংননা মায়কৈ শুনা য়েঙ্খি)

মদনিঃ–শর্বিলক! নঙবু য়াম্না চিংনবা মী ওইনা ঐনা উরি। করি তৌরে?

শর্বিঃ—নঙোন্দা অরোনবা মরম অমা হায়গে। মকম অসি মী· পোংদি লৈতেকো?

মদনিঃ—উম, লৈতে।

বসন্তঃ—য়াম্না অরোনবা ওইরমাল্লে, ঐ তাররোই।

শর্বিঃ—মদনিকা! নমল হল্লবদি বসন্তসেনানা নহাকপু থাদোক- পিগত্রা?

বসন্তঃ–ঐগী মরমদনি ঙাংনরিবা বা অসি। অদু ওইরবদি থোঙ- নাও অসিদা থুপ্তুনা তাথিগে।

মদনিঃ—শর্বিলক! ঐনা আর্য্য বসন্তসেনাদা হংলম্মী; মহুদা মানা তাকপীখি "ঐগী ইপুরুবু য়ানিংলবদি মমল হনবা হন্দবা পুম্নমকপু থাদোক্লনি।" শর্বিলক! অমুক য়াম্বা শেল অসিদি কদায়দগীনো? ঐবু আর্য্যা বসন্তসেনাগী মকমদগী মীনাই কম কোকহনগদৌরিবা।

শর্বি:— মিপাই থৌবি ! ঐহাক্তি লায়রুবনি নওবু পাৎবনি ।
নঙগীদমক ওসি অহীং চৎলুবনি হুরানবা ॥৫॥

বসন্ত:—মসিগী শকফমদি ঈংঙি ; অচুগা হুরানবদি চিংননিঙাইনি ।

মদনি: তঙদারোইদবা মুপীগীদমক নঙনা অনীবু চিংনবদা লং-
শিন্নবনি ।

শর্বি:— করি করিনো ?

মদনি:—নশা অমদি লমচৎ ।

শর্বি:— অপঙবী । হুরানবদনা লক্মী লৈবনি ।

মদনি:—শর্বিলক ! নঙগী লমচৎতি মমাংঙৈদা থক কায়খিদ্রি ।
ঐগীদমক নহাক্না হুরানবসিদা অকায়বা লমচৎক্তি থক
চৎখিদ্রিকো ?

শর্বি: — কৈদৌঙৈদসু ঐনা শেল পামদুনা
সৈশাং লৈতমজরবী উরীগুম্বী
অথোইবা অলঙ্কারনা তিন্নবী
মুপীবু হুবা তৌখিদ্রি অমসুং
ব্রাহ্মণগী সন', যজ্ঞগী পোৎশক
য়োকচবিগী মথাদা লৈবা অঙাং
হুরক্তি মরমদি ঐগী বুদ্ধিদি
হুরানবদসু য়াই য়াদে থঙবনি ॥৬॥

অদুনা বসন্তসেনাদা হায়রবীয়ু—
"নঙী নশা তমদুনা শাখিবনি লৈহৌং'লে ।
ঐহাকী প্রেমনা মোয়া মসিদদি লিখিয়ু" ॥৭॥

মদনি:—শর্বিলক—"লোন্না" অমসুং "লৈতেং শিবা" অনী অসি চানদে।

অচু ওইরবদি পুথোক্লো য়েংসি লৈতেংদো ॥

শর্বি:— অসিনি লৈতেংদো (অসি হায়দুনা চিংন-চিংননা পীশিল্লি)।

মদনি: -(মুন্না য়েংলগা। লৈতেং অসি মমাংদৈদা উথিবগুম তৌই।

অদুনা হায়মু য়েংসি মসি কদায়দগী নথুৎ য়ৌরকপনো ?

শর্বি:— মদনিকা। মরম অচু নঙোন্দা তমদুনা নঙ্গী কাপ্নগদবা করিনো ? লৌ-সে।

মদনি:—(শাউনা শাউনা) ঐবু থাজত্রবদি করিগীদমক নঙ্গী ওই-নিংলবনো ?

শর্বি:— অমুক অঙনবদা লল্লোনবশিংগী লৈকাইদা ঐনা তারকই— মসি শেঠ চারুদত্তগীনি হায়না।

(বসন্তসেনা অমসুং মদনিকা বাস্থবগী অভিনয় তৌই)।

শর্বি:—মদনিকা। জ্ঞান তাউ। হৌজিক নহাক্লা

করিগীদমক রাহুনা নশা 'পুম্বা লৈপাক্তা

থরো থরো ওল্লিবা নমিৎ অমী করিগী ॥

উরু উরু লৈরিবা নশা করিগী নীক্লিবা।

মীনাইকমদগী কোকহনগে হোৎনবনি নহাকপু

অসিমক্তদা করিগী চানবিদবনো নহাক্লা ॥৮॥

মদনি:—(জ্ঞান তারগা) তৌঙমদবা লৈতবা। ঐগীদমক নহাক্লা হৌনদবা থবক অসি তৌরুবদা ইমুং অচুদা কনাগুম্ববু হাৎপা অমদি শোকহল-পলহল্লম্বদি তৌরমদেকো ?

শর্বি :—মদনিকা ! কিরবা অমদি তূম্লিবা মীগী মথক্তা শর্বিলকনা ফুদে য়ৈদে। অহুনা ঐনা কনাবুসু হাৎলমদে, শোকহল- পলহল্লমদে।

মদনি: – অচুম্বনিকো ?

শর্বি :—অচুম্বনি।

বলন্ত :—( জ্ঞান তারগা ) ইস্ ! হিংলে, হিংলে।

মদনি :—নুঙঙাইবা পাউনি।

শর্বি :—(খননবগা লোয়ননা) মদনিকা ! নুংঙাইবা পাউ হায়বদি করিনো ?

ইপা ইপু পুম্নমক লমচৎ ফজবা ওইখিবা।
বংশ অহৃদা পোক্লগা নঙ্গী অনুরাগনা॥
হুখিহুনা ইথম্মেই অয়ান লমচৎ চৎলুরে।
কামগী অকন চৈথেংনা ইগুণ থিবিক মাঙলবসু।
ঙাক্লি নঙ্গী নগুণদি ঐবু নঙনা নচীম্না
নুংশিবনি হায়রগা অতোপ্পবুসু নীংলিবা॥৯॥

(খোয়দৌ শাউগৎপগা লোয়ননা)

তাইবংপানবা অসিদা জাৎকি মচা উজাউগী।
মরল কৌবা উহৈবু বেশ্যা হায়বা উচেক্লা।
তক্লা চাখোকখিবনা মহৈ তাক্লে মমৈদা॥১০॥
সুরতনা 'মৈরি ওইরিবা প্রেমনা শীঙদি ওইরিবা !
মৈদা মীগী যৌবনবু মরলবুসু হোম তৌরি–॥১১।

বসন্ত :—(মোমোন নোক্লগা) অঙকপনি ! মসিনা খনবল্লিবসে মকম চাদে ।

শর্বি:— হুপীগী অমসুং সম্পৎকি মকমদবু থাজবা ।
মখোয় অহুবু ঐহাক্না অপঙবনি হায়নিংঙি ।
সম্পৎ, হুপী হায়বসে লিন অমোমগী মতৌগুম
লমচৎ ব্যবহার পূন্নমক খোয়তক খোয়তক চৎপনি
॥১২।

হুপীশিংগী মকমদা অনুরাগ থম্মদে ।
মখোয়দা খোয়দাবা নিপাবু চোপহনবনি মখোয়না ।
খোয়দাবীশিংগী মকমদা খোযদ্রগদবনি নিপানা
॥১৩॥

মীওইবনা হায়নবসিমসু চুম্মি—
লনগীদমক ওক্তবীশিংনা ঈনোক নোক্লিংদনা মনোকই
অমসুং কপ্পী মখোয়দা থাজহনবনি নিপাবু ।
নিপাশিংদদি মখোয়না শূপথাবুদি থাজদে ।
লমচৎ স্বভাব ফজবা জাৎকি মচা খিবিক্না
মোংকমদা শাৎপা লৈরাংগুম থাদোক্লনি ওক্তবীবু ॥ ৪॥

ওক্তবীশিংগী স্বভাবতি সমুদ্র ঈথককুম্বনি ।
মখোয়শিংগী অনুরাগ হুমিদাংব্রাইগী মতমদা ॥
অপাবা নোংনা ভাঙবগুম চত্তে মতম কুইনদি ।
লনবু থুম্বু খোক্লগা লায়রবা নিপাবু ।

আলটা তৈবা লোইরগা তুরী চণ্ডোকপণ্ডম
চণ্ডোকই ॥১৫॥

পুক্নীং লেপ্তবী বেশ্যানা মপুক্নীংনা অমবু।
পামজরগা অমবু কোই মমিং খত্তুনা।
অতোপ্পা নিপা অমদা মিত্তা-নাত্তা উৎপানি,
মহকচাংনা অমগী কামগী ঈখৌ নেমহল্লি ॥১৬॥

চনাগুম্বগী য়াহৈ অসিমু য়াম্না নীংথিজ্জে।

থম্বাল শাঙ্কে চীংথক্তা পুবা ওমদে গাধানা
শগোলনা পুবা অতুমুক ষবপু হল্লে হায়রগা
কৌ হৌবদি হৌনদে ওক্কবীশিংগী ময়ুমদা
পাকচরকপা হুপীদি শেংদবীনি লমচৎতী ।১৭॥

ফল্লবা! চারুদত্ত! নহাকপু মদনিকাগী চাম্নবা ওইরবরা?

( অসি হায়তুনা মখোঙ খরা থাংজিল্লি )

মদনিঃ—(শর্বিলকগী কাজি পায়রগা।) নহাক্না মতঙ চাদবা য়া ঙাঙলি, অদুগা ওইরোইদবা মরমদমু শাউর্রি।

শর্বি:—করিগী ওইরোইদৌরিবা?

মদনিঃ—লৈতেং অসি আর্য্যা বসন্তসেনাগীনি।

শর্বি:—ওইরগা করি তৌরবগে?

মদনিঃ—লৈতেং অসি বসন্তসেনানা আর্য্য চারুদত্তগী মখুত্তা থৈরম্বনি।

শর্বি:—করিগীদমক?

মদনিঃ—(নাকোংদা) অসিগীদমক ওইরমাল্লে।

শর্বি :—(ঈকায়বা অমসুং নুংঙাইতবগা লোয়ননা) অৱাবনি !

ওল্লাঙ মৈশা লাংচনা উরুম লাঙ্গে থম্বুনা।
ঐনা মাগী মথাদা চঙক্রুরবা উশাগী
মনা'পুম্বা য়ৈথরুরে খঙদবগী মরম্না ॥১৮॥

বসন্ত.—মীশক অসিসু নীংঙম্মল্লে ! ম'সনা তৌক্লরিবসু খঙদব-
গীনি।

শর্বি :—মদনিকা ! হৌজিক করি তৌগদবনো ?

মদনি:—মরম অসিদদি নঙতনা খংঙি।

শর্বি :—মতু নত্তে, য়েংও—

নুপী হায়বাসিমক্তবু মশানা শিংজরকপীনি।
নিপাশিংনা শিংবনা লাইরিক তম্বদগীনি ॥১৯॥

মদনি:—শর্বিলক ! ঐবু হায়মু হায়রবদি লৈতেং অসি পূকচেল
চাউবা ইবুংঙোহ্নগী মকমদা কৎশিল্লু।

শর্বি :—মদনিকা ! করিগুম্বা মহাক্না ৱায়েনশঙদা ইথক্না ৱাকৎ-
লবদি ?

মদনি:—থাদগীদি নুংশাগী মৈশা লাংবা হৌনদে।

বসন্ত:—ফজে মদনিকা ! ফজে।

শর্বি :—মদনিকা !

তৌঙমদবা'সিগুম্বা থবক্না ঐগী পুক্নীংগী
নীংহন্নবা অকিবা লৈত্তে করি অমত্তা,
করিগীদমক নহাক্না মাগী গুণবু শোল্লিবা ?
ফত্তবা থবক'সিমক্না ঐনা মাবু ঈকারজে

ইরাল অসিগীদমক ঐখোয়গুম্বা ধূর্ত্তদা
নিংথৌনা ওম্মি হায়রুনা করিবু তৌবা ওমগনি ॥২০॥

অহুমকপু মসিদি নীতিনা য়াদবা কৌই। অদুনা অতোপ্পা উপায় অমা খল্লু।

মদনিঃ—উপায় হায়ববু অসিনি।

বসন্তঃ—অতোপ্পা উপায়বু করিনো?

মদনিঃ—নহাক্না আর্য্যা চারুদত্তগী মী শাহুনা লৈতেং অসি আর্য্যা বসন্তসেনাগী মফমদা থিল্লু়ো।

শর্বি :—অসিদগী করি থোকনি?

মদনিঃ—নত্তসু হুরানবা ওইজ্রে, চারুদত্তসু লম্মন কোকচরে, বসন্তসেনাসু মপোৎ ফংজরে।

শর্বি :—অহুবু, মসিদি ওম্বোক্না তৌবগম্বা থবক্তি থোকইদকো।

মদনিঃ—বসন্তসেনাগী মফমদা পুথিগদবমক্তি, নত্রবদি অমুকসু হেন্না লুরগদবনি।

বসন্তঃ—ফজেদা, মদনিকা! নরাহৈ অসি তারগা দাস্রী নত্তবীগুম খল্লি।

শর্বি :— নতুং ইঙবৈ মপান্না, ফরবা লৌশিং ফংজরে।
থা তাগ্রগা অহীংদা লমজিংবা মী ফংওমদে ॥২১॥

মদনিঃ—ফরে অহুদি ঐনা আর্য্যা বসন্তসেনাগী মফমদা নহাক চঙননবা হঙ্গৎলিঙৈ মতম অহু ফাওবদদি নহাক কামদেবগৃহ অসিদা ভাইরম্মু।

শর্বি :—ফরে।

মদনিঃ—( বসন্তসেনাগী মনাক্তা চঙলগা ) আর্য্যে ! চারুদত্তগী মফমদগী ব্রাহ্মণ অমা লেঙলক্লি ।

বসন্তঃ—চারুদত্তগী মীনি হায়বদি নহাক করম্না খঙবগে ?

মদনিঃ—ইবেম্মা ! ঐগী ঐগী মীবু খঙলোইদ্রনে ?

শর্বি :—(নাক্তা চঙলগা হঙ্গোইনা) ইবেম্মা ! য়াইকবা ওইসনু ।

বসন্তঃ—আর্য্য ! থুরুমজরি, লেঙশিনবিয়ু ।

শর্বি :—চারুদত্তনা ইবেম্মদা খঙহল্লকই—"ঐগী ইয়ুম অসি মল্লক্লবনা অলঙ্কার অসি ঙাকপা শেনবা থরা রানা থোক্লে, অদুনা লৌশিনবিবো" (অসি হায়রগা মদনিকাগী মথুক্তা পীরগা চৎকে তৌই) ।

বসন্তঃ—আর্য্য ! ঐগী পাউথুম রাহৈসু পুরগা লেঙবিয়ু ।

শর্বি :—(মথন্দা ) অদুদা কনানা চৎকদবনো ? ( ফোংনা ) করি পাউথুম ?

বসন্তঃ -ইবুংঙো নহাক্লা মদনিকাবু লৌবিরো ।

শর্বি :—তাকপিবিবা রাহৈগী অর্থ ঐহাক খঙজদ্রে ।

বসন্তঃ -ঐহাক খঙি ।

শর্বি :—করম্না ?

বসন্তঃ—আর্য্যচারুদত্তনা ঐঙোন্দা তাকপীখি—"অলঙ্কার অসি পীরবা নিপা অদুদা নহাক্লা মদনিকাবু পীখিগদবনি" অদুনদি মহাক্লা অসিবু পীনবিবনি হায়বসি নহাক্লা খঙরিয়ু ।

শর্বি :— (মথক্তা) ওঃ ! ইবুংঙো মানা ঐবু খণ্ডবিগ্রবা ! (ফোংনা)
:জ, আর্য্যচারুদত্ত ! ফজৈ ।

মীনা মতম খুদিংদা তানগদবনি মগুণবু ।
লায়রবা মগুণ লৈবনা মগুণ করিসু লৈতবা
ইনাক খুনবশিংতুগা মান্নবদি নত্তেদো ॥২২॥

অমসু

গুণবু তানশিন্নবা হোৎনগনি মীশিংনা
লৈতে গুণনা ফংদবা মগুণ হেনবা মরম্না
কাণ্ডমদবা মকোক্তা কাখি চন্দ্রনা শিবগী ॥২৩॥

বসন্ত.—গাড়ীরালা কনা লৈবগে ?
( মণগাড়ীগা লোয়ননা গাড়ীরালা চঙশক্লগা )
ইবেম্মা ! গাড়ী শেম শাকুনা লৈরে ।

বসন্তঃ—মদনিকা ! হয়াও-হয়াওনা ঐবু য়েংলম্মু । মীগী মথুক্তা কৎথ্রবীনি নঙ অসে । গাড়ীদা কাখৎলো । ঐবু কাউগন্থ ।

মদনিঃ—(কপ্না কপ্না) ইবেম্মনা ঐবু থাদোকপিরবা ! (অসি হায়কুনা মখোঙদা তুই)

বসন্তঃ—থুরুম্নিঙাইদি হৌজিক নঙনা ওইরবনি । চৎলো, গাড়ীদা কাখৎলো । ঐবু কাউগন্থ ।

শর্বি :—ইবেম্মগী ম্নাইকবা ওইসন্থ । মদনিকা !

হয়াও-হয়াও নমিৎ পেম্না মসিবুয়েংলম্মু নঙনা
থুরম্লম্মু নকোক নোম্না, মহাক অসিগী মপান্না
মৌ হায়বা মায়থুমফি'সি নঙনা ফংজখিবনি ॥২৪॥

( অসি হায়রম্লগা মদনিকাগা লোয়ননা গাড়ীদা তোংদুনা চৎখি )

নেপথ্যদা—মফম অসিদা কনা কনা লৈবগে? রক্ষিসেনাপতিনা তাকপিরক্লি—"আর্য্যক কৌবা গোপ মচা অসিনা নিংথৌ ওইরগনি" হায়রিবা কনাগুম্বা সিদ্ধপুরুষ অমগী ময়াথংদা থাজরুবদগী কিদুনা "পালক" নিংথৌনা গোপ-পল্লীদগী মহাকপু পুররুবগী অকিবা ফংলবা কৈশূমশঙদ থমগ্রে। অদুনা নখোয় পুম্নমক্না নঙগী নঙগী নফমদা চোংকশিন্না লৈগদবনি।

শর্বি :—(তারগা) "পলক" নিংথৌনা ঐগী চান্নরবা মরূপ আর্য্যকবু ফাজিন্দুনা থমগ্রবা! অরাবান।

তালোয়, মরূপ হায়বা অনী অসি তাইবংদা
পোইদোক্না হুংশিনবনি অদুমকপু নীংথিবী
তালোয় চামাদগীসু মরূপ্না য়াম্না হেনবনি ॥২৫॥

ফরে, ঐহাক কূমথবা তারে (অসি হায়দুনা গাড়ীদগী কূমথখি)

মদনি:—( মপি তানা থুৎ লোম্নদুনা ) তাকপিরিবদু অচুম্বনি। অদুনা কনাগুম্বা গুরুজন অমগী মফমদা থিনবিরম্মু।

শর্বি :— চুম্মি প্রিয়ে! নঙগী নরাহে ঐগী রাখলগা চানরে। (গাড়ীয়ালাগী মফমদা) ইবুংঙো! নহাক, রেভিল হায়না (কৌবা) * বনিক অদুগী ময়ুম খঙবরা?

গাড়ী :—খঙভি।

---

* বনিক—লল্লোনবা

শর্বি :— মকম অহুদা ঐগী চুপী অসিবু পুখো।
গাড়ী :—য়াম্না ফগনি।
মদনি:— আর্য্যপুত্র! তাকপিরিবহু ওইরবদি মতম পুম্নমক্কা চেক-
শিনগদনি।

( অহুদগী চৎখি )

শর্বি:— অহুভৈদা বৎসরাজ উদয়ন'মুক্তিগীদমক
যৌগন্ধরায়ণ মন্ত্রীনা হোৎনখিবগুমহুনা
ঐগী মরূপ আর্য্যক— মুক্তিগীদমক ঐহাকসু
পাল নিংথৌগী শাগৈশিং, হৈ-শিংবা মীশকশিং,
মপান্বোম পাঙল ফোঙবদা থৌনা লৈব কাঙবুশিং
নিংথৌনা ঈকায়বা পীখিবা শাউরবা মনাইশিংহুদা
মাগী মায়য়োক্তা লেপ্পবা মথৌনা লৌশিং হাপ্লুগে
॥২৬।

অমসু

চিংন-চিংননা ফত্তবা য়েক্লবশিংনা ঐহাকী
চান-মরূপ আর্য্যক, মরম করি লৈতনা
কৈশূম শঙদা ফাজিনব্রে মহাক হৌজিক রাহুগী
মথাগ্নাৎতা লৈবা ...গুম লৈরি মকম অহুদা
ঐনা থীন্দনা চৎলগা মহাকপু থাদোকলুগনি ॥২৭

( অসি হায়রগা চৎখি )

চেটী'—(চঙলক্লগা) আর্য্যে! ঙসিদি ইবেম্মগী লাইবক করবনি
আর্য্য চারুদত্তগী নাক্তগী ব্রাহ্মণ অমা লেঙলক্লি।

বসন্তঃ—ওসি ফজবা হুগিংনি খঙলে। অহুনা বঙ্কুলশিংগা লোয়ননা মহাকপু ঈকায় থুম্বনা পুশিল্লকউ।

চেটী — ইবেম্মনা ভাকপীবা মতুংইল্লা!

( বঙ্কুলশিংগা লোয়ননা বিদূষক চঙলকপা )

বিদূ:—ফরে, ফরে, হিংচাবনিংথৌ রাবণনা, তপস্যাগী মপান্না ফওখিবা পুষ্পকরথ তোংহুনা চৎলম্মি, অহুগা লাইরবা ব্রাহ্মণ ঐনা তপস্যাগী অরাবা ফংদনা নিপা হুপীশিংগা লোয়ননা চৎলি।

চেটী — আর্য্য! ঐখোয়গী থোঙজিন অসি য়েংবিয়ু।

বিদূ:— (য়েংলগা অঙকপগা লোয়ননা) অঙকপনি! বসন্তসেনাগী থোঙজিন অঙকপা ফংনা ফজে। অহানবদা ঈশিংনা চাগথোক্লগা মতুঙদা তরু-তরু শিত্তোক-নাম্বোক্লে, অশংবা মচু তৈরে, মনম হুংশিরবা লৈ মথল মথল থম্বনা মফম অসি চিত্রপটদা য়েকপত্থমঙায়রে অতিয়াবু য়েংনিংবত্ত-মক্তুনা মকোক ইঙখৎপগুম তৌরি। মাবু উবদা শাখ্ ঐরাবতকী মনাতোননি হায়না শন্দবা য়াদবা, হুংশিৎনা হুম্বদা হাইরবা মল্লিকা লৈরাং পরেংনা থোঙ অসি লৈতেংলি। শামু ময়ানা শাবা রাংলবা হোজংনা অমুকম্ থীংথিজরি। মফম অসিদা য়ুংলিবা, হুংশিৎনা হুম্বদা কর কর হায়রিবা, মথাদা হায়থরিবা শামু ময়াগুম লৈরিবা, অফবা মরাইবকপু ফোংদোকপগুম তৌরিবা ফীরানগী মপৈনা "অসোমদা লাও" হায়না কৌশিনবগুম তৌরি।

হোজংগী য়ুম্বীগী মথাগী *:বদী অনীগী মথক্তা থোইদোকপ স্ফটিকমণিনা শাবা মঙ্গলকুম্ভ কয়া থম্মি ; মথোংগী মথক্তা শংত্রিক শংবা নীংখিজবা হৈনৌ মনা থম্মি, অসিনা মরম ওইহুনা থোঙগী নাক অনী, কয়াদা পুক্নীং হুনা ফজরি। মসিগী থোঙনা অনীসি মতীক চাউবা † অসুরশিংগী মথবাককুম কল্লব অমসুং ‡হীরককী য়োৎপীনা কূংনা-কূংনা য়ুরি। লায়রবশিংবু কয়া মীহোহল্লি অমসুং অপাম্বা লৈতবা মীশিংগী মিৎপু নমহুনা চিংশিল্লি।

চেটী — আর্য্য! লেঙশিনবিরকসি, অহানবা কাদা চঙবিয়ু।

বিদূ :— (চঙহুনা য়েংলগা) ওঃ! ওম্বোকপা অঙকপা অমনি। অহানবা কা অসিদা থা, গোইবুং অমসুং থম্বোগীগুম্বা মঙাল পুরবা, § চূর্ণ থুবাম থুবাম চাইবনা ঙোরোক ঙোবা, রতন মথল মথল থাম্লবা সনাগী সীড়িনা ফজরবা দলান পরেংসিনা মুক্তা পরেংনা য়াম্ব য়ম্বনা লৈতেংলিবা স্ফটিক মণিনা শাবা থোঙনাওগী মশক ওইবা মায়থোঙ থাজনা উজ্জয়িনী নগরবু য়েংবগুম তৌরি। থোঙশঙব-শিংনা বেদ হৈরবা ব্রাহ্মণশিংগুম সুংঙাইনা কমহুনা তুম্লি।

---

* বেদী — কম্

† অসুর — হীংচাবা

‡ হীরক — হীরা,

§ চূর্ণ — তনুগুম ঙোরোক ঙোবা রাখঙম কুপ্পা পোৎ।

কাক হায়বা উচেকশিংনা চাক পান্নবস্তু চূর্ণ তৈবনি থল্লু- বদগী পূজাগী পোৎশক ওইনা কৎচবা যঙোম অফম্বনা তোৎপা ফৌরেনগী চেঙনা থোংবা চাকপু চান্রে। নহাক্না চৎকদবা লম্বী তাকউ।

চেটী — আর্য্য! লেঙবিরকউ, অনীশুবা কা অসিদা লেঙশিনবিসি।

বিদূ:— (চঙহুনা য়েংলগা) ওঃ! অঙকনি। অনীশুবা কা অসিদসু গাড়ীষণ কয়ামুক পুন্দুনা লৈরি মখোয়গী মমাঙদা লৈ- রিবা শঙ্গীক অমসুং চন্না চাবদগী কয়াদা নোয়রি অমসুং মখোয়গী মচীদা থাউ তৈরি। ইরোই অমনা চোপ্পনংলবা জাৎকি মচানা তৌবগুম স্বর শাংনা শাংনা হোল্লি। অসোমদনা লানদগী ফাহৌরবা অকনবা লাম্মী- শুম্বা য়াউগী মঙকশম নোইরি। অসোমদনা অমুক শগোল মশোঙ শেল্লি। য়োং অমবু হুরানবা পুনবগুম শগোল শঙদা পুন্দুনা থল্লি। অসোমদনা অমুক মাহুত- শিংনা *কুরদগী লৌবা থাউ তৈবা চাক শামুদা পীজরি।

চেটী — আর্য্য! অহুমশুবা কাদা লেঙশিনবিসি।

বিদূ:— (চঙহুনা য়েংলগা) ওম্বোক্লা ঙকই! অহুমশুবা কা অসি- দসু জাৎকী মচাশিংনা ফম্নবা ফিদা শেম-শাহুনা থল্লি। অথাই চন্না পারবা লাইরিক অমসু মণিনাশাবা চৌবোর থম্নবা কাংথোন মথক্তা লৈরি। কামগী থৌরমদা তিন্ন- হনবা অমসুং কায়নহনবা হৈরবী ওক্তবী লুপীশিং অমসুং অহল ওইরবা নাগরিকশিংনা মচু মথল কয়ানা য়েক্লবা

* কুর — মহৈ মরোং মথল অমা।

চিত্রপট মথুংনা পায়দুনা কোয়না চৎলি। চৎকদবা লম্বী তাকউ।

চেটি — আৰ্য্য! মরিশুবা কাদা লেঙশিনবিসি।

বিদূ:— (চঙদুনা য়েংলগা) ওম্মোক্লা ঙকই! মরিশুবা কা অসিদমু যুবতীশিংগী মথুংনা য়ৈবা পুংগী পুংখোম্না নোঙ্গী নোং খোনগুমলি। পুণ্যগী শৱাক লোইরবা নক্ষত্রশিংনা আকাশদগী তাবগুম শেঙেংগী করতালশিং তারি। বাঁশী মখোলনা খোইমু ঙংবগুম পুক্লিং হুরি। কনাগুম্বী অমন খনবনবদগী *প্রণয়মান তৌরিবী নায়িকাগুম্না মথাদ থম্লিবী বীণাবু খোংলি। লৈগী লৈহি থকপদা ময়াই কারবী খোইমু অমোমগুম্বী ঈশৈ মুংশিনা শক্লিবী ওক্তবী মুপীশিংবু জগোই শাহল্লি অমসুং অভিনয় তৌদুনা উৎপায়াবা শৃঙ্গাররসগী লাইরিকশিং তম্বিরি। খোঙনাও ময়াদা থম্লিবা সনাবুলশিংনা মুংশিৎ য়ারি। চৎকদবা লম্বী তাকউ।

চেটী — আৰ্য্য! মণ্ডাশুবা কাদা লেঙশিনবিয়ু।

বিদূ:— (চঙদুনা য়েংলগা) ঙক্লিংঙাইনি, মণ্ডাশুবা কা অসিদমু লায়রবশিংবু মীহোৎনবা হিং অমসুং থাউগী মনম্না মথং মথং মপুং ফারক্তুনা নাতোনবু চিংশিল্লি। ভক্তুনা মৈ থারিবা চাকথোংশঙনা মনম মুংশিরবা মৈথুবু মৈথুখোঙদা থাদোক্লিবসি উরগা মুংশা স্বর হোনবগুম্লি। মখল মথায়াম্বা শায়দুনা চানবা, লেক্তুনা চানবা চীঙাক শেমলি,

*প্রণয়মান তৌরিবী—ওইনরিবী

মনয়া ঐবু থোয়রাংহল্লি। মশক ফজবা অঙাং অমনা হাংলবা হামেংগী মবুক্কী মাংসবু অমনবা ফি চামথোক-পগুম চামথোক্লি। চাকথোংবা মীশিংনা চানবা চীঙাক কয়া শেম শারি। লড্ডু কয়া তান্নি, ভল কয়া হৌরি। (তুমিন্না মথন্দা) "অসিদা লেঙশিনবিরক্‌উনা মরাংকায়না হাবিরো" হায়দুনা থোঙহাম্নবা ঈশিং পুশিল্লকত্রা? (অম-রোমদা য়েংলগা) লাইশিং অমসুং গন্ধর্বশিংগুম্নবা অলঙ্কার মথল মথলনা লৈতেংলবা ওক্কবীশিং অমসুং বক্কুলশিংনা য়ুম অসি স্বর্গগী মতৌগুম্লে। হায়! বক্কুল হায়বা নথোয় কনানো?

বক্কুলশিং— অতোপ্পীগী নিপানা অতোপ্পগী দুপীদা
লায়দুনা পোক্লবা মীচারুদি থাকপিবা
মীয়ুমদদি য়োকপিবা মীরল চাবা পামজবা
পন্নিঙাই ইগুণ লৈতবা ঐখোয় বক্কুল কৌবনি,
শামু মচাগুমহৃনা কোয়চৎ কোয়চৎ চৎচবনি
॥২৮॥

বিদূ:— লগ্গী তাকউ।

চেটী —আর্য্য! তল্লাক শুবা কাদা লেঙশিনবিরকউ।

বিদূ:—(চঙদুনা য়েংলগা) অঙকপনি! তল্লাক শুবা কা অসিদসু নীলমণিনা থাম্নবা সনানা, রতননা শারবা হোজংশিংনা চুমথাং থানবগুম উহল্লি। শিল্পিশিংনা বৈদূর্য্য, মুক্তা, প্রবাল, পুষ্পরাগ, ইন্দ্রনীল, কর্কেতরক, পদ্মরাগ, অমসুং

মরকতনচিংবা অথোইবা রত্নশিংগী থেন্নবা মরোঙবু থোকহল্লি। সনাগী মরীনা লং ঙইদুনা মাণিক্য পরেং লেংলি, অঙাঙবা লংনা সনাগী অলঙ্কারবু লীক লেং-বগুম লেংলি। মুক্তা পরেং লেংলি, বৈদূর্য্যমণিবু তপ্না তপ্না ভক্লি. মোইবুংবু কক্লি. প্রবালশিংবু শাণযন্ত্রদা থম্লগা কোইরক কোয়রহল্লি. অচোৎপা কুঙ্কুমবু কংহল্লি, কস্তুরীশিংবু পুনশিল্লি. চন্দনবু ফজনা ভক্লি, ওক্তবী অমসুং কামুকশিংদা কর্পুর হাপ্না পানা খুদপ পীরি মিৎচিনা লৈ-হনা য়েংলি. নোক্লি অমসুং অতৎপা লৈতনা সী সী লাউনা মদ্যপান তৌরি। মীনাই নিপাশিং, মীনাইনুপীশিংনা অমসুং মী কাঙবু অমনা মতু মচা অমসুং মরল মথুম থাদে ক্রুনা মফম অসিদদা লৈরগা, ওক্তবীশিংনা বরককা লোয়নবা মদ্যপান তৌরগা হন্দোক্লব্বা মদ্যশিং অচু থক্লি। চংক-দবা লম্বী তাকউ।

চেটী —আর্য্য! তরেৎ শুবা কা অসিদা লেঙাশিনবিয়ু।

বিদূ :—(চঙচুনা য়েংলগা) ওহোক্লা ঙকই! তরেৎ শুবা কা অসি-দসু ফজনা শারবা উচেক শঙ অসিদা লৈরিবা খুনু মতৈ-মনাওশিংনা চুম্বন তৌনচুনা নুংঙাইনরি। পোন্দা লৈরবা তেনরানা মঙোম অফব্বা তোৎপা চাক্লা মবুক থল্লচুনা ব্রাহ্মণগুম্না সূক্ত (ফজ রাহৈ) থীরক্লি ( লোক্লি )। মমনা অমোম অসিনা, মবুঙোনা লুনা চান্না তৌবিরবী হাইকুেৎ তৌবা ঙমজরবী গৃহদাসীগুম্না "কুর কুর" খোংলি। উহৈ

মখল মখলগী মহাও ভংবদা অপেনবা মখোল থোক্লবী কোকিল অযোম্মা লমচৎ নাইদবী সুপীগুম ভুমিন ভুমিন খোংলি। ঝিঙুর পরেং পরেং * নাগদন্তদা য়ান্দুনা থম্লি। লাবক হায়বা উচেকশিংনু কাওনহল্লি। পোনদা লৈরিবা তিত্তিরি কৌবা উচেকপু মরোল লোলহল্লি। পোলদা থম্বা থুম্রবু যৌহন্নিংবা মফমদা থারি। মখল মখা অয়াম্বা মণিনা শাবগুম্না অয়োকপা রাহোংনা হুংঙাইনা জগোয় শাবদা ফন্দোক্লকপা মশানা, হুমিৎ-মৈশা লাংবা অট্টালিকাদা হমাই হম্বগুম ভৌরি। (অমরোমদা য়েংলগা) অসোমদনা পুম্নপ লৈরবা থাগী মঙালগুম্বা কাঙ্ঙা মতৈ মলাওনা খোঙচৎ তম্বগী মতাগুম সুপী নীংথিবীশিংগী মতুঙদা চৎলি য়ুমদা য়েংকপা রাইন্নু কয়ামুক্না থোইদোকপা অহলগুম্না মাইকৈ থুংনা চৎলি। অঙকপনি! বসন্তসেনানা মখল মখা অয়াম্বা উৎকতনা কা অসিদা পিক থলহল্লি। থাজৈ-শেংবদি ওক্তবাগী য়ুম অসি † নন্দনবনগা মান্নবা উরে। লম্বী তাকউ।

চেটী —আর্য্য! নিপান শুবা কা অসিদা লেঙশিনবিসি।

বিদূ :—(চঙ্হুনা য়েংলগা) তাহরহা! মুগাগী ইনফি ইম্নিবা, অঙ-কপা অলঙ্কারনা শরুক অনী অনী লৈতেংহুনা শাংক মখল মখল থেক্নুনা ভুরোই ঙারোই চৎলিবসি কনানো?

চেটী —আর্য্য! মসি আর্য্যা বসন্তসেনাগা পোকমিন্নবনি।

*নাগদন্ত—ফিরোলনচিংবা যাম্নবা ফক্লাংদা নপ্তুনা থম্বা শামু মমানা শাবা। †নন্দনবন - স্বর্গদা লৈবা ইন্দ্রবন।

বিদূ ঃ—বসন্তসেনাগা পোকমিন্নজরিবসি করি তপস্যা তৌরকপনো ? মসি হায়বসি মতীক চাদে ; মরমদি লংলে, থোংলে, মনমস্থ সুংশিরে, অহুমকপু মোংকমগী লম্বীদা হৌবা লৈহাউ পাম্বীগুম শোক্ল-শম্নহৈদবনি। (অমরোমদা য়েংলগা) তরু-তরুবা মচু ফজবা ইনফি ইল্লিবী, থোঙঙ্প উপ্লিবী, থাউনা মথোঙ থোং থোং লাউবী মসিনা অমুক কনানো ?

চেটী —আৰ্য্য ! মসি ঐথোয়গী বসন্তসেনাবু পোকপীনি।

বিদূ —হায় ! অমাংবী ডাকিনা'সিগী মবুক অসিনা নোয়রিবা পাক্লিবসি য়েঙঙ্নেসে। মহাদেবগুম্বী মসিবু মফম অসিদা কমহন্দুনা থোঙবু ফজনল্লিবরা করিনো ?

চেটী —ঐথোয়গী ইমাবু অস্নুম্না নোক্লজগনু। সুমিং মরিনি শুবা থুদিংদা লাইহৌ হৌবদগী অমুক কংগ্রবনি।

বিদূ ঃ—(ফাগি তৌহুনা) নতীক নগুণ চাউরবা মরিনি শুবা শুবা সুমিংকী লাইহৌ ! ঐহাক ব্রাহ্মণনি, ঐঙোন্দমু অমুক্তদি অস্নুম তৌনা য়েংবিরকউ।

চেটী —শিহুনা তৌক্লনিকো।

বিদূ ঃ—(ফাগি তৌহুনা) মীনাম্নুবীগী মচা ! সুগাম থুংবগুম পুক্লংবা মীদি শিবনা ফৈ। মরমদি —

নমা অসে নথোয়গী
থকপদনা ডাওবনি
শিরবদি লমহূই
* সীধু সুরা আসববু
অসি য়ৌনা নোয়বনি,
লিশিংগী চৌক্লাক ওইগনি ॥২৭॥

নথোয়গীলল্লোনপোৎ পুবা হিনচিংবা চৎপরা ?

* সীধু—চুহিদগী ত'বা য়ু, সুরা—চাকপী তংবা য়ু, আসব—চিনিবগী তংলোকপা য়ু।

চেটী —আর্য্য ! চত্তে, চত্তে।

বিদূ ঃ—মরম অসিদা করিবু হঙ্গ'ন ? প্রেমগী ঈশিংনা চে'ল্লবা কাম সমুদ্রদা চৎলিবদি, নখোয়গী স্তন, নিতম্ব অমসুং জঘনগী মশক ওইবা লল্লোনহিনি। থৌদোক কয়ানা থল্লবা অমসুং কানিপান শুরবা—বসন্তসেনাগী ময়ুম উরগা থাঙ্গেশেংনা মরোল অহুম্মক অসি মফম অমদা পুল্লপ লৈবগুম নীংঙি। ঐগী ইচিন্না থাগৎপা ওম্বা নত্তে। ওক্তবীগী ময়ূম্না নত্রগা বুবেরগী ময়ুম্না ? নবেম্মদি কদায়দনো ?

চেটী — ইবেম্মদি লৈকোম্দা লৈ লেঙশিনবিয়ু আর্য্য !

বিদূ ঃ—(চঙ্কছুনা য়েংলগা) মসিসু অঙকপনি ! লৈকোন অসিসু ওক্না ফজে। লৈপাল মথল শুনা থারি, মখোয়না লৈশাৎ তন্নি, কুংলবা লৈপানশিংগী মখাদা যুবতিশিংগী নীংথ চনবা *পট্টদোলা লৈরে। মরনাই বেঞ্জরকপা স্বর্ণযুথিকা, সেফালিকা, মালতী, মল্লিকা, নবমল্লিকা, কুরুবক, অমসুং মাধবী হায়বা লৈরাংশিংমত্ত না লৈকোন অসিনা, থাঙ্গেমক শেংনা নন্দনবনগী ফজববু হন্থহনবগুম তৌরি। মায়কৈ অসোমদা হুন্দোক্লকপা হুমিংকি মতৌগুম ফজরবা থম্বাল অমসুং থরো অঙাংবমক্তনা পুথ্রী অসি সন্ধ্যা য়াচংবগী মতৌগুম্নি।

অমসু

অশোক কৌবা উপানগী শাংলি চোংলি মপাল মনা

* পট্টদোলা—কত্রংগী থৌরানা মন্নি ওইবা হায়রুনা শাম্নবা ফম্বাক।

ঈ থ্রক-থ্রক লাউবনা মহকচাংদা তৈরবা
অথোইবা লাম্মীগুমদুনা অশোক উপাল ফজরি ॥৩০॥

ফরে, নখোয়গী নবেম্মা বসন্তসেনা কদায়দা ?

চেটী — হুন্থনা য়েংবিয়ু, ইবেম্মবু উবিগনি।

বিদূ :—(উরদুনা মনাক্তা চঙশিনথুগা) নহাক্‌নী মঙ্গল ওইসন্থু।

বসন্তঃ—ওঃ! মৈত্রেয়! (হৌগৎলগা) লেঙশিনবিরকসি, আসন লৈরে, মসিদা লেঙশিনবিয়ু।

বিদূ :—ইবেম্মস্থু লেঙশিনবিয়ু (অনাম্বক ফম্মি)

বসন্তঃ—চারুদত্ত মঙ্গল ওইরিকো (য়াইফরিকো) ?

বিদূ :—মহাক মঙ্গল ওইরি (য়াইফরি)

বসন্তঃ—মৈত্রেয়! অমস্থু

গুণনা মনা ওইরিবা নোম্নুকপনা মশা ওইরিবা
থাজবনা লেম্ফ ওইরিবা গৌরবনা লৈরাং ওইরিবা
অত্তোপ্পগী তেঙবাংনা মহৈ ওইনা য়াম্লিবা—
অফ মীশক উপান্দা ঙাইশেল মরূপ মপাঙ
খিবিক্লা উচেক ওইদুনা তোংদুনা লৈরিব্রা হুংঙাইনা
॥৩১॥

বিদূ :—(মথন্দা) ফত্রবী ওকবী'সিনা থঙবসি ফজনা থংতি।

বসন্তঃ—ব্রাহ্মণ! লেংবিরকপবু করি মরমগী ?

বিদূ :—তাবিয়ু ইবেম্মা! ঈকাই খুম্মনিংঙাই ওইবা চারুদত্তনা মখুৎ লোম্নুনা ইবেম্মদা হায়জরক্লি।

বসন্তঃ—(খুৎ লোম্নদুনা) করি তাকপিরকপা ?

বিদূ :—"ঐনা নঙবু থাজবদগী, সনাগী অলঙ্কার অদু ঐগীগুম্বনি নীংদুনা চোবোরদা থাদোকখ্রে। অদুবু সভাপতিদি নিংথৌগী দূতনি, মহাক কদায়দা চৎপ্রবনো হায়বদু ঐ খঙদ্রে।"

চেটী — ইবেম্মগী লাইবক্তি ফগৎলক্লি, আর্য্য চারুদত্ত চৌবোররালা ওইরক্লে।

বসন্ত:—(মথন্দা) কয়াদা ঙকপনো! হুরানবনা হুপ্রবনি, অদুমক পুকচেল চাউবা ওইবদগী "চৌবোরদা মাঙখ্রে" হায়রিবনি। অসিননি ঐনামাবু পামজরিবা।

বিদূ : - অদুনা মদুগী মহুৎ ওইনা রত্নমালা অসি লৌশিনবিয়ু।

বসন্ত:—(মথন্দা) ঐগী অলঙ্কার অসি উহনশিরা করিনো ? (রাখল তৌরগা) উহল্লরোই।

বিদূ :—রত্নমালা অসি লৌবিররোইদ্রা ?

বসন্ত:—(নোক্লুনা মরূপ চান্নবীগী মমায় য়েংদুনা) মৈত্রেয়! করিগীদমক রত্নমালা লৌরোইদগে [অসি হায়দুনা লৌরগা মনাক্তা থমখি) মতুঙদা (মথন্দা) অঙকপনি! মপাল শাত্তবা হৈনৌ পাম্বীদগীসু লৈহি শিম্বরি। (ফোংনা) আর্য্য! ঐগী রা ওইনা চৌবোর বালা আর্য্য চারুদত্তদা থঃহনবিগনি "ঐসু য়াচংবা মতমদা ইবুংঙো উন্নবা লাকচগনি"।

বিদূ :—(মথন্দা) চারুদত্তগী মনাক্তা য়োগদোরি। (ফোংনা) ঐ

হায়জগনি। ( মথন্দা তুমিন্না ) "ওক্তবীগী সঙ্গ থা-দোকউ" হায়গনি।

বসন্তঃ—ইভা চান্নবী ! অলঙ্কার অসি লৌশিন্নু,.চারুদত্তগা শান্নবা চৎকে।

চেটী— আর্য্যে ! য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু, মতম নত্তনা নোংনা পুংমম মমপ্রে।

বসন্তঃ— নোংস্নু চুসন্নু অহিংস্নু ওইসন্নু,
মংসন্নু নোংস্নু, চান্নবগীদমক
নিবনি থল্লোই করিস্নু ঐনা
পরপ-পরপ লাওসথি ! লীক পুক্নুনা ॥৩২॥

( পূন্নমক থোকখি )

মদনিকা শর্ব্বিলক কোবা মরিশুবা অঙ্ক লোইরে।



# মঙাশুবা অঙ্ক

( আসনদা ফমদুনা চারুদত্ত পূক্নীং খোয়রাওনা লৈরম্বা )

চারুদত্ত—(থক্তা য়েংদুনা) মতমচাদবা নোংনা পুংমম মমথ্রে। মরমদি

থক্তা মমৈ শল্লিবা    য়ুমদা য়োকপা ল্লাহোংনা
হরাও হরাও য়েংলিবা,    মানস সরোবরদা
চংনিংলবা কাংগুনা    মপুক্নীংদি লাওদুনা
ল্লাওই-থৌওইবিত্রবা    মতম চাদনা মংলকপা—
নোংগী অমম্ব'সিনা    অতিয়াবু অমদি
ভাইঙমদনা ভাইরিবা    মীওইবগী থম্মোইবু
খুদক্তা মতম অমদা    পুল্লপ পুন্না কুপশিল্লি ॥১॥

অমসু

লৈওল্লবা ইরোইগী    মবুককুম্না অমদি
খোইমুগুন্না মুরবা    মেমাল্লবা ফিগুম্বা
নোংথাং কুপ্প মঙালনা    মাগী মফি ওইরিবা
মোইবুংগুম্বা উরোকনা    মঙোন্দা পুল্লপ তিল্লবা
নোং অসিনা বামনগী    মশক লৌরবা বিষ্ণুগী
মতৌগুম্বা অতিয়া    কুপশিনবদি হৌরক্লে ॥২॥

অমসু

নারায়ণ মূর্তিগুম মুরবা    অখোয়বা উরোকী পরেংনা
মহাকী মোইবুংদি ওইরিবা

মরোল মরোল লোনবা

নোংথাংনা

কৱাংগী ফিজোন থোল্লবা নারায়ণগুম্নবা নোংনা
অস্নুক চাউরবা অতিয়াদা কাখৎলক্লিয়ে অস্নুম অস্নুম ॥৩॥

মহী চেনবা রূপাগুম্না নোংদগী নোংলি তারক্লি,
নোংথাং কুপ্পদা উনরি উদে কুপ্তবা মতমদা,
আকাশ ফিজোলগী অতৎপা লংজাগুম্মি য়েংবদা ॥৪॥

তিন্নরিবা চক্রবাক লাবা অমোমগুম মুরিবা,
করিগুম্বদা পাইরিবা কাংগুম্না ভোরিবা,
করিগুম্বদা সমুদ্র নৈবগীদি মতমদা
ক্যারকপা ঙা কূর্মর মপৈগুম্না চাউরবা,
করিগুম্বদা কনানা ঈনখৎলকপা দলানগুম
পাক্না শন্না লৈরিবা পাকা শল্লবা মশক্না
তুংদা নপশিন্নরিবা কাখৎলক্লিবা অমদি
মুংশিৎনা মতুপ তুপ্লিবা নোংনা মরম ওইদুনা
আকাশ'সে হৌজিক্তি অরেকপগুম ফজরে ॥৫॥

নোংমা মল্লবা অভিয়া ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী
লৈপাকদি মান্নরে, দুর্যোধনগী মতৌগুম
নাপন চাউবা অকনবা বাহোং খোংলি পুকপেন্না,
চৌবোরদা পোরবা যুধিষ্ঠির মতৌগুম
কোকিল তূমীন লৈখরে, দ্বৈত কোবা বনদগী
পাণ্ডব মথোয় মঙানা লোত্তুনা লৈগে চৎখিবা
মতৌগুম্না কাণ্ডাশিং ঈরোম্মুংদগী চৎখরে ॥৬॥

(রাথল তৌরগা) মৈত্রেয়না বসন্তসেনাগী মনাক্তা চৎখিবা মতম কুইরে. অদুবু হৌজিক ক্লাওবা লাক্তে।

বিদূ :—(চঙলক্লগা) অঙকপনি! ওক্তবী'সিগী মপামগল অমস্তুং মপূকচেল মপীক যেঙভুনেসে—করিগুম্বা অমত্তা হায়দনা ইথৌ থৌওইদনা রত্নমালা লৌখিবা! মচাক মরূপ অস্তুক লৈনা লৈনা য়োং ওক্তবী অসিনা "আর্য্য! পোথাবিয়ু, অহাও-অথুম থরদং হাবিয়ু ক্ষাওবা হায়দ-বনি" অদুনা মীনাইমচা ওক্তবী 'সিগী মমায় য়েঙথ্র-রোই। "লেম্ফু য়াওদবা খেঙোং, মীনমদবা লল্লোনবা, হূরাব্দবা সনাশাবা, থুঙ্গা তিন্নবদা খৎনদবা অমস্তুং পামগব্দবী ওক্তবী ক্লপী লৈবা হৌনদে" হায়না মীনা ঙাঙনবা অচূম্বনি অদুনা চৎলগা চান্নরবা মরূপ চারু-দত্তদা ওক্তবীগা মরী লৈনদনবা হায়রুখিগে। (চৎনা চৎনা উরদুনা) চান্নরবা মরূপ লৈকোব্দা ক্ষমদুনা লৈবিরি। মনাক্তা চঙশিনগে। (মনাক্তা চঙশিল্লগা) মঙ্গল ওইয়ু, চাওখৎলকউ।

চারু :—(উরদুনা) ঐগী জুংশিরবা মরূপ মৈত্রেয় য়ৌরক্লে। মরূপ! লেঙবিরক্লেদনা? কম্বিয়ু।

বিদূ :— ক্ষমজরে।

চারু :— মরূপ! থবক অদুগী পাউ তম্মু।

বিদূ :— থবক অদুদি লোইরে মাঙলে।

চারু :—রত্নমালা অদু মহাক্না লৌখিত্রবরনে ?

বিদূ :—অদুগুম্বা লাইবকপু ঐখোয়দা থোক্কত্রা ? অনৌব থম্বাল মানবা মথৃৎ অনী অদু মকোকথক্তা লোম্নরগা মহাক্না লৌখি।

চারু :—অদুদি করিগী লোইরে মাঙলে হায়রিবা ?

বিদূ :—হেঃ ! করিগী মাঙত্রিবনো ? চাথোকখিদা থক্তোকখিবসু নত্তবা, হুরানবনা হুগ্রবা, মমলসু য়ামখিত্রবা সনাগী অলঙ্কার অদুগীদমক সমুদ্র মরিমক্তদগীসু হেল্লবা রত্নমালা মাঙহনগ্রবা নত্রা ?

চারু :—মরূপ ! নত্তে, নত্তে, অসুম্বা হাযগনু মরমদি —

বসন্তসেনানা ঐখোয়দা থাজবগী মথক্তা
থৈজরম্বনি লৈত্তেংদো মমল য়াম্বা থাজবা
অদুগী মমল ওইনবু পীখিবনি পোৎশক্তু ॥৭॥

বিদূ :—মরূপ ! বসন্তসেনানা মাগী সথীশিংদা ইঙ্গিত পীরগা মচীন থুমদুনা ঐবু নোরখিবা অসি ইপূরুীং সুঙতাইতনবগী অনীশুবা মরম অমনি। মরম অসিনা ঐনা ব্রাহ্মণ অমা ওইনা নখোঙদা কোক্না শোক্না নঙোন্দা খঙহজ্জরি —মহা পাপকী মশক ওইবা ওক্তবীগী সঙ্গ অসি তোক্লো। মরমদি ওক্তবী হায়বীসি খোঙতুপ মনুংদা চঙগ্রবা লৈচেংগুম য়াম্না রানা লোথোকপা তাবনি। অমুক্তা তাও — ওক্তবী নুপী, শামু, মীনমহুনা লাইরিক ইবা মী, চারিবা, মরুক শেংদবা অমসুং গাধানা লৈবা মকমদা কত্তবা মী কাওবা চঙন-ত্রিবনি।

চারু :—মরূপ ! অদুক য়াম্না চৈ-থাংদুনা কান্নদে, ইশাগী কীবম অসিনা তোকপা তাবনি। য়েঙু—

শগোল য়াঙনা চেন্নবা হোৎনবনি অদুবু
মপাঙ্গল 'দু লৈত্রগা য়াঙনা চেনবা ঙম্নক্তে।
মীগী অঙাওবা পুক্নাংসু মরম থুদিং মখল্লি
ঙম্নক্ত বা মতমদা হুন্দোক্লই মরনাই ॥৮॥

অমসু

মরূপ ! মহাক অৎদি মরল লৈবা মীগীনি
মহাক লন্না ফংবীনি, ( মথন্দা তুমিন্না ) নত্তে, গুণনা ফংবীনি।
(ফোংনা) ঈরল লৈত্রবনিনা শাদোক্লবীনি ঐহাক্না ॥৯॥

বিদূ :—(মরাম লূক্না য়েংলগা) থক্তা য়েংলগা মসিনা স্বর মপী হোন্দোকপসিনা ঐনা খল্লি—ঐনা খাম্নবসিদা মসি য়াম্না ঙাইঙমত্রে। অদুনা "অপাম্বা হায়বসিদি খাম্ন-খাম্নগা হেন্-বনি হায়নবসি অচুম্বনি। (ফোংনা) বসন্তসেনানসু হায়খি "ঙসি তুমিদাং ঐ অসিদা লাক্কনি"। অদুনা ঐনা খল্লি—রত্নমালা অদুনা পেন্দদুনা অতোপ্পা থরসু নিবা লাক্-দৌরি।

চারু :—মরূপ ! লাকসনু—মবুক পেন্দুনা মরাইনা হঙখিগনি।

চেটী —(চঙলক্লগা) খঙবিয়ু মী পুম্নমক !

নোংনা অদুপকি মতীক চুরগা
চোৎলি অদুপকি মতীক নজম্না,

অয়িংবা হুংশিংনা অহুপকি মতীক
নীকই ইপুক্লা অহুপকি মতীক ॥১০॥

(নোক্লগা)

মথুল তরেৎ হুৎলবা ঐনা খোংলিবা বাঁশ্রীগী
হুংশিবনি মখোলসে, মরী তরেৎ তিংশিবা
ঐনা খোংলিবা বঁনাদৈ পোক্লি মখোল নীংথিনা,
ঐনা শৈশক্লি গাথাগুম মরম 'সিদা ইনাক্তা
* তুম্বুরুনা কনানো নারদনা কনানো ? ॥১১॥

ইবেম্মা বসন্তসেনানা ঐঙোন্দা তাকপিথি — "কুম্ভীলক নহাক্লা চৎলগা ঐ লাকনি হায়বা পাউ অসি আর্য্য চারুদত্তগী মফমদা শঙহল্লু"। অদুনা ঐ আর্য্য চারুদত্তগী ময়ুমদা চঙলে। (খোঙ থাঙজিন্দুনা চঙবগী অভিনয় তৌদুনা) চারুদত্তস্তু কপ্পবা ব্রাহ্মণ অসিস্তু লৈকোন্দা লৈরেদনসে। অহুদি মখোয়গী নাক্তা চৎলগে। লৈকোনগী থোঙ থংলি। করে, ব্রাহ্মণ কত্তবা অসিদা ইঙ্গিত অমতং পীগে। (অসি হায়রগা তেংপাক মচা অমা লংই)

বিদূ :—চকপন্না কোয়শীনবা †কপিত্থদা তেংপাক্লা তম্বগুম কনানো অমনা ঐঙোন্দা তেংপাক্লা তম্লক্লি।

চারু :—লৈকোনগী দালান মতোন্দা লৈবা অরাঙবা শঙদা থুনুশিংনা শান্নবদা মখোয়না থাদরকপা তেংপাক ওইরমাল্লে।

* তুম্বুরু—অফাওবা ঈশৈ শকপা গন্ধর্ব অমা
† কপিত্থ—হৈথাগোক মওং মানবা উহৈ অমা। বাঙ্গালা লোন্দা "কোদবেল" হায়নৈ।

বিদূ :—মীনাই মচা ! ফজবা থুন্থ ! লৈয়ু লৈয়ু, চৈ অসিনা হৈনৌ অমুনবা য়ৈথবগুম দালান মথক্তগী য়ৈথগে। (অসি হায়-রগা চৈ হায়গত্তুনা চেনখি)

চারু :—(লুগুণদা পায়হুনা চিংলগা) মরূপ ! ফম্মু। অহুনা করি কায়গদগে ? থুনুমচা অসে মাগী চায়বীগা লৈরি।

চেটী – অঙকপনি ! থুনুবুদা উই, ঐবুদি উদে ! ফরে, লৈতুমমচা অমনা অমুক্তা থাগে।

বিদূ :– (মায়কৈ মরিদা য়েংলগা) কুম্ভীলকনিনা ! মনাক্তা চৎলগে। (চৎলগা থোঙ হাংদোক্লগা কুম্ভীলক ! চঙশিল্লু। ফরেদা নঙনা লাকপা।

চেটী —(চঙলগা আর্য্য ! থুরুমজরি।

বিদূ :— করিগী অসি য়ৌনা মম্বদা লাকপনো ?

চেটী – ঠাকুর ! মাদো।

বিদূ :—কনানো মাদো।

চেটী — মাদো।

বিদূ :— অঙাওবীগী মচা ! চাক্তাওবা মতমদা লায়রবা অহলনা তৌবগুম করিগীদমক নঙনা মা, মা, তৌরিবা ?।

চেট :– ঠাকুর-নঙসু করিগীদি ইন্দ্রযাগগী অকৎপা পোৎ পাম্বা কাককুম্না কা, কা, তৌরিবদে ?

বিদূ : – অহুদি হায়যু।

চেট : – (মথম্দা) ফরে, অসুম্না হায়রগে। (ফোংনা) ঠাকুর ! নঙোন্দা রা অমা হজে।

বিদূ :—ঐশু নকোক্তা নেথগে।

চেট :— খঙবরা য়েঙ্গে, হায়য়ু য়েংসি—করম্বা মতমদা হৈনৌ মপাল শাবগে ?

বিদূ :—অঙাওবীগী মচা ! ওল্লাঙ থাদা।

চেট :—(নোক্ন ) নস্ত্রে, নস্ত্রে, ঠাকুব।

বিদূ — (মথন্দা) মসিগী পাউথুম করি পীসিগে ? (ভাইহাক খল্লগা) ফরে, চারুদত্তদা চৎলগা হংলুখিগে। (ফোংনা) মতম খজিক্তংদি ভাইখো (চারুদত্তগী নাক্তা চঙথ্রগা) মল্লাপ ! করম্বা মতমদা হৈনৌ মপাল শাবগে ?।

চারু — অপঙবা ! বসন্তদা।

বিদূ :—(চেটগী মনাক চঙ্খিহনা) অপঙবা বসন্তদা।

চেটী — নঙোন্দা রাহং অমগা অমুক হঙ্গে ঈনাক-কৈরাক্ থুনবা থুঙ্গংবু কনানা ভাকই।

বিদূ :— হাই ! লম্বীননি।

চেটী — (নোক্নগা) নস্তে নস্তে, ঠাকুর।

বিদূ :— ফরে, চিংনহনা মরৈরবা হায়বহনি। (ৱাখল ভোরগা) ফরে, অমুকসু চারুদত্তদা হংলুখিগে। (অমুক লাকুনা) মথক্তী রাহং অহ হংই।

চারু :—মল্লাপ ! সেনা-না

বিদূ :—(চেটগী মনাক্তা চঙ্খিহনা) মীনাই মচা ! সেনা-না

চেটী — ঠাকুর ! পদ অনীমক পুশিল্লগা পরপ পরপ হায়ু।

বিদূ :— সেনাবসন্ত।

চেটী — ওয়োল্লগা হায়ু।

বিদূ :— (মশা লৈথে'ক্লগা) সেনাবসন্ত।

চেটী — হে অপঙবা বামন! পদ অদু ওন্থোক্লগা হায়য়ু।

বিদূ :— (মথোঙ কারণ চপ্লগা) সেনা বসন্ত।

চেট — হো! অপঙবা! ময়েক্লা শাবা পদ অনী অদু মথক মথা ওন্থোকউ হায়বা।

বিদূ :—(রাখল তৌরগা) বসন্তসেনা।

চেট — মহাক অদু লাক্লে।

বিদূ :—অদু ওইরবদি চারুদত্তগী মফমদা তাকলুথিগে। (মনাক্তা চঙথ্রগা চারুদত্ত নংগী মহাজন লাক্লে।

চারু :—ঐখোয়গী বংশদবু কদায়দগী মহাজন?

বিদূ :—বংশদা নত্রবসু থোঙজিন্দদি মহাক লাক্তুনা লৈরে।

চারু :—মরূপ! ঐঙোন্দা করিগী তাং তৌরিবা?

বিদূ :—ঐগী ইরা থাজত্রগা কুম্ভীলক অসিদা হংঙু! হাই! কুম্ভীলক! ঐগী নাক্তা লাও।

চেট — (নাক্তা লাক্লগা) আর্য্য থুরুমজরি।

চারু :—ইবুংঙো! লাকপিরি! হায়য়ু, বসন্তসেনা থাঙ্গশেংনা লাকপিরবনিকো?

চেট — থাঙ্গশেংনা লাকপিরবনি।

চারু :—(নুংঙাইবগা লোয়ননা) ইবুংঙো! কৈদৌঙৈদসু ঐদি নুংঙাইবা পাউগী মমল মাঙহন্দবনি। অদুনা মনা অসি লৌ (অসি হায়দুনা ইনফি পী)

চেট — (থুরুমহুনা লৌরগা পুল্লীং হুংঙাইনা) ইবেম্মদা হায়জরুরগে (অসি হায়হুনা চংখি)

বিদূ :—খঙলবরা? অসি য়ৌনা মমথ্রবা অসিদা লাক্লিবা করিগীনো?

চারু :—মল্লপ! ঐ চপ-চানা খঙদে।

বিদূ :—ঐদি চপ্-চানা খংঙি, রত্নমালাগী মমলদি য়ামদে সনাগী অলঙ্কারগী মমলনা য়াম্মি, অহুনা পেন্দহুনা খরগা অমুক পামহুনা লাকপনি

চারু :—(মথন্দা) মথল্লায় পেন্দুনা চংশিগনি।

(মতুংদা বসন্তসেনা কেনা খোৱাংবগা লোয়না, ছাটিন থানবী হুপী, অমসুং বিট চঙলকই)

বিট — (বসন্তসেনা তমহুনা)

থম্বাল পায়দবী লক্ষ্মীনি, মেঙলবা কামগী খুৎলাইনি,
কুলবধুগী অরাবা থোকহনবীনি কামগী বৃক্ষগী
লৈরাং বসন্তসেনানা রঙ্গভূমিগুম্বা সঙ্কেত-
কুঞ্জদা থেক্লা নৌনা রতি নিয়ম ঈকাইবা
পুন্নমক্লা লোয়ননা চংলি মাগী মতুঙদা
মহাক্কা চানবা ঐখোয়না শেন্দুনা মতুং ইন্নরি ।।১২।।

বসন্তসেনা! য়েংঙউ য়েংঙউ—

বিরহিণী রমণীশিংগী থম্মোইগুম্বা
নোংশিংনা চীঙদোন্দা খোংলি নেমথরক্লুনা,
রাহোংশিংনা মখোলবু তাবা খুদক্কমক্তদা
কোয়না কোয়না পাইহুনা মণিনা শাবা কোনাগী
হমাইনা 'তিয়া হম্বগুম তৌরিবসি য়েংঙু্বা। ১৩।

অমস্যু

মচীন্দা লৈথোম তৈরবা নোঙ্গী নোংলিনা ফুরবা
হঙোইশিংনা থকচরি নোঙ্গী ঈশিং হরাওনা,
কামগী চৈথেং ফংলবা য়াহোংনা খোংলি গুংঙাইনা
কদম্ব পাম্বী খিবিরক্লা থাউমৈগী মতৌগুমলক্লে,
শাগৈ চেম্ববা মীশক্লা সন্ন্যাস ধর্ম্মবু তৌবগুম
নোংনা থাবু কূপথরে, শাগৈ জাৎ ফঙবী
যুবতিগুম নোংথাংনা ভওদানা লৈতে অমদা ।১৪।।

বসন্তঃ— পণ্ডিত ! তাকপীবা য়াহৈ অচুম্বনি ।

বসন্তসেনা ! অপঙবী ! কুণ্ডলবা * পয়োধরনা
ভিন্নবী ঐগা লোয়ননা নঙ্গী চান্নথোইরবা
চারুদত্তনা শান্নবা' সিদা নঙ্গী করি কায়
হায়বগুম্না অহৌংনা শাউগল্লবী লোম্নবীগুম
খোং-লাউনা ঐহাকপু হন্না হন্না খামহ্নুনা
ঐগী চৎলম লম্বীহ্ থৎলি পীরি অপনবা ।১৫।।

বিট — মাগী হোনবীস্যু মানা তৌরে, নংনস্যু পেত্রিং খোরা ঙাঙলি ।

বসন্তঃ—পণ্ডিত ! নুপীজাগী হোনশা ওইনা মঙোন্দা শাথিনা হায়রুহ্নুনা করিবু কান্নগদগে ? য়েংবিয়ু—

নোংনা খোংসগ্ন চুসহ্নু, বজ্রনস্যু তাসহ্নু ।
মপুনাক্তা চেনগ্রবীনা থৌওইদে অরিং-অশাবু ।।.৬।

বিট — বসন্তসেনা ! য়েংঙু, য়েংঙু—

ঁংনা শাম্বু কনগ্রবা তেৈজৈগুম পৌনা চুরিবা

*পয়োধর — নোং, Breast

ঢকাগুম্না ঙংলিবা পতাকাগুম নোংথাং-কৃপ্লিবা
নোংমা নোংথক্তা .থাক্লিবা থাগী মঙাল কূপশিল্লি,
মপাঙ্গল কনবা নিংথৌনা মপাঙ্গল লৈতবা য়েক্লবা
নিংথৌগী কোন্নুং মনুঙদা চঙলগা লোইপোৎ
লোবগুম ॥১৭॥

বসন্তঃ — অচুম্বনি।

শামুগুম মুশিল মুরিবা মনুঙদা ঈশিংনা থনবনা
মথাদা লেমথরক্লিবা নোথাং উরোক অনিনা
পুনখিবগী মরম্না লাংনা লাংনা উরিবা
পোংলিবা নোংশিং'সিনা বিরহীশিংগী থম্মোইনা
তেনবাম্মুনা লৈরবদা অরাবনি মতম'সিমক্তা
পুকফত্তবা আশা কায়বা, বিরহীশিংবু হাৎনবগী
ঢকাগী মশক ওইরিবা উরোক হায়বা উদেক্লা
হোগাই থিনগাই মফমদা থুম থাকপগী মতৌগুম
প্রাবৃট প্রাবৃট হায়দুনা খোংলি তোয়না তোয়নদি
॥১৮॥

বিট — বসন্তসেনা! মসিনা মসিনি, অমগা অমুক য়েংঙু —
উরোক কোয়েৎ অতৌবা হাপ্লিবা নোংথাং চামরবু
হায়গৎলিবা'ত্তিয়ানা অকনবা শামু শানিংলি
॥১৯॥

বসন্তঃ—য়েংঙু, য়েংঙু—

চোৎলিবা তমাল পত্রগুম মুশিল মুবা নোংশিংনা

মরম ওইনা মুংথিন্দা নোংনা কুপগ্রে'তিরানা,
লৈশৌবুংগী লৈপাকপু নোংলীনদি য়ৈবদা
তেনবাল্লবা শামুগুম মথঙ মথঙ হীকথরি,
বিধাতানা নোংথাংবু দগান মথক্তা থাল্লিবা
সনাগী থাউমৈ শেম্লম্মে, নো'শিংনা থাবগবু
মপুরোইবা পাঙদবী মুপী হুবগুম হুখরে ॥২০॥

বিট :— বসন্তসেনা ! য়েঙঙু য়েঙঙু—

থৌরীগুম্বা নোংথাংনা লাকপগুম্বা মখাঙদা
নোংলি য়াওবা নোংশিংনা শামুশিংগী মতৌগুম
পাইশিন্নরগা ইন্দ্রগী য়াথং মতুং ইন্দুনা
রূপাই থৌরীনা পৃথ্বীবু তৌরি চিঙ্খৎপগুম্না ॥২১॥

অমস্তু য়েঙঙু—

অকনবদি মুংশিংকী শাফুনা কোয়না পাইরিবা,
মুংদা লেঙবা সমুদ্রগুম্বা ইরোই সঙ্গুম মুরবা
নোংগী মপৈ মপৈনা নোংথাং তেন্না পাল্লবা
কন্না চুবা নোংলিক্কী মণি' তেঞ্জে-কয়ানা
মুংশিবা মনম্না তিল্লবী শংত্রিক-শংবা অনৌবা
নাপীনা নীংথিজরিবী পৃথিবীবু থিঙ্গাইরি ॥২২॥

বসন্তঃ—পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! অমগা অমুক য়েঙঙু—

রাহোং মপৈনা চীঙ্খোক্না লাও লাও কৌথিবা
উরোক পরেংনা পাইরগা কোঞথিবা থৌরাংনা,

থম্বাল বনবু থারগা *মানসদা চৎনিংবা
কাণ্ডশিংনা মীপাইনা য়েংখিবা নোংনা কুজ্জনা
মায়কৈ খিবিকপু মুহন্না কাখৎলক্লি 'তিয়াদা ॥ ৩॥

বিট :—মসিস্তু অচুম্বনি। অমগা অমুক য়েঙউ—
থম্বাল বনগী মমিৎনা কুপখিদরে হৌজিকসে,
অহীং হুংখিল খণ্ডখিদ্রে, নোংথাং কুপ্পা মতমদা
ঙাইহাক মাঙলুই অমম্বা উরকই অমুক মতুংদা,
মায়গৈ'পুম্বা কুপংরে, জগৎ অসি নোংলিগী
য়ুমগী মহুংদা চম্বরে নোংমদোনদা রাংলবা
নোংগী ছত্র খনথরে, তুমখূল হুন্না তুমখরে ॥২৪॥

বসন্তঃ—অচুম্বনি। য়েঙউ—
ফত্তবা মীগী মফমদা . পীনখিবা মতেঙ্গুম
উবা ফংদ্রে নক্ষত্রশিং মায়গৈ পুম্নমক নীংথিদ্রে
মপুরোইবা লৈতবী হুপীগীদি মতোগুম,
দেবরাজগী থুৎলাইগী মৈন্না চাক্লবা আকাশ
মহী চেন্দুনা ঈশিংহুন ওইনা তারক্লে মথল্লি ॥১৫॥

অমস্তু য়েঙউ
নোংনা রাম্বৎলি নেম্লকই, চুথরক্লি থোঙলক্লি,
অমম্ববু পোকহল্লি নৌনা মরল লৈরকপা
মীশককুম্না অয়াম্বা শকলোনবুদি পুরিয়ে ॥২৬॥

* মানস— মানস সরোবর, of a sacred lake on the Mountain Kailasa.

বিট:— হায়রিবদু থাঙ্গে শেংবনি।

নোংথাংনা চাকপগুম্রে'তিয়া নোকপগুম্রে উরোক পঙক্তিনা,
নোংলী তেনবু কাপ্লিবা *ইন্দ্রধনুবু পায়দুনা
তৌরি লাম্নেংনবগুম, হৌরবা বজ্র মখোলনা
† সিংহনাদ তৌবগুম্লি, উরু উরু লৈবগুম্লি হুংশিংনা
অমুবা নোংনা কুংনা ধুপলাংবগুম্মি মশাদা ॥২৭॥

বসন্ত:—

নোং নঙ'সি চোপ্লিদা চান্ন'নাক্তা চংচবী
ঐবু ঙংদুনা বিহল্লে নোংলী নথুংনা শোক্লরে ॥২৮॥
ইন্দ্র! নঙবু হুংশিজরম্বী অমরনে ঐহাকসে,
নঙনা ঐবু থাম্লিবা নোংশা মানবা নোষ্মে'ন্না,
চান্নবা চারুদত্তগী মনক্তা চংচরিবনি,
নোংনা ঐবু থংপদি হৌনদবা থবক্নি ॥২৯॥
মমাঙৈঙদা নহাক্লা অহল্যাগী মরমগী
ঐ গৌতমনি হায়না ওইদবাহৈ তাকপীথি,
অদুগুম্না ঐগীস্ু উবিরগা অরাবা
নোংশিংবু থাম্বিয়ু ঐগী লম্বী পীবিয়ু ॥৩০॥

অমস্তু

খোঙ্গে খোঙডু লাউগে লাউ চুথহল্লকে তৌবিয়ু,
বজ্র চামা চামবু থাদগে থাদবিরকউ,
চান্নবকাদা চংচবী হুপীবু থিংবা ওম্বিরোই ॥৩১॥

---

* ইন্দ্রধনু—অতিয়াদা থনবা চুমথাং।
† সিংহনাদ—নোংশাগী লায়াও

নোংনা খোঙে হায়রগা খোংজসন্থু মরমদি
সুংশি হৈতবা নিপানি, হে নোংথাং নহাকসু
সুপী ওইরগা করিগী সুপীগী অরাবা খঙজ্রিবা ॥৩২॥

বিট—বসন্তসেনা! নোংথাংবু করিগী চৈরি? মাদি নতেঙ পাংবীনি।

ঐরাবতকী থবাক্তা হাইবা সনাগী থৌরীগুম,
চীংদোম্বা য়ুংবা অত্তৌবা ফিরালগীদি মতৌগুম,
নোঙ্গী মন্থুংবু উহনবা নোংথাং অসিনা নহাকী
চান্নবগী মথুন্থু মশক মুন্না খঙহল্লি ॥৩৩॥

বসন্ত—পণ্ডিত! চুম্মি, যুম অন্থু মসিনি।

বিট—নঙদি কলাবিদ্যা পুন্নমক্তা হৈশিংবীনি, অহুনা নঙোম্বা তাক্লিগাই করিসু লৈতে অহুমকপু সুংশিবদগী অরেম্বদা ঙাংলিবা হায়বহুনি—অসিদা চঞ্চগ্রগা নহাক পঞ্চশাও শাও-রোইদবনি।

থোইনা হেন্না শাওরগা ওইরোই কামগী লীলাদো,
শাওদ্রবসু ইশাওমক থোক্লোই কামগী সুংঙাইবা,
নচেনা থজিক শাওরগা মাবুসু থাজক শাওহন্নু
নোঙননা নহৈ নহৈ পেন্নজনবা হোৎনজো ॥৩৪॥

ফরে, অসুম হায়গে। আর্য্য চারুদত্তদা থরা তাকপিরো—

নোংনা মশম চোৎলবী মতু মমানা চুংলবী
নোংথাং কুপ্পদা অমসুং নোঙ্খোং তাবদা কিরবী—
চুপী অমথক নহাকপু উন্ননিংহুনা নয়ুমদা
লৈশাৎলবা কদম্ব—বৃক্ষনা নীংথিজরবা

নোংগী ফজবনমু তিল্লবা মতম অসিদা
য়োরক্কুনা লৈররে, মথোঙদা শিবা নূপুরদা
পকপা লৈখোম চামথোক্লি লৌশিনবিয়ু মসিবু ॥৩৫॥

চারু :—(তারক্লুনা) মরূপ ! করিনো ? খঙলুরো ।

বিদূ :—হোয়, হোয় ভোজরুগে । ( বসন্তসেনাগী মনাক চঙলগা তরাম তরাম্না ) ইবেম্মা ! মঙ্গল ওইসনু ·

বসন্ত :- আর্য্য ! থুরুমজরি । লেঙবিরক্লিবোইরে ? ( বিট-রোমদা ) পণ্ডিত ! মসিনা অদোমগী ছাতিন খানবী ওইসনু ।

বিট : - (মথন্দা) ওন্থোক্লা হৈনা ফজনা ঐবু থাদোক্লেদা । (ফোংনা) ফগনি । বসন্তসেনা !

খোয়চৎ ৱাংচৎনবগা লোয়নবা মীনম শোরিবা
লীচৎকি হোফম ওইরিবা মীনম্বনা মথৱায় ওইরিবা
রতি লীলাগী ভূংনফম কামগী মুঙঙাইব'ফংনফম
ওক্তবী কৈথেলগী পোৎ অতু পোৎশিৎফবা ওইসনু ॥৩৬॥

( অ'স হায়রম্লগা বিট চৎথি )

বসন্ত :—আর্য্য ! মৈত্রেয় ! অদোমগী * দ্যূতকর কদায়দা ?

বিদূ :— ( মথন্দা ) ফজে ! ফজে ! বসন্তসেনানা চান্নররা মরূপপু দ্যূতকর হায়বা ৱাহৈনা লৈতেংলি (ফোংনা) বসন্তসেনা ! মহাক্তি অকঙবা উগী উমংদা লৈরি ।

চারুদত্ত চোবোর পাম্বা নিপা অমনি হায়ক্লুনা মাবু বসন্তসেনানা "দ্যূতকর" কৌবনি ।

বসন্তঃ— আর্য্য ! অদোমগী অকণ্ডবা উগী উমং হায়ববু করিবুনো ?

বিদূ :— মীনা চঙনা খোৎনদবা মফমবুনি । ( বসন্তসেনা মোমোন নোকই )

বিদূ :— অত্তনা মফম অত্তুদা চঙবিসি ।

বসন্তঃ—( চেটীদা তুমিন্না ) অসিদা চঙলগা ঐনা হায়রুগদবনু করিনো ?

চেটী — দ্যূতকর ! অহীং অসি ইবুঙেঙাগী সুঙঙাইবা অহীং ওইগদোরিবরা অসিনিদনা ।

বসন্তঃ—ঙমগদ্রনে ?

চেটী — মতাংনা ঙম্লরুনি ।

বিদূ :—চঙশিনবিরো— ।

বসন্তঃ—( মনাক্তা চঙশিল্লগা লৈনা ফুরগা ) দ্যূতকর ! অহীং অসিবু ইবুঙেঙাগী সুঙঙাইবা ওইরিবরা ?

চারু :—( য়েংলগা ) এঃ ! বসন্তসেনা ! য়োবিরক্লে । ( থবায় হরাওনা হৌগৎলগা ) চান্নবি !

লুমিৎ খুদিং তুমদনা স্বর ফুইনা হোন্দুনা
অহীং কয়া লেনখিদো ঙসিদি নঙ্গা উন্নরে,
মিৎস্না থন্থাল মানবিও ! অহীং অসি ঙসিগী
ঐগী অরাবা কোক্লবা ওইরবনি চান্নবি ॥১৭॥

অত্তুনা নঙনা লাকপা য়াম্না ফরে, কম্বকম অসিদা ফম্মু ।

বিদূ :—ফিদা অসিদা ফম্বিয়ু । ( বসন্তসেনা ফমখি, মতুংদা ময়ামসু ফমখি )

চারু :—মরূপ ! য়েঙউ য়েঙউ—

নাত্তোন্দদি য়াল্লিবা কদম্ব পুষ্প'সিদগী
তারকপা নোঙ্গী নোংলিক্লা যুবরাজ ওইরিবা
নিংথৌমচাগুম্লবা স্তন অমবু চোৎহল্লি ॥৩৮॥

অতুনা মরূপ ! বসন্তসেনাগী ফি অনীমক চোৎলে, অতোপ্পা ফি অনীথক পুরকউ ।

বিদূ :—য়াম্না ফগনি

চেটী — আর্য্য মৈত্রেয় ! অত্তম্মরৈবিম্নু ইবেম্মগী :সবা ঐ তৌজগে। ( মতুমক তৌই )

বিদূ :—( চারুদত্তদা তুমিন্না ) মরূপ ! বসন্তসেনাদা ঐ করিগুম্বা খরদং হল্লে ?

চারু :—হঙউ ।

বিদূ :—( ফোংনা ) থাগী মঙাল থোক্তবা অমম্বা অহীংদা করি মরমগী ইবেম্মনা লাকপিবনো ?

চেটী — ইবেম্মা ! ব্রাহ্মণ হায়বসিদি ইচম-চম্বা নিপানি।

বসন্ত:—হেঃ ! হৈশিংবনিত্তুম হায়য়ুদা।

চেটী — ইবেম্মনা লেঃবিরক্লিবদি রত্নমালা অতুগী মমল কয়ানো হল্লে হায়বগীদমক্লি ।

বিদূ :—( চারুদত্তদা তুমিন্না ) মরূপ ! রত্নমালাদি মমল য়ামদবনি, সনাগী অলঙ্কার অতুনা মমল য়াম্মি, অতুনা পেঠ্রতুনা থরস্নু নিবা লাকপনি হায়না ঐনা হায়খি ।

চেটী — ঐখোয়গী ইবেম্মনা ইবুঙোগীনি হায়বদগী রত্নমালা অছ

চোবোরদা থাদোকথ্রে। সভাপতি অদু নিংথৌগী দুত ওইবদগী কদায়দা চৎখিবনো মফম খঙহ্রে।

বিদূ :--হেঃ! ঐনা হায়খিবদুমক হায়রিবা?

চেটী — সভাপতি অদুবু খিনরিঙৈ মনুং অসি ফাউবদি সনাগী লৈতেং অসি লৌশিনবিয়ু। (অসি হায়দুনা উহল্লি)

(বিদূষক রাখল খল্লি)

চেটী — আর্য্যনা অসুক মুন্না মিৎয়েং তাবিরিববু মমাঙৈঙদা উবিখ্রবরা?

বিদূ :-ইবেম্মা! সনাগী লৈতেং অসি ফজনা শামনখ্রদুনা মিৎকম হোংবা য়াদবনি।

চেটী — মিৎনা আর্য্যদা ঠক তৌরে, সনাগী লৈতেং অদুনিসে

বিদূ :—(হরাওনা) মরূপ! ঐখোয়গী য়ুমদগী হুরানবনা হুখিবা সনাগী লৈতেং অদুনিনেসে।

চারু : -মরূপ!

থৈরম্বা সনাগী লৈতেংগী মহুৎশিংননবগী
ঐখোয়না তৌবা তাৎ অদু তৌরে মখোয়না ঐখোয়দা,
তৌইগুম্বমুং মসিদি মীনম্বনি অশেংবা ॥৩৯॥

বিদূ :—মরূপ! ঐনা ব্রাহ্মণ অমা ওইনা বাশক্লি—সনাগী লৈতেং অদু মসিনি।

চারু :— অদুবু ওইরবদি কেৎলে লোইরে।

বিদূ :—( চারুদত্তদা তুমিন্না ) মন্নাপ ! ঐ হঙ্গে—মসি কদায়দগী ফংলকপনো ?

চারু :—করি কায়বগে ?

বিদূ :—( চেটীগী নাকোংদা ) অসিরা ?

চেটী —( বিদূষককী নাকোংদা ) মানি।

চারু :—করি ঙাংনরিবনো ? ঐখোয়দি মপানগী মীরা ?

বিদূ :—( চারুদত্তগী নাকোংদা ) অসি, অসি।

চারু :—ইবেম্মা ! মসি সনাগী লৈতেং অত্থুনি হায়বসি থাঙ্গৈ শেংলবা রারা ?

চেটী — আর্য্য ! শোয়দবনি।

চারু :—ইবেম্মা ! কৈদৌঙৈদসু ঐদি, মুঙঙাইবা পাউ তন্নবদা লেঃ মাঙহন্দে। অত্থুনা মনা ওইনা খুদোপ অসি লৌশিল্লু। ( অসি হায়রগা খুদোপশিদবা মথুৎ উরগা ঈকাইবগী অভিনয় তৌই )

বসন্ত :—(মথন্দা) অত্থুনবু ইবুঙো নঙবু পাম্নরিবনি

চারু :—( বিদূষককী মক্নমদা লোন্না ) ওহ্মোকপনি ! অব্রাবনি !

তাইবংপানদা লায়রবা মীনা হেক পোকপদগী
হিংলকপনা করি কান্নবা মপৌ তৌবা ঙমদবা
মীনা শাউবা পেঙ্গবা অনীমক করিশু কান্নদে ॥৪০॥

অমসু

উচেক মশা য়াওদ্রবা উপাল কংশিল্লরুবা
পুক্রী ঈশিং লৈতবা লিন ময়া শৎপ্রবা
মী মরল লৈতবা মান্নৈ পুম্নমক তাইবংদা ॥৪১॥

অমসু

লায়রবা মী অহাঙবা যুম কুহা ঈশিং লৈত্রবা
অকংবা উগা অঙ্কানি, খঙন-চান্নবা মীশক্কা
তোংন-তিন্নরুবনা — মশাগী মশক কাউরবা
লায়রবা মীনা পেনবগী মতম 'সুম্না মরেম্মি ॥৪২॥

বিদূ :—মন্নপ! থোইদোক্ল' রাবিরুহুনা কান্নদে। ( ফোংনা ফাগি তৌহুনা ) বসন্তসেনা! ঐগী * স্নান শাটিকা পীবিরো।

বসন্ত :—আর্য্য চারুদত্ত! রত্নমালা অসিনা ঐবু লশিং মুক্কোলগুম য়াংহনবিবদি চুমদবনি।

চারু :—( ঈকাইনা অমসুং মোমোন নোক্লা ) বসন্তসেনা! য়েঙু য়েঙু—
অচুম্বা শৌদোকপু কনানা থাজগনি মরুপও!
মথোপক্লবা লায়রবসু চিংনবনি পুম্নমক্কা ।৪৩।

বিদূ :— বসন্তসেনা! মফম অসিদা তূম্নগত্রা নহাকপো?

চেটী —( নোক্লগা ) আর্য্য মৈত্রেয়! য়াম্না তুররিংবা শাবিরেদা!

বিদূ :—মন্নপ! পাকশন্না চুরকপা নোংলীনা মুঙঙাইনা ফমজরিবা মীশিংবু মহুংদা তানশিন্নগা হোজিক্তি উরক অসিদা চঙখরে।

চারু :— অচুম্বা রানি।
থম্মো মতোল'তুম্বনা লৈখোম শিজাইরকপগুম
নোংলিনা নোংবু থিজাইরি, থাগী অরাবা উবদা
আকাশগী পিরাংনা তৌরি শিম্বুরকপগুম ।৪৪।

* স্নান শাটিকা — ঈরুজবদা হোংননবা ফি।

অমস্রু

বলদেবগী থাঙচেৎকী মচুমানবা নোংশিংনা
সাধু' থম্মোইগুম মক্তু্বা অর্জ্জুন' তেনগুম কল্লবা
অকিবফংবা মরীনা ইন্দ্রগী মুক্তা-কৈদগী
মুক্তা মপৈ মপৈনা তারকপগুম তারক্লি ॥৪৫॥

য়েঙঙু য়েঙঙু প্রিয়ে !

তল্লবা তমাল মনাগুম মুশিলমুবা নোংশিংনা
অতিয়াবু শীনখরে কাদোক্লবা অমস্রুং
মনম হুংশিবা ঈংলবা হুমিদাংগী হুংশিৎনা
হুমাই হুম্রি'তিয়াদা. খোয়দাজবী চান্নবীনা
চান্নবদা কোঞবগুম নোঙ্গা কোন্নজনিংবী
মখোঙ খোংনা লাকচবী তঙাং তঙাংবী নোংখাংনা
আকাশবু কোপ্পরি প্রিয়ে উদরা য়েঙঙুদা ॥৪৬॥

(বসন্তসেনানা শৃঙ্গারগী ফিবম অভিনয় তৌহনা চারুদত্তদা কোল্লি)

চারু :—(আলিঙ্গনগী হুঙঙাইবগী অভিনয় তৌহনা হন্দুনা আলিঙ্গন তৌই )

হে নোং নঙনা য়াম্না লুম্না লুম্না থোংবিয়ু.
নঙ্গী নপান্না কামগী অরাচৈথেং ফংলবা
চান্নবীগা শোরুবদা তুজুংলবা. অনুরাগ
পল্লবা ঐগী হকচাংসে কদম্ব পুষ্প ওইরক্লে ॥৪৭॥

বিদূ :—হে নোং ফত্তেদা ! নহাক্না ফত্তবসে ! নহাক্না নোংথাং কুপ্তুনা বসন্তসেনাবু কিহল্লি

চারু :— মরূপ ! নঙনা মাবু তথি তথি হায়গনু—

/চহী কুমজা চামবু চুপা নোংনা চুসগু,
কুপ্পসগু নোংথাংসু ঐখোয়না ফংঙমজদবী
তুংশি থোইবী অসিনা কোনবিররি ঐহাকপু ॥৪৮॥

অমসু

মখোঙ থোংনা লাক্লবী চান্নবীশিং অদুগা
নোংনা চোৎপা ঈংলবা মশাবু মথাদা থমদুনা
কোন্নজবা ফংলিবা মখোয়গী পুন্সি ধন্যনি ॥৪৯।

প্রিয়ে বসন্তসেনে !

থক্কি বেদিগী মনাক্তা লৈ'রি থাকন মচিনা,
ফর ফর হাইরে তুংশিংনা মল্লবা য়ুম্বীদা পুনবনি,
অদুনা উ'চিন নাম্নিন্না ফারি মানা থাকনবু,
তৈরম্বা শুমু কেনথরে ঈশিং চোংলে লাঙথোক্লে ॥৫০॥

(মথক্তা য়েঙথৎলগা) চুমথাঙ থল্লক্লে, প্রিয়ে ! য়েঙঙু য়েঙঙু-

নোংথাংনা মরৈ ওইদুনা চুমথাঙ মপাম্বোম থাঙৎপা
নোং মখদাং চোম্বনা হকাম চল্লি'তিয়ানা ॥৫১॥

অদুনা লাক্লো, ঐখোয় মসুঙদা চংলসি। (অসি হায়রগা থোঙ থাংদুনা চংলি )

শৈশকী তাল য়েংদুনা খোংলিবা বীণা যন্ত্রগুম
নোংগী নোংলী থিবিক্লা তালবনদা হোনা হোনা
উশাশিংদা লুম্না লুম্না মুঙপাকথক্তা ত্রপ ত্রপ্পা
ঈশিংথক্তা হোনা হোনা তারি মতম অমতদা ॥৫২॥

( পুন্নমক থোকখি )

দুর্দ্দিন কৌবা মঙাশুবা অঙ্ক লোইরে

# তরুকুশুবা অঙ্ক

( চেটী চঙলকই )

চেটী — ইবেম্মা বসন্তসেনা হৌজিক ফাওবা মীকপ থোক্তিবা করিগীনো ? ফরে, মনুঙদা চঙলগা হৌদোক্লখিগে।

( অসি হায়রগা অভিনয় তৌহুনা খোঙ থাখি )

( মতুংদা মশা থুমহুনা তুম্লবী বসন্তসেনা উরগা )

চেটী — ইবেম্মা ! লেঙথৎপিরো নোঙঙাল্লে।

বসন্তঃ—(মীকপ থোক্লগা) অহীংবু নোঙঙাল্লে হায়রিবা ?

চেটী — ঐখোয়গী দি ঙাল্লে, ইবেম্মখোয়গীনা অহীং।

বসন্তঃ—নখোয়গী দ্যূতকরদি কদায়দা ?

চেটী — ইবেম্মা ! আর্য্য চারুদত্তদি বর্দ্ধমানকদা থৌদা পীরম্লগা পুষ্পকরণ্ডক কৌবা কুইরবা লৈকোম্দা লেঙখ্রি।

বসন্তঃ—করি থৌদানিনা ?

চেটী — অহিংদা গাড়ী পান্দুনা থম্মু, বসন্তসেনানা তোংনবা।

বসন্তঃ—কদায়দনো ঐনা চৎকদৌববো ?

চেটী — ইবেম্মা ! আর্য্য চারুদত্তনা লেঙখিবা মফম অহুদা।

বসন্তঃ—( চেটীদা কোম্লগা ) ঐ অহীংদা নীংথিনা য়েংবা ঙমখিদে, অহুনা ঙসিদি মুন্না য়েংলগে। ঐবু করিনো মনুঙগী চতুঃশালাদা চঙলক্লবরনে ?

চেটী — মনুঙগী চতুঃশালাদদা নত্তে, মী পুম্নমক্কী থম্মোইগুংদসু চঙপ্রবনে।

বসন্তঃ—চারুদত্তগী ঈয়ুং মনুঙ (গুপী) না সুঙঙাইত্রবরা ?

চেটী — মুংঙাইরক্লোই ।

বসন্তঃ—কৈদৌঙৈ ?

চেটী — ইবেম্মনা লেঙশিনবা মতমদা ।

বসন্তঃ—অদু ওইরবদি ঐনচুম হান্না মুঙশাইরোইদৌরিবনি। (নো-লুকপগা লোয়ননা) সেঃ। রত্নমালা অসি লৌশিল্লু, ঐগী ইচে আর্য্যা ধুতাদা চৎলগা পীরুগদবনি অমসুং হায়রুগ দবনি—"ঐহাক শ্রীচারুদত্তগী গুণগী মখা পোল্লবী মীনাইনি; নহাক্কীসু মনাইনি ; অদুনা রত্নমালা অসি ইচেগী ওক্কী লৈতেং ওইনা শীজিন্নবিয়ু।"

চেটী - ইবেম্মা ! অদু ওইরবদি চারুদত্তনা ধুতাদা শাউবিগনি।

বসন্ত :--চৎলো, করিসু শাউরোই।

চেটী - (লৌরগা) য়াম্না ফগনি। (অসি হায়দুনা চৎলুরগা অমুক হল্লকলুনা চঙখি) আর্য্যে! আর্য্যা ধুতানা হাক-পীরক্লি— "আর্য্যপুত্রনা ইবেম্মা নংোম্মা পূক্লীং পেল্লা পীনবিখিবা পোৎশক্লি ; অদুমা মসি ঐনা লৌবা মতীক চাদে। আর্য্যপুত্রনা ঐগী লৈতেংমি হায়বসি খঙবিগনি।"

( মতুঙদা অঙাং অমা পুদুনা রদনিকা চঙলকপা )

রদ :— লাও, লাও ইবুঙেঙা ! গাড়ী অসিমা শান্নসি।

অঙাং—(পূক্লীং চুংশিবগী খোঙ্খোক্তা) রদনিকা ! ঙৈপাক্কী গাড়ী অসিদি করি ভৌনগনি ? সনাগী গাড়ী অদু পীয়ু।

রদ :— (থরায় শোক্লা স্বর হোন্দোক্লগা) ইবুঙেঙা! হৌজিকপু ঐগোয়না কদায়দগী সনা শীজিন্নগদঘনো? অমুক লেপ

থুম মরাং কাযরক্লবা মতম অতুদা সনাগী গাড়ীমা শান্নগনি অতুনা মসিবু থেমখিগে। আর্য্যা বসন্তসেনাগী মনাক্তা চণ্ডলুখিগে। ( মনাক্তা চণ্ডলগা ) ইরেম্মা! খুরুমজরি।

বসন্তঃ—রদনিকা! লাও, লাও অঙাং অসিদি কনাগীনো? ফিজেৎ লৈতেংদ্রবসু মমায়ৈদা থা মাল্লবা অঙাং অসিনা ইপুক্লীংবু ইপেল পেলহল্লি।

রদ :— অঙাং অসি আর্য্য চারুদত্তগী মচানিপানি মসিগী মমিং— "রোহসেন" কৌই।

বসন্ত :—( পাম্বোম অমী তিংগোক্লগা ) লাও, ইমাগী ইবুঙো! কোল্লো লাও ( অসি লায়রগা মতম্পাক্তা পয়গা ) শক্তি মপা লৌরিদনসে।

রদ :— মশক্তদা নত্তে স্বভাবতশুনি হায়না খল্লি আর্য চারুদত্তনা পুক্লীং ফাথহনা লৈরিবসু মসিতননি।

বসন্তঃ—মানা কপ্লিবদি করিগীনো?

রদ :— অঙাং অসিনা যুমলোন্না কনাগুম্বা লল্লোনবগী মচা অঙাং অমগী সনাগী গাড়ী অতুনা শান্নরম্বনি, অঙাং অতুনা মহু পুথ্রে মতুংদা মসিনা মহু থিরক্লবদা ঐনা লৈপাক্লা শাহনা পীক্লরে। অতুনা মসিনা হায়রি—"রদনিকা! লৈপাক্লী গাড়ী অসিনা করি কান্নগনি? সনাগী গাড়ী অহু ঐঙোন্দা পীয়ু।"

বসন্তঃ—অরাবনি! অরাবনি! পীক্লিবা অঙাংনি, অহুবু মপোৎ মরলদা নুঙঙাইতবা অন্নাবা পোক্লি। ভগবন!

নঙ্গী নোংদম ! থম্মাদা পকপা ঈশিংগুম্বা মীওইবগী লাই বক্লা শান্নরিবা ইবুঙেঙা ! কপকন্নু, সনাগী গাড়ীনা শান্নগনি।

অঙাং :—রদনিকা ! মসি কনানো ?

বসন্ত :—নঙবু পোকপগী গুণগী মথা পোল্লবা মীনাইন্নুবীনি।

রদ :— ইবুঙেঙা ! মসি নঙগী অপোকপীনি।

অঙাং :—রদনিকা ! নঙনা মীনম্মিবনি ; ঐগী ইমা ওইরবদি করিগী লৈতেংলিবা ?

বসন্ত :—ইবুঙেঙা ! ফজবা নচীন্না ওম্বোকপা অরাবা রাহেবু হায়দকো ! অভিনয় তৌদুনা লৈতেংশিং লোথোক্লগা কপ্পা কপ্পা ) হৌজিক্তি ঐহাক নঙ্গী অপোকপী ওইরবনি। গাড়ী অন্ন

শাহল্লু।

অঙাং :—হন্দোকখ্রো, নহাক কপ্পনিনা ঐহাক লোৌরোই

বসন্ত :—( মপি তৈথোক্লগা ) ইবুঙেঙা ! কপ্পরোই। চংলো, ~~শান্নরুরো।~~

( লৈতেংশিংহু লৈপাকী গাড়ীদা থলনা হাপ্লগা )

ইবুঙেঙা ! সনাগী গাড়ী শাহল্লু।

( মতুংদা রদনিকানা অঙাংবু পুদুনা চংখি মণগাড়ী তোংদুনা চেট চঙলকই )

চেট - রদনিকা ! রদনিকা ! আর্য্যা বসন্তসেনাদা থঙহল্লু— নাকল থোঙদা মথক কুপ্পা মণগাড়ী অমা শেমশাহনা লৈরে।"

রদ :—( চঙলক্লগা ) ইবেম্মা ! বর্দ্ধমাননা হায়জরি— "নাকল থোঙলোমদা গাড়ী লৈরে।"

বসন্ত:—রদনিকা ! ঙাইহাক্তং ঙাইখিসন্থু ঐনা ফিজেৎ লৈতেংবা ফাওবদংদি।

রদ :—( থোক্লক্লগা ) বর্দ্ধমান ! ইবেম্মনা ফিজেৎ লৈতেংবা ফাওবদংদি মঙাইরো।

চেট — ঈহে ! ঐস্থু গাড়ী ফিদা কাউরম্লে। মতু লৌরুখিগে। মণশিং অস্সিস্থু নারেং থাংলুবদগী ঙাওরে। গাড়ীনা চথোক চৎশিন ভৌগে। ( অসি হায়রগা চেট চৎখি )

বসন্ত:—ঐগী লৈতেংনবা পোৎ পুরকউ, লৈতেংগে (অসি হায়তুনা লৈতেংখি) (ষণগাড়ী ভোংবা স্থাবরক কৌবা চেটচঙলক্লগা)

চেট —নিংথৌগী মশেল সংস্থাননা ঐঙোন্দা তাকপিরকখি—. "স্থাবরক ! গাড়ী পুতুনা পুষ্পকরণ্ডক হায়বা কুইরবা লৈকোন্দা পরপ পরপ লাও।" ফরে, মফম অত্থুদা চৎলগে হৈ ! হৈ ! নথোয় অনীবু চৎলুনহায়। ( চৎলকপদা উরগা ) থুঙ্গংগী গাড়ীনা লম্বীথৎলে। হৌজিক করি ভৌসিগেদো ? (চাউথোক্লা) হায় ! হায় ! হন্দোকউ হন্দোকউ। "মসি কনাগী গাড়ীনে" হায়রিবা ? মসি নিংথৌগী মশেল নিপা সংস্থানগী গাড়ীনি। অত্থুনা পরপ পরপ হন্দোকচৌ। ( উরহুনা ) অতোপ্পা নিপা অমনা, দ্যূত সভাপতিবু উরগা দ্যূতদগী চেনখিবা নিপানা ভোবগুম্মা ঐবু উরগা লোত্তুনা অতোপ্পা

মায়কৈদা থৈদোকখ্রে। অদুনদি মসি কনানো? মসিবু থিরুদুনা ঐগী করি কান্নগনি? পরপ পরপ তুম চৎলগে। হায়। হায়! খুঙ্গাশিং পুন্নমক! হন্দোকউ হন্দোকউ। "ঙাইহাক্তুং ঙাইখো, চাকা লৈথোক্লবা মকম পীয়ু" হাযবা? হেরা! নিংথৌগী মশেল নিপা সংস্থানগী মী অমসুং অচৌবা মী ওইরগা ঐনা নঙ্গী চাকা লৈথোক্লবা মফম পীগদবা? নত্রগা নিপা অসি অত্তোনবনি, মথন্দনি। অদুনা অসুম্না তৌরগে— ঐগী গাড়ী অসি আর্য্য চারুদত্তগী লৈকোনগী নাকন থোঙদা থমগে। (অসি হায়দুনা গাড়া থম্নগা) ঐ লাক্লে। (হায়দুনা চৎখি)

চেটী — ইবেম্মা! চাকা মখোল তারে, লাক্লে।

বসন্ত:—চৎলো, মাঙ থারো, ঐগী থম্মোই তপথবা য়াদ্রে। নাকন থোঙ কদোমদনো?

চেটী — ইবেম্মা! লেঙবিরকউ লেঙবিরকউ।

বসন্ত: — (খোঙ থাংলগা) নঙদি পোথাহৌরো।

চেটী — য়াম্না ফগনি (অসি হায়রগা চৎথি)

বসন্ত:—(মিৎ য়েৎথংবা চোংবগী অভিনয় তৌরগা অমসুং গাড়ীদা কাখৎলগা) য়েৎথংবা মিৎ চোংলি, করি থোক্কদৌরিবনো? চারুদত্তগা উন্নরগা ফত্তবা পুন্নমক কোক্কনি

স্থাব: — (চঙলক্লগা) গাড়ী পুন্নমক থৈদোক্লম্লে। হৌক্লিক্লি চৎলগে। (অসি হায়দুনা অভিনয়গী মরোঙদা গাড়ীদা কাখৎলগা গাড়ী থৌরগা মথন্দা) গাড়ী অসি লুমলকপগুম তৌরি।

চাকা মমায় লৈরুবত্না রামনথিহ্না তৌবরা ? ফরে, চৎলগে। ষণ ! নঙবু চৎলুনে, চৎলুনে .

( নেপথ্যদা ):হে থোঙশংবশা ! নঙ্গী নঙ্গী নফমদা চ্যেকশিন্না লৈয়ু। গোপমচা আর্য্যক কারাগার থুগাইহনা কারগার ঙাক্লিবা মীবু হাৎলম্লগা য়োহ্লিং থদত্তুনা চেনখ্রে। অহ্না মাবু ফাগদবনি।

(মখোঙ নামদা য়োহ্লিং থাংলবা অমসুং মশা থুমজিল্লবা আর্য্যক যবনিকা হাইদোক্তুনা তফিং চেনশিল্লকই।)

চেট —(মথন্দা) নগর অসি পুন্নাং লাঙলে; অহুনদি পরপ পরপ চৎহৌরগে ( অসি হায়হুনা চৎখি )

আর্য্যক— কৈশূমশঙদা নিংথৌনা ফাহুনা থম্বা শারিবা
থুদোংথীবা অরাবা অচৌবা সমুদ্র লান্দুনা
থৌরী নাম্বোক্লবা শামুগুম মখোঙগী য়োহ্লিং নামবু
চিংহ্না চিংহ্না ঐহাক্না কোয়চৎ কোয়চৎ চৎলিদো ॥১॥

অরাবনি ! পালকনিংথৌনা সিদ্ধপুরুষগী ময়াথংনা কিহ্না ঐবু গোপ পল্লীদগী পুরক্তুনা মীহাৎপুঙদা অরোনবা শঙদা য়োহ্লিংনা পুন্দুনা থমখি। চান্নরবা মরূপ শর্বিলককী থৌজালনা ঐহাক নাম্বোকচরক্লে। ( মপি তৈথোক্লগা )

নিংথৌ ওইনবা অকনবা লাইবক অহু ঐহাকী
লৈরম্নবদা করি ইরালনো বনগী শামু ফানগুম
ফাজিনবিরে ঐহাকপু তমপ্রববু লাইবক্তা

ককথৎপা ঙমদে কনানা নিংথৌকাদা চঙদবা
য়াদবনি, অকনবগা মুক্লবনা করি কান্নদে ॥২॥

অহুনদি লাইবকথীবা ঐ কদায়দা চৎসিগে (য়েংলগা) য়ুম অসি কনাগুম্বা অফবা মীশক অমগী ওইরমগনি, মসিগী নাকন থোঙস্থ ইহাং হাংহুনা লৈ।

য়ুম অসিগী ফক্লাংস্থ কুইরহুনা কায়রক্লে,
শুম চারে থোঙবাস্থ, তৌদে পৌরোল লোনবস্থ,
ঐগা লাইবক মান্নবা লায়রবা য়ুমদি ওইরম্নি ॥৩॥

অহুনা মসিদা চঙলগা লৈথিগে।

(নেপথ্যদা)—হৈঃ! হৈঃ! চৎলু।

আর্য্যক—(তারগা) উম্! গাড়ী অসি মায়কৈ অসোমদা লাক্লি।

গাড়ী অসি ফত্তবা মীশকশিংনা তোংলবা
হরাওকুম্মৈগী ওইরম্মোই, তোংবিনবা য়াওত্রিবা
ফুপীগীদি গাড়ীনি মাবু পুগে থৌরকপনি,
অথন্নবা মীশক্লা তোংননবা 'শেংবনি,
নয়াথংনা মহাক্কী পুননবনি মপান্দা
ঈরাইবক্লা পুরক্লে তোংবত্তারে অসিদা ॥৪॥

(মতুংদা চারুদত্তগী মীনাই বর্দ্ধমানকনা গাড়ীগা লোয়ননা চঙলক্লগা)

বর্দ্ধঃ— হায়! ঐহাক গাড়ী ফিদা লৌরুরে। রদনিকা! নহাক্লা আর্য্যা বসন্তসেনাদা থঙহল্লু— "গাড়ী ঙাইহুনা লৈরে, তোঙবিরগা পুষ্পকরণ্ডক হায়বা লৈকোন্দা লেঙবিয়ু"।

আর্য্যক—(তারগা) মসি ওক্তবীগী গাড়ীনি—মপান্দা চৎকদবনি, করে, তোঙথৎলগে। (অসি হায়রগা গাড়ী মনাক্তা চঙথি)

চেট — (তারগা) নূপুর মখোল তারে, শাক্লে বসন্তসেনা। ইবেম্মা ! নারেং হূৎলুবদগী ষণ অনী অসি য়াম্না ঙাওরে ; অহুনা ভুংলোমদগী লেঙখৎপিয়ু। ( আর্য্যকনা মহুমক তৌই )

চেট — খোঙ অনী থাঙৎপদা খোকখিবা নূপুর মখোল লেপখরে, গাড়ীসু লূমখরক্লে ; অহুনদি বসন্তসেনা কাখৎলে, চৎলগে ! হৈঃ ! হৈঃ ! ( অসি হায়রগা থৌখি )

( বীরক সেনাপতি চঙলক্লগা ) হায় হায় ! জয়-জয়মান-চন্দনক-মঙ্গল পুষ্পভদ্রনচিংবা পূন্নমক !

নখোয় পূন্নমক করিগী ঈঙ্‌থহুনা লৈরিবা ?
য়োহ্লিং চন্দুনা থল্লবা গোপমচা অহুনা
নিংথৌগী থম্মোই অমসুং য়োহ্লিং থত্তুনা চেনখরে ॥৫॥

নঙনা নোংপোক লম্বীদা মপানগী খোঙ অসিদা লৈয়ু, নঙনা নোংচুপ্তা, নঙনা খাদা, নঙনা অরাংদা লৈয়ু। অরাংবা চ্যেকপল অসিদা চন্দনকনা লোয়ননা ঐনা কাখৎলগা য়েঙ্গে। লাও, চন্দনক ! অসোমদা লাও।

চন্দ :— ( ঙিংনা চংলক্লগা ) বীরক-বিশল্য ভীমাঙ্গদ-দণ্ডকালক-দণ্ডশূরনচিংবা অকন অথৌ পূন্নমক !

পূক্নীং চেৎনা নখোয়না ফাননবা হোৎনরো,
খিদংলো থরপ থরপনা রাজলক্ষ্মীনা অতোপ্পা
শাগে অমদা চৎখিবা ঙমদনবা তৌজরো ॥৬॥

উপবনদা সভাদা লম্বী লমখাওদা দোকানদা
গোপশিংগী খুঙ্গংদা চিংন চিংনবা মফমদা
আর্য্যকবু থিগৎলু মাবু থাদোকপা মীবুস্ন ॥৭॥

বীরক!

আর্য্যকগী মশাগী খুদম তাকপা ঙম্বরা
ঙম্ববদি খুদোং চায়, আর্য্যক গোপবালকপু
য়োহ্লিং ফল্লাং কক্ত্না থাদোকখিবনা কনানো? ॥৮॥

কনাগী নিপাল শুবদা লৈরিবনো রবিনা,
কনাগী মরি শুবদা লৈরিবনো চন্দ্রনা,
কনাগী তরুক শুবদা লৈবিবনো শুক্রনা,
কনাগী মঙা শুবদা লৈরিবনো মঙ্গলনা ॥৯॥

বৃহস্পতিনা কনাগী জন্মরাশিদগী হৌত্না
তরুকশুবা রাশিদা চঙথ্রবগে খঙবরা?
চঙথ্রবা শনিনা কনাগী মাপলশুবা রাশিদা
চন্দনকনা হিং'লঙে গোপমচা আর্য্যকবু
থাদোক্ত্না চেলহনবা মহাক অত্থ বনানো ॥১০॥

বীরক—চন্দনক!

ঐনা হায়রি নঙোন্দা হুথ্রে কনাগুম্বনা
গোপমচা'দো হুমিৎনা থোরকপদা চেনখয়ে ॥১১॥

চেট — হৈঃ! হৈ! চৎলু।

চন্দনক—(উরগা) শে! শে! য়েঙঙু য়েঙঙু—

মথক কুপ্পা গাড়ী অমা চৎলি সড়ক ময়ায়দা
কনানা কদায়দা থারকপা গাড়ীনো মুমা য়েংশিল্লু ॥১২॥

বীরক— (য়েংলগা) হায় ! গাড়ীয়ালা ! গাড়ী অসি থৌবা য়াত্রি। মসি কনাগী গাড়ীনো ? মসিদা কনা তোংলিবগে ? কদায়দা চৎলিবনো ?

চেট — গাড়ী অসি আর্য্যচারুদত্তগীনি, তোংলিবীনা আর্য্যা বসন্তসেনানি, শান্নরুনবা হায়দুনা চারুদত্তগী মনাক্তা পুষ্পকরণ্ডক হায়বা লৈকোন্দা পুজরিবনি।

বীরক—( চন্দনকগী মনাক্তা চৎলগা ) গাড়ীয়ালা অসিনা হায়রি—"আর্য্যচারুদত্তগী গাড়ীনি, বসন্তসেনা তোংলি, পুষ্পকরণ্ডক হায়বা লৈকোন্দা পুজরিবনি।"

চন্দ :— অদুদি চৎপ্রসনু ।

বীরক—ইয়েং য়েংদনা ?

চন্দ :—উম্

বীরক—কনাবু থাজদুনা ?

চন্দ :—আর্য্য চারুদত্তবু।

বীরক—আর্য্যচারুদত্ত কনানো ? বসন্তসেনানা কনানো ? ইয়েং য়েংদনা থাদোক্কনি হায়বসিরো ?

চন্দ :— আর্য্যচারুদত্তবু অমসুং বসন্তসেনাবু খঙজ্রবদি আকাশদা থোক্লিবা থাবলগা কোন্নরিবা থাবুসু খঙজ্রবনি।

মশাগী মগুণখিবিক্না পাম্নিংঙাই ওইবা থম্বালগুম,
মরমচৎপু য়েংবদা থাগী মতোংগুম লূরবা,
য়ারিবশিংগী অরাবা মাগী মপান্না কোক্লিংবা
সমুদ্র মরিগী অথোইবা রত্নগী মশক ওইরিবা
চারুদত্তবু খঙদবা কনাগুম্বা লৈবগে ? ॥১৩॥

আর্য্যা বসন্তসেনাগা ধর্ম্মগী যুক্ষম ওইরিবা
চারুদত্তগা'নীসিদং উজ্জয়িনী নগরদা
ঈকাই থুম্বনিঙভাইনি * তিলকগী মশক্কি ॥১৪॥

বীরক—চন্দনক !

ঐহাক চারুদত্তবু খজিও বসন্তসেনাবু,
নিংথৌপন য়োরবদি খঙদে ইপামকপুস্থ ॥১৪॥

আর্য্যক—(মথন্দা) বীরকনা, ঐগী মমাঙৈঙগী য়েক্লবনি, অদুগা চন্দনকনা, ঐগী মমাঙৈঙগী মরূপনি।

চাকপা হায়বা থবকসে মৈগী অমহা ওইরবস্থ
[1]বিবাহ,[2]চিতা অনীদা মাগী স্বভাব তিন্নদে ;
মথৌ তিন্নরবস্থ অনীগী স্বভাব মান্নরোই ॥১৬॥

চন্দ :— নহাক প্রধান সেনাপতিনি, নিংথৌনা থাজবনি ; অদুনা ষণলাবা ( গাড়ী ষণ ) অনী অসি ঐনা ফারবনি, নহাক য়েঙু।

বীরক—নঙস্থ নিংথৌনা থাজবা সেনাপতি ; অদুনা নহাক হেক্তা য়েঙু।

চন্দ :— ঐনা য়েংলবদি নঙনা য়েংদবা য়াগত্রা ?

বীরক—নঙনা য়েংলবদুদি নিংথৌপালকনা য়েংলবমক্কি।

চন্দ :— হাই ! গাড়ীরালা ! পোৎচৈ অদু থরা থৈজিল লাক্কচিন্নু।
( চেটনা মচুমক তৌই )

*তিলক—থবাইদগী তোপ-তোপ্পা খুদম। ১ ২ নুপোংবগী মরুদা হোৎবা মৈগা, পো'লোইবগী মৈগা অনীগী মথৌ মান্নরস্থ স্বভাবতি থেন্নে।

আর্য্যক—(মথন্দা) রক্ষীশিংনা ঐবু উখিগদৌরবরা ? লাইবকথীবনি ঐহাক, থুৎলাইস্ু য়াওরক্কে। নত্রগা

ভীমগী মতৌ তন্নগে পান্মোম্না থুৎলাই ওইরগে।
পান্মোম লাম্থেংনবদা শিগ্রবস্ু অফবনি,
কৈশূম শঙদা লৈরিঙৈ মতমদদি পামজদে ॥১৭॥

নত্তে, হৌজিক থৌনাফবা উৎপগী মতম নত্তে।

চন্দ :— (অভিনয়গী মরোঙদা গাড়ীদা কাখত্তুনা য়েংখি)

আর্য্যক—ঐ নঙোন্দা চণ্ডজরবনি।

চন্দ :— ( সংস্কৃত ভাষাদা ) চণ্ডজরকপগী কিনিঙাই লৈতে।

আর্য্যক— চণ্ডজরকপা মীশকপু থাদোক্লকপা মীশক্তুদি
বিজয়লক্ষ্মীবু মল্লপপু মচীন মনাওনচিংলবা
বন্ধুবর্গবু থাদোকপনি, নোক্লবনি ময়াম্না ॥১৮॥

চন্দ :— থুনুপ্রং কিবরা উচেক মচানা শাতানবগী মথুত্তা তাবগুম গোপবালক আর্য্যকবু ঐনা উরি। ( রাখল তৌরগা ) নিপা অসি লাগুদবা, চণ্ডজরকপা, আর্য্যচারুদত্তগী গাড়ীদা তোংলকপা, অতুগীস্ু মথক্তা ঐগী থরায় কনবিবা আর্য্য-শর্বিলকগী মল্লাপ্নি ; অমরোমদনা নিংথৌগী য়াথংনি। অতুনা হৌজিক করি তৌনিঙাই লৈ ? অমবু ওইরে, অমবু ওইরে ওইসনু ; অহানবদা চণ্ডজকম পীগ্রে।

কিরিবা মীগী অকিবা কোকহনবিরিবা মী'তুগী
মীগী মতেং পাংবদা পামজরিবা মীশকী
অশিবস্ু খোকসস্ু মহনা মাগী মগুণনি ॥১৯॥

(কিনা কিনা কুমথরগা) আর্য্যকবু উরে (অসিগী তুংদা) নত্তে, আর্য্যা বসন্তসেনাবু উরে। অসিগী মতুংদা মানা হায়রি "আর্য্যচারুদত্তগী মনাক্তা অভিসার চৎচবী ঐবু নিংথৌগী সড়ক্তা খুঙ্গোয়নবা (চোপহনবা) চুমদে হৌনদে।"

বীরক—চন্দনক! মরম অসিদা ঐ চিংনরবনি।

চন্দ :— করিগী নওনা চিংনরিবা ?

বীরক—নওনা ফিংমনখিবদগী নখোল খোম্হোক সুব্ সুব্ লাউবে। বসন্তসেনাবু উরে।

আর্য্যকবু উরে হায়থ্রগা উরে বসন্তসেনাবু
নরাহৈ হোংবা অসিদা ঐনা থাজবা ওমদরে ॥১০॥

চন্দ :— নওনা থাজদ্রিবা করিগী ? ঐখোয়দি দাক্ষিণাত্যগী মীনি, লোন শেংদবনি। খস, খত্তি, খড়ট্ট, বিলয়, কর্ণাট, কর্ণ, প্রাবরন, দ্রবিড়, চোল, চীন, বর্বর, খের, খান, মুখ অমসুং মধুঘাতনচিংবা ম্লেচ্ছজাতিশিংগী মরোল খঙবনি ; অদুনা ইনিং তৌনা "দৃষ্ট, নত্রগা দৃষ্টা, আর্য্য, নত্রগা আর্য্যা।"

বীরক—ঐসু য়েঙ্গনি। নিংথৌগী য়াথংনি। নিংথৌনা থাজবা মীনি।

চন্দ :— অদুদি, ঐনা থাজদবা ওইরবা ?

বীরক—অদু অদা খঙদে, মপুগী য়াথংনি।

চন্দ :— (মথন্দা) "গোপমচা আর্য্যক অদু আর্য্যচারুদত্তগী গাড়ীদা তোংদুনা চেনখ্রে" হায়রবদি নিংথৌনা আর্য্যচারুদত্তদা দণ্ড পীগনি। অদুনা করিনো তৌগদবা ? (রাখল তৌরগা)

কর্ণাট দেশগী রীতি মতুংইন্না খৎনবন্থুম হৌরগে। (কোংনা) বীরক! ঐ চন্দকনি, ঐনা য়েংলবমক্তদা নগুনা অমুক য়েঙ্গনি হায়বসিবু নঙ কনানো ?

বীরক— অত্থুদি নঙদি কনানিনা ?

চন্দ :— নহাক, মীনা ঈকাই থুম্নরবা মীশক্তি, অতৃবু নশাগী জাৎপুদি নীংশিংদবরা ?

বীরক— শাউনা) হে, হে! ঐগী জাৎ কন্নিনো ?

চন্দ :— কনানা হায়গদৌরিবা ?

বীরক— অদোম্না তাকপিয়ু।

চন্দ :— ঐদি হায়রোইয়ে।

নঙ্গী জাৎপু খঙলবস্থু   হায়রোই ঐগী ইগুণনা,
*কপিথ থুগাইরুরগা   করিবু কান্নগদগে ॥২১॥

বীরক— হে! তাকপীয়ু, তাকপীয়ু।

চন্দ :— ( ওইথংবা থুবাক্তা য়েংকী থুৎচেপ্না হঙ্গৎহন্দা লেড়িঙ )

বীরক— এঃ! করিনো অসিদে ?

চন্দ :—   ওইগী নথুবাক ময়ায়দা   নুংমচেৎ থম্লিবা
মীগী মকোয় কোক্লিবা   য়েৎনা ক্ষুর পায়রিবা
অসিগুম্বা নঙনস্থু   সেনাপতি ওইরিবা ॥২২॥

বীরক— চন্দনক! নহাকস্থু মীনা ঈকাই থুম্নরিবা মীশক্তি ওইরে হায়ববু নশাগী জাৎপুদি নীংশিংদ্রবরা ?

---

*কপিথ — হন্নিকাগোক মানবা উহৈ। অমনি বাঙ্গলাদনা কোদ্‌বেল হায়নৈ।

চন্দ :— হে, হে! ঐদি থাগুন্না লুবনি, ঐগী জাতি করিনিনা ?

বীরক—কনানা হায়গদৌরিবা ?

চন্দ :— অদোম্না অছুম্মত্তাকপিয়ু ।

বীরক—(অভিনয় তৌদুনা শউনচিংবগী মরোঙ অছু উংলি )

চন্দ :— হে, হে ! অছুদি করিনো ?

বীরক—তাও, তাও ।

নঙ্গী জাৎ অসিদি শেঙিঙদা ভেরীনা নঙ্গী নমানি,
টাকনা নঙ্গী নপানি ডুগিনা নচীন ননাওনি,
চীম্বিবা নঙনসু ওইরিবা সেনাপতি, নিংথৌগী ॥২৩॥

চন্দ :— (শাউনা) চন্দনক! ঐবু চামারনি হায়রিবা ? অছুদি গাড়ী য়েঙঙু ।

বীরক—হাই ! গাড়ীয়ালা ! গাড়ী লল্লকউ, ঐ য়েঙ্গে । ( চেটনা থৌজিল্লকই )

( বীরক-না কাথংনবা হোৎনখি, চন্দনকনা মপম লাকনা লৈপাক্না চিংথরগা খোঙপাক্না কাওখি ।)

বীরক—(হোগৎলগা শাউনা) হেরা ! ঐ নিংথৌনা থাজবা মনাইনি, নিংথৌগী য়াথং ঙাকপদা নঙনা ইশম লাকনা চিংলগা ঐঙোন্দা খোঙপাক্না কাওরবনিকো ? অছুনা তাঙ্গো হায় ! রায়েল শঙদা নথক্ত। ঐনা দণ্ড মথল মরি পীহনবা ঙমজবদি ঐ ইমিং হোঙ্গে ।

চন্দ :— কোমুংদরা রায়েল শঙদরা চৎনিংবদা চৎচখো । ছুইগুবা নঙনা ঐঙোন্দা করি তৌজরগনি ?

বীরক—কৈ ! কৈ ! ( অসি হায়রগা চৎখি )

চন্দ :— (কোয়না য়েংলগা) গাড়ীরালা ! কনাগুম্বনা হংলগা নঙনা খুমগদবদি—"চন্দনক অমম্ভুং বীরকনা য়েংবিরম্ববা গাড়ীনি।" হায়না খুমগদবনি। (তাং তৌম্বনা) আর্য্যে ! বসন্তসেনে ! শক উম্নবগীদমক ওইনা পোং অসি নঙোন্দা পীরবনি। ( অসি হায়দুনা থাঙশাং অমা পী )।

আর্য্যক—( লৌরগা হুইঙাইবগা লোয়ননা মথন্দা )

খূংলাই অমসু ফংজরে চোংলে য়েংকি পাম্বোম'সু,
অফবা ঙাক্তা উরক্লে বিধিনা ঐবু ঙাকপীরে ॥১৪॥

চন্দ :— আর্য্যে !

ঐনা হৌজিক নীংশিংজৈ ঐনা থাজবা নহাক্তি ;
চন্দনক ঐহাকপু নীংশিংবিগনি মতুংদা।
মতেং পামহুনা নংচদে হুংশিবনা হায়জবনি ॥২৫॥

আর্য্যক— ইরাইবক্লা ফবনা মচোরিংনা থাগুম লুরবা
চন্দনকনা মক্লাপ ওইবিরে ; সিদ্ধ পুরুষগী ময়াথং
শোয়দ্রবদি করিগুম্বা চন্দনকবু কাউজরোই ॥২৬॥

চন্দ :— শুম্ভনিশুম্ভবু হাৎলগা দুর্গাদেবীনা লাইশিংগী
অকি অথং কোকহনখিবা অদুগুম্না ব্রহ্মা বিষ্ণু
মহেশ্বর চন্দ্র সূর্য্যনা য়েক্লবশিংবু হাৎলগা
ইবুঙো নঙ্গী নফমদা কিদথংদবা পীসনু।২৭।

চন্দ :— ( নেপথ্যরোমদা য়েংলগা ) ঐনা লাকপা মতমদা চান্নরবা শর্বিলক তুংলোমদগী আর্য্যকগী মতুং ইন্নখি। কৈ,

নিংথৌনা থাজবা অমসুং সেনাপতিগী মকোক ওইবা বীরক-
কা য়েংথিনরে ঐহাক, অছুনা ঐসু ইচা-ইনাওশিংগা লোয়-
ননা মসিগী মতুং ইনথিগে ( অসি হায়রুনা চৎথি )

গাড়ী ওন্নবা হায়বা তরুকশুবা অঙ্ক লোইরে

---

# তরেৎশুবা অঙ্ক

( মতুঙদা চারুদত্ত অমসুং বিদূষক চঙলকপা )

বিদূ :—মরূপ ! য়েঙউ য়েঙউ, পুষ্পকরণ্ডক কোবা কুইরবা লৈকোন অসিনা কয়া ফজরিবনো ?

চারু :—অচুম্বমক্নি ।

উপালশিংনা লল্লোনবা মীশিংগুম্না ফজরি ।
লৈরাংশিংনা য়োন্নবা পোৎলমগুম্না লৈরিদো ।।
থোইমুশিংনা নিংথৌগী মনাইশিংগী মতৌগুম ।
লোইপোৎকুম্বা লৈহীবু কোয়না পাইরি চেন্দুনা ।।১।।

বিদূ :—মরূপ ! সংস্কার * তৌত্রবসু মশানা ফজবা নুংপাক লৈরে, মসিদা লেঙশিনবিসি ।

চারু :—(ফয়গা) মরূপ ! বর্দ্ধমানসে ওম্মোক্না থীনগ্রে ।

বিদূ :—ঐনা মঙোন্দা "বসন্তসেনাবু পুথনা শরপ শরপ লাও" হায়-থিবনি ।

---

* সংস্কার—শিত্তোক নাহোকপা, চামথোক-থোত্তোকপা ।

চারু :— অদুগা থীল্লিবসিবু করিগীনোনে ?

অতোপ্পা গাড়ীনা মমাঙদা তপ্পা তপ্পা চৎপদা ।
থৌগৎপয়াবা লম্বীবু ঙাইদুনবু লৈবরা ?
নত্রগা চাকা তেক্লদুনা অতোপ্পা'মা শিনবনরা ।
থৌরী তৎথ্রবনরা উ-না লম্বী ময়ায়দা ।।
তাদুনদি লৈবদা অতোপ্পা লম্বী থিবরা ।
তপ্পা তপ্পা থৌদুনা নীঙঙায়দনা লাকপরা । ২।।

(তুমিন্না আর্য্যক তোংলিবা গাড়ীদা তোংদুনা চঙলক্লুনা
চেট — হৈনে, হৈনে, চৎলুনে ।

আর্য্যক—(মথন্দা) নিংথৌ মনাইনা উথি'নি হায়না কিরি ঐহাক্না ।
খোঙদা য়োঙ্লিং থাংবনা ইনিংতম্ম: চেনঙমল্লে ।।
মহুমদা কাক অমোম্না য়োকপা কোকিল মচাগুম ।
কনা পঙদনা ঐ লৈরি চারুদত্তগী গাড়ীদা ।।৩।।

হায় ! নগরদগী য়াম্না লাপ্পা চথোক্লক্লে ; অদুনদি হৌক্তিক গাড়ী অসিদগী কুমথরগা বৃক্ষবাটিকাগী শক্লবা উমংগী মন্নুঙদা চঙথ্রসিরা ? নত্রগা গাড়ী মপূ অদুগা উম্নরুরসিরা ? বৃক্ষ-বাটিকাগী শূক্লবা উগংদা চঙবগী কান্নবা লৈতে ; ঈকাই থুম্নানিঙাই ওইবা চারুদত্তদি চঙজরকপবু চানবিবনি হায়না তারি ; অদুনা মাগা উন্নরম্নগা চৎকে ।

সাধু চারুদত্তনা চঙজরকপবু চানবনা ।
থুদোংথীবা সমুদ্র লাম্নকপা ঐবু উরগা

পূক্লীং মকা লাম্বীনি, ফিবম ফজ্রবা ঈশাবু ।
মহাত্মা'তুগী মগুণনা কনবা ঙমজরকপনি ॥৪॥

চেট — লৈকোন অতুদি মসিনিসে! অতুনদি চঙশীল্লগে। (চঙশীল্লগা) আর্য্য মৈত্রেয়!

বিদূ :—মরূপ! নঙগী মুঙঙাইবা পাউ অমা তম্বিগে, বর্দ্ধমান রা ঙাংলি, অতুনদি বসন্তসেনা লাক্লল্লগনি।

চারু :—ঐগী অপেনবনি, মুঙঙাইবনি।

বিদূ :—য়োং নঙনা অম্মক কুইরক্লিবদি করিগী?

চেট — আর্য্য! মৈত্রেয়! শাউবিগনু, গাড়ীদা থানবা ফিদা কাউবদগী য়ুম তান্না অমুক চৎচরুরতুনা কুইজখিবনি।

চারু :—বর্দ্ধমান! গাড়ী মমায় ওল্লু। মরূপ! মৈত্রেয়! বসন্তসেনাবু থাংথবিয়ু।

বিদূ :—মাগী মথোঙ অনী অতুবু য়োহিল্লি'না ফাগ্রবরনে? মরনাই কুমজবা ঙমত্রবরা? কাখত্না গাড়ী কুপ্পা ফি হাইদোক্লগা) হে:! বসন্তসেনা নত্তে, মসিদি বসন্তসেনানিদনা!

চারু :—মরূপ! ফাগী তৌতুনা কান্নদে। মরমদি অপাম্বা হায়বসিনা অথীনবা মতমবু ঙাইবা ঙমদে। নত্রগা ইশামক্লা হেক্তা···
(হৌগৎলি)

আর্য্যক —(উরগা) এ:! গাড়ী মপুনি। মসিদি চুম্নগী তাবদদা কজবা নত্তে, য়েংবদসু কজবনি। ঐদি হিংলবনি।

চারু :—(গাড়ীদা কাখৎলগা) হায়! কনানো অসিবো?

মাগী মপাঙ্গোম অনীনা শামুগী নাতাল মাল্লিবা।
মরেঙ্গুম্না নোংশাগী রাংবা নোয়বা মরেংনা॥
মশাগী চাবা মথবাক পাক্লা শন্না লৈরিবা।
মমিৎনা কোরিগুম ঙাঙবা তথক-তথকপা অশাউবা॥
মহাপুরুষ অসিনা করি মরম্না মখোঙনা।
চূনত্রবা মশাগা য়োহ্লিংবুদি পুরিবা ॥৫॥
অদোম্বু কনানো ?

আর্য্যক – ঐ গোপমচা আর্য্যকনি. নংোন্দা চঙক্সরবনি।

চারু :—গোপালক নিংগৌনা গোয়ল থুঙ্গংদগী পুরক্লগা কৈশূন-শঙদা ফাহুনা থমখিবহুরা ?

আর্য্য —মানি।

চারু :—লাইগী নোংদম্না নহাকপু উহনবিরে ঐংোন্দা।
ঙম্মি ইথরায় থাদোকপা চঙক্সরকপা নঙবুদি থাক্সরোই॥৬।

( আর্য্যকনা হরাওবগী অভিনয় তৌখি )

চারু :—বৰ্দ্ধমান! খোঙগী য়োহ্লিং লোথোকউ।

চেট — য়াম্না ফগনি ( লোথোক্লগা) আর্য্য! য়োহ্লিং লোথোকচরে।

অর্য্যক—প্রেমগী অচেৎপা য়োহ্লিং থাংবিরে ঐঙোন্দা।

বিদূ : য়োহ্লিংশিং অসি চারুদত্তগী মখোংদা থাংজিল্লু মসিসু নাম্বোকচরে, হৌজিক্তি ঐখোয় চৎলসি।

চারু : – নঙগী ফাগী অসি ফজদে, তোক্লো।

আর্য্যক - মরূপ ! চারুদত্ত ! ঐহাকসু থাজত্তবদগী গাড়ী অসিদা কাখৎচরকপনি । ঙাকপিয়ু ।

চারু :— ঐগী ইরা য়াওদনা গাড়ীদা তোংবিরকপসি হুংশিনবগী মতৌনি, মসিনা ঐবু লৈতেংবিরে ।

আর্য্যক - অদোমগী য়াথং ফংলবদি ঐ চৎচরগে ।

চারু :— লেঙবিরসি

আর্য্যক ফরে, কূমথরগে ।

চারু :— মরূপ । কূমথবিখিগন্না মরমদি খোঙগী যোহ্লিং লৌথোক খিবদা ঙায়রি ; অতুনা খোঙ থাংবদা ইফা ফাজিনবগুম থোক্কনি অতুগীসু মথক্তা মফম অসি মী-পোং যাম্না চৎপা মফম্নি, অতুনা গাড়ীনা চৎলগা মীনা থাজগনি ; গাড়ীনা লেঙবিয়ু ।

আর্য্যক—তাকপিরিবসি অচূম্বনি ।

চারু :— তেক্ত-কায়দনা ইমা-ইচাশিংবু উননিক ।

আর্য্যক— অদোম্বু ঐনা ইমা-ইচাগী মশক ওইনা ফংজরবনি ।

চারু :— ৱারী শীংবুনগী মতাঙদা ঐবু নীংশিংবিগনি মরূপপ্না ।

আর্য্যক— মরূপপু কাউরবদি ইশাবু কাউজরবা হায়রবনি ।

চারু :— লম্বীদা চৎলিঙৈদা মরূপপু লাইশিংনা ঙাকপিসনু,

আর্য্যক - মরূপপ্নদি ঐবু ঙাকপিখ্রে, ।

চারু :— ঐহাক্নাদি নচ্চদে, মরূপকী লাইবক্তননি ।

আর্য্যক— অতুমক্তদসু মরূপপ্না মরম অমদি ওইবনি ॥৭॥

চারু :— পালক নিংথৌনা দণ্ডপীনবগী থৌরাংলক্লবদি কন্নবগী উপায় থোইদোকপা লৈরোই ; অহুনা খীনবিদনা চেনবিরো ।

আর্য্যক—মতুঙদা অমুক উন্নসি। ( অসি হায়রগা চৎখি )

চারু :—মৈত্রেয় ! মতৌ অস্নুন্না নিংথৌনা য়াদবা থবকপু।

তৌরগা ঐখোয়না অসিদা মিৎকুপ অময়ু লৈফদে ॥

কুহা অমনবগী মহুঙদা য়োহ্লিং অসি লংথখো।

নিংথৌদি উবনি পুম্নমক অরোনবমনাইগী মমিৎনা ॥৮॥

( মিৎওইথংবা চোংবগী অভিনয় তৌরগা ) মরূপ !

মৈত্রেয় ! বসন্তসেনাবু উনিংবনা ঐদি লাঙতক্লরবনি।

চান্নথোইবীসু উদরে মিৎ ওয়সু চোংলক্লে।

মরম খঙদনা থম্মোয়না থুক্কুনা খাঙলি অরাবা। ৯॥

অহুনা চৎলসি লাক্লো ( খোঙ থাংলগা ) অরাবনি !

মাইথারবা বৌদ্ধ সন্ন্যাসী ইমাঙদা উরে। (রাথল তৌরগা)

মসি অসোমদা চঙগ্রসনু, মতুঙদা ঐখোয়সু অসোমদা চৎসি। ( অসি হায়রগা চৎখি )

আর্য্যকাপ্রহরণ কৌবা তরেৎশুবা অঙ্ক লোইরে।

# নিপানশুবা অঙ্ক

( মতুঙদা অচোৎপা কৌপীন পায়দুনা ভিক্ষু অমা চঙলকপা )

ভিক্ষু — হে অপঙবশা ! ধর্ম্মবু তানশিল্লু।

নশাগী নবুক ফাজিল্লু ধ্যানগী মশক ওইরবা।

ঢাককীদি মথোলনা মতম খুদিং মিৎপাঙলু ॥

ফাণ্ডমদবা ইন্দ্রিয়গী মশক ওইবা হূরানবশিংনা।
নখোয়না তানখিবা কুইরবা ধর্ম্ম লনবু হুখি'নি ॥১॥
অমসু
তাইবংপানবগী পোৎশক পূম্নমক অরেম্বনি উরহুনা ঐদি ধর্ম্মদবু ভাকপা ওইরবনি।
* হূরানবা মঙা হাৎলবা, সুপীবু হাৎলগা কল্লবা থুঙংবু
শোল্লবা চণ্ডালবু হাৎলবা মহাক স্বর্গ ফংই শোয়দনা ॥২॥
মরু কোক্লবা মকোই কোক্লবসু মপূকপু শূদো ক্রবদি।
মরু কোকপা কোবরা মপূক্লাংবু শূদোক্লবদি।
মরুবুদি কোক্তয়বসু মতু মরু কোক্লবনি নীংথিনা ॥৩॥
কৌপীন অসিদা উগী মনপতারবা ঈশিং পক্লে; অহুনা মশেল ইবুঙোগী লৈকোন অসিদা চণ্ডলগা পুথ্রীদা মসি চামথোক্লগা পরপ পরপ্পা মপাল থোক্লক্কে। ( খোঙ থাংহুনা মহুমক তৌখি )
নেপথ্যে—ভাইখো, ফত্তবা লম্বোইবা ! ভাইখো।
ভিক্ষু—( য়েংলগা অকিবগা লোয়ননা ) নিংথৌ'মশেল ইবুঙো। লাক্লে। ভিক্ষু অমনা লাক্লগা অতোপ্পা ভিক্ষু অমবু উরু উরুবা মফমদা ষণবু ভৌবগুম্না মনাতোম্দা হুত্তুনা মপান্দা তাম্বোকই। অহুনা কনবিনবা লৈত্রবা ঐনা কনবিগদবা কনাদা চঙজরুসিগে। পূম্নমকপু শীল্লিবা বুদ্ধদেবতনা ঐবু কনবিগনি

* হূরানবা—জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা। সুপী—অবিদ্যা মায়া। থুঙং—হকচাং। শোল্লবা চণ্ডাল—মায়া মাখিবদগী মপাঙল হল্লবা চণ্ডালগুম্বা কাম।

( থাঙপায়বা বিটকা লোয়ননা শকার চঙলক্লগা )

ভাইখো, ফত্তবা লম্বোইবা! ভাইখো। য়ুথকপগী সভাদা পুরক্লবা অভাঙবা হঙ্গাম মূলাশুম্বা নকোক অত্থু য়ৈথায়গে ( ম'স হায়হুনা কুরকই )

বিট — লুহোংদবীগী মচা! তাইবংপানববু কান্নদবনি খন্দুনা চ্যেক-শংবা ফি শেৎসরবা ভিক্ষুকপু হেক্তা ফুবদি হৌনদবনি। ম'সনা করি কান্নগনি। হুণ্ডভাইনা শান্নবদা মতীকচাবা লৈকোন অসিত্থম য়েংউ।

বন অসিদা চঙজফম লৈত্তবশিংগী চঙজফম।
ওইবা, হুণ্ডভাইনবগী মরম ওইবা উপানশিংনা।।
থবক তোরি ফজবা, বন অ'স ফত্তবা মীগী।
থম্মোইগুম্না ভাকশেন্রি, জয় তৌবা কুইন্রিবা।
লৈপাক্কী মতৌগুমত্থুনা মহৈ চাবা ফংদরি ॥৩॥

ভিক্ষু - লেংশিনবিরকসি; চানবিসি, উপাসক। *

শকার—পণ্ডিত! য়েঙভু, য়েঙভু, চৈরিবসে।

বিট — করি হায়রিবা?

শকার—ঐবু উপাসক হায়রিয়ে। ঐবু নাপিতলা?

বিট — নঙবু বুদ্ধগী উপাসকনি হায়হুনা থাগৎপনি।

শকার - তাও ভিক্ষু! তাও।

ভিক্ষু—ইবুঙ্গো লাইবকফবনি, পুণ্যচেনবনি।

শকার—পণ্ডিত! ঐবু লাইবক ফবনি অমসুং পুণ্য চেনবনি হায়রি।

*উপাসক—চীয়োল খায়োল তৌহ্না মীডেম্বা নপা।

ঐহাক, মীবু লৈশি লৈখোনবা মীরা ? নত্রগা চৌবোর শান্নবা নিপারা ? নত্রগা চফু শাবা মীরা ?

বিট — হায় ! ওক্তবীগী মচা ! নহাকপু লাইবক ফবনি অমসুং পুণ্য চেনবা মীনি হায়দুনা থাগৎলিবনি।

শকার—পণ্ডিত ! মসিনা অসিদা লাক্লিবদি করিগীনো ?

ভিক্ষু— কৌপীন অসি শৃদোকচগে হায়দুনা।

শকার—হে ফত্তবা লম্বোইবা। ঐখোয়গী ইবাইনা লৈকোন পুন্নমক্তগী অথোইবা পুষ্পকরণ্ডক হায়বা লৈকোন অসি ঐঙোন্দা পীনবিরে ; লমহুই অমসুং হুইশিংনা ঈশিংদমক থকপা, তোইগুম্বসুং মীথোই মীহেনবা অমা ওইরবসু ঐনা ফাওবা ঈরুক্তব্রিবা পুথ্রী অসিদা মতম কুইরবা শগোল হরায়গী মকুপকুন্না উফুল রাইফুল তৈরবা নমথিরবা কৌপীন শৃদোক্লিবা। অদুনা নঙবু চৈ অসিনা ফুনা হাংতোক্কে।

বিট — ওক্তবীগী মচা ! ঐনা খল্লি— নিপা অসি লম্বোইবা কুইরমথিরোই।

শকার—পণ্ডিতনা করম্না খঙবিবগে ?

বিট — ইবায় লায়না খঙবনি, থোইনা লুবা নত্তেনা। য়েঙু, য়েঙু—

মশম কোকথ্রবা মতুঙদা মরায়বক্কী কুচুনা।
ঙৌরোক ঙৌনা মরৈরি মতম কুইত্রিবগী হৌনবা ॥
লেংজুমদা কৌপীন য়ানবগী ময়িসু তাত্রি অমত্তা।
মক্কিদা চ্যেকশংবসু কয়া নীংথিনা হৈজত্রি ॥

লেংজুমদগী থুনিং য়োবা  হকচাংবুদি থুম্লিবা।
ফিগী থকী শরুক্রা  চাওমন শাংমনখিবনা।
নপ্পু কোবা য়াদনা  লেংজুমদগী নাম্বরি ॥৫॥

ভিক্ষু—উপাসক! হায়রিবত্থু অচূম্বনি, ঐদি তাপ হেক্তা লম্বোই-জররুবনি।

শকার—অত্থু ওইরবদি করিগীদমক হেক পোকপগা লম্বোইদবনো?

( অসি হায়রগা ফুখি )

ভিক্ষু—বুদ্ধবু খুরুমজে।

বিট— তোল্লবা মী অসিবু ফুবিত্থনা করি তৌগদগে? থাদোক-পিখো, চৎচখিসন্থু।

শকার—হাই! তারিবরা! মুন্না থন্নরগা লেপল্লিবা ফাওবদি লৈখো।

বিট— কনাগা থন্নরগা?

শকার—ইশাগী থম্মোয়গা।

বিট— অরাবনি, চৎত্তেনে!

শকার—ইচা! থম্মোয়! ইবুঙঙো! ইচা! ভিক্ষু অসি চৎকত্রা? লৈরোইত্রা? (মথন্দা) চৎসু চৎলোই, লৈবসু লৈরোই। (কোংনা) পণ্ডিত! ঐহাক, ঐগী থম্মোয়গা থন্নরে। ঐগী থম্মোয়না অসি হায়রি—

বিট— করি হায়রি?

শকার—চত্তসন্থু, লৈতসন্থু, স্বর হোজিন্দসন্থু, হোন্দোক্তসন্থু; মফম অসিমক্তদা তাপ হেক তুরগা শিসন্থু।

ভিক্ষু—বুদ্ধবু খুরুমজে। ঐনা ইবুঙঙোদা চৎজরিবনি।

বিট — চৎপ্রসন্নু,

শকার--রারেপ অমগী মতুঙ ইন্না

বিট — করম্বা রারেপ ?

শকার--ঈশিংদা লৈখোম থাদবদা ঈশিং নৈহন্দনা থাদবা, নত্রগা
ঈশিংবু পুল্লপ তাশীল-থোমজিল্লগা লৈখোমদা থাদবা।

বিট — অঙকপা ফংনা পডিঙদা !

পূন্নীং রাখল ওনবা মশানা নুঙ্গুম কল্লবা।
শদূমদাঙায়বা অপঙবা কাঙলুপ্না পৃথিবী লুম্বনি ॥৬॥

ভিক্ষু—(থূবী উত্তুনা শাউই )

শকার—করিনো হায়রিবা ?

বিট — নঙবু থাগৎলিবা

শকার—তাও তাও, অমুকসু তাও।

ভিক্ষু অদুম তৌরম্লগা ( ঈশিংদা লৈখোম থরা থাদরম্লগা )
চৎখি।

বিট লুহোংদবীগী মচা ! লৈকোনগী ফজবসিদুম য়েঙঙু।

মহৈ মপালনা নীংথিবা অকনবা লেঙদবা উরীনা।
পূময়েৎ ওইনা য়েৎশিনবা নিংথৌগী য়াথং ফংদুনা ॥ ..
অঙাকপশিংনা ঙাক্লিবা উপালথিবিক অসিনা।
লোয়নবীগা লোয়নবা নিপাগুম্না নুঙঙাইরি ॥৭॥

শকার—পণ্ডিতনা হায়রিবসি ফজরী—

লৈমায অসি লাংলে লৈরাং মথল মথলনা।
লুক্লে উপাল পূম্নমক অক্লাম্বনা লৈরাংগী।
য়াম্লি উতোন্দা উরীনা য়াংনা য়াম্লি থৈবোঙ্গুম ॥৮॥

বিট — লুহোংদবীগী মচা। নুংথক অসিদা কন্মু।

শকার—কয়ে। ( অসি হায়রগা বিটকা কন্মিন্নখি ) পণ্ডিত! ওসি কাওবা বসন্তসেনাবু ঐনা কত্তবা মীগী কজদবা রাহৈবু কাউদবগুম কাউদরি।

বিট — (মথন্দা) অত্থু য়োনা উশিত্তনা লৎনবিরক্লবমক্তদস্থ মহাকপু নীংশিংলিবা?

অমদি

লুপীনা চোপহল্লক্লবা কাপুরুষগী কাম হেল্লকই

মখোয়না চোপহল্লক্লবা অকবা নিপাগী কামদি।

থরা ময়েং তারকই পুম্মাং মাঙখি নক্রগা ॥৯॥

শকার – পণ্ডিত! মীনাই স্থাবরকদা "গাড়ী পুত্থনা পরপ পরপ লাউ" হায়না ঐনা হায়খিবনি। অত্থবু মতম কন্না কুইরক্লে, হৌজিক কাওবা লাক্তে। ঐহাক চাক্লাম্বস্থ কুইরে। লুমিৎযুংবা মতম অসিদা খোঙ অনী থাত্থনা চৎপস্থ ঙমক্রে। অত্থনা য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু—

আকাশ' ময়ায় চবুক্তা থোক্লিবা কোস্নৌহনবসে।

শাউরবা য়োঙ্গী মতৌগুম য়েংবদদি ঙয়ক্তে,॥

মচা নিপা চামদি শিপ্রবী গান্ধারী কৌরবী।

সতী'দুগী মতৌগুম চাক্লি নৈপাক অসিনা॥১০॥

বিট — থাজৈ শেংবনি।

মণশিংনা শজীক রায়দনা উরুমদদি কুন্দুনা।

ভূমি, বুনগী শাশিংনা ঈখৌ লাংত্থনা পুত্রীগী॥

থক্নি অশাবা ঈশিংবু হুংশা কিছুনা মীশিংনা।
চন্ত্রে সনা লমজাওদা গাড়ী অছু নহাকী।
অশাবা মঙম থারগা লৈরম'নি থল্লি উরুমদা ॥১১॥

শকার—পণ্ডিত!

তারি হুমিৎ মঙালনা ঐগী ইকোক মথক্তা।
উচেকশিংনা উশাদা লৈরি ভুমিন লোত্তুনা ॥
মীশিংনা অশাবা স্বর শাংনা হোন্দুনা।
ইমুং মহুঙদা ক্মছুনা থাঙলি হুংশা মৈশাবু ॥১২॥

পণ্ডিত! মীনাইনিপা অছু হৌজিক কাওবা লাক্নে। অছুনা থরায় হুঙাইনবগীদমক ঈশৈ থগ্না শকে। (অসি হায়রগা ঈশৈ শকখি) পণ্ডিত! ঐনা শকপা ঈশৈ তাবিরেকো?

বিট — করি অমুক হায়গনি! নঙদি গন্ধর্ব্বদা গন্ধর্ব্ব ওইরবনি।

শকার—ঐহাক, করিগী গন্ধর্ব্ব ওইরোই?

* হিঙ্গুগা য়ানথাইনরবা জীরাগসু ভিন্নবা।
† ভদ্রমুস্তা অমদি ওক হীদাক মতাঙনে ॥
গুড় তোৎলবা অকংবা শিংনে, মনম হুংশিবা।
হীদাকশিংসি ঐহাক্না শীজিন্নথ্রবা ঙাক্তনি ॥১৩॥

পণ্ডিত! অমুকসু শকখিগে (অমুকসু শকখি) পণ্ডিত! পণ্ডিত! ঐনা শকপা ঈশৈ তাবিরেদনা?

---

* হিঙ্গু—সনাহীদাককা কম্মুকা মান্নছুনা শেবা পোৎ অমা।

† ভদ্রমুস্তা—লমওকী মচীঞ্জাক ওইবা নাপী মথল অমা মাবু ভদ্রমু কৌনৈ।

বিট — করি অমুক হায়গনি ! নঙদি থাকৈ শংবা গন্ধর্ব্বনি।

শকার—ঐহাক করিগী গন্ধর্ব্ব ওইরোই ?

হিঙ্গুগা য়ানথাইনরবা মোরোক তক্ না তোৎলবা।
ঘীগা থাউগা য়াল্লগা ওৎলবা কোকিল মাংসবু।
চারবা ঐগী স্বরনা করিগী শুংশিরোইদোরিবা ॥১৪॥

পণ্ডিত হৌজিক ফাওবা মীনাই নিপা অছু লাক্লে।

বিট — নহাক তপথৌ ; হৌজিকমক লাক্লগনি।

( মতুঙদা গাড়ীদা তোংহুনা বসন্তসেনা অমসুং চেট চণ্ডলকই )

চেট — সুমিৎ চপয়ুংবা মতম অসিদা চৎকদবা ঐ কিয়ে। অছুবু মশেল ইবুঙেঙোনা শাউবিদনবা পরপ পরপ্পা চৎলগে। হৈ, হৈ, চৎলু।

বসন্তঃ—হাই ! থোন্দা অসিদি বর্দ্ধমানকগী নত্তে ! করিনো তৌরিধসিদে ? আর্য্যচারুদত্তনা চথোক চৎশিন (হন্দোক হজিন) রাদনবা হায়হুনা অতোপ্পা মী অমসুং অতোপ্পা গাড়ী থারকপরা ? য়েৎথংবা মিৎ চোংই; থম্মোই তনিক ঙনিকই অমসুং মাইকৈ পুন্নমক ইহাও-হাওবগুম তৌই ; কন্তবা ঙাক্তা থোকই।

শকার—(কাথোং মখোল তারগা) পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! গাড়ী লাক্লে।

বিট — করম্না খঙই ?

শকার—পণ্ডিত ! অহল ওইরবা ওককুম্বা "ঘুর, ঘুর" লাউরিবা গাড়ী অসিবু উবিত্রিবরা ?

বিট — (য়েংলগা) মুয়া ফজনা য়েংইদা। লাক্লেনেসে।

শকার—ইচা ইবুঙো! স্থাবরক! মীনাই! লাক্লবরা?

চেট — হোয়।

শকার—গাড়ীসু লাক্লবরা?

চেট — হোয়।

শকার—ষণলাবা অনীমকসু লাক্লে?

চেট — হোয়।

শকার—নঙসু লাক্লে।

চেট — (নোক্লা নোক্লা) প্রভু! ঐসু লাকচরে।

শকার—অছুদি গাড়ী অছু মহুঙদা পুশিল্লকউ।

চেট — লম্বী কদোমদা?

শকার—চ্যেকপল মথকসোমদা পুরকউ।

চেট,— প্রভু! ষণলাবা পোৎমা অসি শিরগনি, গাড়ীসু তেক্কনি, ননাই মীনাই ঐসু শিগনি।

শকার—হেঃ! হেঃ! ঐ নিংথৌগী মশেলনি; ষণ শিরগা অমুক লৈগনি· গাড়ী তেক্লগা অমা অমুক চনগনি; নহাক শিরগা অতোপ্পা মী অমনা গাড়ী থৌগনি।

চেট — ইবুঙোগীদি পুন্নমক থোকপা য়াই; ঐদি ঐগী ওইররোই।

শকার—হাই! কান্নদে, মাঙ্গে হায়বমখৈ মাঙসহু, চ্যেকপল মথক্তা পুরকউ।

চেট — তেক্লো হায়! গাড়ী! মপুগা লোয়ননা তেক্লো, গাড়ী অমা শিল্লসহু, মপুদা খঙহন্নুখিগে। (চঙশিল্লগা) গাড়ী তেক্লে! ইবুঙো! য়োৎলে।

শকার—ষণলাবা অনী তন্ত্রে? থৌরী শিত্রে? নহাকসু শিত্রে?

চেট — হোয়্।

শকার—পণ্ডিত! গাড়ী য়েংসি লেঙলকউ। পণ্ডিত! ঐনা অদোম্ব গুরুনি, অমসুং পরমগুরুনি হায়না নীংজবনি, ঈকাই থুম্ন-জবনি, মসুঙজিনবনি খঙজবনি; অহুনা অদোম্না মাঙ থাবিবনা চুম্মি, অহুনা হান্নবা কাপৎপীয়ু।

বিট — ফৈ, ফৈ। ( অসি হায়তুনা কাখৎখি )

শকার—নহাক ঙাইখো; নপাগী গাড়ীরা অসে— নঙনা হান্না তোঙ্খৎলিববো? ঐ গাড়ীগী মপূনি, হান্না ঐনা কাগদবনি।

বিট — নঙনা হায়খিবনিনে।

শকার—ঐনা হায়খিরম্নবসু নঙনা ঐঙোন্দা ঈকাইৎম্নবা প্রভু! লেঙখৎপিরো হায়বা মতীক চারম্মি।

বিট — লেঙখৎপিরো প্রভু!

শকার—ঐ কাখৎলগে। ইচা! স্থাবরক! মীনাই! গাড়ী মমাই ওল্লু।

চেট — ( গাড়ী মগায় ওল্লগা ) প্রভু! লেঙ্খৎপিরো।

শকার—( কাখৎলগা য়েংলগা অভিনয় তৌতুনা পরপ পরপ কূমথ-তুনা বিটকী ওকশমদা কোন্দুনা ) পণ্ডিত! পণ্ডিত! শিরে, শিরে। মরমদি হিংচাবীরা হুরানবরা অমথক গাড়ীদা ফমতুনা লৈরে। হিংচাবী ওইরবদি ঐখোয় অনীবু হুরে, হুরানবা ওইরম্নগনা ঐখোয় অনীবু চাথোকলে।

বিট — কিগনু। ষণগাড়ী অসিদা হিংচাবীনা করম্না লাকদগে?

তুমিং চপ মুংবা মতমগী মুংশানা উনবা শক্তি মাওথ্রবা নমিৎনা শেরান্না স্থাবরককী ফুরিৎকা লোয়ননা মমি উবা নত্রনে ?

শকার—ইচা নিপা ! স্থাবরক ! মীনাই ! হিংলিদনা ?

চেট — হোয় !

শকার—পণ্ডিত ! নুপী অমখক গাড়ীদা ফমহনা লৈরে, য়েংবিয়ু ।

বিট — হায় ! নুপীনিনা !

লমখাওদা নোংনা মমিত্তা ফুরবা মণলাবগুম ।
লূকথহনা ঐহাক্তা চেঞ্জথ্রগে'সিদগী ॥
লৈবাকমচাশিং' মমাওদা লেমজ'নংবা ঐহাক্কি ।
অতোপ্পগী নুপীবু ইমিৎনা করম য়ে'গনি ॥১৫॥

বসন্তঃ—( অওকপগা লোয়ননা মথন্দা ) মশক উবদা হৈনজবা নিংথৌগী মশেল ইবুঙঙ'হুনি । লাইবক থীবী ঐহাক থরায় মাঙনি, মাওলোই থওত্রেদো ! লৈপাও চেন্দবা মফমদা তাখিবা মরূগুম, ঐনা লাকপসি অরেম্বনি । হৌজিক ঐ করি তৌসিগে ?

শকার—মীনাই অহল অসি মথরায় রাবনা গাড়ীদা য়েংত্রে । পণ্ডিত-না য়েংবিয়ু ।

বিট — ফরে, করিবু তৌবগে ?

শকার—অরাবনি, লমহুইনা পাইরি, কাকনা চেল্লি । অহনা পণ্ডিতপু মমিৎনা চারিবৈ, মরানা য়েংলিবৈদা ঐ চেল-হৌগে ।

বিট — (বসন্তসেনাদা য়েংলগা অৱাবগা লোয়ননা মথন্দা ) শক্তি অমোম্না কৈগী মতুং ইন্নিবা, অৱাবনি ! অৱাবনি !

শরৎ থাজগুম ভোরবা, খোঙহুঙদদি লৈরিবা
কাঙডালাববু থারগা কাক কোবা উচেক্কী ।
মনাক্তা কাঙডা অমোম্না করম্নদি লাক্লিবা ॥১৬॥

( বসন্তসেনাগী মফমদা তুমিন তুমিন্না ) বসন্তসেনা ! নঙনা লাকপসি চুমদে, মতীকসু চাদে । মরমদি—

মমাঙৈঙদদি নাপম্না উশিন্নগা শকারবু
লনগী মরমগীদমক অপোকপীগী য়াথংনা

বসন্তঃ—নত্তে, নত্তে । ( হায়ত্তুনা মকোক হাই ) ।

বিট — ওক্তেশঙগী লেমত্রবা হৌনশা মতুঙ ইন্দুনা
মফম'সিদা লাকপবু চুম্মি হায়না খনবরা ? ॥১৭॥

ঐদি হান্নদগী নঙোন্দা ইবেম্মা ! অচান-চান্দ খায়দনা পুন্নমকপু সেবা ভো হায়না হায়খিবত্তুনি ।

বসন্তঃ—শোয়বা অমদগী অভোপ্পা (ওন্নবা) গাড়ী অমদা তোংলক্লে । হৌজিক ঐহাক ইবুঙোদা চঙজরবীনি ।

বিট — কিগন্নু, কিগন্নু । ফরে, মসিবু নক্কৎপা ভারে । ( শকারগী মনাক্তা চঙলগা) লুহোংদবীগী মচা ! থাঙ্গেশেংনা হিংচাবীমক গাড়ী অসিদা লৈরে ।

শকার—পণ্ডিত ! হিংচাবীমক লৈবনা শেংলবদি ইবুঙোবু করি ভোত্তুনা হুংত্রি ? হুরানবমক ওইরগনা চাথোকখিত্রিবনা করিগী ?

বিট — মহুদা অমুক নৈনরুহুনা করি তৌগদগে ? লৈকোন শাং-লবসিগী মনুঙদা খোঙনা চৎলগা উজ্জয়িনী নগর অসিদা চঙলবদি করম্বা অকায়বা লৈবগে ?

শকার—মহু তৌরগা কান্নবনা করিনো ?

বিট — মহু তৌরবদি হকচাং শাজেলস্থু ওইগনি, যণস্থু অৱাবা কোকচনি।

শকার —ফরে, অদুম তৌরগে। স্থাবরক ! মীনাই ! গাড়ী পুখ্রো। ( অমুক ) ঙাইখো, ঙাইখো।

লাইশিংগী অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী মাঙদা খোঙনা চৎকে। নত্তে, নত্তে, গাড়ী তোংলগা চৎকে। মরমদি অরাপ্পদগী ঐবু উরগা মীনা হায়নগনি— "নিংথৌগী মশেল ইবুঙেঙা লেঙিঙ" হায়না।

বিট — (মথন্দা) হুনা হীদাক ওইবা লুবনি। ফরে, অসুম হায়না হায়গে। ( ফোংনা ) লুহোংদবীগী মচা ! বসন্তসেনা অসি ননাক্তা অভিসার লাক্লি।

বসন্তঃ—অহুম্না তাকপীগনু, তাকপীগনু।

শকার—( হরাওবগা লোয়নননা ) পণ্ডিত ! পণ্ডিত ! মীথোই গী-হেনবা অমসুং বাসুদেবগী মশক ওইবা ঐগী ইনাক্তা অভিসার লাক্লে।

বিট — হোয়।

শকার—অহু ওইরবদি ঐহাক্না অনৌবা লক্ষ্মী ফংজরবনি। মতম অহুদা ঐনা মাবু শাউহল্লম্মি, হৌজিক্কি মথোঙদা তুহুনা পেলহনগে।

বিট — অচুম্বা রানি।

শকার — নখোঙদা তুজরি (অসি হায়রুনা বসন্তনাগী নাক্তা চঙলগা) হে ইমা! অম্বিকে! ঐনা হঙ্গৎচবা তাবিয়ু।

লোইরোই শাংবা লাউতকপা মিত্তা তাবি ইবেম্মা!
থুজীন তরা পাল্লিবি! অরুবা য়াতা তারিবি! ॥
ঐনা নখোঙদা তুজরি ইথুৎ লোন্নজরি নঙোন্দা।
অপাম্ব মখা পোল্লবা ঐনা নঙোন্দা লানথরে ॥
ঙাকপিয়ু হায়না হায়জরি নঙগী ননাই ওইজরে ॥১৮॥

বসন্তঃ— (শাউনা) হন্দোকখ্রো চৎলো। মীরক তিন্দবগী রা ঙাংজলাকচনু। (অসি হায়রুনা খোঙনা কাওখি)

শকার — (শাউনা) ইমাশিংনা চুপথ্রবা, লাইবুসু থুরুম্মক্কবা।

ইকোক্তা নখোঙনা নেৎথ্রবা! অশিবগী মশাদা।
লমহুইনা বনগী মহুঙদা নেৎপগুম্না মখোঙনা ॥১৯॥

স্থাবরক! মীনাই! মফম কদায়দা মসিগা থেংনরকপগে?

চেট — প্রভু! থুঙংগী গাড়ীমক্কনা নিংথৌগী সড়ক ফুল্লবদা ঐনা চারুদত্তগী হৈকোন লৈকোনগী মনাক্তা গাড়ী অসি থম্নগা কুমথহনা গাড়ী কাথোং লৈথোকপা মতম অহুগী মহুঙদা গাড়ী য়ম্নবদগী ঐথোয়গী গাড়ী অসিদা কাখৎলকপনি হায়না নীংঙি।

শকার—ও! গাড়ী ওন্নহনা লাকপা! ঐগী অভিসারগীদমক্তি নত্তবা! অহু ওইরবদি গাড়ী অসিদগী কূম্লো কূম্লো। লায়রবা লম্লোনবগী মচা চারুদত্তগী অভিসার চৎপা? গাড়ীনা ঐগীদা তোংবা! কূমথরো মীনাইহুবি!

বসন্তঃ—"আর্য্যচারুদত্তগী অভিসার চৎকদৌরিবা" হায়বা রাঁহে অসিনা লৈতেংলে ঐহাক। হৌজিক্তি ওইনিংবা ওইরসহু।

শকার— থম্বাল লৈরাং মান্নবা থুজীল তরাপান্নবা।
নুংশি রাহৈগা মান্নবা চৈক্ষুবুদি পান্নিবা॥
ইথুৎ অনী অসিনা, জটায়ুনা বালিগী।
নুপীবু মশম লাক্কুনা চিংহুনা তুথহনখিবা।
অহুগুম্না নহাক্নী নশাবু গাড়ীদৈ চিংথনি॥২০॥

বিট — গুণ চেনবী নুপীশিংবু মশম লাক্কুনা চিংকদে।
লৈকোনগীদি উরীগী মনা থদৎপা হৌনদে॥২১॥
অদুনা নঙ হৌগৎলু। ঐহাক্না মসিবু কুমথহনগনি। বসন্ত-সেনা! কুমথরো।

( বসন্তসেনা কুমথরগা মচী অমদা লৈখি )

শকার—(মথন্দা) মতম অহুদা অথীবা রাহৈনা চোপহনবদা ঐগী অশাউবগী মৈ অহু চাকখৎখি; অদুনা হৌজিক্তি য়োং ওক্তবীগী মচা অসিনা খোঙনা কাওবদা অশাও মৈ অহু নীংথিনা চাকখৎহনগ্রে। অদুনা মাবু হাত্তোক্লগে। ফরে, ফরে! অসুম্না হায়রগে। (কোংনা) পণ্ডিত! পণ্ডিত!
ফিমৈ চোম্না তারিবা ক্ষিজা চঙবা ইম্নফিবু।
ফংনিংলবদি অমসুং শাবু চাগে অমদি
ঐবু পেলহনগে নিংলবদি চুহু চুহু চুক্কু চুক্কু॥২২॥

বিট — ঐবু করি তৌ হায়বনো?

শকার—ঐনা পেন্নবা থবক তৌবিয়ু।

বিট — তৌহৈদবা থবক্তি নত্তনা শোয়দনা তৌগনি।

শকার—পণ্ডিত! তৌহৈদবগী মনমফাওবা লৈতে, কনাগুম্বী হিং-
চাবীসু লৈতে।

বিট — অদু ওইরবদি হায়য়ু।

শকার—বসন্তসেনাবু হাৎলু!

বিট — ( মনাকোং অনীমক মেল্লগা )

মপুঙ্জিদি য়ামত্রিবী মুপী জাৎতা পোকচবী।
নগরগী লৈতেং ওইরিবী ওক্তবী শংগী চানদবা॥
প্রেমনা তিনবী লান্দবী বসন্তসেনাবু ঐহাক্না।
হাৎলবদি সমুদ্র লান্নবা উঙাম্র করিনো ॥২৩॥

শকার—ঐনা পণ্ডিততা উঙাম পীজগনি। মী লৈতবা লৈকোন
অসিদা হাৎপদা পণ্ডিতপু কঃ ান। উগর্দগে?

বিট — মায়কৈ তরা অমসুং বুনদেবতা পুন্নমক।
মঙাল চাউবা নুমিৎ-থা ধর্ম্ম-মুংশিৎ অতিয়া॥
জীবাত্মা ধর্ম্ম অমসুং অধর্ম্মগী যাত্রী ওইরিবী
পৃথিবী মথোয় খিবিক্না ঐবু শোয়দনা উগনি ॥২৪

শকার—অদু ওইরগা ফিনা য়োমশিল্লগা হাম্বোকউ।

বিট — অপঙবা! নঙসি ওম্বোক্না লৈখা তারেদকো।

শকার—ওকহন্নুবা অসি অধর্ম্মবু কিরি। ফরে, মীনাই স্থাবরক
অসিদা নোম্নহুনা য়েঙ্গে। স্থাবরক! ইচা ইবুঙো!
মীনাই! নঙোন্দা সনাগী খুজী পীগনি।

চেট — ঐসু শিজনি।

শকার—নঙ্গৌদমক সনাগী খুজী শাহনগনি।

চেট — ঐ তমজখিগনি।

শকার—চাবদগী অরেম্বা পূম্নমক নঙোম্দা পীগনি।

চেট – ঐস্নু চাজগনি।

শকার—মীনাই পূম্নমক্তা মকোক ওইহনগনি।

চেট — ঐস্নু ওইজগনি।

শকার—অদুদি ঐনা হায়বা ইলু।

চেট — প্রভু! পূম্নমক তৌজগনি, হৌনদবদি নত্তনা।

শকার—হৌনদবগী মনম ক্লাওবা য়াওদবনি।

চেট — প্রভু! তাকপীরসি।

শকার—বসন্তসেনা অসিবু হাত্তোকউ।

চেট — প্রভু! তপথবিয়ু। আর্য্যা বসন্তসেনা অসি, গাড়ী ওম্নতৈনবদা পুজরক্লবনি। ঐনি ফক্সিবদি।

শকার—হে মীনাই! নঙোম্নদি ঐ করিস্নু ওম্নরোইদবা?

চেট — প্রভু! ইবুঙোনা ইশাবুদি ওম্বিবা য়াই, চরিত্রদদি নত্তে। চানবিবিয়ু। ঐ য়াম্না কিজরে।

শকার—ঐগী মীনায় ওইরগা নঙনা কনাবু কিরিবা?

চেট — প্রভু! লাইরমলেনবু।

শকার—লাইরমলেন হায়ববু করিনো?

চেট — পুণ্য পাপকী মহৈ।

শকার—পুণ্যগী মহৈ'দুকরম তৌবা অাং:নো?

চেট —সনা কয়ানা লৈতেংলিবা ইবুঙোগুম্বা।

শকার—পাপকী মহৈনা করম তৌবা ?

চেট — মীচাক চাহুনা হিংবা ঐগুম্বা অমনা তৌহৈদবদি তৌজ-রোই ।

শকার - ইয়া ! নঙ বসন্তসেনাবু হাৎলোইদ্রনহাই ? ( অসি হায়ছুনা য়াম্না ফুই )

চেট — প্রভুনা ফুগে ফুবিয়ু হাৎকে হাৎপিয়ু ; তৌহৈদবদি তৌজ-রোই ।

নহানমুক্কী মপোক্তা তৌণিবা'রানবা থবকা ।
মহৈনা হেক পোকপদগী মীনাই ওইনা লাকচরে ।
পাপপু হেন্না তৌজররোই অরানবা থবক থাজরে ॥২৫॥

বসন্তঃ—পণ্ডিত ! ঐহাক নঙোম্দা চঙজরি ।

বিট — লুহোংদবীগী মচা ! ভাকপীরো, কনবিরো । স্থাবরক ! ফরে, ফরে ।

খুদোংথীরবা লায়রবা মীনাই অসি মরুসু ।
লাইরৈবাক্তা অকবা মহৈবুদি ফংনিংলি ॥
ফংনিংদে মবুঙেঙা'সিনদি অঙকপগী মতৌনি
ফক্তবদমক তৌরবা অকবা কৌবদি তৌজবা ।
মখোয় অসি করিগী হৌজিক হৌজিক মাংজিবা ॥২৬॥

অমসু

অচেংবা খিবা নোংদমা তৌরি ওন্নতৈন্বা ।
মহাক অসিনা মীনাইনি নহাক্কদি মপুনি ॥
হায়রছুনা নহাক্কা মসিগী মরা লৌজিবা ॥২৭॥

শকার—(মথল্দা) সমহূই হন্নুবসে অধর্ম্মবু কিরি ; মীনাই অসিনা লাইরমলেনবু কিরি। কিজসন্নু, ঐদি নিংথৌগী মশেল নিপা মীকোক থোংবা অমা ওইরগা কনাবু কিগদগে? (ফোংনা) হায় ! মীনাই মচা ! মরুম অমদা চঙহনা মচী অমদা পোথারু চংলো।

চেট — ফগনি, ফগনি। (বসন্তসেনাগী মনাক্তা চঙ্গগা) আর্য্যে। ঐনা ঙমজবদি অসি ফাউবতনি। (অসি হায়রম্লগা চংখি)

শকার—(ফি শেমহনা) লৈরম্মু, বসন্তসেনা ! লৈরম্মু, নঙ হাৎকদবনি।

বিট — হেরা ! ঐগুম্বগী ইমাঙদা হাৎকনি হায়বা? ( অসি হায়হনা মঙকশমদা চেৎনা পায়খি )

শকার—(লৈমায়দা তাখি) পণ্ডিতনা মবুঙেঙাবু হাৎলে। ( অসি হায়হনা রাম্বগী অভিনয় তৌখি, থরা লৈরগা জ্ঞান তারক্নুনা )

অসুক কুইনা ঐহাক্না থীনা অমদি শত্রুম্না।
থাক্রুবা নহাক্না থোক্লরবদা থবক্না।
করিগীনো য়েক্লবা ওইরিবদি ঐহাক্কী ॥২৮॥

( রাখল থল্লগা ) করে, পান্বে অমা কংলে। লমহূই হন্নুবা অসিনা মকোক নোমহনা ঐঙোন্দা ইঙ্গিত তৌরে। অহনা মখৌরি মেত্তুনা বসন্তসেনাবু হাৎকে। অসি হায়না হায়গে (ফোংনা) পণ্ডিত ! ঐহাক্না অদোমদা হায়জখিবহূদি হূইগুম্বা শাগৈদা পোক্লবা ঐনা হৌনদবা থবকপু করম্না তৌসিগে? থন্দুনা পণ্ডিতপু য়াহজনবগীদমক্তি।

বিট — শাগৈ পন্দুনা কৈদৌনি, থোইদোক হেন্দোক্লবগী।
মরমদি স্বভাবতনি অশেঙবা তিথ্থং পানবা য়াং চাউবা।
উপালশিংসু মহৌই অথোয় অথোয়বা মফমদা ॥২৯॥

শকার পণ্ডিত ! বসন্তসেনা ইমাঙদা ঈকায়রে ; ঐবু য়ানিংদ্রে।
মীনাই স্থাবরক অদু ঐনা ভুখিবদগী মহাক চৎখ্রে, মহাক
চেল্লখসু য়ারে। মহাকপু পণ্ডিতনা লেঙলগা পুবিরকউ।

বিট — বসন্তসেনা হায়র্বা'সে লমচৎ নাইবী গুপীনি।
অপঙব'সিগী মনাক্তা মানা কদৌঙৈ চঙলক্লোই ॥
মাগীদমক ঐহাক্না মফম অসি থারগে।
অচৌকপা মফম অমদি অমনা অমবু থাজবা।
অসিদগী পোক্লগা অপাম্বা, কামগী লমচৎ থোক্লকই। ৩০॥
( ফোংনা ) করে, ঐ চৎলগে।

বসন্তঃ—( বিটকী ফিজি পায়রগা ) ইবুঙঙো ! ঐহাক নঙ্গী নফমদা
চঙজরবনি।

বিট — বসন্তসেনা ! কিগনু, কিগনু। লুহোংদবীগী মচা ! নথুৎতা
বসন্তসেনা শিন্নরবনি।

শকার—হোয় ! বসন্তসেনা ইথুত্তা লৈসনু।

বিট — থাজৈ শেংলবরা ?

শকার—থাজৈশেংলবনি।

বিট — ( খয়া লাম্না চৎলুরগা ) ঐনা চৎপ্রগা তবথিরবা শকারনা
বসন্তসেনাবু হাৎপিরগনি। অহুনদি খুপ্পুনা য়েঙথিগে—

মহাক্কী করি ভৌগদৌরিবনো। ( অসি হায়রদুনা মচী অমদা থুপখি )

শকার—ফরে. হাংলগে। নক্রগা নমথাক চাউবা লমচুইগুম্বা হমুবা ব্রাহ্মণনি। থুপ্তুনা য়েংলম্বহৃম য়াই। অদুনা মাবু নম-হৎনবগীদমক অসুম ভৌরগে। ( নৈ হেক্তুনা মশাবু নৈতেংখি। ইবেম্মা! মুপীমচা! বসন্তসেনা। লাও, লাও!

বিট — অপাম্বা ঈরাং পক্কে। ফরে! পুক্কীং নৈতারে। হৌজিক্তি চৎলগে ( অসি হায়রগা চৎখি )

শকার— /সনা পীগনি নঙোন্দা অচানরাহৈদা মহায়গনি।
কোয়েৎ য়েৎপা ইকোক্পা নখোঙদবু তুজগে॥
য়াতা কঞ্জবি ইবেম্মা! ঐবু চানবিক্রি 'সিমক্তা।
মীওইব হায়বসিমক্তবু মনাইদা অরাবা পীগনি ॥৩১॥

বসন্তঃ— লমচৎ নাইদবা! ফত্তবা অপঙবা নঙনা করিগী।
মরম অসিদা ঐহাকপু শেলনা মিহোৎহল্লিবা॥
খোইমু অমোম্না কদৌঙে লমচৎ স্বভাব ফজবা।
মশা নানবা থম্বালবু থাদোকপদি হৌনদে।৩২॥

অমস্মু

ওক্তবী মুপীনা চ্যোকশিন্না অরাঙবা শাগৈদা পোকচবা।
লমচৎ নাইবা নিপাবু লায়রমবসু লারমনা॥
সেবা ভৌগদবনি মতীক চানবা নিপাদা।
পামজরুবদি নৈতেংনি ওক্তবী মুপী খিবিকী ॥৩৩॥

হৈনৌ পাম্বীদা য়েৎচরুরগা পলাশ পাম্বীদা য়েৎলুবদি ওমজররোই।

শকার—হাই ! মীনাই সুবীগী মচা ! নঙনা চারুদত্ত হায়বা লায়রব-ছবুনা হৈনৌ পাম্বী ওইহল্লগা ঐবুনা পলাশ পাম্বী ওই-হল্লিবা ! নাওইত্তোংমক্তসু ওইহল্লিবা ! ঐবু অমুন্না চৈরগা হৌজিকমকসু চারুদত্তবু নীংশিলিবা ?

বসন্তঃ—মহাক্তি ঐগী থম্মোইদদা মরৈবনি, করিগী নীংশিংলোই-দৌরিবনো ?

শকার—হৌজিমকসু নথম্মোইদা লৈরিবা ? অদু ওইরবদি মাবুসু নঙবুসু পুন্নপা তকখায়গে খঙনি। লায়রবা লন্নোনবা নিপাবু পাম্বী ! লৈরম্মু, লৈরম্মু।

বসন্তঃ—হায়য়ু হায়য়ু অমুকপু হায়য়ু। ব্রাহৈশিং অসি ঐঙোন্দদি থাগৎনিঙাইনি।

শকার—মীনাই মচা লায়রবা চারুজওনা নঙবু কনসনু য়েংশি ?
বসন্তঃ—উবিরম্লবদি কনবিরমগনি।

শকার— মহাক ইন্দ্রয়া বালিগী মচা দেবরাজরা।
মচানিপা রম্ভাগী কাল নেমি হায়'ছুরা ॥
সুবন্ধু কৌবী কবিরা নক্সগা নিংথৌ রুদ্ররা।
দ্রোণগী মচা জটায়ু অমদি চাণক্য হায়'ছুরা ॥
ধুন্ধুমার হায়বছুরা ত্রিশঙ্কুরা নক্সগা ॥৩৪॥

পুন্নমক অসিনা মহাকপু কনবা ঙম্মোইদবনি।
ভারত যুগতা সীতাবু চাণক্যনা হাৎখিবগুম।
জটায়ুনা দ্রোপদী নৈহৎখিবগুম ঐহাক্না।
শোয়দনমক মহাকপু নৈহৎলগদবনি ॥৩৫॥

( অসি হায়রগা কুবা হৌখি )

বসন্তঃ—হো ! ইমা ! কদায়দনো নহাকপো ! হো আৰ্য্য চারুদত্ত ! আশা মপুং ফাত্রিঙৈদা শিবদা তারবা ! মতুংদদি ইবুঙেঙা নহাকতি কপুনা লেলহৌবা তারেদো ! বসন্তসেনানা থোম্বোক্না কপ্লি হায়বসিদি নঙোন্দদি ইকায়নবগী মশক্কি। আৰ্য্য চারুদত্তবু খুরুমজরি ।

শকার—মীনাই হুবি ! হৌজিকসু পাপী অদুগী মমিং শোল্লিব্রা ?

বসন্তঃ—আৰ্য্য চারুদত্তবু খুরুমজরি ।

শকার—শিরো মীনাই হুবি শিরো (অসি হায়দুনা অভিনয় তৌদুনা ঙকশমদা মেত্তুনা হাৎলি)

( বসন্তসেনা ৱাম্বদুনা লৈমায়দা তাথি )

শকার—(হরাওনা) বসন্তসেনা হায়বীসি পাপ পুম্নমক্না তিনবীনি।
ফজদবা লমচৎথিবিক্তী তুঙনফম্লি অমসুং ॥
ফত্তবীনি মশানা কুইরবা হৈকোল লৈকোন্দা।
লৈরিবা চারুদত্তদা থোইনা পুক্নীং তাদুনা ॥
মাগা উম্নগে লাকপীবু হাৎলুবনা ঐহাক্না।
কুল্লি করল হায়সিগে ভারতবর্ষদা সীতানা ॥
শিখিবগুম্না ঐহাক্কী ইমা বসন্তসেনানা।
স্বরনা কাম্বমতদা ইরেমহুম শিখরে ॥৩৬॥

পাম্মি ঐনা মহাকপু পামদে মানদি ঐহাকপু।
মরম অসিনা অচীকপা পুস্পকরণ্ডক লৈকোন্দা।
ওক্তবীহুবু ইথুৎনা—কিহল্লবা মতুঙদা।

হাৎপসু হাত্তোকথ্রবনি ইথৌনাবু ঐহাক্তী ॥
উখিত্রবা ইয়াম্বা দ্রৌপদীগুম্বী অপোকপী।
অপোকপা মখোয় পুম্নমক অরেম্বদা তাখরে ॥৩৭॥
ফরে, লমহুই হনুবত্থ লাকপা য়াই ; লাপ্না হন্দোকথ্রগে।
( হন্দোকখি )

( চেটগা লোয়না বিট চঙলক্লগা )

বিট — ঐনা মীনাই স্থাবরকপু কয়া থেমত্থনা নৌত্থনা পুরক্লবনি। অত্থনা শকারগা উন্নরুখিগে। ( খোঙ্গাপ কয়ামুক থাংত্থনা য়েংলগা ) হায়! লম্বীদা ইখোঙলোমদা ওনশিন্দুনা তুত্থনা লৈরি। লৈপাক্তা তুরিবা শকারনা হুপী হাৎলেদনা, মহাপাপি! নহাক্না হৌনদবা থগক অসি তৌরবনিকো! পাপী নঙ্গা মরী লৈনবদগী ঐখোয়সু পাপচেন্নবনি। বসন্ত-সেনাগী মরমদা ঐহাক চিংনৈ। (মথন্দা) অফবা অমত্তা থোক্লোইদবনি শোয়রোই। লাইশিংনা কুবিসনু। (শকারগী মনাক্তা চঙলক্লগা) লুহোংদবীগী মচা! ঐনা মীনাই স্থাব-রকদা কয়া হায়জ-চৎচরক্লবনি।

শকার—পণ্ডিত! লেঙবিরক্লি? ইবুঙেঙা! স্থাবরক! মীনাই! লেঙবিরক্লি?

চেট — হোয়।

বিট — ঐনা থৈরম্বা পোৎ অত্থ পুরক্লো।

শকার—করিনিনা?

বিট — বসন্তসেনা।

শকার—চৎত্রে।

বিট — কদায়দা ?

শকার—পণ্ডিতকী তুংদা।

বিট — ( রাখল থল্লগা ) মাদি মায়কৈ অদোমদা চত্তে।

শকার—পণ্ডিতপু কদোমদা লেঙথিবগে ?

বিট — নোংপোক্লোমদা।

শকার—মহাক্না মথারোমদা চৎখি।

বিট — ঐদি মথারোমদা চৎলম্মি।

শকার—মহাক্না অরাংলোমদা চৎলম্মি।

বিট — নহাকী নব্রা অসি মথক মথা শন্নদবা রানি। ঐগী পুক্নীংদা চিংনরে। চুম্না হায়যু।

শকার—ঐনা, পণ্ডিতকী নকোক অমশুং ইথোঙ পন্দুনা রাশক্লি, পুকচেল ফাবিযু; ঐহাক মাবু হাৎলুরে।

বিট — (অরাবগা লোয়ননা) হাৎত্তা হালুরবরা ?

শকার—ঐগী ইন্নাদা থাজবিত্রবদি নিংথৌগী মশেল নিপা সংস্থানগী মথৌনা অসি য়েংবিযু। ( অসি হায়দুনা উহল্লি )

বিট — লাইবক চাউবা ঐদি মাঙলেদনা। (অসি হায়রগা রাম্বথি)

শকার—অঙকপনি ! অঙকপনি ! পণ্ডিতসু শিত্রে !

চেট — তপথবিয়ু, তপথবিয়ু। রাথল তৌদনা ঐনা গাড়ী পুরকপদগী হাৎলবা হায়বহুনি।

বিট — ( জ্ঞান তারহুনা অন্নাবগা লোয়ননা ) হা বসন্তসেনা !

মায়থোং ফজবী ইবেম্মা শান্ন রাথলনা নীংশিবি !
লৈতেংবুসু লৈত্তেংবি পুকফবা ঈশিংগী ॥

তুরেলদি মাঙখ্রেদো রক্তি কৌবী লাইরেম্বী।
মরৈবাক্তা হনখ্রেদো ঐখোয়গী চঙজফম ওইবীও॥
পূকচেল ফবগী তুরেলও! মীনোক্লা চাংজৌ ওইবীও।
লাইবক ফবা য়োম্নপোৎ' পুম্নমক্কী থোকক্লফম ও॥
কামদেবগী দোকানও মাঙখ্রেদকো নহাক্তি॥৩৮॥
(মপি তাদ্রনা) অরাবনি! অরাবনি।
পাপকী শক্তম ওইরিবা নঙনা হাংখ্রে কোম্নঙ্গী।
লক্ষ্মী ওইবী লান্দবী বসন্তসেনা কৌবীবু॥
মসিনা নঙ্গী করম্বা কাম্নবদি লৈরিবা।৩৯॥
(মথন্দা) মহাক অসি ফক্তবা পাপীনি, ঐঙোন্দঢুম থৈজিল্লকপস্তু য়াই। মফম অসিদগী চথোকখ্রগে।

শকার - (চঙশিল্লক্লুনা ফায়রে)

বিট — পাপচেনবা! ঐঙোন্দা শোকনু। কাম্নদে ঐ চৎলগে।

শকার—হে:! বসন্তসেনাবু নঙনা হাৎলগা থৈজিনবনা ঐঙোন্দা থৈজিল্লগা কদায়দা চেনগদৌরিবা? ঐনা চঙজফম লৈতবা!

বিট — নহাক লৈখা তাবদা লোইরবনি!

শকার— লুপা চামা পীজগে সনা মোহর অমসু।
লীকোল কাহন অমগা গণ্ডা মণ্ডাসু পীজগে
ঐগী হন্দকি ইরালসে ঐখোয় অচ্ছমগী ওইরসি।৪০॥

বিট — চথোকউ হায়! নথন্দগীনি।

চেট — মথা তাবিনু।

শকার—(নোকই)

বিট — নোকনু হায় অপঙবা ঙুংশিনজবম্ম করে নহাকা।
নঙ্গা ঙুংশিনরগা মীনা থীনা ঙাংননি।।
কন্তে হায়না হাযনীঙিঙ করিগুম্বা মতমদা।
নঙ্গা তিন্নঙ্কররোই অতেকপা লীন্নাংগুম্নবা।
নশাদা নগুণ য়াওদবা নঙবু ঐনা থাদোক্লে।।৪১।।

শকার—পণ্ডিত! চান বিয়ু. পেনবিয়ু। লেঙংঙিন্নকখো, খম্বাল শাৎপা পুথ্রীদা কুম্নগা শান্নরুখিসি।

বিট — পাপ তৌজদে ইশাদি নঙোম্দা খল্লি হায়ত্তুনা।
মী পুম্নমক্না ঐহাকপু পাপীনি হায়না খন্নরে।।
নঙদি ঙুপী হাৎলম্বনি কোন্নুংগী ঙুপীখিবিক্না।
মম্বিৎনা থুনা য়েংগনি অসি য়ৌরবা কিভমদা।
ঐনা অমুক হন্না করম তৌনা নতুঙ ইন্সিগে।।৪২।

(অরাবগা লোয়ননা

বসন্তসেনা নীংথিবি! অতোপ্পা মপোকতুদসু।
ওক্তবী ওইনা পোক্লুনু লমচৎ নাইবী গুণচেনবী।
তরু তরুবা বুংশদা পোকচরুকো ইবেম্মা।।৪৩।।

শকার - ঐগী পুষ্পকরণ্ডক হায়বা কুইরবা লৈকোম্দা বসন্তসেনাবু হাৎলম্নগা কদায়দা চেল্লিবগে? লাকখো ঐগী ইবাই নিংথৌগী মাঙদা চপচাবা পাউথুম পীরখো।

বিট — হে অপঙবা! লেপ্পু, লেপ্পু। (অসি হায়ত্তুনা থাঙশাং শৎলি)।

শকার—( অকিবগা লোয়ননা হন্দোক্লগা ) হেঃ নঙ কিরবরা ? চৎলো চৎলো।

বিট — (মথন্দা) লৈফম থোক্কবনি। করে, আর্য্য শর্বিলক অমসুং চন্দনকনচিংবা ময়াম লৈবা মফম অতুদা চৎলগে। ( অসি হায়রগা চৎখি )

শকার নঙ শিকবো। স্থাবরক! ইংানিপা! এনা তৌরুরিবসিবু করিনো ?

চেট — হৌনদবা তৌরুরবনিনে প্রভু।

শকার—হায় মীনাই! এবু হৌনদবা তৌরুরে হায়রিবা ? ( মথন্দা করে, অসুম তৌগে হায়তুনা মশাদগী লৈতেং কয়ামুক লোথোক্লগা লৈতেংশিং অসি নহাক লো-সে, এনা পীরবনি। এনা শীজিন্নরিবা মতম অতুক্কীমনৈ এগী ওইবা, নত্তবা মতমদনা নশাক্কী।

চেট — ইবুঙঙানা শীজিন্নবিবনা হেন্না ফজে, এঙোন্দদি করিবু কান্নগদগে ?

শকার অতুদি ষণলাবা অনী অসি পুতুনা চৎলম্মু ; এগী অনোবা শাবা দালানগী মতোন্দা এনা লাক্কিুবফাওবা লৈরম্মু।

চেট — য়াম্না ফগনি ( অসি হায়রম্লগা চৎখি )।

শকার—পণ্ডিতসু মশাহিংনবা চেনখ্রে। মীনাই অসিবু দালান মতোন্দা য়োংহ্নিংনা পুন্দুনা থমগে। অতু ওইরবদি থৌদোক অসি কনা খঙদবা য়াগনি। অতুদি চৎলসিরা ? য়েংলুখিসিরা ? শিরমত্রগা হন্না হাৎলুশিরা ? (য়েংলগা)

ফরে, চান্নবা শিরবনি। ফরে, ইন্নফি অসিনা থুমজিন-শিন্না ? হয়, ইন্নফি অসিদি ইমিং থাবনি ; অশিংবা মীনদি খঙখিবা য়াই। ফরে, নুংশিৎনা পৈশিল্লবা উনাশিং অসিনা কুপ্লুনা থমগে। ( মতুমক তৌরগা য়াথল তৌনা তৌনা ) ফরে, অসুম্না তৌরগে— হৌজিক রায়েলশঙদা চৎলগা রাকৎ চে অমা ইহল্লগে, শেলগীদমক লম্নোনবা চারু-দত্তনা ঐগী পুষ্পকরণ্ডক হায়বা লৈকোম্দা পুশিল্লগা বসন্ত-সেনাবু হাৎলে।

অশেংবা কোন্নুং অসিদা শা-হাৎপগী মতৌগুম।
চারুদত্ত হাৎনবা মীরেৎ অমথক তৌরগে ॥৪৪॥

ফরে, চৎলগে। ( অসি হায়দুনা থোক্লকপদা উরগুনা অকিবগা লোয়নবা) অঙকপনি। ঐনা চৎপা লম্বী খুদিংদা ফত্তবা লম্বোইবা অসিনা, চ্যেকশঙবা কৌপীন অমা পায়-দুনা হেক্তা য়োরকই। ঐনা মসিবু মনা করুগা তাম্বোক খিবদগী ঐগী য়েরুবা অকনবা ওইগ্রে। অদুনা ঐবু উরগা মসিনা "বসন্তসেনাবু হাৎপদি মসিননি" হায়না ফোংদোক্ল-কসল্লু য়াই অদুনা করম্না চৎসিগেদো ? (য়েংলগা) অদুম্ম-ঙায়রে, ওথাই অমা কীহরবা চ্যেকপল অসি লাম্বোক্লগা চৎলগে।

হনুমাননা মমাইঙঙ মহেন্দ্র পর্বতকী মতোম্দা।
পরপ পরপ য়োরগা তুংদা আকাশদা পাইরগা ॥
লঙ্কা কোন্নুংদা তাখিবা অহুঙম্না ঐহাকসু।

অহানবদা ঐহাকসু কৈশক্তা তুংদা চ্যেকপলদা।
চৎলূরগা পাতালগুব্বা মথাসিদা তারক্লে ॥৪৫॥

( অসি হায়রগা চৎখি )

( যুথল মথুৎনা হাইদোক্তুনা বৌদ্ধ লম্বোইবা সংবাহক চণ্ডলকই )

ভিক্ষু— শুদোক্লবা কৌপীন অসি উশাদা ফৌশিরা? নত্তে, য়োংনা শেগাইগনি। অদুদি কৈপাক্তা ফৌশিরা? নত্তে, ইফুল পকনি। অদুদি কদায়দা শন্দুনা ফৌসিগে? ( য়েংলগা ) তুংশিৎনা পৈশিল্লবা উনা থক্তা তিংথোক্লা ফৌরগে। (মদু তৌরগা) বুদ্ধবু খুরুমজরি। (অসি হায়রগা কমথখি) ফরে, ধর্ম্মগী ব্রা ভাঙখিগে।

হুরানবা মঙা হাৎলবা তুপীবু হাৎলগা কল্লবা থুঙংবু
শোল্লবা চণ্ডালবু হাৎলবা মহাক স্বর্গ ফংই শোয়দনা ॥

বুদ্ধদেববু নীংজবী বসন্তসেনাগী লম্মলশিংবা ভমজ্রবদা ঐনা স্বর্গ ফংলুহনবু করি কান্নগদগে? চৌথোর শান্নবশিংনা মোহর তরাগীদমক ঐবু নৈরক্লবদা মহাক্লা কনবিখি; মদুদগী হৌরহনা ঐনা মানা নৈপ্রবনি হায়না ইশানা ইশাবু খজরবনি। (উরগা) উনা মপুঙদা লেঙলিবসি করিনো?

অহানবদা তুংশিৎনা কংহনপ্রবা উনানি।
মতুঙদদি তুংশানা য়ৈরকপদা শারবা ॥
কৌপীনগী ঈশিংনা চোৎলবনি বিক্লনচিংবা লাইশিংগী।

শাদোঙ মশা ফজবা গরুড়নচিংবগুম।
লেঙলিবরা করিনো হায়না খল্লি ঐহাক্না ॥৪৬॥

( বসন্তসেনা হিংগৎলক্লুনা মথুৎ হায়দোক্লকই )

ভিক্ষু —অরাবনি! অরাবনি! তরু তরুবা অলঙ্কারনা লৈতেংবা মুপীগী মথুৎ নামা হাইদোক্লে। অনীগুবা মথুৎসু উরে। ( বৃপ্না য়েংলগা ) থুৎ অসিদি ঐ খঙিঙ; অমুক খন্নুদনবু করি তৌগবনো? ঐগী অকি-অখঙ কোকপিখিব। থুৎ অচুনি, হুশেংবনি। ফরে, য়েঙ্গে (অভিনয় তৌচুনা হাইদোকই, অমসুং খঙলকই ) বুদ্ধ উপাসনা তৌবী ( বসন্তসেনা ) অচুমক্নি।

( বসন্তসেনানা ঈশিং নিরকই )

ভিক্ষু —মসিনা ঈশিংদি নিরি, পুথ্রীনা লাপ্না লৈ; করিনো তৌগদবা? ফরে, মসিগী মচান্দা কৌপীন অসি শুমথগে। (শুমথখি) ( বসন্তসেনা জ্ঞানতারহনা হৌগৎলি। ভিক্ষুনা ফিজিনা হুমাই হুম্মি )

বসন্তঃ—আর্য্য! কনা ওইবিরবনো?

ভিক্ষু—বুদ্ধোপাসিকে! মোহর তরানা লৈরবা এবু নীংশিংজবরা?

বসন্তঃ—নীংশিংজববুদি নীংশিংজৈ, অচুবু অদোম্না তাকপিরিবা মরোঙ অচুম্নদি নত্তে। মসি তাববুদি শিবনা হেন্না ফৈ।

ভিক্ষু—বুদ্ধোপাসিকে! করি মকৌনো তৌরিবসিবো?

বসন্তঃ—(মশাবু মশানা উশিত্তনা) ওক্তকোন্দা লৈবগী মতীক চাবা মতৌনি।

ভিক্ষু—লেঙখৎপিরো, উপাল নাক্তা হৌরিবা উরী অসি পায়বীয়ু।

( অসি হায়তুনা উরী অমু চিংথৈ )

( বসন্তসেনা উরী পায়তুনা হৌগৎলি )

ভিক্ষু - বৌদ্ধশিংগী আশ্রমদা ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ঐগী ইচেম-ইচল খোকপী লৈবনি, মতুদা পোথাবিতুনা পুক্লীং লৈতাবিরগা য়ুমদা তপ্না তপ্না লেঙবিয়ু। ( অসি হায়রগা খোঙ থাখি মতুঙদা য়েংলগা ) আর্য্য পুন্নমক! লেঙথোকপিয়ু, মহাক অসি মথোক কারকপী নুপীনি; ঐনা লম্বোইবনি, অদু-মকপু তৌরিবা থবক অসিদদি দোষ লৈতে।

মথোঙ মখুৎ অমসুং মচীন, ইন্দ্রিয় লাকশিনবা।
ওয়া মহাক্কি মীদি নিংথৌনা মাবু কৈদৌবা ওয়্বি॥
মাগী মখুত্তা লেঙদনা লৈরবনি স্বর্গদি ॥৪৭॥

( বসন্তসেনাগী খৌরী মেৎপা হায়বা নীপালশুবা অঙ্ক লোইরে )

# মাপলশুবা অঙ্ক

( মতুঙদা শোধনক চণ্ডলকপা )

শোধ:—বিচারকশিংনা ঐঙোন্দা তাকপীখি—"শোধনক! য়ায়েল শঙদা চৎলগা ফিদা থারু। অদুনা য়ায়েল শঙ চৎলগা শেম-শারুনবা চৎলিবনি। ( চৎনা চৎনা উরগা ) য়ায়েল শঙ লৈরে, চণ্ডলগে। ( চঙশিল্লগা শেংদোক্লগা অমসুং

থারগা ) রায়েল শঙ শেংদোক্লে. ফিদাসু থারে। অদুনা চৎলগা অঙম্বশিংদা হক্কৎলুরগে।

(চৎনা চৎনা উরদুনা) নিংথৌগী মশেলনিপা ফত্তবা শাগুন অসি অশোমদা লাক্লি। অদুনা মহাক উদনবা চৎলগে। ( অসি হায়দুনা মায়কৈ অমদা লৈথি )

(মতুঙদা ফিজেৎ লৈতেংনা ইরং লংলবা শকার চঙলকপা)

ইশা পুন্নমক লৈতেংবা ঐনা বুবতিশিং'লোয়ননা।
লৈকোল্দদি ফম্লম্মি গন্ধর্বগুম ইরুথি ॥১॥

ঙৈহাক পুল্লি মথাদা ঐগী ইশম পুন্নমক।
ঙৈহাক পুল্লি কোকথক্তা ইপুন পুন্দে ঙৈহাক্লা ॥
থাদোক্কু্না থম্মি ঙৈহাক্লা শম্বাম্লোং চাউনা পুনথৎলি।
ঐহাক নিংথৌগী মশেলনি ওইনিংবা শকফম ওইবনি ॥২॥

অমসু

থম্বৌ মতা মনুঙদা চঙবা ভীম্না মপাম্মোক্লনবগীদমক অহোবা থিবা অদুগুম্না ঐসু থিবদা চাউরবা অহোবা অমা কংলে। অদুনদি ফত্তবা থবক্তী মবাল অসি কনাগী মথক্তা থৈজিনসিগে ? ( নীংশিংলগা ) ওঃ ! নীংশিংলে, লায়রবা চারুদত্তগী মথক্তা থৈজিনগে। অদুগা মহাক্তি লায়রবনি ; অদুনা মতোল্দদি পুন্নমক্তা থাজগনি। ফরে, রায়েল শঙদা চৎলগা অহানবমক্তদা রাকৎ চে ইবদুগে— চারুদত্তনা থৌরী মেত্তু্না বসন্তসেনাবু হাদে হায়না / অদুনা রায়েল শঙদা চৎলগে। (চৎলগা, উরদুনা) রায়েল শঙ অদুনিসে,

মসিদা চঙলগে। (চংলগা উরদ্রুনা) ফিদাশিং অসি থাদুনা লৈরে। অঙম্বশিং লাক্লি্রৈঙে কাওবদি শুমাংগী থিংথৌ মথকসিদা ফমদুনা মখোয়বু ঙাইখিগে। (ফমথদুনা লৈখি)

শোধঃ—(মায়কৈ অময়োমদা চংলগা, মাঙলোমদা য়েংলগা) অঙম্বশিং লেঙলক্লে, মনাক্তা চঙশিনগে (অসি হায়দুনা চঙশিনখি)।

(মতুঙদা লম্নোনবা, কায়স্থনচিংবনা পূমকোয় কোয়রবা অঙম্বা চংলকপা)

অধি :—হে লম্নোনবা! অমস্তুং কায়স্থ!

শ্রেষ্ঠী—অমস্তুং

কায়স্থ—আর্য্য! তাকপীসি।

অধি :—অঙম্বশিংনা অচুম্ব ফংনবা পূক্নীং লুপশিন্না থিবনিনা মখোয়না অতোপ্পগী মপূক খঙবা য়াম্না লুই। মরমদি—

মী থুদিংনা মশা গী অরানববু অচুম্বা।
শারদুনা অমস্তুং মশা লান্দে হায়নবা॥
অরানববু কদৌঙৈ রায়েল শঙদা ফোংদোক্তে।
রাহৌবগা রাপাগা অনীনা মথৌনা হেনগ্রগা।
পাপনা নিংথৌদা চঙলকই মায়থিরবা কাঙলুপ্না॥
ওইদবা মরাল হায়বনা অঙম্বগী ফত্ত মিংচত্তি।
হোত্তিঙ তাইবং পানবদা তাত্তিঙ অক মিংচংনা॥৩॥

অম রু

শাউনরবা মীশিংনা চুমদবদা মমায় ওক্সিন্না।
চুমদববু অচুম্ব শাতুনা হায়রি ঙাওলি তংতনা॥

অকবা মীশক কাউবনা হায়দে মশাগী মরালবু।
রায়েল শঙবু য়োরগা অচুংবা মীশিংদু ॥
শোয়দনা নরক ভাগনি রাহো-রাপা অনীগী।
কত্ত পূক্লীং চেন্দুনা কত্তবদা হাররিবা ॥
মথোয়সু মরক ভাগনি মায়থিরবা কাওবুনা।
অঙম্বু শাউই ভৎতনা থাগৎপদি মতৌদ্রে ॥৪॥

অমম্ব

রায়েল মপূ হায়বসি কুপ্পা লাইরিক হৈগনি।
মীগী মরৈ থঙনি রাঙাং শাঙাং হৈগনি ॥
মল্লাপ্নি য়েক্লবনি থনফরোই ঐগী মীগী নাইফরোই।
মীগী মরমচৎ থঙলগা অরোইবা য়াথং থাগনি ॥
অশোনবা পাঙ্গল লৈতবা মীবু কনগদবনি।
মীনম শোরিবা মীশকপু চৈরাক্লা রাইনগদবনি ॥
ধর্ম্ম কায়জদবগী মফমদা থাজগদবনি।
চপচাবা থঙনবা মুম্না থনগদবনি।
অশাউববু নিংথৌগী অচুম রায়েলনা কোকহন্নি ॥৫॥

শ্রেষ্ঠী অমসুং কায়স্থ-মীনা অঙম্বগী অকবগী মচুত্তা কত্তবা ভাংনরবদি থাগী লৈপাক্তসু অমম্বা লৈ হায়বা ভারিবনি।

অধি :—শোধনক! রায়েল শর্মী লম্বী ভাকউ।

শোধঃ—লেঙশনবিরকসি, লেঙশিনবিরকনি।

( মচুঙদা পুন্নমক খোঙথাংথি )

শোধঃ— রায়েলশঙ অসিনি, লেঙশিনরিবসি। (পুন্নমক মাঙথাথি)

অধি :—শোধনক ! মপান্দা চৎলগা কনা কনা রাকৎকদবা লৈবগে? হায়বহ থগুলুরো।

শোধঃ—য়াম্না ফগনি। ( মপান্দা থোক্লগা ) ইবুঙেঙাশিং পূন্নমক ! অঙম্বনা ভাকপিন্নক্লি— "কনা কনা রাকৎকদবা লৈবগে।"

শকার - ( হরাও হরাওনা ) অঙম্বা য়োরক্লে। ( চাউথোক্লা চঙ-শিল্লক্কুনা ) মীথোই মীহেনবা. মী. বাসুদেব, নিংথৌগী মশেল ইবুঙেঙা ঐহাক রাকৎকদৌরিবনি।

শোধঃ—( তফিং তফিংনা ) হায় ! মশেল ইবুঙেঙানা ভাজীনমক্তদা রাকৎকদবা ! করে,( ফোংনা ) মহাশয় ! ভাইহাক্তংদি মভায়বিরো, ঐহাক অঙম্বদা অমুক্তা হায়জরুখিগে। ( অঙম্বগী নাক্তা চঙপ্রগা ) আর্য্য ! নিংথৌগী মশেল নিপা অসিনা রায়েলশিঙদা রাকৎপা লাক্লি।

অধিঃ—হায় ! অহানবমক্তা নিংথৌগী মশেল নিপানা রাকৎক-দৌরিবা ! সুমিৎ থোরকপা মতমদা ওইবা সূর্য্যগ্রহনা, কনাগুম্বা মহাপুরুষনা মাঙগদবা ফোঙদোকই। শোধনক ! ঙসিগী রায়েলদি চুন্নরোই। অহনা নঙনা থোক্লগা হায়রু "লেঙবিরো. ঙসিদি মশেল ইবুঙেঙাগী রাকৎকী মরম অহু নৈনররোই।

শোধঃ— য়াম্না ফগনি। ( থোরক্কুনা শকারগী মনাক্তা চঙপ্রগা ) মহাশয় ! অঙম্বনা ভাকশীরি। ঙসিদি মশেল ইবুঙেঙাগী রাকৎকী মরম অহু নৈনররোই। অহুনা লেঙবিরো।"

শকার—(অশাওবগা লোয়ননা) করি ! ঐগী বাকৎপু রায়েল্লরোই হায়বা ! করিগুম্বা রায়েলত্রবদি ইবাই নিংথৌ পালকতা তাক্লগা, অদুগা ইচেমসিজ অমসুং ইমাদা তাক্কনা মাগী মচুংতা অতোপ্পা অঙম্বা অমা হাপকে খঙগনি ! (অসি হায়দুনা চৎকদগুম তৌই)

শোধঃ—আর্য্য ! মশেল ইবুঙ্ঙো ! ঙৈহাক্তদি ঙাইবিথো ! অঙম্বদা অমুক্তং হায়জরুখিগে। (অঙম্বগী নাক্তা চঙথিদুনা) নিংথৌগী মশেল অসি য়াম্না শাউরে। মহাক্না অসি হায়রি।

(শকারনা হায়খিবশিং অদু অঙম্বদা তশ্মি)

অধি :—অপঙবসিগী মফমদদি পুন্নমক ওইবা য়াই। চৎলো মঙোন্দা হায়রু—"লাক্লো, নহাক্কী বাকৎকী মরমদা রায়েল্লগনি।"

শোধঃ—(শকারগী মনাক্তা চঙলগা) আর্য্য ! অঙম্বনা তাকপীরক্লি—"লেঙশিনবিরকউ ! মশেল ইবুঙ্ঙোগী রাকৎ রায়েল্লগনি"। অদুনা লেঙশিনবিরসি।

শকার—(মথন্দা) অহানবদনা রায়েল্লোই, হৌজিক্না রাল্লেগনি। মহায়বা ! অদুনদি অঙম্বসি ঐবুদি কিবা তাই। অদুনা ঐনা হায়বসি মাবু থাজহনবা তাই। করে, চঙলগে। (চঙশিল্লগা) (ফোংনা) ঐথোয়দি য়াম্না সুঙাইরিবনি; সুঙাইহনবসু ঙম্মি, রাহনবসু ঙম্মি।

অধি :—(মথন্দা) অঙকপনি ! মহাক্না পুন্নমক ঙম্মি হায়বসি চেৎনা থাজরি ! (ফোংনা) লেঙশিল্লু।

শকার আঃ মক্কম অসিদি ইপাগীনি। কম্নিংবা মক্কমদা কমগনি। ( শ্রেষ্ঠী রোমদা ) সিদা ক্কমগেনকো। (শোধনকদা) হায় ! সিদা ক্কমগেকো। ( অসি হায়রগা অঙম্বগী মকোক্তা থুৎনা নাম্নগা ) ঐ ক্কয়ে। ( অসি হায়ত্থনা লৈবাক্তা ক্কমখি )।

অধি :—মহাশয়রা ? রাকৎপিগদৌরিববো !

শকার—মানি।

অধি :—অদু ওইরবদি মরম অদু তাকপীয়ু।

শকার—মরমদি অঙম্বগী নাকোংদা হায়জগে। হুইগুম্বা ইপাগী চাওরবা শাগৈদা ঐ পোকপনি।

নিংথৌগী মকুবোকনি ইপানা ইপাগী মন্ধাক্সি নিংথৌনা।
ঐনা নিংথৌগী মশেলনি নিংথৌনা ইচেগী মতৈনি ॥৬॥

অধি :—পুম্নমক খঙলে।

শাগৈ পন্দুনা কেদৌনি লমচৎতনা থোইবনি।
তিথ্থং পানবা উপালস্তু অফবা মক্কমদা মহৌই ॥৭॥

অত্থনা মরম অহ্থম তাকপিয়ু।

শকার—হায়রগে তাও — ঐনা হায়খিবত্থনা ঐনা ক্কনা লাম্নবস্তু নিংথৌনা ঐঙোন্দা করিস্তু তৌবিরোই। ইবাই নিংথৌনা পেনবিত্থনা শান্নবগীদমক অমস্তুং কম্নবগীদমক অথোইবা পুষ্পকরণ্ডক হায়বা কুইরবা লৈকোল অদু ঐঙোন্দা পীন বিখি। ঐনা মক্কম অত্থদা য়েংননবা, কংহম্নবা শেংদোক্নবা চাউহম্নবা অমস্তুং ককথৎনবা স্থমিৎ খুদিংগী চৎলি। নোংমদি

লাইগী নোংদমা কনাগুম্বা হুপী অমগী তাহ্না লৈবা মশা অছু উরকই হায়বরা ! উরক্তে হায়বরা !

অধি:—শিরিবা হুপী অছু কনানো খণ্ডবিবরা ?

শকার—হে অঙম্বা ! কোন্নুং অসিগী লৈতেং ওইবী, সনাগী লৈতেং কয়ানা লৈতেংবী হুপী অহুবু ঐনা খণ্ডদে হায়বরা ? কনাগুম্বা ফত্তবা মীনা মিৎকুপ্তা লোইগদবা শেলগীদমক অচিকপা লৈকোম অহুদা চণ্ডহল্লগা মখুৎনা নমহ্না বসন্তসেনাবু হাৎখ্রে ; (ঐদি নত্তে ) (মহুদগীদি মচীন থুমখ্রে )।

অধি:—ওম্বোকপনি। কোন্নুং ভাকপশিংগী চ্যেকশিন্দবসি কয়াদনো ? শ্রেষ্ঠী ! কায়স্থ ! "ঐদি নত্তে" হায়বসি হাম্না ইশিল্লু।

কায়স্থ—আর্য্য ! য়াম্না ফগনি। ( ইরগা ) ইশিঙরে।

শকার—(মথন্দা) অরাবনি ! মীচাক চানিংবা মীগুম্না ঐনা চ্যেকশিন্দবদগী ইশানা ইশাবু মাঙহল্লরে। ( ফরে. অশুম তৌরগে (ফোংনা) হে অঙম্বা ইবুঙো ! চুম্না হায়রিবনি—"ঐ উরক্লবনি"। করিগী লাঙলি ? (অসি হায়হ্না মখোঙনা ইরিবা ময়েক অহু মুথৎখি )

অধি:—শেলগীদমক মখুৎনা হাৎখি হায়বসি মহাশয়না করম্না খণ্ডবিবগে ?

শকার—অঙম্বা ! ভক্তা শিবা লিকফাংগী লং অহুদা লিক মরু অমা ফাওবা য়াওদ্রে। লৈত্তেংফম খুদিংমক শনা মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদ্রে। অদুনা ঐনা খণ্ডবসি।

শ্রেষ্ঠী, কায়স্থ — চুম্বা য়াই খল্লি।

শকার—লাইবক্লা হিংজৌ তম্লমাল্লেদো।

শ্রেষ্ঠী, কায়স্থ—মহাশয়! য়ায়েল অসিদা কনাবু প্রমাণ ওইনা লৌগনি?

অধি:—সংসার অসিদা য়ায়েলগী য়ারেপ্তি মখল অনী শুই।

শ্রেষ্ঠী, কায়স্থ—করি করি ওইরবনো?

অধি:—ধুম্ররূপা য়াইহৈগী মতুং ইনবা অমা, অর্থগী মতুং ইনবা অমা। য়াইহৈগী মতুং ইনবত্তুদি বাকৎ য়াপা অনিদগী থোকপনি। অর্থগী মতুং ইনবত্তুদি য়ায়েল্লিবা অগুমগী, য়াখলদগী থোকপনি।

শ্রেষ্ঠী, কায়স্থ—অদু ওইরবদি বসন্তসেনাগী মমা য়াওদবা য়াদ্রেদো।

অধি:—চুম্মি, ইবুঙ্গো! শোধনক! নহাক্না বসন্তসেনাগী মমাদু মীপাইহন্দনা কৌরু!

শোধ:—কগনি। (অসি হায়দুনা থোকগ্রগা, বসন্তসেনাগী মমা পুদুনা লাক্লগা) আর্য্যা! লেংশিল্লু, লেংশিল্লু।

বৃদ্ধা— (মখন্দা) ঐগী ইচাতুপীদি যৌবনগী মুঙাইবা মথেম কাননবা চায়বগী ময়ুমদা চৎশিবনি; সোমদনা অমুক নিপা অসিনা হায়রি—"চঙবিসি অগুমনা কৌখিরি।" অদুনা ঐ ইশানা ইশাবু বাক্তরবরা খল্লি। থম্মোই অসি থক থক নীকে। (কোংনা) আর্য্য! য়ায়েল শঙগী লম্বী তাকপীয়ু।

শোধ:—আর্য্যা! লেঙশিনবিয়কউ, লেঙশিনবিয়কউ। (লাকই) মসিনি য়ায়েল শঙ, লেঙশিনবিয়ো। (অনীমক চঙশিন্নকই)

বৃদ্ধা — (চঙশিন্নগা) নুঙাইবিয়ু, হৈখোই-শিংখোই পুন্নমক !

অধি :—ইমা ইবেম্মা ! লেঙবিয়ল্লে, লেঙশিনবিয়ু !

বৃদ্ধা — ফগনি। ( ফমই )

শকার—(অশাউবগা লোয়ননা) লমচৎ নাইদবী হনুবি ! লাক্লবরা ?

অধি :—ইমাবু বসন্তসেনা পোকপী ওইরবরা ?

বৃদ্ধা — মানি ইবুঙো !

অধি :—বসন্তসেনা হৌজিক কদায়দা চৎখি ?

বৃদ্ধা — চান্নবগী মযুমদা।

অধি :—মাগী চান্নবত্নগী মমিং করিনো ?

বৃদ্ধা — (মথন্দা) লোইরে; লোইরে। মসিগী রাসি ওহোক্লা ইকায় নিহাইনি। ( কোংনা ) মসিদি মীচমত্তনা হঙ্গদবনি; অঙম্বনদি নত্তে।

অধি :—হঙ্গোইবিগনু, রায়েলনা হংবনি।

শ্রেষ্ঠী, কায়স্থ—রায়েলনা হংবনি ; খোইদোকপা কায়দে, খুম্বিয়ু।

বৃদ্ধা — অরাবনি ! মসি রায়েলনিকো ! অহু ওইরবদি তাবিসি— মহাক অহু লল্লোনবা বিনয়দত্তগী মপু নিপানি, সাগর-দত্তগীনা মচা নিপানি, অমুক্তা মাগী মমিং শোননিঙাই ওইবা, আর্য্যচারুদত্ত কৌবা নিপা অমা লল্লোনগশিংগী লৈকায়দা লৈ। ঐগী ইচা মুপীনা মহাক্তা যৌবনগী লীলা শান্নজে।

শকার—তাবিরেদনা অঙবশিং। রাহৈশিং অসি ইশিনবিয়ু। ঐগী রাখোকসি চারুদত্ত অহুমকনি।

শ্রেঃ কাঃ—চারুদত্তদি চান্নজবা নিপানি—মসিদা মাগী করি মরাল ?

অধি :— হন্দকী রাথোক অসি চারুদত্ত চেন্নদবা য়ারোইদৌরি।

শ্রেঃ কা:—মতুমক ওইগনি।

অধি :— ধনদত্ত! "বসন্তসেনা আর্য্যচারুদত্তগী ময়ুমদা চৎখি" হায়বসি রাথোক অসিগী অহানবা শরুকনি, ইশিল্লু। অরাবনি! আর্য্যচারুদত্তবুসু কৌদবা য়াত্রবনি। রাথোক-সিমক্না মাবু কৌবনিদা। ইবুঙ্গো শোধনক! চৎলু, চৎলু আর্য্যচারুদত্তবু তুমিন্না, তপ্না, ফিজৎতনা ইকায়-খুম্নবগা লোয়ননা কৌরু, অদুগা অসুম্না হায়যু—"অঙম্বনা শোয়ফদবদগী মহাশয়গা উন্ননিংই"।

শোধ :— য়াম্না ফগনি। (অস্লি হায়দুনা থোকপ্রগা অমুক চারু-দত্তগা লোয়ননা চঙলক্লগা) আর্য্য! লেঙশিনবিয়ু

চারু :— (রাথল তৌরগা)

রাযেল্লিবা নিপা'সি নিংথৌগী মচুৎশিনবনি।
মানা খঙই ঐহাকপু করি স্বভাব চেনবনো॥
করম্বা শাগৈদা পোকপনো অত্থুম ওইনমক মহাক্না।
ঐবু কৌবসিনদি খঙলে মানা চিংনরে॥৮॥

(মথন্দা)

য়োহ্লিংদগী না!ম্বোকপা লম্বীদা খোঙদারক্লবা।
আর্য্যকবু ঐহাক্না থাঙদোকপ্রে গাড়ীদা হাপ্লুনা॥
নিংথৌনা ম২ ৬প্রবরা মহাকী মমিৎ ওইরিবা।

অয়োনবা মনাইশিংহনা মঙোম্বু তমগ্রবরা।
মরাল লৈবা নিপাগুম ঐনা'সিদা লাক্লিবসে ॥৯॥

নত্রগা, থল্লুহনা করি ভোগদগে ? অঙম্বগী নাক্তা হেক্কা মচঙলগে। শোধনক ! রায়েল শঙগী লম্বী ভাকউ।

শোধ :—আর্য্য ! লেঙবিরকউ, লেঙবিরকউ। ( মতুংদা অনীমক চঙলকই )

চারু :—( চিংন চিংননা ) করি থোক্লগবা ?

কাক্লা খোংজি লাক্লা লাক্লা অঙম্বগী মনাইনা
কৌরি ভোয়না ভোয়না ওইগী মিৎস্থ চোংলক্লি।
থুদম ফত্তবশিংসিনা ঐগী পুক্লিংবু থুকহল্লি ॥১০॥

শোধঃ—আর্য্য ! তপ্না তপ্না লেংশিনবিরকউ।

চারু :—( থোঙ থাংনা থাংনা, মাঙদা য়েংলগা )

অকঙবা উথক্তা ভোংলিবা ভুমিংলোমদা ওল্লিবা
কাকনা অমদি ওইথংবা ইমিৎনা ঐঙোম্দা অকিবা
লংশিল্লক্লি ভোয়না ভোয়মা মসিদা করিগী চিংননি ॥১১॥

( অমুকস্থ অমরোমদা য়েংলগা )

ওল্লোকপনি। লিল অমস্থ লৈরেনে।

অশাউবগা লোয়ননা চাওরবা লিল অসিনা
ঐবু তম্না চঙলক্লি ঐঙোম্দস্থ য়েংলক্লি
মঠী চেনবা অমুবা কজ্জল মানবা মচুনি
মরৈ হা হা তমহনা অঙৌবা ময়া মরিনি

দুংশিংনা থল্লে মবুক্লা ফৈদেক কোন্দুনা ঐহাকী
চংলম লগী থিংছুনা হিপ্তুনবু লৈরিবা ॥১২॥

অমসু

অহানবা খোঙথাংমক্তদা খোঙফম শোয়রে ঐহাকী।
মফম অদো থোইদোক্লা নত্তবনি অনানবা।
ওইগী মিৎ ওইগী পাম্বোম চোংলি হন্না হন্নদি ॥
অতোপ্পা উচেক অমনা খোংলি লাক্লা লাক্লা
ফত্ত থুদমশিং অসিনা অশিষবু ফোংদোক্লি ॥১৩॥

শোয়দনা লাইশিংনা চানবিসনু।

শোধঃ—আর্য্য! রায়েল শঙ মনুংদা লেংশিনবিরো।

চারু:—( চঙলগা মাইকৈ থুদিং য়েংলগা ) রায়েল শঙ অসিনা কয়াদা ফজরিবা! মরমদি—

নিংথৌগী রায়েলননবা শঙ অসি হিংসাগী
লমচৎ কয়া কয়ানা ওইবী সমুদ্রগী মতৌগুম।
মথল য়াম্বা রাখলদা পুক্লিং চঙনা তুমিন্না
রাতন্নবা কাঙলুপনা ঈশিংগুম্নি অচৌবা
ঈথক অমসুং মোইবুংগুম শিনবা থুংলে দুতশিংনা
কুম্ভীর মকরগুমলবা অরোনবা মনাই খিবিক্লা
লৈরি চিদাই চিদাইদা শামু শগোলগুম্নবা
মীওৎপা কাঙবুগী তুংনফম্নি মফমসে
কঙ্কপক্ষী মতৌগুম মহৈ মহৈ লাওনবা
রাকৎ রাপা খিবিক্লা য়েংবদা পুক্লিং হুরিয়ে

লাইরিক ইবা মীশিংনা লিলনা কুনবগুম কুল্লিবা
নিঙ্খাইরবা লৈরাইগুন মসিগী নীতিসি চণ্ডমদে ॥১৪॥

ফরে। (চণ্ডলক্তনা মকোক্তা খুৎক[illegible]হনা রাখল তৌনা)
ওহোকপনি। ওহোক্লা ফত্রবা [illegible]াং অমনি।

চোংলে মিৎ ওই থংবা, লাক্লা খোঁগ্লে কাকনা।
লিলনা চৎলম থৎখরে ঈশ্বরিনা ভাকপীনি ॥১৫॥

চণ্ডশিল্লগে। (চণ্ডশিল্লি)

অধি :- চারুদত্ত অহুনি'সে।

নাত্তোন রাংবা অমসু' মমৈ হুইথবা মিৎ পানবা।
মায়খোঙনদি ভিল্লিবা অসিনবু অরানবা॥
থৈজিনফম ওইবা হোনদে শগোল শামু মী মগণী।
শকফম্না অচাবা মশাগী মরমচৎপু খাদবনি ॥১৬॥

চারু :—ইবুঙেঙো অঙম্বাশিং! অমসুং রায়েল মতেঙ পাংবিরিবশিং! য়াইফবিরি?

অধি :—(তফিং তফিংনা) লেঙশিনবিরকসি আর্য্য! শোধনক! খুদা পুরকউ।

শোধ:—(ফিদা পুরক্লগা) খুদা লৈরে, আর্য্য! লেঙশিনবিসি।

(চারুদত্ত ফমখি)

শকার—(শাউনা) লাক্লবরহাই! হুপী হাৎপা! অচুম্বা রায়েল শণ্ডলা! ধর্ম্ম কায়দবা রায়েল শণ্ডলা! হুপী হাৎপা নিপা অসিদা ফিদা পীবা? (চাউখোক্লা) কৈ, কৈ, পীমু পীমু।

অধি :—আর্য্য ! চারুদত্ত ! আর্য্যা অসিগী মচা নুপীগা অদোমগা নুংশিনরুবসি করিগুম্বা মতেঙ অমদগীন্না নত্রগা চুম্নগী রাইহৈ খরদং তাংন্নু-শানবদগীন্না ?

চারু :—কনাগী ?

অধি :—মসিগী । ( অসি হায়রদুনা বসন্তসেনা-পোকপীবু উহল্লি )

চারু :—( হোৌগৎলগা ) আর্য্যে ! খুরুমজরি ।

বৃদ্ধা —ইবুঙেঙা । পুন্সিন্ন ! (মথন্দা' চারুদত্ত অহুনিসে । ইচানুপীনা মশাগী ঈন[illegible]পা চৈ[illegible] মতাঙদা মক্ম চাবদা রাইথুংলে ।

অধি :—আর্য্য ! ওক্কবী অহু অদোমগী চান্নবীন্না ?

চারু :—( ঈকাইবগী অভিনয় তৌই )

শকার— হে ! হে: মীপাওথোক ঈকাইবনা কিবনা ।
নচোরিত থুপকে নীংশিবা লনগীদমক নুপী হাৎলগা ।
হৌজিক্তি করিগী থুপ্নিবা অহুনদি ফররোই ॥১৭॥

শ্রে: কা:—আর্য্য ! চারুদত্ত ! তাকপীয়ু, হঙ্গোইবিগনু ; মসি রাথোকপনি ।

চারু :—( হঙ্গোইনা ) ইবুঙেঙা অঙম্বা ! ওক্কবীবু ঐগী চান্নবীনি হায়না করম্বা ইচিন্না হায়সিগে । মসিদা লান্নিবদি চহীগী ইনথৎলকপা মতাঙনি, লমচৎ নত্তে ।

অধি :— রাথোকপা হায়বসি মশানা তুরৈ ইরৈ চেনগন্নি ।
পুন্নীংদা হঙ্গোইবিগনু অচুম অচুম্বা তাকপিয়ু ।
লোনম্বসু তৌবিনু তুমিন্না নৈশোকপিগনু ॥১৮॥

ঈকাই হঙ্গোইহুনা কান্নদে ; রাথোক অসিনা হৎবনি ।

চারু :—অঙম্বা ইবুংঙো ! ঐগী লানবাদি কনানিনা ?

শকার—( চাউথোক্না ) ঐহাকনি হায়।

চারু :—নঙগা থেংনগনি হায়বসিনি থাঙবদা ন্নারিবা।

শকার—হায় ! মুপী হাৎপা ! রতন ময়াম্না লৈতেংবী বসন্তসেনাবু হাৎলগা হৌজিক্না ইতৌ তৌদবা শাঙ্গুনা লৈরিব্রা ?

চারু :—থৌদোক অসিদা নঙদি মরী শূক্লেমক লৈতবনি।

অধি :—আর্য্য চারুদত্ত ! মসিগা ওাংনঙ্গুনা কাম্নদে। চুম্না তাকপিয়ু ১কুবী অসি অদোমগী চান্নবীরা ?

চারু :—অচুম্বনি।

অধি :—বসন্তসেনাদি কদায়দা ?

চারু :—ময়ুমদা চৎখ্রে।

শ্রে:কা:—করম তৌনা চৎখি কদোইঙে চৎখি কনাগা লোয়ননা চৎখি

চারু :—(মথন্দা) "লোম্না চৎখি হায়নবু থুমসিরা ?

শ্রে: কা:— আর্য্য ! তাকপিরো।

চারু :—ময়ুমদা চৎখ্রে, অসিদগী হেন্না করি হায়গনি ?

শকার—ঐগী পুষ্পকরণ্ডক হাযবা লৈকোন্দা পুশিন্নগা শেলগীদমক নংঙুনা মথৌন্নী মেঙুনা হাৎতোক্নগা "ময়ুম চৎখ্রে" হায়রিবা ৹

চারু :—হায় ! চিঙ্খীবা !

নোংলম লৈখা অনী † মরক্তা পাইবা চাষাগী।
মশা শাতোম্না তৌবগুম নোংলিক্নস্ন খীক্তনা ॥
নঙ্গী নমায় অসিনা নিংথম থম্বালগুমঙ্গুনা.
করিগী রাউথাংনন্নিবা অঙ্গুনা ওইদবা নরানি ॥১৯॥

† চাষ=সনা মচু যানবা উচেক জাৎ অম, মহাক্না থোংবদি মাত্রা অমথকগী মতমদমক চঙই।

অথি :- ( শ্রেষ্ঠী কায়স্থদা তুমিন্না )

হিমালয়বু থাঙৎপা সমুদ্রবু ঈরোইবা।
তুংশিৎপু ফিনা কিশিনবা প্রুম্নমক'সিগী মতৌগুম ॥
চারুদত্তবু লালহনবা শূপওই ওইথোক্তবনি ॥২০॥

(ফোংনা) লৈবিরিবসি অকাওবা চারুদত্ত অদুনি ; অদুনা হৌনদবা থবকপু অসিনা করম্না তৌরমগদগে )

( নাতোন রাংবা···অসিনচিংবা শৈরেং অদু থীখি )

শকার—মীচং শঙ্গল নাইনা রায়েনবিরেদনা ?

অথি :- চথোকখো অপঙবা ।

অতোনবা মীশক ওইরগা বেদার্থ হায়রি নচীন্না ।
অদুবু নরৈদি কেন্দরি : মিৎযুংবা মতমগী ॥
তুমিৎপুস্থ ময়েংলি নমিৎ উদবদি থোক্তরি ।
অচাকপা মৈগী মহুঙদা নথুৎপুদি থিংজিল্লি ।
অদুবু চাক্তি নথুৎত্তি চারুদত্তবু লমচৈত্তে ।
কায়রে থোকহল্লিংলিবা পৃথিবীনদি লৌশিন্দ্রি ॥২১॥

আর্য্য চারুদত্তনবু করম্না হৌনদববু তৌরমগদগেনে ?

সমুদ্রবু মহাক্না ঈশিংগী মথৈত্তা থারুগা
মশাগী কোবা থাক্তনা লল পুম্নমক কৎখিবা,
অফবা থৌরম কয়াগী থোক্লফমদি ওইরিবা
মহাত্মা চারুদত্তনা য়েক্লবমক্লস্থ তৌদবা
অদুগুম্বা পাপকী থবকপু শেলগীদমক তৌরমগত্রা ॥২২॥

শকার— অঙম্বা ! মীচং-মীথাই নাইনা রায়েলবিরিবা ?

বৃদ্ধা — ওকচাকথোক ! মতম অদুদা থৈরব্বা সনাগী লৈমেং অহিংদা হুরানবনা হুখি। মরম অদুনা মহাকীদমক সমুদ্র মরিগী মমলগা মান্নরবা রত্ন পরেং অমা পীথোকখিবা ওম্বা মহাক অদুনা মিংকুপ্তা মাওগদবা শেল থরগীদমক হৌনদবা থবক-সিবু তৌরমগন্না ? ইমাগী ইবেম্মা ! (অসি হায়দুনা কপ্পি)

অধি :—আর্য্যচারুদত্ত ! বসন্তসেনা মথোঙনা চৎখিবরা ? নত্রগা গাড়ীনা চৎখিবরা ?

চারু :—অঙম্বা ইবুঙঙো ! ঐগী ইমাংদা চৎখিবা নত্তে। মরম অদুনা ঐ থঙজদে।

( অশাউবগা লোয়নননা বীরক চঙলক্লগা )

বীরক— মথোঙপাক্লা কাউরম্বা চন্দনকগা ঐহাককা
হায়নিংঙাই লৈতনা য়েংথিনৈ অদুগী নিঙমদদুনা
লৈরিবৈগী মঙুংদা নোং কুঙ হেক ঙাল্লিদা ॥২৩॥

অদুনা ৱায়েল শঙদা চৎলগে। ( য়েৎথংবা মপাম্বোম থাঙৎতুনা ) ইবুঙঙো অঙম্বশিং ঙুংঙাইবিরী ?

অধি :—(মথন্দা) ওঃ কোঙুং ঙাকপনা মথৌ ওইবা বীরকনি ! (কোংনা) বীরক ! নঙনা লাকপবু করিগীনো ?

বীরক—আর্য্যকনা য়োক্লিং থদৎখিবগী লাঙনরিবৈ মতম অদুদা মহাকপু ঐনা থিরম্মী। মতম অদুদা মথক কুপ্পা গাড়ী অমা চৎলম্মী। গাড়ী অদুগী মরমদা মুঙ্গা থীগে হায়দুনা থীরম্মী। নঙনা য়েংপ্রবসু ঐনা অমুক য়েংগনি হায়রুবদা প্রধান

সেনাপতি চন্দনকনা ঐভোন্দা খোঙপাক্লা কাওইশ্ মসি
তাবিরগ ইবুঙেঙাশিংনা তৌবিক্কম খোকপা তৌবিয়ু।

অধি :—মহাশয়! গাড়ী অদুদি কনাগীনি হায়না খঙবিবগে?

বীরক—আর্য্যচারুদত্ত অসিগীনি। বসন্তসেনা তোংদুনা শান্নবগী-
দমক পুষ্পকরণ্ডক কৌবা লৈকোন্দা খৌরকপা গাড়ীনি
হায়না গাড়ীবালানা হায়।

শকার—ইবুঙেঙাশিং পুন্নমক! অমসু তাবিরেদনা?

অধি :—অৱাবনি!

মক্কু্বা মঙাল চেল্লবা থাবু উমঙ্রে রাহুনা
তরু তরুবা ঈশিংনা তোর্বাল কাইদুনা নৈথরে॥২৪॥
বীরক! নঙগী বিচার কোন্না তৌগে। রায়েল শঙগী
খোঙজিন্দা লৈরিবা শগোলদু তোংদুনা পুষ্পকরণ্ডক কৌবা
লৈকোন্দা কনাগুম্বী নুপী অমা শিদুনা লৈবরা য়েংঙু
চংলো।

বীরক—য়াম্না ফগনি। (অসি হায়দুনা খোক্রগা অমুক চঙলক্লগা)
ঐ মফম অদু য়েংজক্লরে কনাগুম্বী নুপী অমগী মশা
লৈহৌই। মশা অদু হুইনা চাহৌরে।

শ্রেঃ কাঃ—নুপীগী মশানি হায়বদি করম্না খঙবিবগে?

বীরক – মথুৎ-মথুবাক অমসুং মখোঙ উরগা খঙজবনি।

অধি :— ঐনা মীওইবগী লমচৎ কাইথরকপবু য়ানিংদে।
কূপ্পা কূপ্পা ঐহাক্না রায়েল পথাপ থিবনি।
অদুকী মতিক থিরগা অদুকী মতিক নুরকই।

ন্নায়েলগী নিয়মশিংসে কজনা মরি শম্নরকই
অচুম ওইনমক ঐহাক্কী ন্নাখল অসে লৈখোমদা
পুথরবা ষণবীগুম লেপকম্ তৌকম খঙদরে ॥২৫।

চারু :—(মথন্দা)

লৈরাংনা শাৎপা হৌবদা লৈহী থক্লনবগীদমক
খোইমুশিংনা পুল্লপ্না লৈরাংথক্তা তোংবগুম
মীগী অহোবা কংবদা পুল্লপ্না লাকই অন্নাবা ॥২৬।

অধি :—আর্য্য চারুদত্ত। চুম্না তাকপিয়ু।

চারু :— পোকপদগী মবুক কণ্ডবা মীগী মগুণবু কল্লকপা
অপাম্বনা মম্বিৎ তাংলবা মীগী মাঙনবা তৌনিংবা
অচুগুম্বা মীচুনা ঙাঙবা ওইদবশিংচুবু
লৌবা য়াবা ওইবরা ন্নায়েলনিংঙাই ওইদবনি ॥২৭॥

অমসু

মপাল শাৎপা উন্নী-ফাওবা চিংথচুনা লৈহেক্কে
অচুগুম্বা ঐহাক্না খোইমু মশাগুম নিংথিবা
শাংলবা মশম চিংচুনা কপ-লাউরিবী মুপীবু
হৌনবরা হাৎপবু ওইখোক্তবনি খনবিয়ু।২৮॥

শকার—অঙবশিং পুম্নমক! ইবুঙ্ঙোশিংনা মীচং-মীথাই নাইনা ন্নায়েলবিরে; মরমদি, লমচৎ নাইত্রবা চারুদত্তবু কম-হনবিরে।

অধি :—শোধনক! হায়ন্নিবসি তৌ। (শোধনকনা মহু তৌই)

চারু : - রায়েলবিয়ু, রায়েলবিয়ু। (অসি হায়রুনা কুমথরগা লৈবাক্তা ফমখি )

শকার—(মথন্দা হরাওনা জগোয় শারগা) য়াম্না ফরে, ঐনা ভোবা পাপ্পু মীতোপ্তা লংশিনখ্রে। চারুদত্তনা ফম্লিবা মফম অসিদা ঐস্ন ফম্লুগে। (ফম্লগা) চারুদত্ত! ঐভোন্দা য়েংঙু, য়েংঙু। হায়য়ু, হায়য়ু। "ঐনা হাৎপনি।"

চারু :—রায়েলবিরিবা ইবুঙোশিং।

পোকপদগী মবুক ফত্তবা মীগী মগুণবু কল্লকপা
অপাম্বনা মমিৎ তাংলবা মীগী মাঙনবা তৌনিংবা
অচুগুম্বা মাংনা ঙাঙবা ওইদবাশিংঙুবু
লৌবা য়াবা ওইবরা রায়েলনিংঙাই ওইদবনি

( স্বর ফুইনা হোল্লগা মথন্দা )

হে মৈত্রেয় ! ঐভোন্দা থোক্লরিবসিবু করিনো ?
লাক্লমালে অমাঙবা হে ব্রাহ্মণি নহাক্তি
মক্তুবা ব্রাহ্মণ বংশদা পোকচবীনিকো ইবেম্মা
হা রোহসেন ইবুঙো ঐগী অরাবা উক্রেদো
অঙাং ওইবগী হৌনবা শান্নবদা হুংঙাইরি ॥২৯॥

গাড়ী শাননবগীদমক বসন্তসেনানা রোহসেনদা লৈতেং থরা পীরম্বা অচু হন্দোকখিননবগীদমক অমসুং বসন্তসেনাগী ঈ পাউ লৌননবগীদমক ঐনা মৈত্রেয়বু বসন্তসেনাগী মফমদা থাখি। হৌজিক কাওবা মানা খীল্লিবসি করিগীনো ? (মতুংদা লৈতেং পায়রুনা বিদূষক চঙলকপা)

বিদূ :—আর্য্যচারুদত্তনা ঐবু বসন্তসেনাগী মফমদা থাবিরকপনি অমসুং তাকপিরকপনি। "আর্য্য মৈত্রেয় ! বসন্তসেনানা ঐগী ইচানিপা রোহসেনবু মশাগী লৈতেংনা লৈতেংবিরগা মমাগী মনাক্তা থাথি। / মহাক্কী লৈতেংশিং অহু লৌদি লৌরোই হায়ববু হনবিথিবা তাই। মরম অহুনা লৈতেংশিং অসি পুরগা মফম অহুদা চৎলগা পীথোকউগে" অদুনা বসন্তসেনাগী মনাক্তা য়ৌগ্রগে। (খোঙকম অমা অনী থাংলগা, অহাঙবদা) পণ্ডিত রেভিলনিনা! পণ্ডিত! য়াম্না তথুক তথুকপা ওইনা উরিববু করিগীনো ? (তারগা) করিনো তাকপিরিবা অহুবো ? "চান্নরবা মরূপ চারুদত্তবু রায়েল শঙদা কৌগ্রে অহুগীদমকনি" হায়বা ? অহু ওইর-বদি তরাই তরাইবা ওইররোই। (রাখল তৌরগা) বসন্তসেনাগী মনাক্তা কোম্নহুম চৎলগে। রায়েল শঙদা হান্না চৎলগে। (চৎলগা উরকই) রায়েল শঙ লৈরে চঙগ্রগে। (চঙগ্রগা) ইবুঙ্গো অঙম্বশিং পুন্নমক ! মঙ্গল ওইবিরি। ঐগী চান্নরবা মরূপ কদায়দা ?

অধি :—লৈরিবসিনি ।

বিদূ :—মরূপ ! নহাক য়াইফরিবরা ?

চারু :—ওইরকপা য়াই।

বিদূ :—মাইকৈ থুদিংদা নহাক্কী কল্লিংঙাই লৈকো ?

চারু :—অহুস্ন ওইবা য়াই।

বিদূ :—মরূপ ! য়াম্না থুক্না উববু করিগীনো ? মফম অসিদা কৌরিবনা করিগীনো ?

চারু :—মরূপ !

মীহুংশি থঙ্ত্রবা নরকবু থাজ্জবা ঐহাক্না
হূপী অমবু নত্রগা অশেংবা রত্তি দেবীবু
মথাতাবা শরুক্তি নিপাসিনা হায়সনু ॥৩০॥

বিদূ :—করি ! করি !

চারু :—( নাকোংদা ) অসি, অসি ।

বিদূ :—অসি কনানা হায়রিবা ?

চারু :—(শকারদা থুদোঙ্গীনা থীল্লগা) তোল্লবা নিপা অসিনা মরম ওইরুবতনি । থাঙ্গৈশেংবদি অথীবা নোংদম্না হায়বনি ।

বিদূ :—(চারুদত্তদা ভুমিন্না) মহাক মম্মুম চৎথ্রবনি হায়বদি করিগী হায়দবনো ?

চারু :—হায়তুনসু হম্বরকপা মতম ওইবনা লৌত্রিবনি ।

বিদূ :—তাবিয়ু ইবুঙ্ঙোশিং পূম্নমক ! লায়রবা অমসুং লবী-লমথাং চৎপশিংগী লৈনবা য়ুম শাতুনা, বৌদ্ধ মন্দির শাতুনা হৈকোল-লৈকোল, লাইশঙ কয়া শেম-শাতুনা পুখ্রি গুহা তৌতুনা, যজ্ঞ যাগ তৌতুনা উজ্জয়িনী কোন্নুংবু লৈতেংখিবা মহাক্না হৌজিক, চায়থরক্লে হায়তুনা নোংথাঙ্গুম্বা ললগী-দমক, অসিগুম্বা তৌহৈদবা থবকপু তৌরমগন্না ? (অশাউ-বগা লোয়ননা) হায় ! ওক্তবিগী মচা ! নিংথৌগী মশেল নিপা সংস্থান ! হায়ঙম-তৌঙমদবা লৈতবা ! মীরৈহৎ ! সনা-লুপা কয়ানা লৈতেংবা য়োং ! হায়য়ু, হায়য়ু, ঐগী মাঙদা অতুক হায়য়ু । মপাল শারবা মাধবী লতা ফাওববু

চিংথরবদি মনা তৎখিবা য়াই খন্দুনা চিংথদুনা হেক্তিবা ঐগী মরূপ নত্রা ? মহাক্না মীরমলেন, লাইরমলেন অনিমক্তা হৌনত্রবা থবক অসিবু ভৌরমগত্রা ? লৈরম্মু ঙসিদি থঙগনি। নঙগী নবুকুম খোয়রবা চৈ অসিনা নকোক অদু মশুং চামা থোক্না থুগাইগে।

শকার—(অশাউবগা লোয়ননা) তাবিয়ু ইবুঙেঙাশিং পূয়মক! ঐগা থৎনরিবদি চারুদত্তগনি; অদুগা মকোক্না কাকথোঙ মানবা নিপা অসিনা ঐগী কোকপু মশুং চামা থোক্না থুগাইনিংবগী মরম করিনো ? হায়! মীনাই মচা! ফত্তবা বামোন! অমুক হল্লা হয়ঙ্গ-লাকচদু।

বিদূ :- (চৈ থাঙৎতুনা মথক্কী য়াহৈশিংসি হায়খি। শকার অমসুং বিদূষক অনী য়ৈনখি। (বিদূষককী শেত্রাকত্তা য়েম্লিবা লৈতেংশিংদু তাখি)।

শকার—(লৈতেংশিংদু খুনগৎতুনা য়েংলগা ইথক থকনা) ইবুঙেঙাশিং পূয়মক! য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু লৈতেংশিংসে। লাইনিংবী বসন্তসেনা'দুগীনি। (চারুদত্তরোমদা) করি লৈতবা ললসিগীদমক বসন্তসেনাবু হাল্লা ফুরগা কোম্ল হাৎপনি। (য়ায়েল্লিবা পুন্নমক মক্রুগুক্তুনা লৈনখি)।

চারু :—(বিদূষকত্তা তুমিন্না)

ঐগী লাইবক থীবনা থাইগী মমাঙদা তারকপা
লৈতেংশিংসিনা ঐহাকপু লুপহনগদৌরি অল্লাবদা ॥৩১॥

বিদূ :— অশেং-অশেংবদি করিগী হায়ত্রিবা মল্লাপ!

চারু :— অঙম্বশিংগী ময়িৎসে অশেংবা উবা ওমদবনি।
অশেংবত্থ হায়রগা অন্নাবদ্বা মথোকনি
অত্থদগী হেন্দুনা শিবা ফাওবা থোকপা য়াই ॥৩২॥

অধি :—অন্নাবনিদা !
মঙ্গল হায়বা গ্রহনা য়েংথিনবগী মওংদা
চোংশিনগ্রবা মরম্মা মতীক মঙাল ন্নাংলকপা
বৃহস্পতিগী মনাক্তা ধুমকেতুনা থোকপগুম
পোৎশক অসিনা অনৌবা গ্রহ অমগুম থোক্লরে ॥৩৩॥

শ্রেঃ কাঃ—( মুন্না য়েংলগা, বসন্তসেনা পোকপীরোমদা ) ইমা !
মুন্না য়েংবিয়ু, লৈতেং অসি ইমাথোয়গীরা ?

বৃদ্ধা — (য়েংলগা) লৈতেংশিং অসি ঐখোয়গী লৈতেংশিং অত্থগা মানবদি মাল্লে, অওইবদি নত্তে।

শকার—ওক্তবি ! হত্থবি ! নমিৎনদি য়েংদনা, নচীন্না নত্তে, নত্তে।

বৃদ্ধা — হায় ! হন্দোকউ হায় লন্নাই !

শ্রেঃ কাঃ—চ্যেকশিন্না অমুক্তা তাকপিয়ু।

বৃদ্ধা — সনা শাবশিংনা ফজনা শামনগ্রত্থনা মিৎফম হোংদনবু য়েংনিংবনি। অত্থবু ঐখোয়গীত্থদি নত্তে।

অধি :—ইমা ! লৈতেংশিং অসি থঙদি থঙবিবরা ?

বৃদ্ধা — ঐনা হায়জরি। মসি থঙদবদি নত্তে; কনাগুম্বা থুৎ-হৈবা অমনা শারমগনি।

অধি :- য়েংঙু ; শ্রেষ্ঠী !
অনৌবা লৈতেং অমনা অহানবা লৈতেং অমগী
মতৌ মানবা হৌনবনি অসিদমু নত্তনা

নৌনা শাবা পোৎশক্তি  হান্না হান্না লৈবগী
মশক মানবা হৌনবনি  থুৎ-হৈবা কাণ্ডবুনা
মথুৎ-মশা হৈবনা  পোৎশক অমা য়েংলগা
মহু মান্নবা শানরি  অহুগীদি মতুঙদা
পোৎশক অনী অহুগী  মান্নবা মওংদা উবনি ॥৩৪॥

শ্রে: কাঃ—অহুদি লৈতেংশিংসি আর্য্য চারুদত্তগীরা ?

চারু :—নত্তে, নত্তে।

শ্রে: কাঃ—অহুদি কনাগীনো ?

চারু :— অসিদা লৈবিরিবী, ইকাই-খুম্ননিংঙাই ওইবী অহলসিগী মচানুপীগীনি।

শ্রে: কাঃ—অহুদি মহাক্না লৈতেং অসিগা কাইনরিবসি করিগীনো ?

চারু :— অসুম হায়না ফংবনি, অসুম্না থোকথিবনি।

শ্রে: কাঃ—আর্য্যচারুদত্ত! মফম অসিদদি অচুম অচুম্বদো হায়গদবনি। য়েংবিয়ু—

অচুম্বনা ফংই নুংঙাইবা  অচুম্বা ঙাংবদি পাপ পুদে।
অচুম্বা হায়বসি ময়েক্লি  অহু ওইরবসু জগৎকী
মচী ওইবা পোৎশকনি মীনম্বনা অচুম্বা লোৎকনু ॥৩৫॥

চারু :— লৈতেংশিং অসি লৈত্তেংনি হায়না খঙবদা নত্তে ; ঐগী ইয়ুমদগী পুরকপনি হায়বা ফাওবা খঙই।

শকার — অহানবদা লৈকোন্দা পুশিল্লগা হাৎলে, হৌজিক্লা হাৎতে হায়রিবা ?

অধি :— আর্য্য চারুদত্ত ! চুম্না তাকপীয়ু ।

অদোমগী মেংলবা হকচাংদা কল্লবা শগোল শাজৈনা
চিংনদনা ফুরগনি অব্রাবা কোক্লবা রাখলনা ॥৩৬॥

চারু :— পাপ লৈতবা শাগৈদা পোকপা ঐঙোন্দা পাপ লৈতে ।
পাপ লৈ ঐঙোন্দা হায়না খনবিরবদি ।
পাপ লৈত-লৈতনা ঐনা হিংহুনা কৈদৌনি ।।৩৭।।

(মথন্দা) বসন্তসেনা লৈত্রবদা ঐনা হিংহুনা কৈদৌগ-
দগে ? (ফোংনা) মহাশয় ! মখা তারুহুনা কৈদৌগদগে ?
মীশুংশি খঙদবা অমসুং মীরমলেন লাইরম্রেন খঙদবা ।
ঐনা মুপীবু প্রেমবু মখ'দি মসিনা হায়সনু ।।৩৮।।

শকার—হাৎখিবনি । হায় ! হায়য়ু "ঐনা হাৎপনি" হায়না ।

চারু :—নঙনা হায়রেদনা !

শকার—অঙম্বশিং ! তাবিয়ু, তাবিয়ু । মহাকমক্তা হাৎপনি মসিদা করিসু চিংননিংঙাই লৈত্রে । হৌজিক লায়রবা চারুদত্তগী মশাগী চৈরাক লেপ্পিরো ।

অধি :—শোধনক ! মশেল ইবুঙ্গোনা হায়রিবসি অচুম্বনি । * রাজপুরুষশা ! চারুদত্তবু ফাজিল্লু । ( রাজপুরুষশিংনা ফাজিল্লি )

বৃদ্ধা — হে অঙম্বা ইবুঙ্গোশিং ! ঙৈহাক্তদি তপথবিয়ু । ঐগী ইচা মুপীবু মসিনা হাৎপসু ওইসনু, অদু ওইরবসু মহাক্তি হিংসনু মরমদি রাথোক হায়বসি রাকৎ-রাপা অনীদগী

* রাজপুরুষ—নিংথৌগী মনাই, মীকা মীপুনগী থবক তৌবা ।

থোকপনি। ঐদি ৱাকৎপী ওইগদবীনি। মরম অসিনা ঐনা হায়জরি—চারুদত্তবু থাদোকপীয়ু।

শকার- চৎলো হায় হন্নুবি! কান্নদে নরা লোদে।

অধি :- ইমা! লেংবিরো। ৱাজপুরুষশা! অহল অসিবু পুথোকখো।

বৃদ্ধা — হা ইবুঙেঙা! ইবুঙেঙা! (অসি হায়দুনা কপ্না কপ্না থোকখি)

শকার- (মথন্দা) বস্! ঐনা পামজবা তৌরমলে; হৌজিক্তি চৎলগে। (চৎখি)।

অধি :- আর্য্য চারুদত্ত! ঐথোয়না ঙমজবদি অওইবা. অচুম্বা মশক লেপ্পা ফাওবদনি। তৌইগুম্বসুং চৈরাকপীবা, পীদবদি নিংথৌতনা ওম্বনি। অত্থমকপু শোধনক! নত্তনা নিংথৌদা অমুক্তদি হঙ্গৎলু।

পাপী ওইরবসু ব্রাহ্মণদি হাৎহৈদবনি মহাক্কী
মরল-মথুমগা লোয়ননা মীরৈবাক্তা লোই থাবা
হৌনবনি হায়দুনা তাকপিরম্মি *মনুনা॥৩৯॥

শোধ :—য়াম্না ফগনি (অসি হায়দুনা থোক্লুরগা, অমুক মপি তানা তানা চত্তলক্লগা) আর্য্য! ঐনা হঙ্গৎলুবদা নিংথৌনা তাক-পীরকই "করি লৈতবা শেল থরগীদমক বসন্তসেনাবু হাৎখিবা মহাকপু লৈতেংশিং অসি মত্তকশমদা পুনশিন্নগা

* মনু—মনুস্মৃ ত নত্রগা মনুসংহিতা হায়বা অচৌবা লাইরিক লেংলবা অফাওবা নিপা অমনি।

ঢোল য়ৈহুনা থা থংবা মোংকময়দা পুরগা তানা থিনহুনা হাংলু। অসিগুম্বা থবকপু কনাগুম্বনা তৌরক্লবদি মাঙোন্দসু অসিগুম্বা চৈরাক অসি পীগদবনি"।

চারু :— অরাবনি! পালক নিংথৌ ওম্বোক্লা রাথল লৈতেদা!

অঙম-অথৌ থিবিক্লা, রাপাংবশিংগী মতেংনা।
রায়েল মৈগী মসুংদা নিংথৌশিংবু লংশিল্লি।
মরম অহুনা মথোয়না পূক্লিং রাথল হল্লকই ॥৪০॥

অমসু

য়েংবদদি ফজবা য়াইথিববু তাক্লিবা
অঙৌবা কাক কূম্রবা নিংথৌগী নিয়ম থুগাইবা
অঙম্বশিং অসিনা মরাল শুকলৈ লৈতবা
মীশক কয়া কয়াবু হাংথ্রে, হাংলি হৌজিকসু ॥৪১॥

মরূপ! মৈত্রেয়! চৎলো, চৎলো। ঐনা শিম্নরম্মী হায়-দুনা ওসিদগী হোনা ঐগী ইমাবু, রোহসেনবু য়েং-থিগদবনি।

বিদূ :– মরূ তৎথ্রবদবু উনা হিংবা হোনবরা?

চারু :—নত্তে, নত্তে, অহুম্না হায়গনু।

মচানিপা হারবসে লাইরৈবাক তানথ্রবা মীশিংগী
তোঙানবা মশক অমনি ঐবু নঙনা সুংশিবহু
রোহসেন ইচানিপাদা মপুংফানা হাপচিল্লু ॥৪২॥

বিদূ :– মরূপ! নঙ লৈত্রবদি ঐনা করম্বা হিংগনি?

চারু :—রোহসেনবুস্ন হিংনবা উপায় তাকহল্লু।

বিদু :—অহুম ভৌরবদি হিংবসু ময়াই।

অধি :—শোধনক! ব্রাহ্মণসি পুথোকখো। (শোধনকনা পুথোকখি)

কনা কনা লৈবগে? চাণ্ডালশিংদা শঙহল্লু।

(মতুঙদা চারুদত্তবু হন্দোক্লম্লগা অঙম অথৌ পুন্নমক চংখি)

শোধ:—আর্য্য সোমদা লেঙবিরউ।

চারু :—( অরাবগা লোয়ননা ) মৈত্রেয়! (মতুঙদা থক্তা য়েংহুনা)

মৈগী ঈশিংগী হুগী †ভুলাগী পরীক্ষা তৌহুনা ঐহাক্তী।

রায়েলবিয়ু হায়জবদা য়েক্লবা শকারগী মরাবু

লৌরহুনা ঐহাকপু হাংতবা য়াদে থন্দুনা

হাংলবদি নরক তাও নচা নশূগা লোয়ননা। ৪৩।।

ঐ লাক্লে, লাক্লে। ( পুন্নমক থোকখি )

( রায়েলবা কৌবা মাপলগুবা অঙ্ক লোইরে

---

# তরাগুবা অঙ্ক

( চাণ্ডাল অনীনা ভুংইননা চারুদত্ত পুরকপা )

চাণ্ডাল অনী—য়েংবিরিবা পুন্নমক! ঐখোয়না মসিবু পুবগী।

মরম খঙবিদ্রি করিগী থুদক্তা হাংনবা পুন্নবা।

পুহুনা চংপা হৈবনি থুদক্তা মঙক ককথংপা।

তাগী তাদোল্লা থাঙংপা হৈজবনি ঐখোয়দি ।।১।।

† ভুলা—অক্রম-অয়াং ওয়নবা যন্ত্র—( সের কালা )।

হন্দোকপিয়ু ইবুঙেঙাশিং পুন্নমক ! চারুদত্ত অসি—

মীগী২পগী থবক্তা থোদা ক২লবা ঐখোয়না
পুরক্লবনি ফাত্তুনা করবীর পরেংবু
হুক্লবনি মঙক্তা অসিগুম্বা ফিভমদা
থাঙ য়ামত্রবা থাংমৈগুম শিথরক্লি অস্তুম অস্তুম ॥২॥

চাম্ব :—(অরাবগা লোয়ননা)

য়াক্লা য়াক্লা খোংলিবা কাকশিংন ঐহাকী ।
ইপিনদি চো২লবা উফুলনা পুমরাও রাওরবা ।
মোংফমগী লৈনা কোইরবা অঙাংবা চন্দন তৈরবা ।
ঐগী ইশাবু চানিংলি লাইদা ক২লবা চত্নুগুম ॥৩॥

চাণ্ডাল অনী—হন্দোকপিয়ু ইবুঙেঙাশিং পুন্নমক !

অকবা মীশক কয়াগী মশক ওইবা উচেক্কী
লৈজফমদি ওইরম্বা চারুদত্ত উপালবু
যমগী লীংজং পাইরিবা ঐখোয়না ককদববু
লৈবাক মচা নখোয়না করিগী য়েংবিগদৌরি ॥৪॥

লাও, লাও চারুদত্ত ! লাও ।

চারু :—মীওইবগী মরাইবক, তম্বা ওম্বা নত্তে, ঐনস্থ মসি য়ৌপ্রবনিকো !

ঐদি মীনি অহুবু ঐগী ইশা থুদিংদা
খুৎনা রক্তচন্দনগী থুদম্বুদি হাপত্রে ।
চেঙ মকুপ চাইহুনা ঐবু শা ওলহল্লে ॥৫॥

(মাঙদা য়েংলগা) মীওইবগী পূকচেল, অচৌ অপিশক থায়বা। ( অৱাবগা লোয়ননা )

কোন্নুংদা লৈবা মীশিংনা ঐনা শিগদবসি উহুনা
"মী হায়বসি ভোল্লিদা" ৱাহৈ অসি হায়হুনা
মমিৎতা মপি তাহুনা ঐবু কনবদি ঙমজদা
"স্বর্গ কংউকো ইবুঙ্গো" ৱাহৈ অসি তাকপিরী ॥৬॥

চাণ্ডাল অনী—হন্দোকপিয়ু ইবুঙ্গোশিং! করিগীনো য়েংবিরিবা অসিবু!

ইন্দ্রধ্বজ থাদোকপা ষণবীনা মচা পোকচবা
থৱানমিচাক্কা তারকপা লৈবাক মচাবু হাৎপসু
য়াইফনিংবা কাঙবুনা য়েংলোইদবনি কৈদৌঙৈ ॥৭॥

চাণ্ডাল ১ বা—হে ষণ হাৎপা য়েংউ, য়েংউ—

বিধাতাগী নোংদয়া কোন্নুংগীদি অথোইবা
নিপা অসিবু হাৎনবা তৌরকপা মতম অসিদা
অতিয়ানা কপ্পরা নোংমংদনা বজ্র তাবরা ॥৮॥

চাণ্ডাল ২শুবা—করিসু কপ্তে অতিয়া নোংমংদনা বজ্রসু
তাবলৈতেদো অহুবু নোংদগী নোংলিক তাবগুম
দুষ্টশিংগী মিতগী তগুনা তারি পিরাংনা ॥৯॥

অমসু

চারুদত্তবু হাৎনবা তৌরকপা মতম অসিদা
কপ্পিবিশিংগী পিরাংনা লৈমায়থক্তা তাবরা?
সনা লমজাওসিদগী কাথৎলক্রে উফুলনা ॥১০॥

চারু :—( উরগা, অরাবগা লোয়ননা )

অরাংবা য়ুমগী য়ুমথক্তা লৈরিবী তুপী কাঙলুপ্না
থোঙনাওদগী মমায় তখাই'মা থিন্দোক্লক্তুনা ঐহাকপু
হা চারুদত্ত ! কৌহুনা ঈরমদগী ঈশিং তাবগুম
মখোয়গী মমিৎশিংদগী পিগী পিরাং তারিদো ॥১১॥

চাণ্ডাল অনী—চৎলু, চৎলু চারুদত্ত ! চৎলু ! মফম অসি লাউফমনি ।
অহুনা থীনগৎলু, লাউথোকউ—"তাবিয়ু ইবুঙঙোশিং
পুন্নমক ! লল্লোনবা বিনয়দত্তগী মশুনিপা, সাগরদত্তগী মচা
নিপা অফাওবা চারুদত্ত'হুনি । শেল থরগীদমক অচিকপা
পুষ্পকরণ্ডক কোবা লৈকোন্দা পুশিন্দুনা বসন্তসেনা কোবী
ওক্তবীবু মথুৎমক্না হাৎলল্লে । অহুদগী হুথিবা পোৎকা
লোয়ননা মসিবু ফারে, মশানসু য়ারে । অহুনা নিংথৌ
পালকনা মসিবু হাৎননবা য়াথং ঐখোয়দা পীবিরে ।
অতোপ্পা কনাগুম্বনসু অসিগুম্বা অরানবা থবকসি তোর-
বদি মহাকপুসু নিংথৌনা অসিগুম্বা রারকসি পীবিগনি ।

চারু :—(মশাবু হম্বনা থন্দুনা)

যজ্ঞ কয়া তৌহুনা শেংলকপা ঐগী বংশনি ।
যাগ-যজ্ঞগী মতমদা লাকপা মীনা থল্লবা
মফম অদো বেদগী মখোলনা ইশেং শেংলম্মি ।
শিরমদাইগী মতমদা ঐগী বংশ অহুবু
মতিক চাদবা মীশক্না ফজ্রদবা রাহৈনা
কোইরাও কোইরাও লাওহুনা প্রজাশিংদা থওহল্লি ॥১২॥

(থক্তা য়েংখৎলগা মনা অনী মেন্দুনা) হাঃ চান্নবি ! বসন্তসেনা !

থাগী মক্তুবা মঙালগুম্বা অঙৌবা য়ানা তিল্লিবী
পূক্লিং হুবা প্রবালগা মান্নবা চীনবান্না তিল্লিবী—
নঙগী নমায়গী অমুত থক্রগা হৌজিকপু
ঐনা মতৌ করম্না নিন্দা হুবু থকশিগে ॥১৩॥

চাণ্ডাল অনী—থরা থৈদোকপীয়ু ইবুঙেঙাশিং !

মগুণনা রত্নগী তুঙনফম অফ মীশক খিবিক্তী
অরাবা কোক্লনবগী পনগী মশক ওইরিবা
চারুদত্তবু ঙসিদি সনাগী লৈতেং য়াওদনা
কোন্নুং অসিদগী ঐখোয়না পুথোক্লক্লি মপান্দা ॥১৪॥

অমসু

তাইবং পানবা অসিদা য়াইফবশিংগী য়াইফববু
খল্লি মী খুদিংনা অবা অনা নংলবা
মীবু হুংশিবা মীশক্তি তাঙনা তাঙনা মথোকই ॥১৫॥

চারু :—(মায়কৈ খুদিং লৈনা য়েংলগা)

ঐগী মরূপ পুম্নমক ফিজিনা মমায় খুমহুনা
লাপ্না লাপ্না চৎলিয়ে হুঙাই য়াইফরিবৈদা
অতোপ্পা মীশক করাসু হুংশিবা শাবা ঙাক্তনি !
খুদোংথীরবা মতমদা হুংশিবা কনা য়াওদেদো ॥১৬॥

চাণ্ডাল অনী—মী পুম্নমক তকথোকপা লোইরে ; সনা লমজাও ইচিক চিক্লে ; অহুনা হাৎননবগী খুদম পক্লবা মসি পুশিল্লসি।

চারু :—( ষর মপী হোল্লগা ) হে মৈত্রেয়! ঙসি ঐঙোন্দা থোক্লি-বসিবু করিনো? ( নেপথ্যদা হাঃ ইপা ইবুঙো! হাঃ মন্নাপ! )

চারু :—( তারগা অৱাবগা লোয়ননা ) হে চাণ্ডাল মরক্তগী অথোইবা! নঙগী নফমদগী করিগুম্বা অমতং ফংজনিংই।

চাণ্ডাল অনী—ইবুঙো! ঐথোয়গুম্বগী খুত্তগীবু মমাঙদা লৌবি-লাকপিরকপরা?

চারু :—অত্থ হায়গদবা নত্তে। চাণ্ডালদি লমচৎ নাইত্রবা পালক নিংথৌগুম্না রাখল তৌদনা থবক তৌদে; মরম অত্থনা লাইরমলেন্দা য়াইফরুনবা ইচাগী মমায় উনিংই।

চাণ্ডাল অনী—ফগনি, মদুমক তৌবিয়ু।

( নেপথ্যদা হাঃ ইপা ইবুঙো! অপোকপা! )

চারু :—(তারগা অৱাবগা লোয়ননা হে চাণ্ডাল মরক্তগী অথোইবা! নঙগী নফমদগী করিগুম্বা অমতং ফংজনিংই)।

চাণ্ডাল অনী—হে প্রজা পূম্নমক! মিকুপ অমতদি হাঙহনবিয়ু। আর্য্যচারুদত্তনা মচাগী মশক য়েংসনু। ( নেপথ্যরোমদা য়েংলগা ) আর্য্য! সোমদা লেঙশিনবিরকউ! ইবুঙো! লাও সোমদা! ( অঙাং পুত্থনা বিদূষক চঙলকপা )

বিদূ :—রোহসেন! থীনগনু, থীনগনু। হাৎননবা নপাবুংবু পুরে।

রোহ:—হা ইপা ইবুঙো অপোকপা!

বিদূ :—হা চান্নবা মন্নাপ! কদায়দা অমুক নঙবু ঊগদগে?

চারু:—( মচাব অমসুং মরুপ্ম্ উরগা ) ইপাগী ইবুঙো ! হা
মৈত্রেয় ! ওহোরা রায়দা !

মতম কুইনা ঐহাক্তি লাইরমলেনদি অচুদা
ঈথৌ লাংচুনা লৈরুবা তাই অঙাং ওইরিবা ইচানা
কয়া য়াম্না তর্পণগী ঈশিং পীরকপা ঙমগনি ॥১৭॥

ইচাদা করি পীরমশিগে ? (মশাদা য়েংবদা লুগুণ উরচুনা)
ও ! ঐগী লুগুণ লৈনা !

মুক্তা অমদি সনানা শাবা নত্তে মহাক'সে
অচুবু ব্রাহ্মণ জাতিগী লৈজেংগীদি মশকনি।
মহাক্না লাইগী পিতৃগী শরুক অচু কংনরি ॥১৮॥

( অসি হায়চুনা লুগুণ অচু পী )।

১বা চাণ্ডাল—হায় ! চারুদত্ত ! লাকও, লাকও।

২বা চাণ্ডাল—আর্য্য চারুদত্তদা অচুক উশিং-থরোইদনা হায়ব
হায় ? য়েংঙু, য়েংঙু—

হাইথরকপা হাইগৎপা মতমদা মীওইবগী
অহিং অমসুং সুংথিলদা মানা শিনবা থৃজীনবু
কনানা থিংবা ঙমদবা অচুগুম্বা নোংদম্না
থুরৌ নাহোরুরবী নৌনা মথোক কাররপী
শামু অযোমগী মন্তোগুম দৌনিংবত্তা তৌবনি ॥১৯॥

অমসু

চারুদত্তবু পাউথোকপা মীনবা ওইদবা ঙাক্তনি।
মহাক্তী শাগৈ মনিংসে অতয়বা নম্বয়া

হায়া খুরমজরগা ইকোক থোংগদবা নত্তরা
য়াহনা লাকপ্রবা থাসে মীনা খুরুম্নরোইত্রা ॥২০॥

রোহ: - হে চাণ্ডালশা ! ইপাবু কদায়দা পুরিবনো ?

চারু :— করবীর পরেংবু ওকশমদা তাবু লেংজুমদা
থম্মোইদা অন্নাবা পুরবা ঐনা যজ্ঞগী হামেংগুম
মীহাৎ অহু ফংনবা মীহাৎ পুংদা চংলিবনি ॥২১॥

১বা চাণ্ডাল—হে অঙাং ঐখোয়দি চাণ্ডাল বংশদা পোক্লবসু
চাণ্ডাল নত্তে অশেংবা অকবা মীবু ওৎলিবা
মখোয় অহু চাণ্ডালনি মখোয় অহুনি পাপীসু ॥২২॥

রোহ:—অহুদি করিগী ইপাবুদি হাৎকদৌরি ?

চাণ্ডাল—ইবুঙো ! ঐখোয় লাপ্দে ; নিংথৌগী য়াথংতনা তৌবনি।

রোহ:—ঐবু হাৎপিয়ু, ইপাবু থাদোকপিয়ু।

চাণ্ডাল—হুংশিদা ইবুঙো ! নৱাইহেসি তাবদা ; মতম ফুইনা পুম্বিয়ু।

চারু :—( কপ্পা কপ্পা মচাবু কোম্লগা )
মচা হায়বা পোৎশকসে প্রেমগী অপুনবা মুর্ত্তিনি।
লায়রা-ইনাকথুনবদা অথোই-অহেন নাইদবনি।
চন্দন থম্বো মহীসু নত্তবা থম্মোইদা তৈনবনি ।।২৩।।

বিদূ :—ইবুঙো অনী ! হুংশিরবা মল্লপ চারুদত্তবু থাদোক্লগা ঐবু হাৎপিয়ু।

চারু :—মহু তাকপিগনু ।

১বা চাণ্ডাল—হন্দোকপিয়ু ইবুঙেঙাশিং। হন্দোকপিয়ু।

থৌরী তত্তুনা কুহাদা লুপপ্রবা সনাগী চফুগুম।
কত্ত মিংচৎ থোকপনা হিংবগী আশা লৈত্রবা।
পূকচেল ফজবা অসিবু করিগী য়েংথিরিবনো ॥২৪॥

২বা চাণ্ডাল—অমুকমু হন্না লাউথোকউ।

১বা চাণ্ডাল—(মথক্কী রাহৈ অহু লাউথোকই)

চারু:— খুদোংথীবা অরাবা নংলবসিগী মথক্তা।
ফজদবা রা থোকসু থোক্লে ঐগী ইথক্তা॥
মহুমক্তনা পুন্সিমু মাঙবা তারে ঐহাক্কী।
বসন্তসেনাবু ঐহাক্লা হাংথ্রে খোল্লাউ তাবদা।
ইপুক্লীংসে ঐহাক্কী তথুক তথুক্লকইদো।২৫॥

(মতুঙদা দালান মথক্তা য়োহ্লিংনা পুল্লবা স্থাবরকপু উবা)

স্থাবরক—(খোল্লাউ অহু তাবদা নুঙঙাইতবগা লোয়নননা মথন্দা) লাণ্ডদবা চারুদত্তবু হাৎকদৌরিবদি করিগীনো? ঐদি ইবুঙেঙানা য়োহ্লি না পুন্দুনা লৈরে। ফরে, লাউহুম লাউগে। (ফোংনা) তাবিয়ু ইবুঙেঙাশিং! তাবিয়ু— মরম অসিদা লাল্লিবদি ঐহাক্লি, গাড়ী ওন্ন-তৈননা বসন্তসেনাবু পুষ্পকরণ্ডক হায়বা লৈকোন্দা পুরুবনি; মতুঙদা ঐগী ইবুঙেঙা (শকার) না মঙোন্দা পূক্লীং তাদে হায়বগী দমক নমহুনা মথুৎমক্লা বসন্তসেনাবু হাৎপিবনি; চারুদত্তনা হাৎপা নত্তে। অব'বনি! লাপমনখিবনা কনা অমত্তা তাদে। অহুনদি করি তৌসিগে? মথক অসিদগী

চোংথপ্রসিরা ? ( রাথল তৌরগা ) অসুম তৌরবদি আর্য্য-চারুদত্তবু হাৎলোইসে। করে, অরাঙবা দালান'সিদগী খোঙনাওরোমদা চোঙথ্রগে, (জাৎ নাইবা কাঙবগী মশক ওইবা উচেকশিংগী তুংজক্তম ভুপ্রালগী মশক ওইবা চারু-দত্তনা শিগদবগী শক্তক্তা ঐনা শিখিবনা ফৈ। ঐনা শিরবদি লাইরমলেন ফংগনি। (অসি হায়রগা চোংথখিবদা) অঙকপনি! অঙকপনি! ঐ শিত্রেদো, শিদবদা নত্তনা য়োহ্লিংসু তৎলে। অতুদি চাণ্ডালনা লাউরিবসিগী খোঙ্গুল লীরুখিগে। (উরতুনা মনাক্তা চঙশিল্লগা) চাণ্ডাল! চাণ্ডাল! খরা খাদোকউ।

চাণ্ডাল অনী—কনানো হায়!

চেট ম ( তাবিয়ু ইবুঙঙোশিং পুন্নমক! ......অমুক হন্না হায়খি )

চারু:— নোং চুদবদগী শিব তারবা লৌ-শিংবু।
হিংহনগদবা নোংস্থবা কনা নিপানো লাক্রিবা।
যমগী থোরীনা ঐহাকপু থুরবা মতম অসিদা ॥২৬॥
ইবুঙঙোশিং! তাবিরিবরা ?
ঐহাক শিববু কিজদে কিজবদি মিংচৎথীবনি।
মসি কোল্লগ, শিরবদি ইচা ফংরবগুম মুক্তাইনি ॥২৭॥

অমসু

মুঙঙাইনদবা লৈতবা তোল্লবা পঙলবা শকারনা।
মহাক্তা মুপী হাৎলগা ঐঙোম্নতুম থৈজিল্লে ॥২৮॥

চাণ্ডাল অনী—স্থাবরক! নঙনা হায়রিবসিবু অচুম্বরা ?

চেট — অচুম্বনি। "কনাদস্থু হায়দোকন্থু হায়রুনা ঐখোয়গী ইবুঙ্গোনা ঐবু অবাওবা দালানগী অনৌবা লম্বীগী মাই-য়োক্নবা মকমদা অচেৎপা য়োঙ্ক্লিংনা পুন্দুনা থমখি"।

শকার—(চণ্ডালশিংগা হরাওবগা লোয়নননা)

শা-ণ্ডা অশীল-অথা হন্নাই শাকপু ইয়ুমদা।
যক্ষোম কীরগা লোয়নননা কৌরেন চাকপু চারকই ॥২৯॥

(নাকোং থাজত্তুনা) শেক্কেং অকায়বগী মখোলগুম্বা চাণ্ডালগী মখোল অমা তারি; মীহাৎলমদাইগী চাক মখোলম্থু তারে, অছুনদি লায়রবা চারুদত্তবু মীহাৎপুংদা পুরিমাল্লে। য়েঙ্খিগে—য়েক্নবা হাৎপা য়েংহুনা ইপুক্লোং পেলহনগে। ঐনা তাখিবা অমম্থু লৈ—"য়েক্নবা হাৎপবু উরবদি অতোপ্পা মপোক্তা মিং নাদে"। বিষবৃক্ষগী মতাঙদা চণ্ডখিবা তীলগুম্না ঐনা অহোবা থিবদা লায়রবা চারুদত্তগী মাওননবা শেমখিবনি। হৌজিক দালান মতোম্দা কারগা ইরৌশিংগী থবক অসি য়েঙ্খিগে। (মহু তৌরগা) অঙক-পনি! লায়রবা চারুদত্তবু মীহাৎপুং তাম্না পুরক্না মী অমুক তিন্নবদি ঐখোরগুম্বা মীখোই মীহেন্নববু পুন্নবদি কয়াগী মতীক য়ামগবা। (য়েংলগা লাবণুম লৈতেংবিহুনা চারুদত্তবু মথা মায়কৈদা পুরি। ঐগী দালানগী মায়োক্নবা লম্বীগী ময়াদা লাউরবা থোঙ্গাও অছুম্থু লেপপ্রে করিননো? (য়েংলগা) মীনাই স্থাবরক

লৈতে করিগীনো ? মকম অসিদগী চৎপ্রগা মহাক্লা অরোন-
বশিং অত্থ হায়দোক্লদনবা মাবু থিরুখিগে। (অসি হায়হুনা
কুমথরগা মীয়াম নাক্তা চৎথি )

চেট — ( উরগা ) ইবুঙেঙাশিং। মহাক লেঙলক্লে।

চাণ্ডাল অনী—হন্দোকউ লম্বী পীবিয়ু থোঙথিংবিয়ু ঙাঙবিয়ু।

ফজদবা লমচৎ অথোবা মচীনদি তিল্লবা
ফত্তবা মণ লাবসে অসোমদবু লাক্লিয়ে ॥৩০॥

শকার—হায় ! হায় ! হন্দোকউ হন্দোকউ ( মনাক্তা চঙশিল্লগা )
ইবুঙেঙা ! স্থাবরক ! মীনাইই ! লাকও, ঐখোয় চৎলসি।

চেট — কয়া ঙকপ্রবনো ! লরায় ! গীচেপ ! বসন্তসেনাবু হাৎপনস্থ
পেপ্রহুনা মল্লপ-মপাঙ মরী-মতাগী কল্পবৃক্ষগী মশক ওইবা
আর্য্যচারুদত্তবু হাৎকে হোৎনরিবা ?

শকার—রত্নকুম্ভগুম্বা ঐনি, হুপীদি হাৎতে।

মীয়াম—ইহে ! নঙনা হাৎপনি, চারুদত্তদি নত্তে।

শকার—কনানা হায়রিবা ?

মীয়াম—( মীনাইদা য়েংলগা ) ইহে ! সাধু অসিনা।

শকার—( তুমিল্লা কিনা, কিনা ) ওহোকপনি ! স্থাবরকপু ঐনা
চেৎনা পুল্লমত্রমাল্লে। ঐগী অরানবা থবকী সাক্ষী মসিনি।
( রাখল তোরগা ) অসুম তোরগে (ফোংনা) ইবুঙেঙা-
খোয় ! ওইদবনি। তাবিয়ু—সনা হুরাল্লম্মি হায়হুনা মীনাই
অসিবু ফাবনি, চৈবনি, ফুবনি, পুনবনি। অহুনা মানা ঐবু
হুঙঙাইতহনা ঙাঙবসিবু অচুম্বা ওইগত্রা ?

( তুমিন্না মীনাইদা সনা থুজি পীরগা স্থাবরক ! মসি লৌরগা নরাইহে হোংউ )

চেট — ( লৌরগা ) ইবুঙেঙাশিং ! য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু, কয়া শুক-থ্রবনো ! সনা পীতুনা ঐবু ইরা হোংহনগদৌরিবসে।

শকার—(থুজী অতু মুনথ্রগা) সনা অতু মসিনি ; মসি হুখিবগীদমক ঐনা মাবু পুনখিবনি, কুখিবনি। ( শাউনা ) চাণ্ডালশা ! ঐনা মাবু সনা পান্নহনবনি, মানা সনা হুবদগী ঐনা মাবু পুনবনি, মুবনি। থাজবিত্রগা মাগী মনম অসি য়েংবিয়ু।

চাণ্ডাল অনী -( য়েংলগা ) চুপ্মি। মীনাইনা শাউরগা হায়দববু করিনো ?

চেট — মীনাই হায়বসি তোল্লিদা ! ইচুম চম্বসু মীনাইনা হায়বনি হায়তুনা কন'নসু থাজবিদে। (অর বগা লোয়ননা' আর্য্য চারুদত্ত ! ঐনা শুমজবদি অসি কাওবদনি। ( অসি হায়-তুনা মখোঙদা তুখি )

চারু ঃ— থুদো থীবা অকবা মীবু চানবি হৈরবা।
মরম লৈতবা মরূপও হৌগৎলো ধর্ম্মলৈরবা ॥
ঐগী অরাবা কোরূবা নঙনা কয়া হোৎনবদো।
নোংদমগা চান্নখিদরে নথৌ মথাক লৈতরে ॥৩১॥

চাণ্ডাল অনী— ইবুঙেঙা ! মীনাই অসিবু মুতুনা পুথোকপিথ্রো।

শকার— হায় ! থোকথ্রো চৎলো। ( অসি হায়তুনা তাম্বোকখি )
চাণ্ডাল অনী ! করিগীনো পীল্লিবা ?

চাণ্ডাল — পীলহম্লিংরগা নশামকা হেক হাৎলো।

রোহঃ—চাণ্ডাল অনী ! ঐবু হাৎলু, ইপাবু থাদোকউ।

শকার—মপা মচা পুল্লপ হাৎলু ।

চারু :—মুর্থ অসিদদি পুন্নমক ওইবা য়াই ; অদুনা ইবুঙো ! নমাগী নাক্তা চৎখ্রো ।

রোহঃ—ঐনা চৎলগা করি তৌরুগদগে ?

চারু :— ওসিমক নম্ন পুদুনা তপোবনদা চৎখরো ।
নপা ঐগী ইরালনা মরক্তা মাওদননবা ॥৩২॥

মরূপ ! নচা অসিবু পুবিগ্রো ।

বিদূ :—মরূপ ! নও লৈত্রবদা ঐবু হিংগনি খনবিবরা ?

চারু :—হিংখিগে হিংলরোই মনীং তৌবা ওস্বা মীনা মথরায় থাবদি চুমদবনি।

বিদূ :—(মথন্দা) চুমদবনি খভিও, অদুবু মরূপ সুংশিববু থাদোক্লগা হিংবদি ঐহাক ওস্ররোই। অদুনা ব্রাহ্মণীগী মফমদা অঙাং অসি শিন্নরগা মরূপ সুংশিবগী মতুও ইন্দুনা থরায় থাগ্রগে ! ( ফোংনা ) মরূপ ! পুজগ্রগে।

শকার—হায় ! মপা মচা পুল্লপ হাৎলু হায়রিবসিনি।

চারু :—(কিবগী অভিনয় তৌখি)

চাণ্ডাল অনী—চারুদত্তবু মচানিপাগা লোয়ননা হাৎলু হায়বা নিং-থৌগী স্না য়াথং লৈতে। অদুনা চৎলো নিপা মচা ! (অসি হায়দুনা ভাম্বোকখি) মফম অসি লাউথোককম অদুমওবনি, পুও-শেল য়ৈথৎলু। ( অমুকন্নু লাউথোকখি )

শকার—(মথল্দা) লৈপাক্লা মসি থাজত্রিবা করিগীনো ? (ক্কোংনা) হায় চারুদত্ত ! ব্রাহ্মণ ! লৈপাক্লা থাজদে ; অদুনা "ঐনা বসন্তসেনা হাৎপনি হায়না নচীম্না হায়য়ু ।

চারু :—(তুমিন্না লৈখি)

শকার—হে চাণ্ডাল ষণ হাৎপা ! ব্রাহ্মণ চারুদত্তনা মচীম্না হায়জ্রে ; অদুনা পুং য়ৈনবা অমনবা রাচেৎ অদুনা ফুদুনা হায়হল্লু ।

চাণ্ডাল—( চৈ থাঙ্গৎলগা ) হায় চারুদত্ত ! হায়য়ু ।

চারু :—( অরাবগা লোয়ননা )

দোংথীব সমুদ্রদা লুপ্লিবা ঐগী পুরুীংদা ।
অকি-অথঙ লৈজদে অতুম্নদি ওইবদা ॥
ফজদবা রাথোক্নী মশক ওইবা মৈনা ।
চান্নবী বসন্তসেনাদু হাৎখিবনি ঐহাক্লা ।
হায়য়ু হায়বা রাহৈনা চাক্লিবনি ঐহাকপু ॥৩৩॥

শকার—(মথক্কী রাহৈ অদু অমুকসু হায়খি)

চারু :—হে প্রজা পুন্নমক ! ( ৯শুবা অঙ্কগী ৩৮শুবা শ্লোক অদু অমুকসু থীখি ।

শকার—হাৎখি ।

চারু—হোয়, হোয় ।

১বা চাণ্ডাল—হায় ! মীহাৎনবগী পালিদি নঙ্গীনি গুসি ।

২বা চাণ্ডাল—হেঃ ! নত্তে, নঙ্গীনি ।

১বা চাণ্ডাল—হায় ! পাখিগে ( মুন্না পারগা ) ঐগী পালি তারবদি মতম থরদং লৈখিসনু ।

২বা চাণ্ডাল—করিগী ?

১বা চাণ্ডাল—ঐগী ইপানা তাকপীরম্মি— "ইবুঙ্গো ! মীহাৎপগী পালি নঙ্গী তারবদি মীবু তাপ হাৎকনু।"

২বা চাণ্ডাল— করিগীদমক্নো ?

১বা চাণ্ডাল—করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা সাধুনা লন-থুম পীরগা হাৎকদববু থাদোকপি। করিগুম্বা মতমদা নিংথৌগী মচা পোক্লকই। মহুগী হরাওবমক্তনা পুন্নমকপু থাদোকপি। করিগুম্বদসু শামুনা মশাগী খুরৌ থদৎলি। অচুগী লাণ্ডন-রিঙৈদা হাৎকদবসু মচেনখি। করিগুম্বা মতমদা নিংথৌ শিনবসু ময়াওই অচুনা অরাফমদগী কোকচবসু মরাকই।

শকার—করি ! করি ! নিংথৌ খুবমবু শিন্নবরনে ?

চাণ্ডাল—কনাগী পালিনো পাখিগে।

শকার—চারুদত্তবু পরপ পরপ হাত্তোক হৌরো। ( অসি হায়হুনা মীনাইগা লোয়ননা মায়কৈ অমদা লৈখি )

১বা চাণ্ডাল—আর্য্য ! চারুদত্ত ! নিংথৌগী য়াথংনি লানবদি, ঐখোয়দি নত্তে। অহুনা নীংশিংবিগদবা নীংশিংবিরো।

চারু :— ঐগী ইরাইবক থীবনা য়ায়েনবা মকোক থোংবগী।
রাহৈনা ঐনূ অয়ানবনি হায়হুনদি লেপপ্রবনু॥
ঐনা তৌথিবা ধর্ম্মগী মপাঙ্গল থরা লৈরবা।
অচু ওইরবদি স্বর্গদা নত্রগা অতোপ্পা অমদা॥
লৈরিবী বসন্তসেনানা মশাগীদি স্বভাবনা।
ঐগী য়াথোক অসিবু কোকথোকপিরকসনুকো ॥৩৪॥

ঐনা চৎকদবা কদোমদা ?

১বা চাণ্ডাল—(মাঙদা খূৎনা থিন্দুনা) থাগী মোংফম অসি উরেসে ; মসি হেক উবদা হাৎকদবা মী পুন্নমক মথবায় খুদক্তা মাঙলিবনি।

য়েঙঙু, য়েঙঙু—

খুমাং লামথৎপা লমছুইনা ভাদোন্দা য়ানবা হকচাংগী।
তথায় অমবু চিংথরি তানা লেংবা তথায়না।
থাক্না নোকপা মীনোক্নী মতৌগুম্বা নীংথিরি ॥৩৫॥

চারু :—অরাবনি! লাইবকথীবা ঐদি শিবদা মতারে। (অসি হায়তুনা রানা কমথি)

শকার—চৎথিরোই, চারুদত্ত হাৎপা য়েখিগনি। (মথোঙ থাংলগা) কম্নিবদি করিগীনো ?

১বা চাণ্ডাল—চারুদত্ত! কিরবরা ?

চারু :—(তাপ হৌগত্তুনা) অপঙবা! (১০গী ২৭শুবা শ্লোক অমুক হন্না থীথি)

১বা চাণ্ডাল—আর্য্য! চারুদত্ত! অত্তিয়াদা থোকপা মুমিৎ থাদম্নু খুদোংথীবা নংলি, শিবকীরিবা শা-উচেক মীগীদি করি হায়সিগে। ভাইবং পানবা অসিদা কনানা হাইগৎলম্লগা হাইথথি, কনানা হাইথরম্লগা হাইগৎথি।

অকা অকুম নাইরিবা থম্নায় য়াওরবা হকচাংশু।
উরি ফিরাল মত্তৌগুম থম্মুনা পুক্নীং লৈতারো ॥৩৬॥

(অনীশুবা চাণ্ডালগী মকমদা) মসি মরিররকশুবা লাউকম্নি, অহুনা লাউথোকসি।

( অমুকসু হন্না হান্নগুম্না লাউথোকই )

চারু :—চান্নবি! বসন্তসেনা! (১০গী ১৩শুবা শ্লোক অমুকসু থীখি)

(মতুঙদা তক্কিং-তক্কিংনা বসন্তসেনা অমসুং ভিক্ষু চঙলকপা)

ভিক্ষু— করে, মকম চাদবদা ন্নাহ্নরম্বী বসন্তসেনাবু লায়কন্নহুনা কহল্লগা পুরক্লবা ঐহাকপু, বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মনুংচনবা কোয়না চৎপা থবক্লা থোজানবিরে। বুদ্ধবু নীংবি! মসি সনা লম-জাওনি। ( তারগা ) করিনো অসুক লাওলিবসিবো?

বসন্ত:—( মাঙলোমদা য়েংলগা ) মাঙদা মীয়াম ভিল্লিবসিনা করি-গীনো? আর্য্য! করি তৌরবগে থন্না থঙবিরকউ। পৃথিবী অসি লুম্মনখিবগুম তৌরে, উজ্জয়িনী নাকন অমদা পূমচোং চোঙথৎপগুম তৌরে।

১বা চাণ্ডাল— হন্দকী থোন্নাউ অসিমদি অরোইবনি। অহুনা পুঙ-শেল য়ৈথৎলু। অমসুং লাউরো। ( মহু তৌরগা ) চারু-দত্ত! ঙাইয়ু, কিরুসু; হাৎলগনি কুইররোই।

চারু :—নতীক নগুণ চাউরবা হে লাইশা!

ভিক্ষু —(তারগা ফিংনা ম্লাঙনা) উপাসিকে! চারুদত্তনা ইবেম্মা নহাকপু হাৎলম্নে হায়হুনা মহাকপু হাৎকনি হায়হুনা পুরক্লে।

বসন্ত:—(তহা তহা) মাঙলে, মাঙলে। লাইবকথীবী ঐগীদমক আর্য্যচারুদত্তবু হাৎকদৌরিবা! লম্বী তাকপীয়ু, থীন-বিরগন্ন।

ভিক্ষু —আর্য্য চারুদত্তবু কলহৌনবা পরপ পরপ হোৎচনবিয়ু। ইবুঙেঙাশিং ! লম্বী পীবিয়ু, লম্বী পীবিয়ু।

বসন্তঃ—হল্লোকপীয়ু, হল্লোকপীয়ু।

চাণ্ডাল—আর্য্য ! চারুদত্ত ! নিংথৌগী য়াথংনা লানবনি, ঐখোয়না নত্তেকো। নীংশিংবিগদবা নীংশিংথিয়ো।

চারু :—হেম্না হায়রক্লনা করি তৌগনি। (১০/৩৪ শ্লোক অমুকা থী)

চাণ্ডাল—(থাঙ শৎলগা) আর্য্যচারুদত্ত ! চপ-ত্তিংনা লোংনা হীপ্লিয়ু; থাঙকক অমুক্তা ত্তুপবা করুগা স্বর্গদা থাজগে। ( চারুদত্ত অত্তুম হায়না লৈখি )

চাণ্ডাল—(য়াম্বগে তৌরকপদা মথুত্তগী থাঙ তাথিবগী অভিনয় তৌখি) অঙকপনি !

খুত্তম্না থাঙকোক পায়ত্তুনা শাউনা শাউনা চিংবদা।
বজ্রগুম কিরবা থাঙ'সিনা করিগী লৈপাক্তা তাম্রিবা ॥৩৭।

অত্তুনদি চারুদত্ত শিররোই খল্লবনি। ভগবতি ! সহ্যপর্বত বাসিনি ! চানবিয়ু, চানবিয়ু। চারুদত্তবু হিংহনবিগদোরিবরা ? অত্তু ওইরবদি ইবেন্মা ! চাণ্ডালবংশবু চানবিরবনি।

২বা চাণ্ডাল—নিংথৌগী য়াথং ওাকন্নি।

১বা চাণ্ডাল—ফরে, মত্তু মক তৌসি।

(অসি হায়ত্তুনা মখোয় অনীনা তাদোন্দা থাজংকে নীংখি)

চারু :—(১০/৩৪ শ্লোক অমুকস্তু থীখি)

ভিক্ষু অমসুং বসন্তঃ—(য়েংলগা) ইবুঙ্গোশিং পুন্নমক ! হাৎপিগন্নু মহাক্কী মরমগীদমক মসিবু হাৎকদোরিবা অদুগুম্বী লাইবক-থীবী অদু ঐহাক্কি।

চাণ্ডাল— মথক্কা লেংপাক্কা য়্যৈরবী মথুং থাজত্তুবা হাৎকনু।
হায়দুনা চেনশিল্লক্লিবী নুপী অসি কনানো ॥৩৮॥

বসন্তঃ—আর্য্য ! চারুদত্ত ! করিনো অসিদে ! (অসি হায়দুনা চারু-দত্তগী পুক্কা তুশিল্লে)

ভিক্ষু—আর্য্য ! চারুদত্ত ! করিনো অসিদে ! (অসি হায়দুনা চারু-দত্তগী খোঙদা তুশিল্লে)

চাণ্ডাল—( কিনা কিনা মনাক্কা চঙদুনা ) বসন্তসেনানি ! ঐখোয়না সাধু চারুদত্তবু হাৎহৌদবসি ফখ্রেদা !

ভিক্ষু—(হৌগৎলগা) চারুদত্ত হিংলিবরা ?

চাণ্ডাল—চহী চামা হিংলগনি।

বসন্তঃ—(নুঙঙাইবগা লোয়নননা) ঐহাক অমুক হন্না হিংজরক্লবনি।

চাণ্ডাল—অদুদি পাউ অসি যজ্ঞ শালাদা লৈরিবা নিংথৌগী মফমদা হন্নৎলুসি। ( অসি হায়দুনা চৎলকই )

শকার—(বসন্তসেনাবু উবদা কিরদুনা ) অঙকপনি ! মীনাই নুবী অসিবু হিঙৎহল্লকপসি কনা ওইরিগবা ? ঐদি শিরেদনা। ফরে চেনথ্রগে। ( অসি হায়দুনা চেনখি )

চাণ্ডাল—(চঙশিন্নরক্লগা) ঐখোয়দা নিংথৌনা তাকপীবদি "বসন্ত-সেনাবু হাৎপা মী অদুবু হাৎলু"। অদুনদি নিংথৌগী মশেল নিপাবু থিরুসি। ( অসি হায়রগা চাণ্ডাল অনী চৎখি )

চারুদত্ত—( অঙকপগা লোয়ননা )

থাঙ হায়গৎপ্রবনি যমগী থায়াত্তা তারুরে।
নোং চুত্রগা লোনা শিগদোরবা মতমদা।
লৌ কহনবা নোঙ্গুম লাক্লিবসি কনানো ॥৩৯॥

( য়েংলগা ) উরিবী'সিবু অতোপ্পী বসন্তসেনা অমরা।
বসন্তসেনাহুমক্লা স্বর্গদগী লাক্লব্রা॥
ঐগী পুক্লীংনা চোইহনা বসন্তসেনানি থনবরা।
নত্রগা মহাক অহুমক লৈরিবরা হৌজিকসু ॥৪০॥

নত্রগা

ঐগী থরায় কম্নবা বসন্তসেনা লাকপরা।
স্বর্গদগী হন্দুনা কনাগুম্বী অমনা।
মাগী মশক লোহুনা লাক্লবরা করিনো ॥৪১॥

বসন্তঃ–( মপি তানা মখোঙদা তুহনা ) আর্য্য! চারুদত্ত! ননাই ঐহাক পাপচেনবী বসন্তসেনা হায়বী অহুনি। মাগী মরমদগী ইবুঙেঙা নহাক্লা অসি য়োনা খুদোংথীপ্রিবনি।
( নেপথ্যদা অঙকপনি! অঙকপনি! বসন্তসেনা হিংলম্মবা! অসুম তৌনা ময়াম্না ঙাংনখি )

চারু ঃ—(তারগা থুদক্তা হৌগৎলগা শাথেংনবগী মুঙঙাইবা মরোঙগী অভিনয় তৌহনা মিৎ উইশিল্লগা মুঙঙাইবদগী ময়েক শেংকাত্তনা )

প্রিয়ে! নহাকপু বসন্তসেনারা?

বসন্তঃ—ঐহাক লাইবক থীবী বসন্তসেনানি।

চারু ঃ—( য়েংলগা হুড্ডাইবগা লোয়ননা ) অং! বসন্তসেনা!

(হুড্ডাইনা)

ঐগী শিরমদাই মতমদা নমিৎকিদি নপিনা।
নথবাকতি চোত্তুনা সঞ্জীবনী বিদ্যাগুম ॥
মফম করম্বদগী লাক্লিবনো ইবেম্মা ॥৪২॥

প্রিয়ে! বসন্তসেনা!

নঙনা মরম ওইদুনা মাঙবা তারম্বা হকচাংসে।
নহাক্না হিংহলবিররে হুংশিনবা উন্নবগী।
অঙকপনি মগুণদি শিরুরগা কনা হল্লকই ॥৪৩॥

অমসু

চান্নবি! বসন্তসেনা!

লুহোংবগী মতমদা অঙাঙবা ফিজোল বুরগী।
লৈরাং পরেংগুম ফজরি ঐগী ফিজোল ময়াম্না ॥
মীহাৎ পুঙগী মথোলসু লুহোং পুথোলগী মতৌনি ॥৪৪॥

বসন্তঃ -ইবুঙো! ইচম চম্বা পুকচেল ওইবননিনে তৌবিরম্লিবসে!

চারু :

বসন্তঃ লমচৎনাইদ্রবা অদুনা ঐবু হাৎখিবনি, লমচৎনাইবা অসিনা ঐবু হিংহনবিগি

চারু :—অশেঙবা ম ! নহাক কনানো?

ভিক্ষু—ইবুঙোনা ঐহাকপু থঙবিজে। ঐহাক ইবুঙোগী চরণ সেবা তৌজবা সংবাহক অদুনি। জুরারীশিংনা ঐবু ফারবদা

উপাসিকা বসন্তসেনানা "ঐখু ইবুংঙোগী ননাইনি থনবিদুনা লৈভেংষু পণথা ওইনা পীহুনা লৈবিগ্রবমি।" অদুগুম্না চোপ্পদগী ঐহাক বৌদ্ধ লম্বোইবা ওইজরবনি। আর্য্যা বসন্তসেনাসু গাড়ী ওয়না ভোংহুনা পুষ্পকরণ্ডক হায়বা লৈকোল্দা লেওখিরুই, অমসুং লমচৎনাইদবা শকারনা "ঐখু উশিল্লিবরা" হায়হুনা নমহুনা মথুৎমক্লা ফূরম্বনি, মহু ইশামক উজহৌই। ( নেপথ্যদা নিম্নরকপা )

দক্ষ যজ্ঞ মাঙহনবা ষণদম্ব ভোংবা শিবনা।
জয় ওইবিরি অমসুং ক্রৌঞ্চপর্বত থুগাইবা।
য়েক্লবা হাৎপা কার্ত্তিকেয়না জয় ওইবিরি অমদি।
আর্য্যকনা মহাক্কী মরু ওইবা য়েক্লবা।
হাৎলগদি অঙোবা কৈলাস্র কোবা চীংজাওগী।
মশক ওইবা কিরালনা তিল্লবী পৃথিবী পুম্ববু ওমথরে ॥৪৬॥

শর্বিলক—(তাপ চঙলক্লগা)

নীল খোংবগী মরমু খণ্ডবিনিংবা পুম্নমক।
কত্তবা নিংথৌ পালকপু ঐনা হাৎলগা মহাক্কী॥
মরৈবাক্তা আর্য্যকপু নিংথৌবুদি হাপ্লগা।
ময়াথং লৈপরেংবু ইকোক্তদি হাপ্পুনা।
অন্না কমদা তারিবা চারুদত্তবু কনগনি ॥৪৭॥

লাঙ্বী মন্ত্রী লৈভবা ভেক্লরিবা পালকপু।
ঐনা খোক্ত ওইহুনা আর্য্যকনা হাৎলগা॥

পৃথিবীগী মনুঙদা থোইদোকপা লৈপাক ওইরিবা।
ইন্দ্রগী লৈপাককুন্নবা পালককী লৈপাকপু।
মন্নায়বক্তি ককনা কংজখরে কংজরে ॥৪৮॥

( মমাঙদা য়েংলগা ) করে, মীয়াম তিল্লিবা মকম অসিদা চারুদত্ত লৈরমগনি। মিংথো আর্য্যকগী থোরাং অসি চারুদত্তগী মথৱায় হিংছনা কান্নবা কংগদ্রা? ( পরপ পরপ চঙশিললক্কুনা) রাথল লৈতবশা! হল্লোকউ, হল্লোকউ। (উরগা ভুঙঙাইবগা লোয়মনা) বসন্তসেনা অমসুং চারুদত্ত অনী পুম্না হিংলিবরা করিনো? ঐথোয়না মীংবা থুংলে।

চান্নথোইবী নগুণ চেনবী লমচং নাইথী বসন্ত।
সেনামা মরক ওইদুনা হিনা সমুদ্র লানবগুম ॥
খুদোংথীব সমুদ্রবু লাল্লব চারুদত্তবু।
রাহুনা লাক্লশ্বদগী থারবা মঙাল চাউরবা।
থাবু উবগুম কুইরবা মতুঙদদি উজয়ে ॥৪৯॥

মহাপাপ তৌরুরব ঐনা মনাক্তা করমা চঙসিগে? হঁচনচম্না চঙখিবনা করে। ( মনাক্তা চঙগ্রম্না, খুৎ লোম্নহুনা কোংনা ) আর্য্য চারুদত্ত!

চারু:—অদোমু কনানো?

শর্বি:— ইথুঙেঙাগী মন্নয়মু শাগুন তৌরগা থৈরবা।
লনবুদি চুখিবা অচোমা পাপবু তৌখিবা।
নিপা অহু ঐহাক্নি চঙজন্নি লকপদা ॥৫০॥

চারু :—অচুম্না তাকপীগনু মরূপ। নহাক্না ঐবু চানবিখিবনি।
( অসি হায়রগা মঙকশমদা কোনখি )

শর্বি :— ঈকাই খুম্নবা ঙাক্লিবা শাগৈবুনু কল্লিবা।
লমচৎ নাইবা আর্য্যকনা যজ্ঞশঙদা লৈ'রিবা।
কত্তবা পালক নিংথৌবু শাবু হাৎপগুম হাৎখরে ॥৫১॥

চারু :--করি ? করি ?

শর্বি :— ইবুঙ্ঙো নঙ্গী গাড়ীদা তোংদুনা নত্তেঙ লৌখিবা।
মানা ঙসি যজ্ঞনা মপুং ফারমদাই মতমদা।
শাবু হাৎপা মতৌগুম পালক নিংথৌবু হাৎখরে ॥৫২॥

চারু :—শর্বিলক ! নিংথৌ পালকনা আর্য্যক কৌবা নিপা অমা গোপ থুঙ্গংদগী ফারক্লগা মরম লৈতনা কৈশূম শঙদা থমখিবা, মতুঙদা মাবু নঙনা থাদোকখ্রবা ?

শর্বি :—তাকপীরিবহু অচুম্বনি।

চারু :—নুঙঙাইবনি, ওম্বোক্না নুঙঙাইবনি।

শর্বি :—ইবুঙ্ঙোগী চাম্নরবা মরূপ আর্য্যকনা উজ্জ'য়িনীদা হেক্তা লৈবদা বেণা তুরেলগী মপাল্দা তাবা কুশাবতী কোনুংগী নিংথৌগী রায়েলগী মথাদা লৈবা লৈপাক অমা ইবুঙ্ঙোদা কথোকলে। মরম অসিনা চাম্নবা মরূপকী প্রেমগী খুদোল অসি লৌশিনবিগনি। (মায় লৈথোক্লগা) শীল্লে, নিংথৌগী মশেল নিপা পাপচেনবা মীনম্বা অহু পুরকউ।

নেপথ্যদা—(তাকপীবা মতুঙ ইম্না)

শর্বি :—আর্য্য ! আর্য্যক নিংথৌনা হায়জরক্লি— লৈপাক অসি ইবুঙেঙাগী গুণনা ফংজবনি ; অতূনা মসি লোশিনবিয়ু ।

চারু :—ঐগী ইগুণনা ফংবা লৈপাক !

নেপথ্যদা—হে ! নিংথৌগী মশেল নিপা ! লাও, লাও ফজদবা লমচৎকী মহৈ চারো লাও ।

( মতুঙদা মথুং তুংবুম্বনা পুল্লবা শকারবু পুন্থনা চঙলকপা )

শকার |অরাবনি ! ঐদি—

খুরৌ তৎলবা গাধাগুম লাপ্পা লাক্লে মুমদগী ।
পাপ তাপ চিংবা চত্তবা হূইগুম চিংহুনা পুরক্লে ॥৫৩॥

( কোয়না য়েংলগা ) মায়কৈ খুদিংদগী ঐবু পুন্দুনা পুরকপনি ফরেদা, পেল্লেদা হায়নরক্লি । ঐবু কনবিনবা লৈত্রে, কনাদা চঙজসিগে ? ( রাখল তৌরগা ) ফরে, চঙজরবশিংবু কনবিবা অমস্তুং চানবিবা চারুদত্তদা চঙজরুরগে । (অসি হায়হুনা মনাক্তা চঙলরুগা) আর্য্য ! চারুদত্ত ! কনবিয়ু, কনবিয়ু ( অসি হায়হুনা মখোঙদা তুখি )

নেপথ্যদা—আর্য্য চারুদত্ত ! থাদোকপীরকউ, থাদোকপীরকউ, হাত্তোকচগে ।—

শকার—( চারুদত্তগী মকমদা ) তোল্লববু কনবিবা ইবুঙেঙা ! কনবিয়ুকো ।

চারু :—( থৌজালগা লোয়নবা ) কিরুগনু, চঙজরকপগী কিনিজাই লৈতে ।

শর্বি :—( ফিংনা ) এঃ ! চারুদত্তগী নাক্তগী মসি চিংথোক্লকউ ।

( চারুদত্তগী মকমদা ) আর্য্য ! পাপী অসিগী মরীদা করি তৌজগদগে তাকপীসি ।

চ্যেকশীনদি পুন্নগা চিংসি হায়বরা মসিবু ।
ছুইদা পীজখোকসিরা ত্যাদোলবু থমসিরা ।
নত্রে হায়রগা হোরায়না থায়রসিরা তাকপীয়ু ॥৫৪॥

চারু :—ঐনা হায়বছু শোয়দনা তৌগত্রা ?

শর্বি :—শোয়দবনি ।

শকার—ইনিংথৌ ! চারুদত্ত ! ঐ চঙজরক্লবনি কনবিয়ু । তৌফম খোকপা তৌবিয়ু । মতুঙ-মনাও ঐ অমুক অসুমহায়না তৌজররোই ।

নেপথ্যদা—হে মীয়াম পুন্নমক ! পাপী অসিবু হাৎতনা থম্লবা করিগীনো ?

রসস্তঃ—( চারুদত্তগী ভকশমদগী লৈ পরেং হক্তোকলগা শকারগী মথক্তা লংশিল্লি )

শকার—হে মীনাইগুবীগী মচা !. শাউগনু, শাউগনু । ঐ অমুক হন্না ফুররোই, কন্নু ঐবু ।

শর্বি :—শকারবু চিংথোকললকউ । আর্য্য ! চারুদত্ত ! তাকপিয়ু পাপী অসিগী মরীদা করি তৌগদগে ?

চারু :—ঐনা হায়বছু শোয়দনা তৌগত্রা ?

শর্বি :—শোয়দবনি ।

চারু :—শোয়ত্রেকো ?

শর্বি :—শোয়ত্রে ।

চারু :—অদু ওইরবদি থীন্দনা মসিবু—

শর্বি :- হাংকদবা ?

চারু :—নত্তে, নত্তে থাদোকদবা।

শর্বি :—করিগীদমক ?

চারু :—য়েক্লবনা ফরমক লাল্লবসু চণ্ডজরক্লবদি হাৎপা হৌনদে।

শর্বি :—অদু ওইরবদি হুইদা পীজথোকসি।

চারু :—নত্তে, নত্তে। মতেঙ পীদুনা হাংকদবনি।

শর্বি :—অঙকপনি! করি তৌগদগে ত্তাকপীয়ুনে।

চারু :—থাদোকপ্রোনে।

শর্বি :—ফরে, নাম্বোকচপ্রসনু।

শকার—ফরেদা, হিংলেদো। (অসি হায়রগা নিপাশিং অদুগা লোয়নন চৎখি)

নেপথ্যদা—(লাউনরকপা) আর্য্যচারুদত্তগী নুপী আর্য্যা ধুত্তানা মথোঙদা পাইরিবা, ফিজিদা য়াল্লিবা, অঙাংবু ইম্বোক্লমগা মমিৎত্তা মপি ত্তারবা প্রজ্বাশিংনা থাম্না থাম্না মৈরি ফরবা মৈনুঙদা চোংশিনগদৌরে।

শর্বি :—(ত্তারগা নেপথ্যরোমদা য়েংদুনা) চন্দনক! করিনো ত্তৌরিবসে!

চন্দ :—(চঙলক্লগা) ইবুঙ্ঙো! ত্তৌরিবসিবু উবিক্রবরসে? মহা-রাজগী সনাশজাইগী মনাক্তা মথারোমদা মীয়াম অমা পৈদুনা লৈরি। ঐনা মাঙোন্দা (ধুত্তাদা) হায়রবনি—"আর্য্যে! ফিংবিবিথিনু; আর্য্য চারুদত্ত হিংলি"। মী

পূম্নমক য়ানথিবলা কনানা হায়বা কনানা ভাদে অমসুং থাজদে।

চারু :—(লাওতক্লবগা লোয়ননা ) হা চাম্নবি! ঐনা হিংলিঙৈদা করিনো তৌরিবা অছুদি? (থক্তা য়েংলগা স্বর শাওনা হোল্লগা )

চাম্নবী নহাক্তী নরমচৎ স্বর্গদা লৈফম খোকনি।
নপুরোইববু থাহ্নুনা লাইরমলেনগী মুংঙাইবা
নথস্তনা ফংবদি হৌনদবনি ইবেম্মা ॥৫৫॥

শর্বি : – ওম্বোকপা অবাবনি! ( অসি হায়রগা য়াম্বথি )

মফম অছুদা থুনমক শোয়দনা চৎফম থোক্লেদো।
আর্য্য চারুদত্তনা য়াম্বহুনা লৈরে অসিদা।
হোৎনরুবা পূম্নমক অরেম্বদা মতাবা ॥৫৬॥

বসন্তঃ—আর্য্য লেপ্পৎলসি। আর্য্যা থুতাবু কনবিরু; খোঙহৌ থীল্লবদি থুদোংথীবা য়াই।

চারু :—(জ্ঞান লাক্কুনা ফুক হৌগৎলগা ) হা চাম্নবি! নহাক কদায়দা লৈবগে? ঐঙোন্দা তারুম্মু।

চন্দ :— আর্য্য! সোমদা, সোমদা। ( মতুঙদা পূম্নমক চৎথি ) ( মতুঙদা মথক্তা হায়ব্রিবা মওংদা থুতা, কিজিদা চিংহুনা য়াল্লিবা রোহসেন, মতুঙদা বিদূষক অমসুং রদনিকাবু উৎপা )

থুতা — ( কপ্পা কপ্পা ) ইমাগী ইবুঙো! থাদোকউ, ইমাদু অমুক

পগহল্লগনু। ইমাদি নপাবুংগী ফত্তবা পাউ তাবদা হিংনিংত্রে ( অসি হায়হুনা ফিজি লাক্কুনা চিংলগা মৈরোমদা খোঙবু থাংজিল্লি )।

রোহ:—ইমা ! আর্য্যে ! ঙাইবিখো ! নহাক লৈত্রগা ঐনা করম্না হিংগনি ? ( অসি হায়হুনা থুনা হোগৎলগা অমুক ফিজি পাইখি )

বিদূ :— ইবেম্মদি ব্রাহ্মণীনি। অহুনা মপুরোইবগীদমক শেম্না শীং নত্তবা শীংদা কাখৎপদ্রি— পাপনি হায়না ঋষিশিংনা হায়রম্মী।

ধূতা :—আর্য্য পুত্রগী ফত্তবা পাউ তাবদগীদি পাপকী থবক তৌবসিনবু হেম্না ফরববা থল্লি।

শর্বি :—( মাঙদা য়েংলগা ) আর্য্যা ধূতা মৈনাক্লোমদা নকশিনখ্রে ; থীল্লে, থীল্লে।

চারু :—( থুনা য়াঙনা চৎখি )

ধূতা —রদনিকা ! অঙাং অসিবু ফাজিলহো, নীংজবা থবক পাঙথোকখ্রগে।

চেটী —( অরাবগা লোয়নলা ) ইবেম্মা ! ইবেম্মনা তাকপীবগুম্না ঐস্নু ইবেম্মদা হায়জরি।

ধূতা —( বিদূষকতা য়েংলগা ) ব্রাহ্মণনা ফাজিনবিহো।

বিদূ :— ( পাখৎপগা লোয়নলা ) নীংজবা থবক পাঙননবগীদমক ব্রাহ্মণনা মাঙ থাকম থোকই অহুনা ঐ নমাঙ থাগে।

ধূতা — ওহ্যোকপনি ! মীশক অনীমক্লা ঐনা থাম্লে। (মচা কোল্লগা)

ইমাগী ইবুঙেঙা ! ঐখোয়গী চেং থোইদিং খজিক্কুং কৎ-লক্নবা নহাক হিংহৌখো ; নঙগা লৈত্রবদি কনানা পীবি-রকনি। নপাবুংস্থ লৈত্রবনিনা নঙবু কনথিনিঙাই লৈত্রে।

চারু : –( তায়হ্নুনা থুনা চঙলক্লগা ) ইচাবু ঐনা কনগনি ( অসি হায়হ্নুনা ) মথূৎ অনীনা অঙাংবু পমথৎখি )।

ধূতা – ( উরগা ) এঃ তারিবসি আর্য্য পুত্রগী খোঙ্খোক মাল্লি। (অমুকস্থ মুন্না য়েংলগা সুংঙাইবগা লোয়ননা ) ইন্নাইবক কবনি ! আর্য্য পুত্রহুমক ওইরমাল্লে। সুংঙাইত্রেদা ওঙ্খোক্লা, সুংঙাইত্রেদা !

রোহঃ–( উরগা সুংঙাইনা ) ওঙ্খোকপনি ! ইপানা ঐবু পম্বিরল্লে। (ধূতাদা) ইমা ইবেম্মা ! তমহ্নুনা খোক্কবা নন্নাইবকনি। ইপা ইবুঙেঙানা ঐবু পম্বিররে ( অসি হায়হ্নুনা মপাদা কোল্লি )।

চারু :—(ধূতাদা) চান্নখোইবা লৈরিঙৈদা চান্নখোইবী নহাক্লা।

করিগীদমক অরুবা থবক্তা থূৎথাগে হোৎনবা
সুমিৎনা তাত্রিঙৈদবু উমশিনবরা থম্বালনা ॥৫৭॥

ধূতা —হে আর্য্যপুত্র ! মরম অহ্নুনা মীওইবনা মাবু জ্ঞান লৈতবিনী হায়নৈ।

বিদূ :–( উরগা সুংঙাইবগা লোয়ননা ) অঙকপনি ! অঙকপনি ! চান্নরবা মন্নাম্ন ইমিৎনা উজরে। সতীগী গুণ হায়বসি কয়াদনো ? মৈদা চোংশিনগে হোৎনবতদা মপুরোইবা কংলরি। ( চারুদত্তদা ) চান্নরবা মন্নাপকী জয়।

চারু :—(বিদূঃদতা) লাও ; মৈত্রেয় ! লাও (অসি হায়ত্তুনা কোল্লি) ।

চেটী —ফজৈদা নোংদমগী খুজ্রোল হায়বসে ! আর্য্য ! খুরুমজরি ।

( অসি হায়ত্তুনা চারুদত্তগী মখোঙদা তুখি ) ।

চারু :—(রদনিকাগী মনজলদা মখুৎ থমত্তুনা) রদনিকা ! হৌগৎলু !

( অসি হায়ত্তুনা হৌগৎপি )

খুতা —( বসন্তসেনাবু য়েংত্তুনা ) নরাইবক্লা ইনাওদি য়াইফজরে ।

বসন্তঃ—হৌজিক্তি য়াইফজরে । (অসি হায়ত্তুনা মখোয় অনী কোন্নজে)

শর্বি :—অফবা নোংদম্না পরিবারশিংগা লোয়ননা আর্য্যপুত্র হিংবিরে ।

চারু :—নখোয় খ্বাইগী থৌজালনা ।

শর্বি :—আর্য্যে ! বসন্তসেনা ! নিংথৌনা পেনবিত্তুনা ইবেম্মা নঙোম্মা "বধূ[redacted]বা মিংথোল পীবিরে ; থৌজালবিরে ।

বসন্তঃ—আর্য্য ! মহৈ য়াঙরে ।

শর্বি :—( বসন্তসেনাগী মমায় খুমজিনবিরগা চারুদত্তদা ) আর্য্য ! লম্বোইবা অসিগী করি তৌবিগনি ?

চারু :—লম্বোইবা ! নঙনা করি পামই ?

ভিক্ষু—সংসারগী লেপ্তবা মতৌ অসি উবদা লম্বোইববু হেন্না হেন্না পামশিল্লকই ।

চারু :—মরূপ ! মসিগী মপুক্লিংদি লম্বোইবদগী হল্লোক্লিংজে । অত্তুনা পৃথিবীগী লৈরিবা বৌদ্ধ আশ্রম খুদিংদা মসিবু বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী মকোক ওইহল্লু ।

শর্বি :—তাকপিবা মতুংইন্না তৌজগে ।

ভিক্ষু—লোইরে লোইরে ঐনা পামজবমক থোক্লে ।

বসন্তঃ—হৌজিক্তি ঐসু হিংজরে

শর্বি :—স্থাবরককীদি-করি তৌজোগে ?

চারু :—হে লমচৎ ফজবা ! স্থাবরক অসি মীনাই ফমদগী কোকসনু চাণ্ডালশিং অহুনা চাণ্ডালশিংগী মকোক ওইসনু, চন্দনকনা প্রধান সেনাপতি ওইসনু, নিংথৌগী মশেল নিপাদি মহৌশাগী লমচৎতু অহুম চৎসনু ।

শর্বি :—ভাকপিরিবা পুম্নমক কায়দনবা তৌজগনি ; তৌইগুম্বসুং শকারবু থাদোকপিরকউ হাংতোকচগে ।

চারু :—য়েক্নবনা ফনা লাম্নবসু চঙজরক্নবদি ফনবা হৌনৈ ।

শর্বি :—করি অপাম্বা লৈবিরিবগে ? পাঙথোকচগে !

চারু :—অসিদগী হেনবা করি পাম্নিংঙাই লৈগদগে ?

ঙসি ঐনা অশেঙবা ইরমচৎপু ফঙজরে ।
য়েক্নবা শকার অহুসু ইথোঙদা তুহনা হিংজগ্রে ।
চান্নবা আর্য্যকনা য়েক্নবা মরু ফুক্তনা
নিংথৌ ওইনা পৃথিবীগী চৈরাক বায়েল তৌবিরি ।
অমুকসু হন্না চান্নবী বসন্তসেনাবু ফংজরে ।
সুংশিরবা নহান্না মরূপ আর্য্যকগা লোয়নননা
লোনদিম্নগ্রে অহুনা অসিদগী হেনবা করম্বা
অপাম্বা অমা লৈহুনা নঙোন্দা হায়জগদবা ॥৫৮॥

গুহাদগী ঈশিংবু চিংখৎনবা যন্ত্রগী
থৌরীনা পুম্নবা চক্রুগুম বিধাতানা সংসারদা
লৈম্নিবা মীশক থুদিংমক অমগা অমগা য়েংশিনৈ ।

হায়বসি তয়ংনা তাক্তনা কনা অমবু কংলমদে
কনাবু মপুং ফাহল্লি রাংথংহল্লি কনাবু
নেমথহল্লি কনাবু কনাবু পুমতাও তাওহল্লি ॥৫৯॥

মহুমকপু মসিদি ওইসন্থু।

নটশিংগী রাতাং )

লৈরিবী ষণবী পুম্নমক মখোমথোকপী ওইসন্থু।
মতম খুদিংদা পৃথিবী মহৈ-মরোতনা থনসন্থু॥
চুগদবা মতমদা নোংনা চুবা ওইসন্থু।
মীগী পুক্লিং পেলহন্না নুংশিংনা শিংপা ওইসন্থু॥
মথরাই পানবা খিবিক্লা পুকচেল থোইজেল তিম্নমা।
নুংতাইনা লৈবা ফংসন্থু ব্রাহ্মণশিংনা অকবা॥
লমচৎপু চৎশিন্নকসন্থু সাম-দাননচিংলবা।
নীতিগী মতেঙ লোন্থনা নিংথৌশিংনা য়েক্লবা॥
খিবিকপু খুন্থম চন্দুনা মশাগী ধর্ম্ম তাক্তনা।
পৃথিবী অস্নক চাউববু তাকপীবদি ওইসন্থু॥৬০॥

( মতুংদা পুম্নমক থোকখি )

উপসংহার কৌবা তরাংবা অঙ্ক লোইরে।

মৃচ্ছকটিক কৌবা প্রকরণ লোইরে।